# যোগবাসিষ্ঠ

(অহানব শরুক)

(বৈরাগ্য, মুমুক্ষু অমসুং উৎপত্তি- প্রকরণগী র্সগ -১৮ ফাওব)

মৈতৈলোন্দ

শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ

শল্লপ্প

# যোগ বাসিষ্ঠ

(অহানব শরুক)

(বৈরাগ্য, মুমুক্ষু অমসুং উৎপত্তি- প্রকরণগী সর্গ -১৪ ফাওব)

মৈতৈলোন্দ



শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ

অফোঙব - মোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ,
থোইজু পার্ট টু




অহানবা খুৎনম - ২০০৯

কোপী মশিং - ৫০০

মমল - লুপা ৯৫/-

নমফমঃ- ডি ব্রোস ওফসেট প্রিন্টরস,
কোনুং মমাং, ট্রাফিক পোইন্ত অরাংথংবা লম্বী, ইম্ফাল।

# নোল্লুক্রা রাহৈ অনিদং

ভারতীয় তত্ত্বজ্ঞানবু খণ্ডনিংদুনা থিজিল্লিব জিজ্ঞাসুশিং অমদি সাধকশিংগীদমক্ত যোগবাসিষ্ঠ চাংদন্নিপ্রই লম্বা লৈতব গ্রন্থরত্ননি। গ্রন্থ অসি বিশ্বসাহিত্যদ জ্ঞানাত্মক ওইব সুক্ষ্মবিচার অমদি তত্ত্ব নিরুপন তৌরিব গ্রন্থশিংগী মনুংদ পুন্নমক্তগী অথোইবনি। মসিদ আত্মা-পরমাত্মা, জীব - জগৎ বন্ধন-মোক্ষনচিংব অথুপ্পা অরুব বিষয়শিংবু মখল-মখা কয়াগী ৱারি ৱাতাই অমদি দৃষ্টান্ত খুদমশিংন মরম ওইদুন হেন্দোক্ল ফজন নৈনরি। ভগবান শ্রীরামদ জ্ঞানস্বরুপ ওইরব মহার্ষি বসিষ্ঠন উপদেশ ওইন লীদুন তাহনখিব তত্ত্বজ্ঞানগী খ্বাইদগী ৱাংব রচনানি। গ্রন্থ অসিবু মহারামায়ন, বসিষ্ঠরামায়ন্নচিংবসু কৌনৈ। লাইরিক গ্রন্থ অসিগী মরমদ মহর্ষি বসিষ্ঠ মশামক্লা হায়রি মদুদি- সংসার কৌব লিলগী হু কারব অমদি বিষয়গী পুকচৎ-লাইনা লাইচুররব থৱাই-পান্নশিংগীদমক্তদি যোগ বসিষ্ঠ দোষ লৈদ্রব পুমশেং শেংলব মন্ত্রনি।

যোগবাসিষ্ঠ অজাতবাদ নত্রগা কেবল ব্রহ্মবাদকী শাস্ত্রনি। মসিগী সিদ্ধান্ত মতুংইন্ন সুপ্নগী অমখক্ত প্রইরব চেতন তত্ত্ব পরব্রহ্ম খক নত্তন করিগুম্ব অরৈব (সত্তা) অমত্ত লৈতে। সমুদ্রদ মশীং নাইদ্রব ঈথকশিং হোগৎলকপ অমসুং অমুক মুংখিব তৌদুন লৈ। মখোয় সমুদ্রদগী খেন্নব নত্রগ অতোপ্প তোপ্রনব খক ওইদে। মতৌ অদুগুম্ন নিত্য সচ্চিদনন্দ পরমাত্ম তত্ত্ব ওইব সমুদ্রদগী মখল মখাগী লোইখম্ব লৈত্রব ব্রহ্মাণ্ডশিংগী পোক্লকপ লৈব অমসুং মাংখিবগী লীলা ওইব ইথকশিং মৃগতৃষ্ণগুম্ন উইন্দুন লৈ। অহংকারন মাপ্রখিবমক্ত শুপ্নগী ব্রহ্ম চৈতন্য অমখক্ত লৈহৌই। তত্ত্ব অমতং অসিবু ৱারী-ৱাতাই, মখল কয়ান, ইতিহাসশিং অমদি কথাশিংন

মরম ওইদুন গ্রন্থ অসিদ প্রতিপাদন তৌরি। মসিদ নত্তন মসিদ যোগসিদ্ধিশিং, যোগ, সাধনশিং অমদি যোগগী ভূমিকাশিংবুসু থোইদোক হেন্দোক্ন থোংনৌন বর্ণন তৌরি। জ্ঞান্দ মপুং ওইব লাইরিক ওইবগী মতুংদসু মসিদ ভক্তি অমসুং কর্মগী দরকার মতুং ইন্ন পাঙ্গল পীরি। সদাচার অমসুং সৎ-সঙ্গগী মতিক মগুনসু মফম মফমদ প্রতিপাদন তৌরি।

প্রকাশক

গীতা প্রেস গোরখপুর

*Yoga Vasishtha is a wonderful book in the world. The nondual Brahaman alone exists. This world does not exist in the three periods of time. Knowledge of the self alone will free one from the rounds of birth and death.*

*Extinction of vasana ( carvings) is Moksha. Mind generates this Universe through Sankalpa ( thought).*

*Swami Sivananda*

***"The Yoga Vasishtha has always been considered as perhaps the most elaborate exposition of philosophy and religion ever written under the sun."***

***The Divine Life Society***

# য়াওফম তাকপা

হীরম লমাই

## বৈরাগ্য প্রকরণ

মুমুক্ষু ব্যবহার প্রকরণ

হীরম লমাই

উৎপত্তি প্রকরণ

ওঁ

# যোগ-বাসিষ্ঠ

## (শল্লপ্প)

## শ্রীপরমাত্মানে নমঃ

## বৈরাগ্য প্রকরণ

সুতীক্ষ্ণ অমসুং অগস্তি, কারুণ্য অমসুং অগ্নিবেশ্য, সুরুচি অমদি দেবদূত অমসুং অরিষ্টনেমি অদুগ বাল্মীকিগী রারী শান্নব পল্লদুন ভগবানগী শ্রীরাম অবতারদ ঋষিশিংগী শাপ্প মরম ওইববু তাকপ।

য়তঃ সর্বাণি ভুতানি প্রতিভান্তি স্থিতানি চ।
য়ত্রৈবোপশমং য়ান্তি তস্মৈ সত্যাত্মনে নমঃ॥

লৈশেমগী হৌরকপদ হেক লৈরিব ভূত পুম্নমক মদুদগী ফোংদোক্লগ উব-খঙব য়াব বিষয় ওইরিব, ফোংদোক্লুন লৈরিঙে স্থিতিগী মতমদসু মঙোন্দ লৈব অমসুং লৈমাঙব প্রলয় কাল লাক্লবদ মঙোন্দমক্ত লুপশিনখিব অদুগুম্ব সত্যস্বরূপ পরমাত্মাবু খুরুমজরি।

**জ্ঞাতা জ্ঞানং তথা জ্ঞেয়ং দ্রষ্টা দর্শন দৃশ্যভূঃ।**
**কর্তা হেতুঃ ক্রিয়া য়স্মাত্ তস্মৈ জ্ঞপ্ত্যাত্মনে নমঃ॥**

জ্ঞাতা (অখঙব) জ্ঞান অমসুং জ্ঞেয় খঙদব বিষয়; অউব ,উব অমসুং উরীব পোৎ, অমদি কর্তা (অতৌব) কারণ (মরম )অমসুং ক্রিয়া (থবক)-পুম্নমকশিং অসি মঙোন্দগী ফোংদোরকপ ওইব অদুগুম্ব জ্ঞান স্বরূপ পরমাত্মাবু খুরুমজরি।

**স্ফুরন্তি সীকরা য়স্মাদানন্দস্যাম্বরেঽবনৌ।**
**সর্বেষাং জীবনং তস্মৈ ব্রহ্মানন্দাত্মনে নমঃ॥**

মঙোন্দগী স্বর্গ অমসুং মালেম্নচিংব লোকশিং পুম্নমক্ত নুঙাইবগী মশক ওইব ঈশিং ঈরিকশিং কাপথোরকইব- থবাই পানবশিংগী অনুভবতা ফাওহল্লিব অমদি মহাক অদুন জীব পুম্বগী পুন্সি তুংনফম ওইরিব অদুগুম্ব মপুং ফারব চিন্ময় আনন্দগী মহাসাগরগী মশক ওইব পরব্রহ্ম পরমত্মাবু খুরুমজরি।

থাইন মমাংঙৈদ সুতীক্ষ্ণ কৌব কনাগুম্ব ব্রাহ্মণ অম লৈরম্মী মাগী পুক্নিংদ চিংনবন থল্লম্মী। মরম অদুন মহাক্ন মহর্ষি অগস্ত্যগী আশ্রমদ চত্তুন মহামুনি অদুদ ভক্তি ব্যবহারগ লোইনন হংলম্মী - ভগবন! নহাক্তি ধর্মগী তত্ত্ববু খঙলিবনি। নহাক্তি শাস্ত্রশিং পুম্নমকী সিদ্ধান্তগী অরেম্প জ্ঞান লৈবিরি। ঐগী থম্মোইদ অচৌব চিংনব অম লৈরি; নহাক্ন থৌজানবীদুন মসিবু সমাধান তৌদুন কোকহনবীয়ু, মোক্ষগী সাধন পাম্বৈসি কর্ম র নত্রগ জ্ঞান ল নত্রগ অনিমক্ন ওইবর? অহুম অসিগী মনুংদগী করিগুম্ব অমবু লেপ্পীরগ মদুন মোক্ষগী অশেংব মরম ওইরিব মদুবু অমুক্ত শীংথাবীয়ু।

অগস্ত্যন হায় - ব্রাহ্মণ ! মদুদি মশা অনিমক্ন উচেকশিংগী আকাশত

পাইব ওইথোকই মতৌ অদুগুম্ব জ্ঞান অমসুং নিষ্কাম কর্ম অনিমক্ত পুনবদগী পরম পদবু ফংব ওই, বিষয় অসিদ অরিব ইতিহাস অম লৈ, মদু ঐন নহাক্কী নফমদ বর্ণন তৌগে।- থাইনগী বানি; কারুণ্য কৌব অথোইব ব্রাহ্মণ অম লৈরম্মী মহাক অগ্নিবেশ্যগী মচানি। মহাক্ত বেদ পুম্ববু নৈনক্তরে অমদি মহাক বেদ বেদাঙ্গশিংগী নীংথিন খঙব পারঙ্গত বিদ্বান ওইরম্মী। গুরুগী মফমদগী বিদ্যা তম্লগ মাগী ময়ুমদ হল্লক্লবগী মতুংদ মহাক্ত সন্ধ্যা-বন্দনানচিংব করিগুম্ব কর্ম অমত্ত তৌদন তুমিন ফমদুনত লৈরম্মী। মাগী পুক্লিংদ চিংনবন থন্দুন লৈরম্মী। মপা অগ্নিবেশ্যন উরম্মী মদুদি ঐগী ইচাসি শাস্ত্রন তাকপ কর্মশিংবু থাদোক্লব নিন্দা তৌনফম ওইখ্রে, মতমদুদ মহাক্ত মচাগী য়াইফনবগীদমক্ত মতৌ অসুম্ব হায়রম্মী।

অগ্নিবেশ্যন হায়খি - ইচাইবুঙো! করিনো তৌরিব অসি। নহাক নশাগী তৌফম থোকপ নথৌ কর্মশিংবু করিগী ঙাক্ত চপ্রিবনো? অশেংবদু হায়ু। করিগুম্ব সৎকর্মশিংগী অনুষ্ঠান পাঙথোকপ তৌদ্রবদি নংন পরম সিদ্ধ কমদৌন ফংগনি। নহাক্ত অদুগুম্ব কর্তব্য - কর্মদগী নিবৃত্ত -মাই লৈথোক্তুন লৈরিব মসিগী মরম করিনো? মদু ঐঙোন্দ হায়ু।

কারুণ্যন হায়রম্মী - ইপা ইবুঙো! পুন্সী চুপ্প অগ্নিহোত্র অমসুং নুমিৎ খুদিংগী সন্ধ্যোপাসনা তৌগনি - হায়ব প্রবৃত্তিগী মশক ওইব ধর্মবু শ্রুতি অমসুং স্মৃতিন বিধান (নিয়ম পীব) অমদি প্রতিবাদন তৌরি। অদুগ অমুকসু মাইকৈ অমরোমদ শ্রুতি অমনসু লন থুমদগী, কর্মদগী অমসুং মচামগু শন্দোকপদগী মোক্ষ খক ফংব য়াদে। অথোই-অথোইব য়তিশিংন সুপ্লগী অমত্ত ওইব ত্যাক্তগী খক্ত অমৃত স্বরূপ ওইব মোক্ষ সুখবু অনুভব তৌখি। পুজ্য পীতাজী! অসিগুম্ব মায়কৈ অনিগী শ্রুতিশিং অসিদগী ঐন করম্বগী য়াথংবু পালন তৌগদব ওইবগে? চিংনব অসিদ তারদুন ঐন কর্মগী মাইকৈদ উদাসীন ওইরক্লি।

অগস্ত্যন হায়- ইবুঙো সুতীক্ষ্ণ! মপাদ অসুম্ন হায়রদুন ব্রাহ্মণ কারুণ্য অদু তুমিন্না লৈখিরম্মী। মচান মতৌ অসুম্ন কর্মদগী মাই লৈথোক্তুনা লৈবদু উরগ মপান অমুক মঙোন্দ হায়খি -

অগ্নিবেশ্যন হায় - ঐ নঙোন্দ ৱারী অম পীগে মদু তাও অমসুং মদুগী কান্নব অপুম্ব নহাক্কী থম্মোইদ লেপ্লবগী মতুংদ নংগী পুক্লিংন অপাম্ব মদু তৌ।

সুরুচি হায়ন খঙনব কনাগুম্বী দেবলোকী, লাইরৈবাক্কী নুপী অম লৈরম্মী মহাক লাইগী জগোইশাবী অপ্সরাশিংগী মনুংদ অথোইবীনি লৌনে। নোংম মান ৱাহোংশিংগী শংগুন কোইশিল্লব হিমালয়গী চিংদোন অমদ ফমদুন লৈরম্মী। মতম অদুদ মান অন্তরিক্ষ - আকাশত ইন্দ্রগী দুত অমন চৎপদু উখি। মদু উবদ অপ্সরাশিংগী অথোইবী সুরুচিন মতৌ অসুম্ন হংখি - হে মহাভাগ দেবদুত! নহাক কদায়দগী লাক্লিবনো হৌজিক্ক কদায়দ চৎলিবনো? চানবীদুন ঐঙোন্দ অমুক্ত হায়বীয়ু।

দেবদুতন হায় - হে চংখোনবী! তাও, ৱাফম অসি করম্ন ওইরকখি পুন্নমক অদু ঐ নঙোন্দ শন্দোক্ল হায়গে। হে ফজব পীগুম লোইনবী ফজবী! ধর্মাত্মা রাজা অরিষ্টনেমি ন মাগী মচাদ লৈবাক পীরল্লগ মশামক অপাম্ব য়াওদ্রব বীতরাগ ওইদুন তপস্যাগীদমক্ত বন্দ চৎখিরম্মী অমসুং হৌজিক মহাক গন্ধমাদন পর্বতত তপস্যা তৌদুন লৈরি। মদুদ মতৌ অসুম্ন মহাক্ল অকনব তপস্যা তৌরম্মী মদুদ দেবরাজ ইন্দ্রন ঐঙোন্দ য়াথং পীরম্মী - 'দুত! নহাক অপাইব দোলাই পুদুন থুনমক মফম অদুদ চৎলু। দোলাই অসিদ অপ্সরাশিংবুসু লোইনন পু। মখল মখাগী খোংনব য়ৈনব যন্ত্রশিংন মসিবু ফজহল্লু। গন্ধর্ব, সিদ্ধ, য়ক্ষ অমসুং কিন্নরনচিংবশিংনসু চংখোলহনগাদবনি। মসিদ তাল, বেনু অমসুং মৃদঙ্গনচিংবসু হাপচিল্লু। মতৌ অসুম্ন মখল মখাগী বৃক্ষশিংন থন্ন লৈরব গন্ধমাদন চীংদ থুংলগ

নহাক্ত নিংথৌ অরিষ্টনেমিবু দোলাই অসিদ তোংহন্দুন পুরকউ অমসুং মহাকপু স্বর্গগী নুঙাইব ফংহন্নবগীদমক্ত অমরাবতী নগরীদ পুরগ চৎলু।’

দেবরাজ ইন্দ্রগী য়াথং অসি ফংদুন ঐন পোৎচংশিং অদু শুন হাপ্লব বিমান পুদুন পর্বত অদুদ চৎলুই। মদুদ থুংলগ নিংথৌ অরিষ্টনেমিগী আশ্রমদ থুংলে; মদুদগী ঐন দেবরাজ ইন্দ্রগী য়াথংশিং নিংথৌদ হঙ্গত্তুন তাহল্লে। য়াইফবী! মহাক ঐগী ৱা তারগ চিংনব পোক্লম্মী অমসুং মতৌ অসুম্ন হায়রকই - ‘দেবদুত! ঐ নঙোন্দ ৱাফম অম হংগে নহাক ঐগী ৱাহংগী পাওখুম পীয়্। স্বর্গদ করম করম্ব গুনশিং লৈবগে অমসুং করম করম্ব দোষ লৈবগে? নহাক্ত ঐগী মাংদ মদুগী তশেং তশেংব বর্ণন তৌবিয়ু! স্বর্গলোক্ত লৈননবগী গুণ-দোষপু খঙলবগী মতুংদ ঐগী অপাম্ব ওইরকপ মদুমক ঐন তৌগনি।’

ঐন হায়রম্মী - ‘হে নিংথৌ! স্বর্গলোক্ত জীবন মাগী পুণ্যগী পোৎচংশিংগী মতুংইন্ন অথোইব নুঙাইববু ফংলুব ওই। অথোইব পুণ্যদগী অথোইব স্বর্গবু ফংব ওই; ময়াই ওইব পুণ্যন ময়াই ওইব স্বর্গ ফংই অমসুং মখোয়শি নত্তব অতোন্ন থাক্কী পুণ্যদগী মদুগ চানব স্বর্গ ফংব ঙম্মী। মসিগী ওন্ন-তৈনব করিসু ওইদে। স্বর্গদসু অতোম্পশিংগী মঙোন্দগী ৱাংব ফিভমদ লৈববু উরগ মীশিংন মখোয়গী পুক্নিং খাংঙমদব খোয়রাংব পোকই। অদুগুম্ব মীশিং মান্নব থাক্ত লৈব ওইব মখোয়সু য়েংথিনব মিহৌব থমনৈ। অমদি অদুগুম্ব স্বর্গবাসী মঙোন্দগী হম্বব ফিভমদ লৈব মখোয় অদুন ৱাৎন নুঙাইব ফংব উরগ হেন্ন নুঙাইব ফংবশিংন অপেনব পোকনৈ। মতৌ অসুম্ন খাঙমদব কল্লকপ অমসুং অপেনববু অনুভব তৌনরদুন পুণ্যচেনব মীশিংন মতম অদুফাওব স্বর্গদ লৈগনি মদুদি মখোয়গী পুণ্যগী মহৈ চাব লোইদ্রিফাওব। পুণ্যন লোইথোকখিবমক্ত জীব অদু অমুক হন্ন অশিলৈবাক মর্ত্যালোক অসিদ চংলকই অমসুং পার্থিব শরীর লৈবাক্ত শাব হকচাং

লৌদুন লৈনরে। হে নিংথৌ! স্বর্গদ মতৌ অসিগুম্বগী গুণ অমসুং দোবশিং লৈ।'

চীংলেম্বী! ঐগী বা অসিবু তারগা নিংথৌন অসুম্ন খুম্নকখি - দেবদূতা মদুদ অদুগুম্ব গহৈ ফলবু ফংব ওইরিব অদুগুম্ব স্বর্গলোক্ত ঐন চৎপ পামদে। নহাক বিমান অসি পুদুন অদুম্ন নংন লাকখিব অদুগুম্ন দেবরাজ ইন্দ্রগী মনাক্ত লেংবিশ্রো। নহাকপু খুরুমজরি।

চীংলেম্বী! নিংথৌন হায়খিব বাফম অদুবু ঐন ইন্দ্রগী মফমদ হঙ্গৎলুনবগীদমক্ত ঐ হল্লক্লে। মফম অদুদ ঐন বারম পুম্ব অদুম্মক ওইন হায়দুন তাহল্লবদ দেবরাজ ইন্দ্রন অচৌব অংকপ ওইখ্রে। অমসুং মহাক্ত তনিকপ অমসুং নুংশিব বাহৈন ঐঙোন্দ হন্ন হায়রকই। ইন্দ্রন হায় - দূত! নহাক অমুক হন্ন মফম অদুদ চৎলু অমসুং অপাম্ব লৈত্রব বিরক্ত নিংথৌ অদুবু আত্মজ্ঞান ফংনবগীদমক্ত তত্ত্বজ্ঞ মহার্ষি বাল্মীকিগী আশ্রমদ পুদুন চৎলু। মফম অদু য়ৌরগ মহর্ষি বাল্মীকিদ ঐগী পাওজেল অসি তম্মু - মহামুনে! নোল্লুকপ গুন্ন তিল্লব অপাম্ব লৈত্রব বীতরাগ ওইরব অমদি স্বর্গবুসু ফংনিংদ্রব নিংথৌ অসিবু নহাক্ত তত্ত্বজ্ঞানগী উপদেশ পিবীয়ু। মহাক অসি পোকপ-শিবগী মশক ওইব সংসারগী অবাব অসিন ওৎপীরে। মরম অসিন নহাক্ত পিবীব তত্ত্বজ্ঞানগী পাওতাক্তগী মহাকপু মোক্ষ ফংব ওইনব।

অসুম হায়দুন দেবরাজন ঐবু নিংথৌ অরিষ্টনেমিগী মনাক্ত থারকই। অদুদগী ঐন অমুক হন্ন মদুদ চৎলগ নিংথৌবু বাল্মীকিগী মনাক্ত থিল্লুরে। মঙোন্দ দেবরাজ ইন্দ্রগী পাওজেল তম্লুরে অমদি নিংথৌন মহর্ষি অদুদ মোক্ষগী সাধন হংলম্মী। মদুগী মতুংদ বাল্মীকিন থোইদোক্ত নুঙাইব অপেনবগ লোইনন য়াইফ বাহংগী বা হৌরদুন নিংথৌদ মাগী নাদ য়েক্তবগী পাওহংলম্মী।

নিংথৌন হায় - ভগবন! নহাক্তি ধর্মগী তত্ত্ববু খঙবনি। খঙগদব ওইব

লৈরিব বাফম পুন্নমক অদু নহাক্ত লোইন খঙই। বিদ্বানশিংগী মনুংদ অথোইব মহর্ষে! নহাকী দর্শনদগী ঐ পোকপগী মহে য়াঙরে। মসিমক ঐগী য়াইফবনি। ভগবন! ঐহাক্ত নকমদ খরদং হংজব পাম্মী। নহাক্ত করিগুম্ব অপন-অথিং লৈতন ঐগী চিংনবশিংসি শেংদোকপীয়ু। সংসার বন্ধনগী অবাবন ঐঙোন্দ অসুক বাহন্দুন লৈরিব মসিদগী মতৌ করম্ন ঐগী নাম্বোকচব ওইগনি মসি তাকপীয়ু।

বাল্মীকিন হায়রম্মী - নিংথৌ! তাও, ঐন নঙোন্দ অখণ্ড-রামায়ণগী বারী লীগনি। মদু তারগ থম্মোইদ চেকশিন্ন হাপ্তুন থম্লবদ নহাক জীবন্মুক্ত ওইরগনি। হে নিংথৌরেল! রামায়ন অদু মহর্ষি বসিষ্ঠ অমসুং শ্রীরামগী বাহং পাওখুম বারী শান্নবগী মওংদ শীংথাবনি। মদু মোক্ষ ফংননবগী পাম্বৈ ওইব মঙ্গলগী মশক ওইব বারীনি। ঐন নংগী স্বভাবপু খঙলে। মরম অদুন নহাক মতিক চাবা অধিকারীনি লৌদুন ঐন নঙোন্দ কথা অদু হায়গদৌরিবনি। বিদ্বান ওইব নিংথৌ - তারো।

নিংথৌন হংলম্মী - তত্ত্বজ্ঞানীলক্ত অথোইব মহামুনে! শ্রীরাম কনানো? মাগী স্বরূপ কমদৌবগে? কনাগী শাগে মচানো? মহাক বদ্ধ ওইব্র নত্রগ মুক্ত? অহানবদ নহাক্ত ঐঙোন্দ বাফমশিং অসিগী অরেম্প জ্ঞান হান্ন পীনবীয়ু।

শ্রীবাল্মীকিন হায়রম্মী স্বয়ং ভগবান শ্রীহরিমক শাম্পু ঙাক্তুন শান্নব ওইন নিংথৌ শ্রীরামগী মওংদ অবতার ওইন ফোংদোক্রম্মী। প্রভু অদু পুংখঙ খঙব সর্বজ্ঞ ওইরগনসু (মাগী ভক্ত মহর্ষিশিংগী হায়দোকখিব বাঙাংশিংবু চুমহন্নবগীদমক্ত) অরোপিত (থংজিনব) নত্রগ মনিংতম্ন লৌদুন অজ্ঞান্ন তিল্লব ওইন সাধারণ মীওইবশিংগী মতৌগুম্ন অলপজ্ঞ খজিক্তং খঙবগুম্ন ওইখি।

নিংথৌন হংই - মহর্ষে! শ্রীরামদি সচ্চিদানন্দ স্বরূপ চৈতন্য ঘনবিগ্রহ জ্ঞান্তন শক্লাইবনি মঙোন্দ শাপ ফংনবগী মরম করি লৈবগে? মসি হায়বিয়ু।

লোইনন মসিবুসু তাকপীয়ু মদুদি মঙোন্দ শাপ পীখিবদু কনানো?

শ্রীবাল্মীকিন হায় - নিংথৌ (ব্রহ্মাগী মানস পুত্র) মহাক অদুদি অপাম্ব লৈত্রব নিষ্কাম পুংওই ওইরব সনতকুমার মহাক ব্রহ্মলোক্ত নিবাস তৌরম্মী। নোংমদি মরোল অহুমগী মপু সর্ব শক্তিমান ভগবান বিষ্ণু বৈকুণ্ঠলোক্তগী মফম অদুদ লেংথরক্লম্মী। মতম অদুদ ব্রহ্মান মাবু পূজা তৌরম্মী। সত্যলোক্ত লৈরিব অতোপ-অতোপ্প মহাত্মাশিংনসু মাবু স্বাগত সংকার তৌনরম্মী। সুপ্নগী সনৎকুমারন মাবু আদর সংকারদ শরুক য়ারমদে। মাদি তুমিন্ন ফমদুন লৈথোক্লম্মী। মতম অদুদ মাগী মাইকৈদ য়েংলগ সর্বেশ্বর ভগবান শ্রীহরিন হায়রম্মী - সনৎকুমার! নং নশামকপু নিষ্কামনি খন্দুন নাপল অহংকার তৌব ওইখ্রে মরম অসিন উচুংগুম্ন লেংদব ওইদুন ফমলি। চাওথোকপন তিল্লব থৌওং অদুন মরম ওইদুন নহাক শাপ নম্রগ দও ফংবদ মতিক চাব ওই, মরমদুন শরজন্মা কুমার হায়ন খঙনব অতোপ্প হকচাং অম লৌব (ফংব) ওইরো। মসি তাবদ সনৎকুমারনসু ভগবান বিষ্ণুদ শাপ পীরম্মী - দেবেশ্বর! নহাকসু নহাক্কী পুমথও খঙব সর্বজ্ঞতা বু মতম খর থাদোক্তুন অজ্ঞানী জীবগী মতৌগুম্ন ওইব ওইগনি। মতম অমদ মশাগী নুপীবু শ্রীহরিগী চক্রন্দগী হাৎখিব উরগ মহর্ষি ভৃগুগী শাওব মপা লৈরমদে। মহাক্ল মাবু শাপ পীদুন হায়- বিষ্ণো! নহাকসু মতম খরগীদমক্তদি নহাক্কী নুপী কায়নবগী অবাব খাঙ্গুব তাই। মতৌ অসুম্ন সনৎকুমার অমসুং ভৃগুগী শাপ পীরবদ - (মথোয়গী বাঙাং অচুম্ব ওইহন্নবগীদমক্ত) ভগবান বিষ্ণু শাপ অদুদগী মীওইবগী মওংদ অবতার তৌরকখি। নিংথৌ! ভগবান বিষ্ণুন শাপপু (বহানা) করিগী শান্নখি মসিগী মরম পুম্ব ঐন নঙোন্দ হায়রে। হৌজিক নহাক্কী বাহংগী মতুং ইন্ন অতোপ্প বাফম পুন্নমকপুসু হায়রগে পুক্লিং চংন তারো। (সর্গ-১)

~o0o~

**শাস্ত্র অসিগী অধিকারী (নৈনবদ মতিকচাব মী )হায়ব রামায়ন নৈনবগী মতিক মশুন, ভরদ্বাজন ব্রহ্মাগী বর ফংব অমদি ব্রহ্মাগী য়াথংদগী বাল্মীকিন ভরদ্বাজদ সংসারগী অৱাবদগী নাম্বোকপ ফংননবগীদমক্ত পাওতাক পীনব হোৎনব।**

**দিবি ভূমৌ তথাऽকাশে বহিরন্তশ্চ মে বিভুঃ।**
**য়ো বিভাত্যবভাসাত্মা তস্মৈ সর্বাত্মনে নমঃ॥**

অদুগুম্লব মঙাল (জ্ঞান) মশক ওইব মফম পুম্বদ শিঙ্খংন লৈব পরমাত্মা স্বর্গদ, মালেমদ, আকাশত অমদি ঐখোয় পুম্বগী মনুং অমসুং মপালদ পুম্নমক্ত ঙাম্বোক্তুন লৈরিব পুম্নমক্কী আত্মা অদুবু খুরুজরি।

শ্রীবাল্মীকিন হায় নিংথৌ! ঐ সংসারগী মশক ওইব বন্ধন লীপুন্দ পুন্সিন্দুন লৈরে, তৌইগুম্বসুং মসিদগী নাম্বোকপ ঙমই - অসুম্ন মহাক অদুন লেপ্লব অমদি মহাক অদুন য়াম্ন অজ্ঞানীসু ওইদব অমসুং তত্ব জ্ঞানীমকসু নত্তব মহাক অদুমক্ত শাস্ত্র অসিবু তাব নম্রগ পাবগী মতিকচাব অধিকারী ওই। অদুগুম্ব অহানবদ ৱারীগী মওং ওইব পাম্বেন তিল্লব রামায়নগী বাল, অযোধ্যানচিংব কাণ্ডশিংগী বিচার (নৈনশিনব) তৌরবদগী মোক্ষগী উপায় পাম্বে ওইব বৈরাগ্যনচিংব প্রকরণ হীরম তরুক অসিগী বিচার তৌরিব, অদগুম্ব বিদ্বান পুরুষ অদু অমুক হন্ন সংসার অসিদ পোক্লক্তে (মহাক মফম অসিগী পোকপ শিবনচিংব অৱাবশিং অসিদগী মতম পুম্বগী ওইন নাম্বোকখিব ফংই।) য়েক্লবশিংবু নমহৎলিব হে নিংথৌ! রামায়ন অসি পূর্ব অমসুং উত্তর -খণ্ড অনি ওই। মসিদ রাগ দ্বেষনচিংব দোষশিংবু কোকথোক্লবগীদমক্ত রাম কথাগী মশক ওইব কল্লব উপায তাক্লি।

অহানবদ মসিবু বাললচিংব কাণ্ড তরেংকী রচনা তৌরগ ঐন একাগ্রচিত্ত পুক্নিং অনি লোংদনা থৌরব ঐগী লৌশিং চাওরব অমদি নোংলুক পুকচেল তপ্রব শিষ্য ভরদ্বাজদ মসিগী জ্ঞান পীবিখি; মতৌ অদুমকুম্ন মদুদি সমুদ্রন মনি নম্রগ মম্র কংনিংব অখিবশিংদ মনি পীনবীবগুম। লৌশিং চাওব ভরদ্বাজন ঐত্রেন্দগী ব্রমীগী মশাক ওইব পাম্বে কাণ্ড তরেং অসিবু অধ্যয়ন তৌরবগী মতুংদ মেরুপর্বতকী অতকপ বন অমদ ব্রহ্মাজীগী মমাংদ মদুবু কর্ণন তৌরই। মদুদ অচৌব থৌরাম পুব লোক পিতামহ ভগবান ব্রহ্মান ভরদ্বাজগী মকমদ মান্ন পেনবীব ওইরম্মী,অমসুং মথেন্দ হায় - ইচা ইবুঙো! নং ঐত্রেন্দগী অপাম্ব বর অম নিয়ু।

ভরদ্বাজন হায় - ভগবন! হৌগ্রব ওইরকদব অমসুং হৌজিক ওইরিবগী মপু ওইব পিতামহ! অদুগুম্ব উপায় পাম্বে অদুন মীওইব কাংলুপ পুম্নমকপু অরাবকগী কোকপীব গুম্ব মদুতং ঐত্রেন্দ তাকপীয়ু ৬সি ঐন মদুতবু অকব বরনি খঁজে।

শ্রীব্রহ্মান হায় - হে ইচা ইবুঙো! নংন বিষয় অসিদ খিন্দনমক হোংনবগ লোইনন নহাকী গুরু বাল্মীকিদ হায়জৌ। মহাক্ত অদুগুম্ব দোষ লৈত্রব রামায়নগী রচনা তৌরিবনি। মদুবু তাব শ্রবণ তৌরবদ মীওইব পুম্নমক গুমহৎপ মোহদগী লাম্থোকনি। শ্রীবাল্মীকিন হায় - ভরদ্বাজদ অসুম্ন হায়রগ জগৎ লৈশেম্ব ভগবান ব্রহ্মান মহাক লোইনদুন ঐগী আশ্রমদ লাক্রম্মী। মতম অদুদ ঐন খিম্বদন অর্ঘ্য পাদ্যনচিংবন ভগবান ব্রহ্মাবু পূজা তৌরম্মী। অদুগী মতুংদ থব্রাই পানব পুম্বগী য়াইকনবদ লুপলিব ব্রহ্মান ঐত্রেন্দ হায় - অথোইব মহর্ষি! শ্রীরামচন্দ্রগী স্বভাব অমদি স্বরূপকী বর্ণন তৌরিব দোষ লৈত্রব রামায়ন অসিগী হৌবদগী লোইদ্রিফাওব অপন-অচিন কয়া লৈরব ফাওবদ নহাক্ত মসিবু খক থাদোক্কনু। গ্রন্থ অসিবু নৈনবদগী জগত সংসারগী মশক ওইব অবাবশিংদগী থিম্বদন মতৌ অদুম্ন

কোকপ ওমগনি মদুদি জহাজন মরম ওইদুনা মীশিংনা ইকুই কুইদনা সমুদ্রবু লাপ্পোকপ ওঘগুম। নহাক্না মীওইব মাইকনবগীদমক্ত রামায়ন কৌব শাস্ত্র অসিবু রচনা তৌ। ব্রাকম অসিবু হায়নানবগীদমক্ত ঐ ইশামনক্না মকম অসি ফাওব লাক্লিবনি। অদুগী মতুংদ মহাক ঐগী শেংলব আশ্রমসিদগী মিকুপ অদুমক্ত শকলোংখরে। মদুদ ভরদ্বাজন হায় - ভগবনা শ্রীরামচন্দ্র,ভরত,লক্ষ্মন. শত্রুঘ্ন মিংচংচাওবী সীতা দেবী অমদি শ্রীরামচন্দ্রগী তুংইন্নিব অখোইব বুদ্ধিমান মন্ত্রি মচা - মখোয় খুদিংমক্না সংসারগী মশক ওইব খুদোংথীব অসিদ অরূপ করম্না ব্যবহার তৌখিবগে ব্রাকম অসি ঐঙোন্দ তকশিন্নু। মদুবু তারগ অতোপ্প মীশিংগী মকমদ ঐসু অদুম্নমক শাজং-লিচং ব্রাজং তৌগনি।

রাজেন্দ্র! ভরদ্বাজন ইকাইখুম্নন ঐঙোন্দ মথকী বিষয়বু শীংথাননব হায়জরবদ ঐন ভগবান ব্রহ্মাগী মাথং গুরুবগীদমক্ত মথকী ব্রাকম বিষয়দ চংশিনব হৌরে অমসুং হায়রম্মী - হে ভরদ্বাজ তারো নহাক্না অদুম্ন হংখিব, মদুগী মতুংইন্না নঙোন্দ পুন্নমক অদু হায়রগে। ঐগী পাওতাক (উপদেশ)পু তারবদ নহাক নশাগী মোহ পুঘ কোক্লগনি। লৌশিং শিংব ভরদ্বাজ! নহাক অদুম্নমক চংপ ওইয়ু মদুদি আনন্দ স্বরূপ কমলনয়ন ভগবান শ্রীরাম্ন সংসার পুম্বদ অনাসক্ত ভাব পামশিনব ব্রাথল অমত্ত য়াওদন লেলমখিবগুম।

মহাম্না ভরত, লক্ষ্মণ , শত্রুঘ্ন, কৌসল্যা, সুমিত্রা,সীতা,নিংথৌ দশরথ শ্রীরামগী মরূপ কৃতাস্ত্র অমসুং অবিরোধ, পুরোহিত বসিষ্ঠ, বামদেব অমদি অতোপ-অতোপ্প মন্ত্রী নিপাল মখোয় খুদিংমক অসি জ্ঞানদ পারংগত ওইব ওয়াক্তনি। ধৃষ্টি, জয়ন্ত, ভাস, সত্যবাদী বিজয়, বিভীষণ, সুষেণ, হনুমান অমসুং ইন্দ্রজিৎ- মখোয় নিপাল অসি শ্রীরামগী মন্ত্রীনি হায়রি। মখোয় পুন্নমক সমদর্শী ওয়াক্তনি। মখোয়গী চিত্ত (পুক্নিং) বিষয়শিংদ আসক্ত (নপশিন পামশিব) লৈরমদে।

মখোয় খুদিংমক জীবন্মুক্ত ওইরব মহাত্মা ঙাক্ত ওইরম্মী। অমসুং প্রারব্ধদগী করিগুম্ব খর ফংব মদুদ পেন্দুন লৈরগ মদুগী মতুংইন্ন ব্যবহারদ হিংলম্মী। হে ইচানুপা! মখোয়শিং অদুন মতৌ অদুম্ন হোম, দান অমসুং পীথোক-পীশিন তৌথিব অমসুং মখোয়ন জগত অসিদ করম্ন লৈরমখিব - অমসুং মতৌ অদুম্ন নিংশিংব খনব অমদি শ্রৌত-স্মার্ত কর্মশিংবু পালন তৌরমখিব মতৌ অদুমকুম্ন করিগুম্ব নংসু লীচৎ অদু চৎলবদি সংসারগী মশক ওইব খুদোংথিবশিংদগী লাম্রেকপমকওইগনি। উদার (পুকচেল চাওব) অমদি সত্ত্বগুম্ন তিল্লব মী, লানঙমদ্রব সংসার সমুদ্রদ তারবসু করিগুম্ব মথকী অথোইব সাধনবু মশাগী ওইন লৌরবদি মহাক্র অৱাবসু ফংলোই অমসুং মহাক্র অতোনব মতৌ নম্রগ নুঙাইতবদসু তারোই। মখল পুম্বগী চিন্তাশিংদগী কোকপ ওইব পরমানন্দগী অমৃতবু থক্লদুন মতম পুম্বগী ওইব পুংপেন পেনব অথোইব ওই। (সর্গ-২)

~o0o~

জীবন্মুক্তগী স্বরূপ্ত বিচার, জগতকী মিথ্যা ওইব মতৌ অমদি ৱাসনা মখল অনিগী নিবারণ অমদি ভগবান শ্রীরামগী তীর্থ যাত্রাগী বর্ণন।

ভরদ্বাজন হায় - ব্রহ্মণ! নহাক্র শ্রীরামচন্দ্রগী ৱারীদগী হৌদুন মথং মথং জীবন্মুক্তগী থাক্কী ফিভম ফাওব ঐঙোন্দ বর্ণন তৌবীয়ু, মদুদ ঐ মতম পুম্বগী ওইন অথোইব নুঙাইব ওইজনব।

শ্রীবাল্মীকিন হায় - অফব মী ভরদ্বাজ! মশক মচু লৈতব আকাশত অশং অঙাং -নাপুনচিংব মচুশিংগী ভ্রম তৌব মতৌ অদুগুম্ন নির্গুন নিরাকার ব্রহ্মদ

অজ্ঞানগী কুম্পদগী জগতকী (সত্তা) লৈববু ভ্রম তৌবনি। অসিগুম্ব জগতকী ভ্রম পোক্লকপ্লিব অসিবু মতৌ অসুম্ন কাওথোকখিগনি মদুদি অমুক হন্ন করিগুম্বদসু মসিবু নীংশিংব থক ওইদব - মদুমক ঐন অথোইব জ্ঞানী লৌই। উরি-খঙলিব দৃশ্য-প্রপঞ্চ জগত অসি শুকলৈমক লৈতব অত্যন্ত অভাব নি - মসি শুকওইসু ওইদন (ঙাম্মোকপ) উবনি হায়ব ব্রাফম অসিবু খঙদ্রিবমখৈ কনাগুম্ব অমত্তন করিগুম্বদসু অদুগুম্ব পুমথোই থোইব আত্মজ্ঞানগী অনুভব মহাও খঙব থক ঙমদে; মরম অসিন আত্মতত্ত্বজ্ঞানবু থিরক্লিবশিংন মসিবু ফংননকীদমক্ত তকশিন্দুন হোৎনগদব ওই। যোগবাসিষ্ঠকী মশক ওইব শাস্ত্র অসিগী জ্ঞান লৈরবদ পুন্সি অসিমক্ত আত্মতত্ত্ব অদুবু খঙব ওই - ব্রাফমসি পুমওই ওইথোকপমক্লি। মদুমক ওইদুন লৈরগনি । পান্দম অসিদ শাস্ত্র অসিগী শন্দোকপ (প্রচার-প্রসার) তৌরবনি। করিগুম্ব নহাক্ল (শ্রদ্ধা-ভক্তিগ লোইনন) শাস্ত্র অসি শ্রবন তৌরবদি লেপ্পমক নহাক্ল আত্মতত্ত্ব অদুগী জ্ঞানবু ফংব ওইগনি; নত্রবদি মদুগী জ্ঞান ফংব ওইথোক্তে।

পাপ পক্তব ভরদ্বাজ! জগতকী মশক ওইব ভ্রম অসি প্রত্যক্ষ শংশংন হকথেংনন উরিবমক ওইরবদসু শাস্ত্র অসিগী বিচারদগী ইহোৎ হোৎনরুদন অসিগুম্ব অনুভব (খঙব) ওইগনি। মদুদি মসিদি শুকলৈ লৈব নত্তে - মদুদি আকাশত অশংবনচিংব মচু শংশংন উরবদসু বিচার তৌরবদ, হোৎনরুব তৌদন খঙব ঙম্মী মদুদি মসিগী অস্তিত্ব অরৈব থক ওইদে। উরি তারিব জগত অসি অশেংবমক ওইব থক লৈতে। অসুম্ন (বোধ) খঙব ওইরবদ পুক্লিংদগী দৃশ্য প্রপঞ্চ মাংখিব (নত্রগ লৈতব) ওইরব মতম অদুদ পরমনির্বানগী মশক ওইব শান্তিগী মশান অনুভব ওইরক্কনি। ব্রহ্মণ! মপুং ফান বাসনা অপাম্বগী মমিশিং মুথৎতুন থাদোক্লব মদুমক অথোইব মোক্ষ কৌনৈ। মদু অবিদ্যাগী মশক ওইব মল (অমোৎপ) পক্তব জ্ঞানীতন ফংব ঙম্মী। ব্রাহ্মণ অথোইব! অয়িংব মাংখ্রবদ

উনশিংন থুনমক শৌদোকই মতৌ অদুগুম্ন বাসনাশিং মুৎশ্রবদ চিত্তসু থুনমক শৌদোকই। মদু লৈতবগুম্ন ওই।

বাসনা মথল অনিনি লৌনে। অমন অশেংব শুদ্ধ বাসনা অমসুং অনিশুবন অমোৎপ মলিন বাসনা। মলিন বাসনা পোকপ শিবগী মরম ওইহল্লি। মদুন মরম ওইদুন জীবন জন্ম মৃত্যুগী চক্করদ তাহল্লি। অমসুং শুদ্ধ বাসনান জন্মবু মাংহনব (হায়বদি মোক্ষগী সাধন)নি। বিদ্বানশিংন মলিন বাসনাবু হন্ন হন্ন পোকপবু ওইহল্লিবনি তাকই। অজ্ঞানমক্ত মদুগী তাশিল্লব শকওংনি অমদি মহাক চাওখৎলক্লিব অহংকারন লৈতেংদুন ফজহল্লি। কনাগুম্বন ঙৌথোক-ফুৎথোক্লব মরুগী মতৌগুম্ন পুর্নজন্মগী মশক ওইবময়োন চোংনব শক্তিবু থাদোক্লগ সুপ্নগী হকচাং পুব শরীর ধারণখক্তগীদমক লৈরিব মহাক বাসনা "শূদ্ধা" কৌনে। কনাগুম্ব অদুন শূদ্ধ বাসনা অসি লৈরব মহাক অদু অমুক হন্ন পোকপগী মশক ওইব অনর্থগী কাইদোংফম ওইদ্রে। খঙ্গদব ওইব পরমাত্মাগী তত্ত্ববু খঙলব পরম বুদ্ধিমান পুরুষ মখোয়দুবু জীবন্মুক্ত কৌনে।

পুকচেল চাওরব ভরদ্বাজ! হৌজিক মহাক শ্রীরামচন্দ্রগী পুন্সি লীচংক মরি লৈনব মঙ্গল ওইহনব ব্বারী অসি মথংশিংন শ্রবন তৌরো। ঐ মদুগী বর্ণন তৌরগে, মসিন মরম ওইদুন নংন মতম পুম্বগী ওইন মপুং ফারব তত্ত্ব পুম্বগী জ্ঞানবু ফংলগনি। ইবুঙো! মহাক অদুন করিগুম্বদসু কনাগী মফমদ অকিব হায়বদু খক লৈতব অদুগুম্ব কমলনয়ন ভগবান শ্রীরাম বিদ্যা তম্ব (অধ্যয়ন) লোইরবগী মতুংদ বিদ্যালয়দগী থোরক্তুন ময়ুম শঙ্গাইদ হল্লক্তুন মতম অদুদ মথল মথলগী লীলাশিং তৌরদুন মহাক্ত নিংথৌ কোনুংদ মতম লেল্লম্মী। অদুগী মতুং মতম খর হৌগ্রবদ মদুদি নিংথৌ দশরথ মালেম লৈঙাকপদ পুক্রিং চংলম্মী অমসুং প্রজা ওইব মীশিং অব্বা-অনা লৈতব ওইদুন য়াম্ন নুঙাইন মতম লেন্নরম্মী। নোংমদি

লোই-খম লৈত্রব য়াইফ গুণ পুম্বন তিল্লব শ্রীরামচন্দ্রন মপুক্লিংদ তীর্থশিং অমদি মঙ্গলগী মশক ওইরব আশ্রমশিং দর্শন তৌনিংবগী অনিংব কন্ন থম্মোইদ লাক্রম্মী। মতমদুদ শ্রীরাম্ন মপাগী মনাক্ত চত্নুন মাগী মখোং থম্বালদ খুরুম্লম্মী অমসুং অসুম্ন হঙ্গংলম্মী।

শ্রীরাম্ন হায় - পাবুং মহারাজ ঐগী পুক্লিংদ তীর্থশিং দেব মন্দিরশিং বনশিং অমদি আশ্রমশিং দর্শন তৌনিংবগী য়াম্ন কন্ন অপাম্ব ওইরে। নহাক্কী মাংদ ঐগী মসি অহানব হায়জবনি, নহাক্ক মসিবু মহৈ য়ালহনবীবদ মতিক চাবনি। নাথ! সংসারদ অসিগুম্ব কনাগুম্ব য়াচক (হায়জরব মী) অমত্ত লৈখিদ্রি মঙোন্দ পামজব পোৎ পীদুন নহাক্ক মাবু ইকাই খুম্নববু ফংদন হনখিব।

শ্রীরাম হায়জরব প্রার্থী ওইদুন নিংথৌগী মাংদ লেপ্লম্মী। মহাক্কী অসুম্ন হায়জবদুদ নিংথৌ দশরথন বসিষ্ঠ ক লোইনন খন্নরগ মহাকপু তীর্থ যাত্রাগীদমক্ত য়াথং পীরম্মী। মতম অদুদ অফব নক্ষত্র অমসুং নুমিত্ত ব্রাহ্মণশিং লাক্লগ মখোয়গীদমক্ত স্বস্তিবাচন মঙ্গলগী মন্ত্রশিং থিরম্মী। মাগী হকচাংদ মঙ্গলগী ওইব ফিজেৎ-লৈতেংশিংন লৈতেংলম্মী। মমাশিংন মখোয়বু মথাদ কোন্দুন আশীর্ব্বাদ পীবীরম্মী অমসুং লৈতেংশিং শিবীরম্মী। অদুদগী রঘুনাথন তীর্থ য়াত্রাগীদমক্ত থৌরাংলকপদ লক্ষ্মণ অমসুং শক্রুঘ্ন মনাও অনিসু বসিষ্ঠন থারকপ শাস্ত্র খঙলব ব্রাহ্মণশিং অমদি মখো.বু নুংশিজব রাজকুমারশিং খরগ লোইনন মাগী রাজভবন অদুদগী মপান্দ থোরক্লে। শ্রীরামচন্দ্রন দান্নচিংব তৌদুন ব্রাহ্মণশিংবু মাগী অপাম্বদু য়াহন্দুন মায়কৈ পুম্নমক্তগী প্রজাশিংগী আশীর্ব্বাদ তারি। অমসুং মায়কৈ পুম্বগী দৃশ্যশিংদ মিৎয়েং তারদুন বনগী প্রদেশশিংদ কোইব ভ্রমন তৌরক্লম্মী। মখোয়ন মখোয়গী লৈফম অদুগুম্ব কোসল জনপদগী ঙমখৈশিংদ লৈরিব সমুদ্র অমসুং চীংশিংগী মনাক, থাগী মতৌগুম্ন অরংব মঙাল ওইরিবী গঙ্গা, অশংব থম্বালগুম্ন

মঙাল চাওবী মক্তুন্বী কালিন্দ নন্দিনী যমুনা, সরস্বতী, শতদ্রু,(সতলজ), চন্দ্রভাগ্য(চিনাব) ইরাবতী(রাবী) বেণী, কৃষ্ণবেণী, নির্বিন্ধ্যা, সরযু, চর্মন্বতী,(চম্বল) বিতস্তা(ঝেলম্),বিপাশা(ব্যাস) বাহুদা, প্রয়াগ, নৈমিষারণ্য, ধর্মারণ্য, গয়া বরাণসী, (কাশীপুরী) শ্রীশৈল, কেদারনাথ, পুস্কর, ক্রমপ্রাপ্ত মানস সরোবর, উত্তরমানস, বড়বামুখ,অতোম্প তীর্থ কাংলুপ, অগ্নিতীর্থ, মহাতীর্থ, ইন্দ্রদ্যুম্ন সরোবর অসিনচিংব পূণ্যতীর্থ, সরোবর সরিতাশিং, তুরেল, পুখ্রি, কুণ্ড পুন্নমক অসিবু মখোয়ন পুক্লিং লুপ্ন দর্শন তৌরম্মী।

স্বামী কার্তিকেয়, শালগ্রাম স্বরূপ শ্রীবিষ্ণু, ভগবান বিষ্ণু অমসুং শিবগী চৌংসঠ স্থান, মখল কয়াগী অঙকপ ওইরব দৃশ্যশিংদগী মখল- মখা ওইব ফজববু লোইনরিব সমুদ্র মরিগী তোর্বান বিন্ধ্যপর্বত, অমসুং মন্দরাচলগী কুঞ্জ হিমালয়নচিংব কুল পর্বত তরেৎকী মফম অমদি অচৌ অচৌব রাজর্ষিশিং, ব্রহ্মর্ষিশিং দেবতাশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী মঙ্গলগী মশক ওইরব আশ্রমশিংবুসু শ্রীরামচন্দ্রন শ্রদ্ধা পুর্বক দর্শন তৌরম্মী। অতোম্পশিংবু ইকাইখুম্নবত পীব শ্রীরাম্ন মাগী মনাওশিংগ লোইনন হ্ন্ন হন্ন মাইকৈ মরিগী ঙমখৈগী শরুকশিং অমদি ভূমণ্ডলগী লমখৈ পুম্বদ কোইদুন চৎলম্মী। অসুম্ন মদুদি দেবতানচিংবন পূজা তৌনরিব ভগবান শঙ্করন মাইকৈ পুম্বদ শান্নরুরগ অমুক শিবলোক্ত হল্লকপ মতৌ অদুগুম্ন রঘুনন্দন শ্রীরাম দেবতাশিং, কিন্নরশিং অমদি মীওইবশিংন ইকাইখুম্নরিব ন মালেমগী লৈমায়শিংবু কোইরুরবগী মতুংদ মহাক্কী মরান য়ায়দ অমুক হল্লকখি।

(সর্গ-৩)

~o0o~

**তীর্থ যাত্রাদগী হল্লক্লব শ্রীরামগী নোংমগী থৌরম অমদি মপাগী য়ুমদ লৈব; নিংথৌ দশরথগী মফমদ বিশ্বামিত্র থুংলব অমসুং নিংথৌন মাবু তরান্ন ওকপ।**

শ্রীবাল্মিকিন হায় - ভরদ্বাজ! শ্রীরামচন্দ্রন হল্লক্লব মতম অদুদ মাবু স্বাগত তৌরদুন পুরবাসীশিংন মাগী মথক্ত লৈ খুবাম খুবাম চাইথনরক্লম্মী। ফিভম অদু ইন্দ্রগী মচা জয়ন্তন মাগী স্বর্গগী ভবন্দ চংলকপ মতৌ অদুগুম্ন মহাক্ল কোনুংদ চংলকখিরম্মী। মফম অদু য়ৌরব রঘুনাথন অহানবদ মপাবুংবু প্রনাম তৌখি মতুংদ মথং মথং ওইন শাগেগী গুরু বসিষ্ঠবু, অচৌব মরুপ-মপাংশিংবু, ব্রাহ্মনশিংবু অমদি শাগেগী অহল-লমনশিংবু কোক নোন্দুন খুরুমখি। মতুংদ অদুদগী মরুপ-মপাংশিং মপাবুং অমদি ব্রাহ্মণশিংন শ্রীরামবু থম্মোইদ কোল্লম্মী অমসুং শ্রীরামনসু মখোয়গী মফমদ অভিবাদন থাগৎপ অমসুং নুংশি বাঙাংনচিংব মতিক চাব আচার ব্যবহার তৌরম্মী। মতম অদুদ শ্রীরঘুনাথ হরাও নুঙাইবগী মকা ফল্লমদে। অযোধ্যাদ শ্রীরামচন্দ্র থুংলবগী উপলক্ষ্য হরাও নুঙাইব ফোংদোক্রদুন নুমিৎ নিপান্নি লেপ্তুন আনন্দোৎসব পাংথোক্রম্মী। মতম অদুদ হরাও ময়ায় কারব মীয়াম্ন নুঙাইবগী ইশৈ নোংমাই য়ৈ- খোংবগী নুংশিরব অরাংব খোঞ্জেলন মাইকৈ পুম্ব শন্দোক্ল নিল্লম্মী। অদুদগী রঘুনাথন তোঙান তোঙানব দেশশিংদ চৎনরিব মথল কয়াগী য়ুম্লৈ-কৈরৈ মদুশিং অদু বর্ণন তৌরদুন মরান য়াইদ নুঙাইন লৈরক্লম্মী।

শ্রীরামচন্দ্রগী নুতিগী অয়ুক্ত হৌগৎলগ ঈরু মাইথজরগ নিয়ম ওইন সন্ধ্যা-বন্দনা তৌরগ রাজ সভাদ ফম্লদুন মাগী ইন্দ্রগুম্ন মঙাল চাওরব মপাবুং মহারাজ দশরথগী দর্শন তৌরম্মী। মদুদ পহর অমফাওব বসিষ্ঠনচিংবগ ফম্মিন্নদুন জ্ঞান থল্লব বারী-বাঙাং হেক হেক তারম্মী। মনাওশিংগ লোইনন তীর্থ য়াত্রাদগী

হল্লক্রবদ শ্রীরঘুনাথন অয়াম্ব অসুম্ন নোংমগী থৌরম মশাগী ওইন মপাবুংগী শঙ্গাইদ নুঙাইন লেল্লম্মী। হে পাপ পক্তব ভরদ্বাজ! শ্রীরামচন্দ্রজীগী তৌথোরকপ চেষ্টা খুদিং নিংথৌগী মতিকচাব ব্যবহারন মরম ওইদুন য়াম্নমক পুক্লিং হুনিঙাই ওইরম্মী। মহাক্ল সৎপুরুষ অফব মীশিংগী থম্মোইদ থাবলগী মতৌগুম্ন নুঙাইব পোকহল্লম্মী। খুদিংমক্ল মাবু হন্ন হন্ন থাগৎনরমই অমদি মহাক অমৃত-রসকী মতৌগুম্ন নুংশিব ফজব অমসুং থোৎ-মেংব ওইরম্মী।

ভরদ্বাজ! অদুগী মতুংদ শ্রীরাঘুনাথন ফিভম চহি তরাতরুক য়ৌফাত্তিব্রব মতমনি। শত্রুঘ্ন অমসুং লক্ষ্মন শ্রীরামচন্দ্রগী থাদোক্লদব তুংইনব ওইরম্মী; ভরততি য়াম্ন নুঙাইন মাগী মমাগী মপামদ লৈখিরম্মী। মহারাজ দশরথন মালেম অপুম্ব মতিকচাব মওংদ লৈঙাক্তুন লৈরম্মী অমদি লৌশিং চাওরব নিংথৌরেল অসি নুমিং খুদিংগী মন্ত্রিশিংগ লোইনন ফমদুন মাগী মচা ইবুঙোশিংগী লুহোংনবগীদমকসু খন্ন নৈনরম্মী। মতম অদুদ তীর্থ য়াত্রা মপুং ফারুরগ মশাগী ময়ুমদ লৈরিব শ্রীরাম নোংম-নোংমগী ময়াং কংশিল্লক্লম্মী/শোম্বরক্লম্মী।

ভরদ্বাজ! মহারাজ দশরথন শ্রীরামদ হন্ন হন্ন নুংশিন মেংন হংলম্মী। ইবুঙো! নহাক্কী নপুক্লিংদ করিদগী করম্ব অচৌব চিন্তা পোকখ্রিবনো? মহাক্ল পাওখুম্লম্মী - পাবুং মহারাজ ঐঙোন্দ করিগুম্ব নুঙাইতব অমত লৈতে। অসুম্নত হায়রগ কমল নয়ন শ্রীরাম মপাবুংগী তমপাক্ত তুমিম্ন ফমদুন হেক্ত লৈখিরম্মী।

অদুগী মতুং তাবদ নোংমদি নিংথৌ দশরথন থৌরম পুম্বগী জ্ঞান লোইনরিব ৰাঙাং হৈবশিংগী মনুংদ অথোইব বসিষ্ঠদ হংলম্মী। শ্রীরাম্ন ময়াং কংথদুন শোম্বরিব করিগীনো? মহাক্ল অসুম্ন হংলক্লবদ বসিষ্ঠ মুনিন ঙাইহাক খম্বরগ নিংথৌদ হায়রম্মী- শ্রীমান! মহারাজ! মসিদ মরম খর লৈরে; তৌইগুম্বসুং মসিগীদমক্ত নহাক্কী পুক্লিংদ অৱাবদি খক ওইরোইদবনি।

মতম অসিদ মহর্ষি বিশ্বামিত্র অয়োধ্যাগী নিংথৌ দশরথ উননবগীদমক্ত মফম অদুদ লাক্লম্মী। মতম অদু ধর্মগী থবকশিংদ পুক্লিং লুপ্তুন লৌশিং চাওরব মহর্ষি আশ্রমদ যজ্ঞ অম চখরম্মী। মায়া, পাঙ্গল অমসুং তৌঙম্বন ময়াই কান্নদুন লৈরিব রাক্ষসশিংন অমত্ত ওইন পুল্লগ লান্দাশিন্দুন যজ্ঞ অদু থুগাইদুন কাইহল্লম্মী। যজ্ঞ অদুবু ঙাক্লনবগীদমক্ত মহাক্ল মহারাজ দশরথবু উনক্নগে খল্লকখি; মরমদি রাক্ষসশিংগী উৎপাৎন মরম ওইদুন মুনিশিংন মখোয়গী অদুগুম্ব যজ্ঞবু য়েখায়ব য়াওদন মপুংফান পাঙথোকপ ঙমদ্রে। অদুন নিশাচরশিং অদু মাংহল্লগে লেপ্তুন তপোনিধি, মহাতেজস্বী বিশ্বামিত্র মুনিন অযোধ্যা পুরীদ লাকপনি। মফম অদুদ থুংলবদ নিংথৌ উননবগীদমক্ত থোংশংবদ হায়রম্মী। নখোয়ন থিন্দন চত্তুন মহারাজদ ঐ লাকপগী সুচনা পীয়ু। মঙোন্দ হায়ু - গাধিগী মচা কুশিক শাগৈগী বিশ্বামিত্র লাকই।"

মুনিগী ৱাঙাং অসি তারগ নিংথৌগী সনথোংদ লৈরম্ব থোংঙাকপশিংন রাজমহলদ চৎলগ মখোয়গী স্বামী ছড়ীদারদ তম্মী - প্রভো! মহর্ষি বিশ্বমিত্র লেংলক্লি। মদুদগী ছড়ীদারন সভামণ্ডপ্ত নিংথৌশিংন কোইশিন্দুন ফল্লিব মনাক্ত চংশিন্দুন পাও পীরম্মী - দেব! রাজদ্বারদ অনৌব থোকপ নুমিৎকী মতৌগুম্ন মঙাল চাওরব মৈগী মৈরিগী মতৌগুম্ন ঙাঙ্গনরব জটা কোকথোন্নব মশেক-মঙাল মৈরাব পুরুষ অম লাক্তুন লেপহৌই। মহাক মহামুনি বিশ্বামিত্রনি। নিংথৌগী মাইকৈদ য়েংলগ ছড়ীদারন নোল্লুক ৱাহৈদ অসুম্ন হায়রকপ মাগী ৱাদু তাবমক্ত মন্ত্রি অমসুং নিংথৌ মচাশিংগ লোইনদুন লৈরিব রাজশিরোমনি দশরথ খুদক্তুন্দ সনাগী সিংহাসন্দগী হৌগত্তুন লেপখৎলম্মী।

নিংথৌশিংগী মপৈন কোইশিল্লিব অমসুং নিংথৌ মচাশিংন প্রশংসা তৌরদুন মহারাজ, বসিষ্ঠ অমসুং বামদেবগ লোইনন খুদক্ত অহাংব খোঙন মফম অদুগী মাইকৈরোম লেংথোরক্লম্মী মদ্দ মহামুনি বিশ্বমিত্রন লেপ্তুন লৈরিব।

নিংথৌন সনথোং অচৌবদ লেপ্তুন লৈরিব অথোইব মুনি অদুবু উরম্মী। মহাক ব্রাহ্মণগী মতিক চারব মঙাল (তেজ) অমদি অচৌব ক্ষেত্রিগী ওইব শক্তিনসু তিল্লি। অহল ওইরকপগী মরম্না হেন্না মমুন ফারব অমসুং তপস্যামক্ত লুপ্তুন লৈবদগী কংলব জটাগী মরীশিংন মাগী লেংপাক কুপথরী। মহাক্ত তপথব, চিংলেম্ব মঙাল পুব, অরুংব দোষ-শিদ্র লৈতব নোল্লুকপ নোই-পেনব কায়াংশিংন তিল্লব অমদি মঙাল চাওব হকচাং পুব ওইরম্মী। মাগী তেজ ফজবগ লোইনন থোইদোক্ত অকিবগী মশক ওইরম্মী। অয়িংব অপেনব গুন্না তিল্লব অমদি লাপ্না শন্দোকপ ওইরম্মী অমদি মদুদগী হেনব লৈত্রব (অতিশয়) মপুং ফাববু ফংলম্মী। অদুগুম্ব মঙাল অদুন ঋষিগী অঙ্গ কান্তি হেন্না ফজহল্লম্মী। মহাক্ত মখুত্ত কমণ্ডলু পায়রম্মী। মদু চংথোনব দোষ পক্তব অমদি অথোইব ওইরম্মী। মদু মাগী কল্প কয়া কুইরক্লব পুন্সিগী মতমগী ফিভম খুদিংদ লোইনব মনাইগী মতৌগুম্না লোইনদুন লৈরক্লবনি। মুনিগী অন্ত করণ থোইদোক্ত অমকপ লৈতব ওইরম্মী। মাগী চিত্তদ মীনুংশিন থল্লম্মী। মরম অসিন মাগী খোঞ্জেল য়াম্না নুংশিব অমসুং অপেনব উব ফংলম্মী। মহাক্ত মাগী নুংশিবন থল্লব মতৌ অসুম্না য়েংলম্মী মদুদি মমাংদ লেপ্তুন লৈরিব মীশিংবু অমৃত খিকথরকপগুম । মাগী হকচাংদ ফজরব যজ্ঞোপবীত (নুগুন) লৈতেংলম্মী। মদু অউবশিংগী পুক্লিংদ থোইদোক্ত অঙকপ শন্দোকপগুম্না তৌরম্মী। মহর্ষি অদুবু অরাম্পদগী উবমক্ত নিংথৌগী হকচাং নোল্লুকপন নেমথখিরম্মী অমসুং মহাক্ত লুহুপ্ন লৈতেংলব কোক্ত মাগী চরন্দ প্রণাম তৌখি। মুনিনসু সুর্যদেবন ইন্দ্রবু খুক্লম্ব ওকপগুম্না নুংশিরব অমদি পুকচেল চাওবন থল্লব ৱাঙাংশিংন আশীর্বাদ পীদুন পৃথ্বীগী মপু দশরথদ প্রত্যভিবাদন তৌরম্মী। অদুগী মতুংদ বসিষ্ঠনচিংব ব্রাহ্মণ পুন্নমক্ত তরাম্না ওকুন মথং মথং ওইন বিশ্বমিত্রবু ইকাই খুম্নরম্মী।

দশরথন হায় - মহাত্মন! ভগবান সুর্যদেবন মাগী মণ্ডল ওইব স্বরুপপু দর্শন পীদুন থম্বালন থল্লব সরোবরশিংদ থৌজানবীরব অদুগুম্ন ঙসিদি নহাক্কী পঙন ওইথোক্তব মণ্ডলগী মশকপু দর্শন ফংজরে মদুন ঐথোয় পুন্নমকপু থোইদোক্ল থৌজানবীরে।

মুনিগী মফমদ অসিগুম্ব ব্রাশিং ঙাংনরদুন অতোপ্প নিংথৌশিং অমদি মহর্ষিশিং মী পুম্ব রাজ সভাদ চংলক্তুন মাগী মাগী মতিক চাব আসনশিংদ ফম্নরে। নিংথৌ দশরথ মশামক্ল মুনিবু অর্ঘ্য-নিবেদন তৌরে।

নিংথৌগী অর্ঘ্যবু লৌরদুন মহর্ষিন শাস্ত্রগী বিধিদ প্রদক্ষিণা তৌদুন নিংথৌবু হন্ন হন্ন প্রশংসা তৌরম্মী। নিংথৌ দশরথন তৌব পুজাদ বিশ্বমিত্রন য়াম্নমক পেল্লম্মী, মাগী মাইথোং মকা লাম্লম্মী। মহাক্ল নিংথৌদ য়াইফ নুঙাই হংলম্মী। অদুগী মতুংদ মুনিবর বিশ্বামিত্রন নোক্লদুন বসিষ্ঠ ঋষিবু উনরম্মী অমসুং মতিকচাব ইকায় খুম্নব উত্তুন মাগী নাদ য়েক্তবগী পাওহংলম্মী। মিকুপ খরদং অমন অমবু উনদুন মতিক চাব ইকাই খুম্নন সংকার তৌনরগ মখোয় পুন্নমক পুক্লিং নুঙাইব ওইনরদুন মহারাজগী মহলদ মাগী মাগী মতিক চাব আসন্দ ফমথনরম্মী। অমন অমগী সমপর্ক তিন্নব ওইবদ মখোয় পুম্বগী মকা লাম্ব হেনগৎলম্মী। মখোয় পুম্বন ইকায় খুম্নবগ লোইনন অমন অমবু য়াইফ পাওহংনরম্মী। অদুগী মতুং তাবদ পুক্লিং নুঙাইরব নিংথৌ দশরথন খুৎ লোন্নদুন মুনিদ হায় -

বিপ্রবর! অদোম অথোইব ধর্মাত্মা অমদি অথোইব দানপাত্রনি অমসুং লাইবক ফবদগী মফম অসিদ য়ৌবীরকপনি। হায়বীয়ু অদোমগী খ্বাইদগী থোইব অভিলাষা করনো? ঐহাক মহাত্মাগী করম্ব সেবা তৌজৌ হায়বগে? ভগবন! অহানবদ নহাক রাজর্ষি কৌনরম্মী তৌইগুম্বসুং তপস্যান নহাক্কী ব্রহ্মতেজবু ঙাম্মোকহনখ্রে। নহাক্ল ব্রহ্মর্ষিগী পদবু ফংলকখ্রে মরম অদুন নহাক ঐন খ্বাইদগী

হেন্ন পূজা তৌনফমনি। গঙ্গাগী ঈশিংদ স্নান তৌবদ ঐন য়াম্ন পেঙ্গব অদুগুম্ন নহাকপু দর্শন ফংজবদসু ওইরি। নুঙাইব অদু ঐতগী থম্মোইদ ইংহনবগুম তৌরি। ব্রহ্মন! নহাক্কী অন্তকরন্দগী অপায়, অকিব অমসুং অশাওব চংথোকখ্রে, রাগদ্বেষ য়াওদ্রে নহাক্তি লায়না শুকলে লৈত্রবনি অদু ওইরবসু ঐগী ইফমদ লেংবীরক্লি মসি থোইদোক্ল ঙকপ ঝাফমনি। মফমসিদ লেংশিনবীরিব নহাকপু দর্শন পূজন অমসুং বন্দন তৌজরগ নুঙাইব পেঙ্গদ্রি মদুদি সমুদ্রন মশামক্কী মনুংদ মপুং ফারব পূর্নিমা থাজগী মমি তাববু উরগ হরাওবন মশামকপু ফাথজব ঙমদদুন তোর্বানগী ঙমখৈ লানখত্তুন চংথোরকপগুম। মুনিবর! নহাক্কী অদুগুম্ব কার্য, প্রয়োজন অদুগীদমক্ত নহাক্ল মফম অসিদ লেংবিরক্লিব, মদুবু অদোম্ন মাই পাক্লে, সিদ্ধ ওইরে লৌবিয়ু; মরমদি নহাক মতম পুম্বদ ঐগী ইকায় খুম্নজফমনি। কুশিক শাগেগী নুঙাইনফম ওইব! নহাক্ল করিগুম্ব বিচার অমত্ত তৌবীগনু। ভগবন! নহাক্কীদমক্ত ঐগী করিসু পীরোইদব লৈতে; মরমদি পীরিব পোৎ অদু নহাক্লুম্ব সৎপাত্র ফংলবখক্তদ মহৈ য়ানব অর্থ থোকপ ওই। ঐহাক্ল অদোমগী কার্য পুম্নমক মপুং ফানব তৌজগনি নহাক ঐগী অথোইব লাই পরম দেবতানি।

আত্মজ্ঞনী মহারাজ দশরথন নোল্লুকপগ লোইনন হৃয়রিব অসিগুম্ব থোইদোক্ল থুম্লব তাবদ নুঙাইরব অমদি থোইদোকপ গুন্ন তিল্লব ঝাঙাংবু তারবদ গুন্ন য়োম্লব অমসুং মিংচং লৈরিব মুনি অথোইব বিশ্বমিত্রন য়াম্ন অপেনব নুঙাইব ওইরম্মী।

(সর্গ - ৪ -৬)

~oOo~

## বিশ্বামিত্রন মাগী যজ্ঞ ঙাক্লবগীদমক্ত শ্রীরাম নিব অমসুং নিংথৌ দশরথন মদুবু পীথোকপদ মাগী ঙমদব মতৌ উৎপ।

শ্রীবাল্মীকিন হায় - ভরদ্বাজ! অদুদগী মহাতেজস্বী বিশ্বামিত্রন তু চুংলদুন হায় - হে নিংথৌরেল! নহাক অথোইব শাগৈদ পোকপনি অমসুং মহর্ষি বসিষ্ঠগী য়াথং ইন্ন লৈবনি; মরম অদুন নহাক্কী চিনবান্দগী অদুগুম্ব ৱাঙাংশিং থোরকখিব অদু মালেম অসিদ নহাকমক্কী মতিক চাবনি। মহারাজ ! হৌজিক ইশাগী থম্মোইদ লৈরিব অভিপ্রায় (হায়নিংলিব ৱাফম) নহাক্কী নফমদ হায়জরি। যজ্ঞন মরম ওইদুন ঐন লাইগী কাংলুপ্পু পূজন হেক তৌরকপদ মতাং-মতাং অদুদ নিশাচর রাক্ষস খর লাক্লগ ঐগী যজ্ঞ অদুবু থুগাইদুন মাংহল্লি। ঐন কয়ারক হন্ন যজ্ঞগী অনুষ্ঠান তৌরম্মী তৌইগুম্বসুং রাক্ষস লুচিংবশিংন যজ্ঞ মণ্ডপ অদুগী লৈমাইদ ঈ অমসুং শদোং চাইশিল্লকখি। ঐন যজ্ঞগীদমক্ত ফন হোৎনরবসু মদুদ মহৈ য়ানব ওইদ্রে। মরম অসিন য়ৈখাই-থিনগাই ঙাথোক্লবগী পান্দম পুরদুন ঐন মফম অদুদগী নহাক্কী ননাক অসিদ লাক্লিবনি। পৃথ্বীনাথ! ঐন পুক্লিংদ বিচার অসি লৈতে মদুদি ঐন অশাওব ওইদুন মথোয়বু শাপ পীগে খনব। ঐন পাম্মী, নহাক্কী প্রসাদ(পেনবীব)দগী যজ্ঞ অদুবু করিগুম্ব অপন অয়েৎ য়াওদন মপুং ফারগ মদুগী অচৌব পুণ্য-ফলগী শরুক ফংব। মরম অসিন : খুদোংথিবদ তারব আর্ত ওইদুন চংজফম ফংগনি খন্দুন নহাক্কী ননাক্ত লাক্লিবনি; নহাক্ল (যজ্ঞ অদুবু ঙাকপন মরম ওইদুন ঐগী খুদোং থিরবসিদগী (উদ্ধার) লাম্বোকহনবদ মতিক চাবনি। নহাক্কী নচাইবুঙো শ্রীমান রামচন্দ্র ময়াই কারব নোংশাগী মতৌগুম্ন পরাক্রমীনি। মাগী পাঙ্গল শক্তি দেবরাজ ইন্দ্রগী চাংদমনি। মহাক্ল রাক্ষসশিংঅদুবু নমথেকপদ

মতিক চাবনি। মরম অদুন রাজসিংহ! মহাকী নচাইবুঙো অহন সত্যপরাক্রমী শুরবীর শ্রীরাম মহাকপু ঐগী ইফমদ শিন্নবীয়ু। মহাকপু ঐন ভাকুন থম্লগা মহাকী দিব্য তেজন অদুগুম্ব যজ্ঞ থুগাইব অমদি সংসার অপুম্বগী ফত্তনব তৌরিব রাক্ষসশিংগী মকোক ককথৎপদ মতিক চাব ওইগনি। ঐন শ্রীরাম অদুবু (অস্ত্র বিদ্যা তম্বীরগ) মখল কয়াদ লোইনাইদ্রব কল্যানগী শরুক য়াব ওইহনগনি মদুন্ন মহাক মরোল অহুমগী পুজা তৌনফম ওইগনি। রাক্ষস পাপীশিং অদু লালদ কালকুট কৌব হুগী মতৌগুম্ন অকিবগী মশক্তি। মখোয় অদু মখোয়ন পাঙ্গল অমসুং তৌঙম্বদ য়াম্ন নাপল কাবনি। মখোয় খর অমসুং দুষণগী মনাইশিংনি। অমদি শাওরক্রব মতমদ যমরাজগা পাংখক্তি। তৌইগুম্বসুং রাজসিংহ! মখোয় শ্রীরামগী তেনশিংদ মতৌ অসুম্ন খাণ্ডব ঙমলোই মদুদি উফুল মরিকশিংন লেপ্তন চুথরিব নোংগী নোংলিদ খাঙদুন লৈব ঙমদবগুম। মহারাজ! ঐন ঐগী তপকী শক্তিদগী বাকমসি অরেম্প মওংদ খঙই, নহাক্তসু ঐন হায়রিব মতুংইন্ন রাক্ষসশিং অদুবু শিরবমক্তি খনবীয়ু। মরমদি ঐ অমসুং ঐগুম্ব অতোম্প বিজ্ঞ পুরুষন চিংনব ওইব বিষয়দ খক চংশিন্দে।

কমল নয়ন শ্রীরাম অসি কনাগুম্ব অচম্ব পুরুষ নত্তে। মহাক সাক্ষাত পরমাত্মানি মহাকপু ঐন খঙই, মহাতেজস্বী বসিষ্ঠন খঙই অমদি অতোপ অতোম্প দীর্ঘদর্শী মহর্ষিনসু খঙই। করিগুম্ব নহাকী থম্মোইদ ধর্ম, গুনলৈব অমসুং মিংচৎকী থোইদোকপ মফম লৈরবদি নহাকী নুংশিজরব নচানুপা শ্রীরামবু নহাক্ত ঐঙোন্দ পীনবীয়ু। ঐগী যজ্ঞ অদু মদুদ শ্রীরামন্ন যজ্ঞদ্রোহী য়ৈখায়ব পীব, রাক্ষশিংবু হাৎকদবনি। নুমিৎ তরানিদ মপুং ফাব ওইগনি। হে কাকুৎস্থ! মসিগীদমক্তসু নহাকী বসিষ্ঠনচিংব মন্ত্রী পুন্নমক্ত নহাকপু শোইদন অয়াব মত পীরকনি। মরম অসিন নহাক্ত শ্রীরামবু ঐগ লোইনন থাবীয়ু। মতম চানা তৌহৌব খজিক্তং ওইরবসু থবক অদুন অচৌব

কান্নব ওই অমসুং হেন্দোকশ্লবদ তোঁব অচৌব উপকারী ওইরবসু অরেম্ব কান্নদব ওই।

মতৌ অসুম্ন ধম অমসুং অর্থন তিল্লব রা হায়রগ ধর্মাত্মা মুনীশ্বর বিশ্বামিত্র তুমিন্ন লৈখিরম্মী। মুনবর বিশ্বামিত্রগী রাবু তাক্না মদুগী চানব পাওখুম পীনকগীদমক্ত খরদং খল্লগ মহারাজ দশরথ তুমিন্ন ফমদুন লৈখি, মরমদি মাগী পুক্নিংগী অপাম্ব মপুংফান মনিং থুংদব ওইরব অদুগুম্ব লৌশিং চাওব মীন নাতে চাব পাওখুম ফংদনদি অপেনব খক ওইদে।

ভরদ্বাজ! বিশ্বামিত্রগী ভাষণ অদু তারবদ বাৎসল্য ভাবত লুপলিব অথোইব নিংথৌ দশরথ মিকুপ খরদং লেং-হায়দন ফমদুন লৈখি অদুদগী মতৌ অসুম্ন তুকথব রাভাংন হায়রকই - মুনীশ্বর! কমল নয়ন শ্রীরামগী অবস্থা হৌজিক চহি তরাতরুক ফাওব শুদ্রি। মহাক্ন রাক্ষসশিংগ লাম্ফেংনব ঙম্বগী মতিক চাব ঐন উব ঙমদে। প্রভো! ঐগী ইনাক্ত লান্মী অক্ষৌহিনী তেংগোল অম মপুং ফান লৈজে মদুগী মপু ঐমক্ত ওইজে। সেনা অসিগ লোইনন চত্তুন ঐমক্ত পিশাচশিং অদুগ লান তৌনগনি। লান্মীশিং অসি ঐগী ইথা পোনবনি, মথোয় ঐন য়োক থাকপনি। মথোয় লান্দ থৌবশিংনি মপাঙ্গল কনব অমসুং মতিক চাব পাওতাক পীবদসু য়াম্ন হৈশিংবনি। লান শোক্নব মতমদসু ঐ খুত্ত লিরুং পায়দুন পুন্নমক অদুবু ঙাক্কনি। মথোয়গ লোইনন য়াওদুন ঐন মহেন্দ্রদগীসু হেনগৎ থোইগৎলব অকনবশিংসিবু মতৌ অসুম্ন লাম্ফেংনবগী তাঙ্জা পীগনি মদুদি নোংশান ময়াই কারব শামুশিংবু পীবগুম্ন। শ্রীরাম হৌজিক অঙাং ওইরি। মঙোন্দ অথোইব খুৎলাইশিংগী জ্ঞান লৈত্রি অমসুং লানগী কলাদসু হৈশিংব ওইদ্রি। লানবুং চংবদ লান্দ থৌব কোটি কোটিগ লোইনন খুৎলাইশিং শিজিন্নদুন কমদৌন লানথেংনগদগে হায়বগী জ্ঞান মঙোন্দ লৈত্রি। সুপ্নতগী লৈকোলশিংদ নগরগী উপবনশিংদ অমদি উমংশিংগী বন

কুঞ্জশিংদ কোইব শান্নব ওইরি। মহাক রাজকুমারশিংগ লোইনন কোনুংগী লৈমাই অসিদ কোইশান শান্নব খক্ত খঙলি, মদুদ লৈশিংন শন্দোক্ল লৈরিব।

ব্রহ্মণ! হন্দক অসিদি ঐগী লাইবক্ল ওম্ন তৈনব ওইদুন মহাক অসি অসুম্ন ময়েং তাদুন ময়াং কংথপ্রে অমসুং কুচু কুমেন নাপু ওইপ্রে মদুদি উন তারক্লবদ থম্বালন নাপু শাদুন কংশিল্লকপগুম। ঐগী ইচানুপা মরিগী মনুংদ ঐন খ্বাইদগী হেন্ন নুংশিজব শ্রীরামদনি মরম অসিন ঐগী ধর্মাত্মা ওইব ইচা অহন শ্রীরাম্বু অদোম্ন মকম অসিদগী পুবিথিগনু। মুনে! করিগুম্ব নহাক্ল নিশাচরগী লানমীশিং মাংহনব পাম্বীরবসু ঐগ লোইনন চতুরঙ্গিনী সেনাবু পুদুন চৎপীয়ু। তানৈ মদুদি রাবণ কৌব অফাওব পাঙ্গনব রাক্ষস অম লৈ মহাক কুবেরগী হেক মনাওমক্লি অমসুং বিশ্রবা মুনিগী মচানি। করিগুম্ব ফত্তব রাক্ষস অদুমক্ল নহাকী যজ্ঞদ য়েখায়ব পীররব অদু ওইরবদি ঐখোয়ন ফত্তব দুরাত্মা অদুগ লাম্ফেংনবদদি ইতিক ওইদে। (সর্গ - ৭- ৮)

~o0o~

## বিশ্বামিত্রন শাওব, বসিষ্ঠন নিংথৌ দশরথবু থেমজিনব, নিংথৌ দশরথন শ্রীরাম্বু কৌরুনব দ্বারপান থাব অমদি শ্রীরামগী সেবকশিংন মহারাজদ শ্রীরামগী বৈরাগ্য ওইরব ফিভম্বু শীংথারব।

শ্রীবাল্মীকিন হায় - মচা নুংশিবগী মমিত্ত পিরাংন থল্লদুন নিংথৌন হায়রকখিব বা অসিবু তারগ বিশ্বামিত্র শাওদুন হৌগৎলক্লম্মী অমসুং নিংথৌদ অসুম্ন হায়রকই। “নিংথৌ! ঐ নহাকী অবাৎপ (অনিংব) মপুং ফাহনগনি ” অসুম্ন প্রতিজ্ঞা তৌরগ নহাক্ল মদুবু থুগাইরি। মদুন তাক্লিবদি অসিনি মদুদি নহাক

নোংশা ওইরগ হৌজিক লমহুই ওইব পামলে। রঘুবংশিংগীদমক্ত ব্যবহার অসি মতিক চাদবনি। অসিনদি শাগে অসিগী মার্যাদা ওন্ন-তৈনরক্লগনি। অয়িংধ থাবল পুব থাজদগী করিগুম্বদসু অশাব থাবল ফোংদোরক্তে নঙোন্দগী অসিগুম্ব ব্যবহার করিগুম্বদসু আশা তৌরক্তি। নিংথৌ করিগুম্ব নহাক্ন নহাকী প্রতিজ্ঞা (হায়দোকখিব ৱাকম)বু পাংথোকপদ ঙম্মদব, মতিক চাদব ওইরবদি ঐন অদুম্ন লাকখিব মাইকৈ অদুদ হনখ্রগনি। কুকুৎস্থবংশী নিংথৌরেল! নহাক নহাকী হায়দোকখিব প্রতিজ্ঞা লৈখা তাব ওইদুন মরুপ মপাং শাগে নাতৈগ লোইনন নুঙাইন লৈবীহৌরো।

মহামুনি বিশ্বামিত্র এশ।৭বন কুপশিনখ্রে খঙলবদ অথোইব ব্রতশিংবু পালন তৌরিব তপথরব অমসুং লৌশিং চাওরব বসিষ্ঠন হায়রকই - নিংথৌ! নহাক ইক্ষাকু শাগৈদ শংশংন অনিশুব ধর্মগী মতৌগুম্ন পোক্লকপনি। শ্রীমান দশরথ নহাক মরোল অহুমদ সজ্জনগী মতিক চারব সদগুনশিংন লৈতেংলিবনি। তপথহৈব অমদি অথোইব ব্রতগী ধর্ম মিংচৎন মপুংফাব ওইদুন মরোল অহুম ফাওখ্রবনি। নশাগী ধর্মবু খঙবীয়ু। মদুবু থাদোকপ তৌবিগনু। মুনি অসি মরোল অহুম্বু সাসন তৌবদ মতিক চাবনি। নহাক্ন মাগী য়াথংবু ঙাকপীগদবনি। নিংথৌ! তৌজগনি অসুম্ন প্রতিজ্ঞা তৌরগ করিগুম্ব নহাক্ন মদু ঙাক্ত্রবদি মিথ্যা ভাষন অসিন নহাকী ইষ্ট অমসুং আপূর্ত(যজ্ঞ যাগনচিংব অমদি পুখ্রি শুহানচিংবগী শেমগৎ লিংখৎখিবগী ফংব পুণ্য)বু মাংহনখিগনি। মরম অসিন শ্রীরামবু বিশ্বামিত্রগী খুত্ত শিন্নবীখো। নহাক ইক্ষাকু বংশদ পোকপনি অমসুং নশামক অফাওব ওইরিব নিংথৌ দশরথনি। করিগুম্ব নহাকমক্ন নশাগী ৱাঙাংবু ঙাক্ত্রবদি অতোম্প কনানদি ঙাকনি। বিশ্বামিত্র অসি ধর্মগী মুর্তিমান স্বরুপনি। মহাকসি পাঙ্গল অমসুং থৌনান মপুং ফারব বীর পুরুষশিংগী মরক্ত অথোইবনি। সংসার অসিদ খ্বাইদগী হেন্ন বুদ্ধি

লৈবনি অমদি তপস্যাগী অথোইব তুংনফমনি। অচৎ-চত্ত থরাই পানবশিংগ লোইনন মরোল অহুমদ মসি ফাওরিবনি মদুদি বিশ্বামিত্র মখল মখাগী খুৎলাই - অস্ত্রশিংবু খঙ-হৈবনি। খুৎলাইশিংগী জ্ঞান মঙোন্দ লৈরিব মদু অতোম্প কনাগুম্ব মীশিংন খঙব নত্তে অমসুং মতুংদসু খঙব ঙম্লরোই। দেবতা, ঋষি, অসুর, রাক্ষস,নাগ,যক্ষ অমসুং গন্ধর্ব পুন্নমক অসিন অমত্ত ওইন পুন্দুন লাক্রবদসু মথোয়ন বিশ্বামিত্রগ মান্নব ঙম্লোই; বিশ্বামিত্র অসিন লৈবাক পাল্লিঙৈ মতম অদুদ মাগী তপস্যাদ পেল্লদুন রুদ্রদেবন কৃশাশ্ব(মৈদগী) পোক্রকখিব অস্ত্রশিং দান তৌরকখিবনি। খুৎলাইশিং অদু অতোম্পন জয় তৌঙমদবনি। অস্ত্রশিং অদুগী অভিমানী দেবতা কৃশাশ্বগী মচাশিংনি অমসুং সংহার তৌবদ(মাংহনবদ) প্রজাপতিগী মচা রুদ্রদেবগ মান্নবশিংনি। অদুগুম্লব মশেক মঙাল লাওরব মহাতেজস্বী অমসুং মতিক মগুন লৈব অস্ত্র দেবতাশিংন মতম পুম্বদ মদুগী তুংইন্নরিবনি। মরমদি মহাক্র মাগী তপস্যাগী প্রভাবতগী মথোয়শিংদুবু মতম পুম্বগী ওইন খুদুম চন্দুন থমণ্ণবনি। মালেম ফাওরিব মহাতেজস্বী বিশ্বামিত্র অসি অসুম্ন অথোইব শক্তি শালীনি। মরম অদুন শ্রীরামবু মাগী মখুত্ত শিন্নদুন থাখিবদ নহাক্র নহাকী থম্মোইদ লাংতক্রব খক তৌরোইদবনি। মুনিশ্বর অসি মহান প্রভাবশালীনি। সাধু স্বভাব ওইব নিংথৌ, মহাক অদুন অসিগুম্ব পুরুষকী মনাক্ত লেপ্লবদ মহাক অপঙব মীগী মতৌগুম্ন নহাকী পুক্লিংদ অতোনব মতৌগী মফম পীরোইদবনি।

ভরদ্বাজ! বসিষ্ঠন মতৌ অসুম্ন হায়দুন থেমদুন জ্ঞান তাহল্লব অদুদ নিংথৌ দশরথগী পুক্লিংদ পেন্দুন নুঙাইব ওইখ্রে অমসুং মহাক্র মাগী মচা শ্রীরাম অমদি লক্ষ্মনবু কৌরুনবগীদমক্ত দ্বারপালবু কৌরম্মী - প্রতিহার! নহাক্র সত্য পরাক্রমী মহাবাহু শ্রীরাম অমসুং লক্ষ্মনবু বিশ্বামিত্রগী পুণ্যগী মশক ওইরব যজ্ঞবু অপন-অয়েং লৈতন পাঙথোক্লবগীদমক্ত থীন্দন মফম অসিদ কৌদুন পুরকউ। মহারাজন

মতৌ অসুন্ন য়াথং পীরবদ থোঙাকপ অদুন অন্তপুরগী শ্রীরামগী মন্দিরদ চংখিরম্মী অমসুং মিকুপ খরদ মদুদগী হল্লক্তুন নিংথৌদ হঙ্গৎলম্মী। দেব! নহাক্কী পাখোম পাঙ্গলন য়েক্লব পুষ্কগী নাপলবু নমথেকপীরিব মহারাজ! থোইমুন অহিংদ উমশিল্লব থম্বালগী মনুংদ নীংব কায়ন লৈবগুম শ্রীরামচন্দ্রসু মাগী ভবন মনুংদ অনমনে (খুরুম্ব ওক্তুন) তুমিন্ন লৈহৌই। দ্বারপালন অসুন্ন হায়বদ মাগ লাকমিন্নরীব শ্রীরামগী সেবক পুন্নমক মহারাজন তপথহল্লম্মী অমসুং মথং মথং ওইন মাগী পাও হংলকই - রাম কমদৌরি? মাগী ফিভম অদু করম তৌখ্রে? নিংথৌন অসুম হংলক্লবদ শ্রীরামগী সেবকশিংন অৱাব ওইরদুন মঙোন্দ হায়রম্মী- দেব! নহাক্কী নচা শ্রীরামগী হকচাং থোইদোক হেন্দোক্ল কংথখ্রে মাগী নুঙাইতবদ ঐখোয়সু অসুক্কী মতিক নুংনাংব ওইরে মদুদি ঐখোয়গী হকচাংসু লাগী মতৌগুম্ন পাথরে অমসুং ঐখোয়ন করিনো তৌদুন মাবু পুদুন লাক্লব তৌজগে। কমল নয়ন শ্রীরাম্ন ব্রাহ্মনশিংগ লোইনন তীর্থ যাত্রাদগী হেক হল্লকপ মতম অদুদগী মাগী পুক্লিং য়াম্ন নীংব কাইব উদাস ওইরক্লি। অদুগুম্ব শিজিন্নবদ মতিক চারব অহাওব, ফজব অমসুং পুক্লিং হুরবশিং অদুবু মান অসুন্ন হঙ্গোইজে মদুদি উবমক্ত মমিত্তগী পিরাং শিঙ্গবগুম। ভোজন শয্যা শাদোং হরাও নুঙাইব, স্নান,আসননচিংব অথোইব থবক নপ্রগ পোৎশিং পীশিল্লুরবসু মহাক্ল মদুশিংদু হরাওন লৌশিন্দে। (মদুদ মাগী পামদব ওইখ্রে) সম্পতিন, বিপত্তিন, য়ুমকৈন অমদি মখল মখলগী হোৎনবশিংন করিবু কান্নব ওইগনি। মরমদি পুন্নমক মিথ্যানি অসি হায়দুন মহাক তুমিন্ন হেক্ত লৈখি অমসুং মথন্ত ফমদুন লৈখি। ফাগী জোগাই তৌবদসু মহাক হরাও নুঙাইব তৌদে। ভোগশিংদ মাগী অপাম্ব লৈতে। করিগুম্ব মখলগী থবকশিং অমত্তদ চংশিনব তৌদে। মহাক মতম পুম্বদ মৌনভাবত চংশিন্দুনত লৈরি। অচিকপদ তোঙান তোঙানব মাইকৈশিংদ, তুরেলগী তোর্বানশিংদ জঙ্গলশিং অমসুং অশুকপ

বনশিংদ মান নুঙাইব ফংজে। মদু মাগী পামজবনি।মহারাজ! মহাক্ল শেংনব ফি অমদি চান-থক্লবগী পোংশিংবু লৌদদুন মতম পুম্বদ মদুগী মাইকৈদগী মাই লৈথোকই অমদি য়েংনিংদব নত্রগ বিরক্তি (পামদব)ন মরম ওইদুন সন্যাসী নত্রগ তপস্বীগী লীচৎ লৌদুন লৈ। নিংথৌ! শ্রীরামচন্দ্রজীন অচিকপ মফমদ মথন্নত লৈরগ করিগুম্বদ নোকপসু তৌদে, ইশৈসু শক্তে অমসুং কপ্পসু কপতে। মতম পুম্বদ পদ্মাসন্দ ফমদুন ৱাথল হাংব(খন্দব) ওইদুন সুপ্নগী ফম্বদ ওই। করিগুম্ব ৱাফম অমগী অভিমানসু তৌদে, অদুগ নিংথৌ ওইনবগী অপাম্ব ৱাখলসু থমদে, নুঙাইব ফংলগ হরাওবসু তৌদে অমসুং অৱাব ফংলগ নুঙাইতবসু তৌদে। ঐখোয় খঙব ঙমদে মহাক কদায়দ চৎলিবনো? করি তৌরিবনো? করি পাল্লিবনো করিবু ধ্যান তৌরিবনো? কদায়দ লাকইবনো অমসুং কমদৌন কনাগী মতৌ তমদুন তুংইল্লিবনো? মহাক নোংম নোংমগী শোম্ব-কংথরক্লি। নোংম নোংমগী কুচু নাপু ওইদুন শংজিল্লক্লী। নুমিৎ খুদিংগী মাগী বৈরাগ্য ওইব হেজ্জিল্লক্লি। মহারাজ! মতম পুম্বদ শ্রীরামচন্দ্রগী তুংইন্নরীব শত্রুঘ্ন অমসুং লক্ষ্মণসু মাগী মতৌগুম্ন শোম্বরক্লি। শ্রীরাম্ন মাগী মনাক্ত লৈরিব মরুপ মপাংশিং চান্নবশিংদ পাওতাক অসি পীরি - মদূদি ভোগ অসি মপানথোংদত ফজন উহনবনি অশেংবমক্তি মাংনবগী মশক্লি। মরম অসিন মসিদ নখোয়ন পুক্লিং খোইজংগনু। ঐখোয় পুম্বন অমাং অতা লৈতব পরম পদবু ফংহনবদ লাপথোকহল্লিব চেষ্টাশিংমক্ল ঐখোয়গী পুন্সি পুম্ব অরেম্বদ লেলহল্লি। মতৌ অসুম্ন থুম্লব অমসুং লংলব ৱাঙাংশিংন মান মতম পুম্বদ শোন্দুন ঙংহল্লি। করিগুম্ব মনাক্ত ফল্লিব কনাগুম্ব সেবক্ল মাবু অভিনন্দন তৌদুন মসি হায়রুরব মদুদি নহাক নিংথৌরেলনি; অদু ওইরবদি মহাক্ল মাগী ৱাঙাং অদুবু চোইরোল ওইন লৌদুন নাচংবীদন নোক্লকই অমদি মতম পুম্বদ মুনিগী মতৌগুম্ন লৈ। কনাগুম্বগী হায়রিব ৱাসু তাদে অমসুং মমাংদ তারিব পোত্তসু মিংয়েং থমদে।

ফজবদগী ফজব পোৎশিং ফংলবদসু পুন্নমক্ত মহাক্ল থৌওইবীদে। চুথরক্লিব নোংগী ইচেলশিংন অচৌব নুংঙ্গাওবু থুগাইব ঙমদবগুম কামদেবগী তেন ওইব মঙান চাওরবী শকহেনবী বনিতাশিংগী ময়াইদ লৈরবসু শ্রীরামচন্দ্রগী পুক্লিংবু ওলহনব ঙমদে 'লন অসি আপত্তিশিংগী অমত্ত ঙাইরব মফমনি। নহাক্ল মসিবু ফংগে করিগী খল্লিবনো?' শ্রীরামচন্দ্র পুন্নমক্ত অসুম্ন শিক্ষা পী অমসুং মাগী মরল পুম্ব মদুবু পাল্লিব নীরবশিংদ য়েম্বোকই। 'মসি আপত্তিনি মসি সম্পত্তিনি মতৌ অসুম্ন কল্পনাশিংগী মওংদ সুপ্নগী পুক্লিংগী মোহ (অজ্ঞান) খক্ত ফোংদোকপনি।' অসিগুম্বগী শ্লোকশিংবু মানা মতম পুম্ব শক্তুন লৈ। 'অব্রাবনি ঐদি শিরে, ঐদি ঙাকপীনিঙাই লৈত্রবনি মতৌ অসুম্ন মী পুম্বন পাখত্তুন লাওনরবসু কনানসু সংসার অসিদগী বৈরাগ্য ওইনদ্রি - মসি কয়াদ ঙকশ্রব ব্রানো?' শ্রীরাম্ন অয়াম্বদ অসিগুম্ব ব্রাশিংতবু ঙাংথোরকই। (সর্গ - ৯ - ১০)

~o0o~

**বিশ্বামিত্রনচিংবগী থৌইনদ্গী নিংথৌ দশরথন শ্রীরামবু সভাদ কৌরগ মাগী মকোক্ত মনম নমব অমসুং মুনিন হংবদগী শ্রীরাম্ন মাগী ব্রাখলগী মরু ওইরিব বৈরাগ্যগী মরম ফোংদোকপ-**

মতম অদুদ বিশ্বামিত্রন হায় - লৌশিং থোইব অফব মীশিং! অদুগুম্ব ব্রাদু লৈরবদি লাম্নী ময়াম্ন মখোয়গী লুচিংববু পুরকপগুম্ন নখোয় ময়াম্নসু রঘুনন্দন শ্রীরামবু য়াম্ন থুনমক মফম অসিদ কৌদুন পুবীরকউ। শ্রীরামচন্দ্রগী চংলকইব মোহ অদু করিগুম্ব খুদোংথিবদগী ওইবসু নত্তে অমসুং করিগুম্ব অপাম্বদগী ওইবসু নত্তে। মহাক বিবেক অমসুং বৈরাগ্যন মপুং ফারবনি, মরম অদুন মঙোন্দ

মোহ লৈতে বোধ (খঙব) মক ফংবদগীনি; মদুদি খ্বাইদগী থোইরব য়াইফ চাওখৎলকপনি। বিচারগী হৌরকফম মরু ওইব মোহ অসি মুক্তিন মরম ওইদুন কোকহল্লবদ রঘুনন্দন শ্রীরাম ঐখোয়গী মতৌগুম্ন পরম পদ ফংদুন লৈব ওইরগনি - ঐখোয়গী উপদেশতগী অশেংব বোধ ঙাম্মোরকপ ওইরবদ শ্রীরামচন্দ্র অমৃত থক্লব পুরুষকী মতৌগুম্ন (মতম অহুম্ন ককথত্তব ব্রহ্ম ওইব মতৌ ) মুদিতা (পরমানন্দ স্বরুপ ওইব) প্রজ্ঞা (অতৎপ লৈতন জ্ঞানগী মশক ওইব)বু ফংব ওইরগ বিশ্রান্তি নুঙাইব মপুংফাব, মৈশা লৈতব, হকচাং নোই পেনব অমসুং অথোইব মঙ্গলন তিনব ওইরক্লগনি। অদুদগীদি পুক্লিংদ মাগী মপুং ফাববু অনুভব তৌরদুন ইকায় খুম্নফম ওইরব শ্রীরামচন্দ্রন মাগী বর্ণ অমসুং আশ্রমগী মতুংইন্ন ফংলকইব ব্যবহার পরমপরাগী অপনব লৈতব মওংদ ঙাক্তুন লৈরগনি। মহাক পুমথোই থোইব সত্বগুণন তিল্লব জগৎ শিন্ন শন্দোক্লিব নির্গুণ-সগুণগী মশক ওইব পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী জ্ঞান্ন মপুং ফারব ওইরগনি। মহাক অহ্বা-নুঙাইগী ফিভমশিং ফংলরোই। মহাক্ল লৈপাক মতুম, নুং অমসুং সনাদ করিগুম্ব খেন্নব উররোই পুম্নমক অসিবু মান্নন খনব ওইরগনি।

মুনীশ্বর বিশ্বামিত্রন অসুম্ন হায়ব তাবদ নিংথৌ দশরথন য়াম্নমক হরাওরম্মী মদুদি মাগী পুক্লিংগী আশা পুম্ব মপুং ফারবগুম। মহাক্ল শ্রীরামচন্দ্রবু কৌরুনকীদমক্ত হন্ন হন্ন দুতকী মথংদ দুত থাব হৌরম্মী। নিংথৌ অমসুং মুনিগী ৱারী শানদুন লৈরিঙৈ মতম অদুদ শ্রীরামচন্দ্র মাগী মনাই খরদং অমসুং মনাও অনি লক্ষ্মণ অমদি শত্রুঘ্নগ লোইনদুন মাগী মপাবুংগী শেংলব মফম রাজসভাদ লাকখ্রে। শ্রীরাম্ন অরাম্পদগী মহারাজ দশরথবু উখি। ইন্দ্রবু লাইয়াম্ন কোইশিন্দুন ফম্বগুম মতৌ অদুগুম্ন মহাকসু নিংথৌ ময়াম্ন কোইশিল্লগ ফমদুন লৈরমখি। মাগী মাইকৈ অনিদ মহর্ষি বসিষ্ঠ অমসুং বিশ্বামিত্র ঙাম্মোইরম্মী। শাস্ত্র খিবিকী অর্থগী জ্ঞান লৈরব মন্ত্রি

শিংন লৈ পরেংগী মতৌগুম্ন মখোয়বু মাইকৈ পুম্বদগী কোইশিন্দুন ফম্লম্মী। অসোমদ বসিষ্ঠ, বিশ্বামিত্রনচিংব ঋষিশিং অমদি দশরথনচিংব নিংথৌশিংনসু কুমার কার্তিকেয়গী মতৌগুম্ন ফজরব শ্রীরামচন্দ্রবু অরাম্পদগী মখোয়রোমদ চংলকপদু উরম্মী। মহাক চিংলেম্ব অমসুং মান্নন য়েংব সমদর্শীনি। মাগী শাওং-শাদা মঙ্গলগী মশকনি। মাগী থম্মোইদি নোল্লুক বাখলন থল্লব অমসুং পুকচেল চাওব ওইরম্মী। হকচাং মঙাল চাওন চেনব অমসুং শান্ত (হিংথব)ন ভাম্নোকই। অমদি মহাক পরম পুরুষার্থগী ভাজন (পরমার্থগী মশক) ওইরম্মী। অশেংব গুনবু চেনবশিংগী তুংনফমনি। সদগুণ পুন্নমক্ত অমত্ত ভাইরব সত্ত্বগুণবু মিহৌবদগী মখোয়গী চংজকম লৌদুন তুংলবগুম্ন ওইরম্মী।

মুনীশ্বর বিশ্বামিত্রন মতম অদুদ মমাংগী বারীদু শারদুন শ্রীরামবু কৌরুনবগী হায়জখিব মতম অদুদ কমল-নয়ন শ্রীরাম মপাবুংগী চরন্দ খুরুম্নবগীদমক্ত মাংদ চংলক্লে। পুন্নমক্কী নুংশিরব মরুপ ওইব শ্রীরাম্ন অহানবদ মপাবুংগী চরন্দ কোক নোল্লে। মদুগী মতুংদ ইকায়খুম্নরব মীশিংনসু অথোইব ওইন ইকায় খুম্নরিব মুনি অনি বসিষ্ঠ অমসুং বিশ্বামিত্রবু প্রণাম তৌরম্মী। মদুগী মতুংদ অতোপ্প ব্রাহ্মণশিং, মরুপ মপাং অমদি গুরুজনশিংবু অভিবাদন তৌই অদুদগী নিংথৌ মপেন তৌনরকইব প্রণাম পরমপরাবু মহাক্ত হরাওব মিৎয়েংন মখোয়গী মাইকৈদ য়েংলগ মাগী মকোক খজিক লুকথদুন অমদি অথুম্ব বাহৈ খর হায়দুন তরাম্ন ওক্লম্মী।

অসিগী মতুংদ মহর্ষি অনিমক্ত শ্রীরামচন্দ্রবু মঙ্গল আশীর্বাদ পীরম্মী। অদুগী মতুংদ মাগী থম্মোইদ থোইদোকপ সমতাগী ভাবন থল্লব, লাইগ পাঙখক ওইন ফজরব শ্রীরাম্ন মপাবুংগী শেংলব মনাক্ত চংশিল্লক্লম্মই। মতম অদুদ নিংথৌরেল দশরথন মাগী চরণ বন্দনা তৌরিব শ্রীরামবু থম্মোইদ কোন্দুন মাগী মকোক মনম নমখি। অসুম্ন লান্দ থৌবশিংবু নমথরীব নিংথৌ দশরথন মাগী

নুংশিবন থল্লদুন লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্নবুসু থম্মোইদ কোল্লগ মখোয়গী মকোক মনম নম্লম্মী। অদুদগী শ্রীরামচন্দ্র পৃথ্বীমক্ত খোঙলোইশিংন থারীব ফিগী মথক্ত ফমথরম্মী।

অদুগী মতুংদ নিংথৌন হায় - ইবুঙো! নহাক বিবেক ফংব ওইরে। নং মথল মথাগী মঙ্গলগী গুণশিংন তুংনফম ওইরে। নহাকুম্ব মীন অহল লমন, ব্রাহ্মণশিং অমদি গুরুজনশিংগী য়াথংবু ঙাক্লদুন শেংলব পরম পদবু ফংনৈ। শুমহৎপ মোহ ওইদুন লৈরিব মীশিং মখোয়ন পদ অসি থক ফংব ওইদে। ইচা ইবুঙো! আপত্তিশিংসি অশোনব অমদি কৈশু লৈতব ওইদুন লাপ্ন লৈ নাক্ত চংলক্তে অদুক্কী মতিক মোহ (শুমহৎপ)গী শন্দোরক্লবগী মতম তাঙ্গাবু পীদ্রিব মথৈ।

মসিগী মতুংদ বসিষ্ঠন হায় - পাম্বোম কনব রাজকুমার! নহাক অচৌব শুরবীর লানঙম্বনি। নহাক্ল অদুগুম্ব বিষয়গী মশক ওইব য়েক্লবশিংদগীসু বিজয় ফংলে। মখোয়দুদি অৱাব পরম-পরাগী হৌরকফম পোক্লকফম ওইব অমদি মাংহনবদসু য়াম্ন ৱারব ওইব, অসুক শক্তি চেনব প্রভাবশালী ওইরগবু নহাক্ল অজ্ঞানী ওইব মীন ওইগদব বিক্ষেপকী মশক ওইব মশিং থিঙমদ্রব ঈথক পরেংন তিল্লব অমদি আবরনগী মশক ওইব জড়তা ঈশিংগী মশক ওইবন লৈতেংলব ওইরিব ব্যামোহ শুমহৎপগী সমুদ্রদ আত্মজ্ঞান য়াওদব মীগী মতৌগুম্ন করিগী ইরাক্লরিবনো?

শ্রীবিশ্বামিত্রন হায় - রাজকুমার! লেংহাইরিব অশংব থম্বালশিংগী মপৈগী মতৌগুম্ন অদুগুল্লব নহাক্কী মিৎন তথক তথকলিব মসিদ নহাক্কী থম্মোইগী লাংতক্লব মক্ল মরম ওই। অসিগুম্ব লাংতক্লব পোক্লিব মিৎশিংগী তথক্লববু থাদোক্লগ হায়রকউ করিগী শুমহৎলিবনো? নহাক্কী শুমহৎপ মোহ নল্রগ ভ্রমগী

মরম করিনো? পাপ পক্তব রাম! নংগী পুক্লিংদ অদুগুম্ব অভিলাষা অপাম্ব লৈরিব মদু পুন্নমক শেংন হৌজিক হায়দোরকউ। নহাক্ল নীংলিব পুক্লিংগী অপাম্বশিং অদু ফংগনি মদুদগী পুক্লিংগী ওইব লাংতক্লবশিংন অমুক নঙোন্দ অন্নাব ফংহল্লরোই।

অথোইব বুদ্ধি লৈব বিশ্বামিত্রগী ৱাঙাং মদুগী মনুংদ মাগী অপাম্বগী তুংইন্নব অর্থশিংবু ফোংদোকপ য়াওরিব অদুবু তারগ রঘু শাগেগী ফিরাল ওইরিব শ্রীরাম্ন অন্নাব নুংনাংবশিংবু থাদোকখি।

শ্রীবাল্মীকিন হায়- ভরদ্বাজ! মুনীশ্বর বিশ্বামিত্রন মতৌ অসুম্ন হংলবদ শ্রীরামচন্দ্রন তপথন মপুং ফাব অর্থগী পোৎলুম্ন লুমথরকপগুম মেংন মেংন পুক্লিং হুরব ৱাঙাংদ হায়রকই -

শ্রীরাম্ন হায়রকই - মুনীশ্বর! ঐহাক ইপাগী মহল অসিদ পোক্লকখি। মথং মথং চাওখৎলকই অমসুং মদুদগী ঐহাক বিদ্যাসু ফংলকই অদুগী মতুংদ সদাচারগী পালন্দ কায়দন লৈরগ তীর্থ যাত্রাগী পান্দমদ সমুদ্রশিংন কোইশিন্দুন লৈরিব পৃথ্বী অপুম্বদ ভ্রমণ তৌরুরে। মতম অদু ফাওবদি ঐগী পুক্লিংদ পোক্লকখিব ৱাখলশিং মদু সংসার অসিগী ওইব বিষয়দ শৌগৎপ পীব ওইরম্মী। তীর্থযাত্রা তৌরুরবগী মতুংদ ঐগী পুক্লিংসি বিবেকন থল্লম্মী মদুন ঐগী বুদ্ধি ভোগশিংগী মাইকৈদগী মহাও য়াওদব (বিরক্ত) ওইরক্লে অমসুং মদুন মরম ওইদুন মতৌ অসুম্ন ঐন বিচার তৌব হৌরকখি -

অদুগুম্ব সংসারসিবু শন্দোক্লিব মসিদ করি নুঙাইব ওই? (করিসু লৈতে) অচৎপ অমসুং চত্তব প্রাণিশিংগী (চেষ্টা) লেং হায়বগী বিষয় অমদি সুপ্নগী চাওখৎলিঙৈ বৈভব কালমক্ত লৈরিব ভোগগী পাম্বৈ ওইব পদার্থশিং পুন্নমক অসি লেংদন লৈতব মিকুপ্ত মাঙব, আপত্তিশিংগী মপু (হায়বদি সুপ্নগী বিপত্তিদ তাহনব) অমদি পাপকী মশকশিংনি। মদুদি মরীচিকাদ ঈশিং লৈতব

ওইরবসু ভ্রমদগী মদুবু ঈশিংনি খন্দুন মদুন শুমহৎলব শজিবু (মৃগ) বন্দ য়াম্ন লাপ্লফাওব চিংদুন পুই। মতৌ অদুগুম্ন অপঙব মূঢ়বুদ্ধি ওইরব মীশিং সংসারগী পদার্থশিংদ নুংশিইব য়াওদ্রবসু মখোয়দুবু নুংশিইব ওইন লৌই অমসুং মদুগী মিহৌবন চিংশিল্লদুন খা-বাং কোইচৎ-চত্তুন লৈনে। মসিদ মীশিংসি কনাগুম্ব অমন যোম্বেরকপ ওইদ্রবসু য়োম্বোকশ্লবগী মতৌগুম্ন অতোপ্পগী মীখা পোন্দুন লৈরি। বাফম অসিবু খঙলবদসু মদুদি পুন্নমক অসি মায়াগী শান্নবনি; অদু ফাওবদ ঐখোয় পুন্নমক্ত অপঙফালদ ফমথদুন লৈরিব (মায়া অসিদগী মুক্ত ওইননব হোৎনদ্রিব) মসি কয়াদ বানিংঙাই ওইরিব!

সংসার প্রপঞ্চ অসিদ অদুগুম্ব থোইদোক্ল লাইবক থীনবগী মশক ওইব ভোগবু উৎথোক্লি, মসি করিনো-মসিদ বিচার তৌগদবনি। মী পুন্নমক্ল অরেম্বদ মখোয়গী শুমহৎপদ তাদুন ভ্রান্তিন খুদুম চল্লব মশামক পুনববু য়াদুন ফম্লগ লৈনরি। মদুদি বন্দ করিগুম্ব গুহাগী মনুংদ তারব অপঙব শজিন কুইরকগী মতুংদ মসি খঙলকই মদুদি ঐ গুহাদ তারে। মতৌ অসুম্ন মীশিংন মতম কুইরকগী মতুংদ মসি খঙলকই মদুদি অপঙব জীব ঐখোয় অরেম্বদ মোহদ তাদুন লৈরক্লে। ঐঙোন্দ লৈবাক্তগী করি লৌনিঙাই লৈ অমসুং ভোগশিংদগীসু করি প্রয়োজন লৈ? ঐ কনানো? উরিব সংসার অসি করিনো অমসুং করিগীদমক্ত মাংদ লৈরিবনো? মিথ্যা ওইব পোৎ মদু মিথ্যা ওইদুনমক লৈশনু। মাগী মিথ্যা ওইবদ কনাগী করি মাংনিঙাই ওই? ব্রহ্মণ! মফম মফম কোইদুন ভ্রমণ তৌরিব লম্বী চৎপন মরুভূমিদগী বিরক্তি ওইরকপ মতৌ অদুমক্তুম্ন মওং অসুম্ন বিচার তৌর-তৌরদুন ভোগ পদার্থ পুন্নমক্তগী ঐগী পামদব পোকপ ওইরকখি।

মুনীশ্বর! তোঙান তোঙানব মখল মখাগী মওংশিংদ ফংলিব করিসু লৈত্রব তুচ্ছ ভোগশিংসিন ঐখোয়বু মতৌ অদুম্ন চপখাইদুন তুমশিলহল্লক্লি। মী

পুম্বন থব্রাই য়াওদব অচেতনগুম্ন ওইরগ প্রাণ কৌব নুংশিংন ইন্সিন্দুন অরেম্বদ মখোল থোক্লি মদুদি কীচক কৌব ব্রান মাগী মাগী অহোব মখুলশিংদ নুংশিং চংবদ বাসীগী মতৌগুম্ন মখোল থোকই। সংসারগী লল-থুমশিংন মতম পুম্বদ পুন্নমকপু লৌনম তৌদুন লৈরি। মখোয়সিন মীশিংগী মনোবৃত্তিবু শুমহৎলি অমসুং মখোয়গী পৈশিল্লক্লিব অফব গুণশিংবু মাংহল্লি অমসুং মখল মখলগী অব্রাব পীরি। অব্রাবশিংগী লাংগুম্ন শন্দোক্তুন লৈরি। লন-থুম বৈভবশিংসি চিন্তাশিংগী চক্করদ তাহল্লিবনি, মরম অসিন ঐঙোন্দ করিসু নুঙাইব পীদে অমদি চায়াম চেনবী নুপীন থল্লব য়ুমসু অকিবগী মশক ওইরব খুদোংথিবশিংগী লৈফম মফম ওইবগী মতৌগুম্ন ঐঙোন্দ অব্রাবখক্ত পোকফম ওই, নুঙাইব লৈতে। মুনে! ব্রা অমসুং নাপী-শীংবীশিংন কুপশিল্লব লৈক্রক-লৈকুংনুংদ তাননকী মরম ওইরিব অরাম খৌরাংনচিংব দোষশিংগী অমদি বন্ধন নচিংব দুর্দশাশিংগী বিচার তৌদুন লৈবন পুনশিল্লব শামুন করিগুম্বদ নুঙাইব ফংদে। মতৌ অদুগুম্ন হকচাংনচিংব পদার্থশিংগী মিকুপ্ত কাইব ওইবগী মরম মদুদ মখল কয়াগী দোষশিং অমসুং দুর্দশাশিংবু নিংশিংউরগ ঐগী পুক্লিংবুসু শান্তি ফংহন্দ্রি। অজ্ঞানগী মশক ওইরব অহিংদ কল্লব মোহগী মশক ওইব লৌনম্ন মীশিংবু জ্ঞানগী মশক ওইব মঙাল মাংহল্লবদ অতোম্পশিংবু অব্রা-পীবদ য়াম্ন হৈশিংলব বিষয়গী মশক ওইব হুরানব চাম চামন মতম পুম্বদ অমসুং মাইকৈ খুদিংদ বিবেকী মশক ওইব অথোইব রত্নবু হুরান্নবগীদমক্ত থব্রাই থাব পাম্মুদন মিকুপ নাহুম লুমদুন শেন্নরী। লানফমদ মখোয়বু হাত্তুন তাম্মোকখিনবগীদমক্ত তত্ত্বজ্ঞানী পুরুষসিংবু থাদোক্তুন অতোম্প করম্ব লান্দ হৈব মতিক চাব লৈরি (তত্ত্বজ্ঞানী খক্তন মখোয়বু মাংহনবদ মতিক চান ঙম্মী, অতোম্পন ওইদে)।

(সর্গ - ১১ - ১২)

~o0o~

## লন-থুম অমদি পুন্সিগী মচি লৈতব অমসুং অৱাব ওইবগী বর্ণন।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মুনে! লক্ষ্মী অসি, ধন সমপত্তি অসি সংসারদ করিগুম্ব লেংদব ওইন লৈরবদি নুঙাইব কয়াগী সাধনভূত পাম্বে ওইব উপায় ওইবগী মরম্ন মহাক খ্বাইদগী ফব পোৎনি- হায়বসি অপঙব মীশিংগী ভাবন শাব কল্পনানি। অশেংবমক্তি মদু করিগুম্বদসু লেংদন লৈব পোৎসু ওইদে অমসুং অথোইবনি হায়বদসু মতিক চাব ওইদে; মরমদি মহাক্ত পুন্নমকপু মীনমদুন শুমহৎলগা থম্মী। মরম অসিন(বিষয়শিংগী মতৌগুম্ন) মহাকসু লেপ্পমক অরেম্ব কান্নদবৰু ফংহনবনি। মদুদি তুরেলদ মশীং নাইদ্রব চরাংনব ইথকশিং হৌরকই অমসুং নুংশিৎকী মতেংন চাওখৎলকই মতৌ অদুগুম্ন শ্রী নত্রগ সম্পত্তিসিন কয়ামরুম ওইব চিন্তাগী মশক ওইবী মচা নুপীশিং পোক্লকই অমসুং মখল কয়াগী ফত্ত থৌজংন মরম ওইদুন চাওখৎপ ওইরকই। সম্পত্তি অসি শাস্ত্রগী সদাচার য়াওদব মীশিংন ফংউরগ খা-ৱাং চেন্দুন লৈরি। করিগুম্ব মফম অমদ খোংফম পুন্দুন লেংদন লৈব ওইদে। অপঙব সম্পত্তি অসি কনাগুম্ব মগুন চেনব মীন য়াম্ন ৱান হোৎনদুন তানশিনজরকপ ওইরবসু অয়াম্বদ মাগী (উপভোগ) শিজিন্নবদ লাক্তে অমসুং নিংথৌশিংগী হৌনশাগী মতৌগুম্ন (অথোইব মীশিংবু থৌওইদনসু) গুন অবগুনগী বিচার খক তৌদন অদুগুম্ব মনাক্ত লৈরিব মদুগী চংজফম লৌই। মীশিংন অদু ফাওবদ মশাগী অমসুং অতোম্প মীশিংগী মফমদ অথোৎপ(থৌজাল, পুকচেল চাওব অমসুং নুংশিবনচিংব তিনব)ওইরদুন লৈরম্বদু অকনব নোংলৈ নুংশিৎন হুন্নকপদ লেনগী মতৌগুম্ন ধন-সম্পতিন মরম ওইদুন অকনব অমদি খাংঙমদব ওইহল্লি। মদুদি উফুল খুজোক অমন মণিশিংবু মোৎহনবগুম ধন সম্পতি ন চাওর চাওরব বিদ্বান, শুরবীর, তৌবিমল খঙলব, ফজব অমসুং

থোংলব স্বভাব ওইরম্ব মীশিংবুসু শিদ্র দাগ পীদুন মোংহল্লি। ভগবন! ধন সম্পত্তি অসি নুঙাইনব নত্তে, অৱাব পীনবগীদমক্ত চাওথংপনি: মদুদি হৃগী মহৈ মপালবু য়োক্তুন থল্লবদি মদুন অশিব খক্ত পী। মতৌ অদুগুম্ব ধন সম্পত্তিবু ভাক্তুন থম্বসু মদুন মাংনবগী মরম খক্ত ওই।

কনাগুম্ব ধন সম্পত্তিন তিনব ওইরবসু মীশিংগী নিন্দাগী পাত্র ওইদব, অথৌব শুরবীর ওইরবদসু মশামক্কী চিন্দগী মশাবু হেনগৎ-থোইগংন প্রশংসা তৌদব অমদি স্বামী ওইরগনসু সেবক পুম্বদ অমদি প্রজাশিংগী মফমদ মান্নব মিংয়েং থম্ব মীওই মখল অহুম অসি সংসারদ তাংন ফংবনি। ধন সম্পত্তি অসি অৱাবগী মশক ওইব লিলশিংগী লৈফম ওইব অকিবগী মশক ওইরব অমসুং চংঙমদব লৈখুলনি অমদি অচৌব মোহগী মশক ওইব শামু লমশাশিংগী লৈনফম ওইব বিন্ধ্যাচলগী পাক চাওরব লমদমনি। হায়বদি মসি অচৌব অৱাব তাফম ওইব অমসুং অয়াম্ব শুমহৎপ মোহন কোইশিনফমনি। সংকটগী মশক ওইবী থম্বালশিংবু উমশিনহনবদ মসি অহিংগী মশক্কি। অৱাবগী মশক ওইবী থরোশিংগী শাৎকায়নবগীদমক্ত থাবলগী থবক তৌবনি অমদি অথোইব মিংয়েং (অথোইব বুদ্ধি)গী মশক ওইবী থাওমৈবু মুথৎপদ নুংশিৎকী মতৌগুম্বনি। লন-থুম অসিন অকিব অমসুং শেরান্নবগী মশক ওইব হুবু শন্দোকই। বিকল্প (চিংনব)গী মশক ওইব পোক্লফম অমদি অৱাব নুংনাংব পীনবগীদমক্ত অকিব ফংলব শীল অমোমগুম্বনি। বৈরাগ্যগী মশক ওইবী উরী লতাশিংবু মাংহন কংহন্নবগীদমক্ত লেনগী মশক্কি। কামনচিংব মনোবিকারগী মশক ওইব মকুশিংবু মপাঙ্গল হাম্প অমম্ব অহিংগী মশক্কি। বিবেক্কী মশক ওইব থাজবু য়োংনব উমশিন্নবগীদমক্ত রাহুগ পাঙথক্কি। অমদি অফব গুনশিংগী মশক ওইব থম্বালবু খুমজিলহন্নবগী ওইব থাগী থাবলনি। অসি খক্তসু নত্রি মসি চুমথাংগুম কুইন খক লৈতব, মচু

মথল কয়ান মরম ওইদুন পুক্লিং হুন উবনি অমদি নোংথাংগী মতৌগুম্ন তথকপ অমদি পোক্লকপগ মাংখিব ওইবনি মসি অয়াম্বদ জড় (ঈশিং অমসুং মুর্খ)খক্তদ তুংনফম ওই। মসি অরেম্প মশক্ত মিকুপ অমফাওব লৈতে। ঈশিংগী ইথক অমসুং থাওমৈগী মৈরীগুম্ন চঞ্চল ওই অমদি মখোয়দুবু খঙবদ য়াম্ন লুব অদুগুম্ব মশীং নাইদ্রব খুদোংথিব ফিভমশিং ফংহন্নবগী মশক্তি। ধন-সম্পতি অসি পুক্লিং হরাও নুঙাইফম ওইবন মরম ওইদুন চিত্ত বৃত্তিবু পুক্লিং ঈরম্ন মাগী মাইকৈরোম চিংশিল্লি। অয়াম্বন কান্নদব কর্মশিং ফত্তব পাম্বৈদগী মসিবু ফংব ওই অমসুং ফংলগনসু মসি ইকুই কুইদন মাংখিব ওই।

মুনে! জীবগী পুন্সি উনাগী মতোন্দ নপ্তুন য়াম্বরিব ঈশিং ইরিক্ক মাল্লান লৈতাদে। মদুন অঙাওবগী মতৌগুম্ন মতম চাদন হঙোইনফম ওইরব হকচাংবু থাদোক্তুন চংখি। মহাক অদুগী পুক্লিং বিষয়গী মশক ওইরব হুপুব লিলশিংগ লোইনবদগী পুংচোক চোকথব ওইরব অমসুং মদুদ অৱাংব আত্ম-বিবেক লৈতব, মখোয় অদুগী পুন্সিদ মখোয়ন ৱানফমমক ওইহল্লি। অদুগুম্ব খঙ্গদব ওইব গোং (পরব্রহ্ম পরমত্মা) দুবু খঙগ্রব অমসুং লোইখম লৈতব ব্রহ্ম পদদ লেংদন লৈখ্রব অদুগুম্ব মহাপুরুষশিংগী পুন্সি (আয়ু) মাংব-তোংব, অমদি অৱা-নুঙাইদ পুরিংবু মান্নব ভাবত লেংহন্দন থমখিব ওইবদগী নুঙাইবত পীনবগী মশক ওইরি। মহর্ষে! ঐখোয় পুম্বদি শওং-সাদা লৈব হকচাং অসিখক্তদ 'মসি আত্মানি' অসুম্ন খন্দুন লৈখোক্লে। মরম অসিন সংসারগী মশক ওইব অমঙব নোংগী নোংথাংগী মতৌগুম্ন ঙাল্লম্লগ লুপখিব ওইব অসিগুম্ব মিকুপ্ত মাংব ক্ষণ ভঙ্গুরগী পুন্সিদ ঐখোয় নুঙাইব ওইদে। শরত ঋতুগী য়াংগংবী লৈচিল, থাও লোইরব থাওমৈ অমদি ঈশিংগী ইথকী মতৌগুম্ন তথক্লব পুন্সিন হৌজিনখিবসি উনরি। ঈথক্ল ঈশিংগ চিংবদ মমি ওইন তারিব থাবু, নোংথাং চবুনবু অমসুং আকাসকী থম্বালবু খুৎন শায়ব

য়াগনি হায়ববুদি ঐ থাজব থম্ব ঙস্মী তৌইগুম্বসুং অসিগুম্ব অরেম্প লৈতব পুন্সি (চহি)বুদি ঐগী থাজব খক লৈতে। (ওইথোক্তব ৱাশিংন করিগুম্ব ওইথোক্লবসু পুন্সিগী মতমবু খামদুন থম্বদি ওইথোক্কে) কুমজেং কোকফাইন ৱাজনবগীদমক্ত মরুম পুব পাম্মী। মতৌ অসুম্ন মহাক অদুগী পুক্লিংন তৃষ্ণাশিংদগী নাম্বোকপ ঙমদ্রিব অসিগুম্ব মুর্খ ওইব মীন অৱা পোৎলুম পুনবগীদমক্ত অরেম্বদ কান্নদবদ পুন্সিবু শাংব (কুইনহিংব) পাম্বনি। ব্রহ্মণ! সংসার চক্র অসিদ অদুগুম্ব হকচাংগী মশক ওইব উরী অসি লৈশেমগী মশক ওইব সমুদ্রগী ঈশিংগী শকওন ওইব কোঙ্গোলমক্লি (মরমদি মদুগী মতৌগুম্ন থোইদোক্ল লৈতাদবনি) মরম অসিন মসিদ মতম কুইন হিংদুন লৈব হায়বসি ঐন অফবনি লৌদে। অশেংবমক অদুগুম্ব পুন্সি অদুবু অথোইব পুন্সি কৌনে মদুন শোইদন ফংফম থোকপ ওইব পোৎ পরমাত্মা জ্ঞানবু ফংলব মদুদগী অমুক অৱাব কোব লৈত্রব অমদি পরম নির্বাণগী মশক ওইব নুঙাইবগী মফম ওইরিব। তৌববুদি উপাল বৃক্ষসু হিংনৈ। শা অমসুং উচেকসু মহিংনৈ তৌইগুম্বসুং অশেংবমক্তি নুপা অদুগী পুন্সিদু মহৈ য়াল্লবনি মহাক অদুগী পুক্লিংদু মনম্ন মরম ওইদুন অহিংব ওইদ্রব নীংদব পুক্লিংগী ভাব (অমনীভাব) ফংলব। সংসারদ অদুগুম্ব পুন্সিদু পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি; অমসুং মথোয়দুগী পুন্সিদু অথোইবনি মদু অমুক হন্ন মসিদ পোক্লদ্রব। লেমহৌরিব প্রাণীশিংদি হনুব গথাগ মান্নে (মদুদি গথান য়াম্ন শাংন পুন্সিদুনসু অথোইব মহিং হিংদে। মতৌ অদুগুম্ন প্রাণীশিংগীসু পুন্সি ওই মদুন অপবিত্র ওইব হকচাংবু আত্মামক্লি খন্দুন লেনথোকই।

বিবেক লৈতব মী (অবিবেক)শিংগীদমক্তদি শাস্ত্রশিংবু নৈনব (অধ্যয়ন তৌব) পোৎলুমগী মশক্লি। ৱাগী (বিষয় পামশিনব) মীশিংগীদমক্ত তত্ত্বজ্ঞান পোৎলুম ওই। তপথদবশিংগীদমক্ত পুক্লিং পোৎলুমনি অমদি আত্মাজ্ঞান য়াওদব

মখোয়গীদমক্তদি হকচাং অরুম্ব পোৎলুম ওই। মহাক অদুগী বুদ্ধি মোৎলব মী অদুগীদমক্ত শক, পুন্সি, পুক্লিং বুদ্ধি অহংকার অমদি নোম্ব লিকপনচিংব পুন্নমক অসি মতৌ অসুম্ন অব্রাব পীনব ওক্ত ওই মদুদি অরুম্ব পোৎলুম পুরিব মীগীদমক্ত মাগী কোকথক্কী পোৎলুমদুন অব্রাব পীব ওইবগুম। পুন্সি (আয়ু)ন অকনব হোৎনব (নোম্ব) অমদি লেংদ্রব অব্রাবমকপু পীনবিবনি। মসিদ হোৎনকী লেপথোকপ কদৌঙেদ ওইদে, অপাম্বশিংগী মপুং ফাবসু ব্রাত্তুনত লৈ। মসি আপত্তিশিংগী অথোইব তুংনফমনি অমসুং লাইনাগী মশক ওইব উচেকশিংগী মকোলনি। মদুদি মখুলদ পোৎথাদুন লৈরিব অমদি হুন মরম ওইদুন মৈচাক পীরিব অকিব ফংলব লিন্ন বনকী নুংশিৎপু চাবগুম হকচাংগী মশক ওইরব লিল মখুলদ লৈরিব হুগ মান্নন মৈচাক পোৎহনব ওন্নব অকিব ফংলব লায়নাগী মশক ওইব লিলন জীবকী পুন্সিবু থক্তুন লৈরি। উ মনুংদ লৈদুন, তিল মচা মচা গুমশিংন অরিব উবু মতম পুম্বদ চিকথৎলকপ অমসুং মদুদগী উফুল মকুপ থাদদুন লৈবগুম মতম পুম্বদ ঈশিং, ঈ অমসুং অমোৎপশিং হাথহল্লিব ফত্তব লায়নানচিংব অব্রাবন অরৎ-অখম লৈতন পুন্সিবু ককথক্তুন লৈরি। হৌদোংন উচিবু থুনমক চাদুন য়োৎশিন্নবগীদমক্ত অকনব অনীংবগ লোইনন লেপ্তুন মখোয়গী মাইকৈদ য়েংদুন লৈব মতৌ অদুগুম্ন মৃত্যু অশিবনসু পুন্সিবু মাগী চথোম শেন্নবগীদমক্ত মতম পুম্বদ য়েংদুন শেন্নদুন লৈরি। সংসার অসিদ আয়ু পুন্সি অসি মতৌ অদুগুম্ন তপথন অমসুং নুঙাইন মতম পুম্বগীদমক্ত থাদোক্কদব ওইব থোইদোক্ল কান্নদব অতোনব, গুন য়াওদব অমদি অশিবগী চাকথুংওইব অদুগুম্ন অতোম্প পোৎ অমত্তন থক ওইদে।

(সর্গ - ১৩ - ১৪)

~oOo~

## অহংকার অমসুং চিত্তগী দোষ।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মুনি অথোইব! মশক মওং কয়ামরুম ওইব সংসার অসি তোনবদগীসু তোল্লব বিষয়দ নপশিনব মীশিংবু অহংকারগী খুদুমদ চনশিনখিবন মরম্মক ওইদুন অরৎ-অথম লৈতন রাগ দ্বেষ অপাম্ব-য়েংথিবনচিংব দোষশিংগী পুকৈগী মশক ওইরব অনর্থ কান্নদববু ফংহল্লি। অহংকারগী খুদুম চল্লব মীশিংগী মথক্ত আপত্তি চংলকই- মহাক্ল হকচাংগী ওইব অব্বাব খাঙব তারকই। অহংকারতদগী অব্বাব কয়াগী মরম ওইব পুক্লিংগী নুংনাংব, লাংতক্লব ওইরকই। অমদি অহংকারখক্তগী অপাম্ব ফংনিংব রাগ অমসুং ফত্তব হোৎনবশিং ওইরকই। মদুদি বহেলিয়া (নুংশিন খোংব যন্ত্র)ন মরম ওইদুন শজীশিংবু ফানবগীদমক্ত অচৌব লাং শন্দোকই মতৌ অদুগুম্ন অহংকারগী মশক ওইব দোষন মরম ওইদুন সংসারগী মশক ওইব অমম্ব অহিংদ জীবশিংগী পুক্লিংবু শুমহৎপ ওইব অচৌব মায়াগী লাং শন্দোক্লুন লৈ। অহংকার অসি শান্তিগী মশক ওইবী থাজবু য়োৎননব রাহুগী মকোকনি, পুণ্যগী মশক ওইবী থম্বালশিংবু মাংহন্নবগীদমক্ত উনগী মশক ওইব বজ্রনি অমসুং জীব পুম্বদ মান্নন য়েংব (সমদর্শিতা)গীমক মশক ওইবী অমঙব নোংবু মাংহন্নবগীদমক্ত শরদ ঋতুনি, অসিগুম্ব অহংকারবু ঐন থাদোক্লে। ঐ অদুগুম্ব মিং কৌবদু নত্তে অদুগ বিষয়শিংদসু ঐগী অপাম্ব লৈতে অমসুং পুক্লিং অসিসু ঐগী নত্তে। ঐদি শান্ত ওইন লৈদুন পুক্লিংবু জয় তৌরব মহাত্মা পুরুষকী মতৌগুম্ন ইশান ইশাতদ লেপ্পুন লৈজব পাম্মী। ব্রহ্মণ! করিগুম্ব অহংকার লৈরবদি আপত্তি কালদ ঐ অব্বাব ওই অমসুং করিগুম্ব লৈত্রবদি ঐন মতম পুম্বদ নুঙাইববু অনুভব তৌই; মরম অসিন অহংকার য়াওদন লৈবতন পুমথোই থোইবনি।

হে মুনে! ঐন অহংকার থাদোক্লগ শান্ত চিত্ত ওইদুন পুক্নিংগী ইথক য়াওদন ফমদুন লৈরি মরমদি ভোগশিংগী মপৈগী তুংনফম্মক মিকুপ্ত কাইবনি। অসিগুম্ব দেহগী মশক ওইব অচৌব বন অসিদ শূক্লব অহংকারগী মশক ওইব নোই-পেল্লব নোংশা লৈরি। মদুন জগত অসিদ শন্দোকলি, মসিবু মাগী শান্নফম ওইরি। মুনে! য়েক্লবন কনাগুম্ববু হাৎননকীদমক্ত মন্ত্র-তন্ত্রন মরম ওইদুন মারণ-উচ্চাটন্নচিংব লাং শন্দোকই। মতৌ অদুগুম্ন অহংকারগী মশক ওইরব অচৌব য়েক্লব অসিন জীববু লৈখা তাহন্নবগীদমক্ত মন্ত্র-তন্ত্র য়াওদন নুপী,মচা, মরুপনচিংবগী লাং শন্দোক্তুন থল্লি। অহংকার অসিবু মরু ফুকতৎলবদ পুক্নিং ৱাবগী নুঙাইতব চিন্তা পুন্নমক থিন্দন মশা মথক্ত লুপ্থজখি। অহংকারগী মশক ওইব লৈচিলন কায়দুন মাংখ্রবদ শান্তিবু মাংহ্লব্রব অমদি থম্মোই আকাশতা শন্দোক্তুন লৈরিব অচৌব মোহগী মশক ওইব অশাওব তপ্ন তপ্ন কদায়দনো থংদন লুপশিনখি। মুনীশ্বর! মাইথিব পুম্বগী ময়ুম, শান্তিনচিংব অথোইব গুনশিং য়াওদব অমদি থম্মোইগী মনুংদ লৈরিব অনিত্য অহংকার অসিদ ঐন চংজব পামদে(মাগী মথা পোনব পামদে) ইশাগী লৈতারব বুদ্ধিন ঐন ফজন খণ্ডজরে মদুদি অহংকার কৌব পোৎ অসি মাইকে পুম্বদগী অতিশয় মণ্ডোন্দগী হেনব লৈতব অৱাবগী মশক্লি। মরম অসিন ঐগীদমক্ত অদুগুম্ব তৌফম থোকপ লেমহৌদুন লৈরিব মদু পুন্নমক তাকপীদুন অদোম্ন ঐবু অধ্যাত্মগী বিষয় ওইবশিংদু উপদেশ তৌবীয়ু।

হে মুনীশ্বর! নুংশিৎকী ইহুন ফংবদ ৱাহোং মশাগী মথক্কী শরুক্ত কন্ন নীকপ হাইবগুম তথকপ চিত্তসু থোইদোক্ল লাংতক্লদুন কান্নদব অরেম্বদ কোইচেন চেন্দুন লৈরি। হুইন মপুকীদমক্ত লাংতক্লরদুন খুঙ্গংদ লাপ্তগী লাম্প য়ুমশিং নক্লগ মফমশিংদ কোইচৎ চত্তুন লৈবগুম ফিভম অদু চঞ্চল ওইব লৈতাদ্রব পুক্নিং অসিগী ওই। মসিন করিগুম্বদসু করিগুম্ব অনুকুল পামজব থুংব পোৎঅমত্তসু

ফংব ওইদে। মরম অসিন মসি অতোনব ওইদুন লৈ। করিগুম্ব মসিন অচৌব লনগী পুকৈ ফংলবদসু মহাক মনুংদ পেনব ওইদে। মদুদি পয়া নম্রগ লীন শাব থুমোক নম্রগ পোলাংদ ঈশিং হৈবদ করিগুম্বদসু খক থনব নাইদবগুম ললন মীওইকগী পুক্লিং অপেনব পীব ঙমদে। মুনে! মাগী মপাং শঙ্গুদগী নাম্বোক্তুন লাংদ থুজিল্লব শজীন করিগুম্বদ নুঙাইব ফংদে মতৌ অদুগুম্ন সাধনশিং য়াওদ্রব(অমদি সৎসঙ্গ য়াওদ্রব) পুক্লিং মতম পুম্বদ ফত্তব বসনাশিংগী লাংদ থুদুন লৈ। মরম অসিন করিগুম্বদসু নুঙাইব অমসুং অপেনববু ফংদে। মুনে! ঈথকশিংগী মতৌগুম্ন চঞ্চল বৃত্তিবু পুরিব পুক্লিং অসি মাগী অপৌব-অকুম্প কায়াৎকী বিভাগ (শরুক)পু থাদোক্লগ মিকুপ অমতং ফাওব থম্মোইদ লৈতান লৈতে। বিষয়শিং খনবদ ইথক হৌহন্দুন লৈ। পুক্লিং অসি মন্দরাচলগ থেংগাইনবদগী চোংখৎলিব ক্ষীর সাগরগী ঈশিং মপৈগী মতৌগুম্ন মাইকৈ তরাদ চেন্দুন নম্রগ কোইরে লৈদুন লৈ তৌইগুম্বসুং করিগুম্বদসু শান্তিদি থক ফংদে।

ব্রহ্মণ! শজীন লৈকু-গুহাদ তাগনি হায়বগী করিগুম্ব চিন্তা লৈতন অশং-অশংব নাপী চানবগী অপাম্বন থৌইন্সিন ওইদুন য়াম্ন লাপ্লফাওব চৎথোকই; মতৌ অদুগুম্ন পুক্লিং অসিসু নরক্কী লৈক্রক্ত তাগনি হায়বগী নাচুংদন ভোগ ফংনবগী আশাদ য়াম্ন লাপ্ন লম্ফে চত্তুন কোইঙাওনদুন লৈ। মদুদি শারংদ শো লোন্দুন থল্লিব নোংশান চিন্তান মরম ওইদুন মফম অমদ তুমিন্ন লেংদন লৈব তৌদব মতৌ অদুগুম্ন মখল কয়াগী চিন্তাশিংন থোইদোক্ল চমন্নহল্লব পুক্লিংন মাগী চঞ্চল বৃত্তিন মরম ওইদুন করিগুম্বদ তপথন লৈব ফংদে। কাঙান ঈশিংদগী শঙ্গোম খন্দোকপ মতৌ অদুগুম্ন মোহগী মশক ওইব দোলাই তোংলিব পুক্লিং অসিনসু হকচাং অসিদগী ঈথক য়াওদব সমতাগী নুঙাইববু হুরাল্লি।

ব্রহ্মণ! পক্লিংগী মশক ওইব গ্রহসি মৈদগীসু হেন্ন শাই। মসিগী মথক্ত

কাখৎপ অঙম্ব চীং কাবদগীসু হেন্না লুই। অমসুং মসি বজ্রদগীসু হেন্না কল্লি। মসিবু খুদুম চনশিনব হায়বসি য়াম্নমক লুই। শদোং চাব উচেক্ক শদোংদ হোৎচিনবগুম পুক্লিংসু ইন্দ্রিশিংন ফঙ্গদব বিষয়শিংগী মাইকৈদ চেনশিল্লি। অদুবু অঙাংন অহানবদদি শাম্নপোৎকী মাইকৈদ মিতারম্মী অদুদগী মদু ফংলব ঙাইহাক্কী মথংদ মদুদগী মাই লৈথোকই মতৌ অদুগুম্ন পুক্লিং অসি ফংলব বিষয়দগী মিকুপ্ত পাল্লক্তব ওইরকই অমসুং অনৌ অনৌব বিষয়শিং থিরকই।

সমুদ্রবু থক্তোকপ, সুমেরু পর্বতপু মরু ফুক্তুন লংথোকপ অমদি মৈবু চিঙ্গাক ওইন চাব মখোয়সি অচৌব তৌঙমদব থবক্লি। অদুম ওইনমক অরাংব পুক্লিং চঞ্চল চিত্তবু খুদুম চন্দুন লাকশিনব হায়বসিসু মদুদগী হেন্না চাওব অমসুং অরুব থবক্লি। হেক ৈ.রিব পোৎ পদার্থ পুম্বগী হৌরকপ মরম চিত্তমক্লি। পুক্লিং চিত্তন হেক লৈরিব অদুক্কী মখে লোক অহুম লৈরি, মহাক মুৎথ্রবতদ জগাৎ মুৎপ ওই। মরম অসিন চিত্তগী মশক ওইব লাইনা অসিবু য়াম্ন চেকশিন্ন লায়েংগদব ওই। মুনে! অচৌব চীংজাওদগী মখল মখাগী ওইব বনশিং অমদি জঙ্গলশিংগী পোক্লকপ মতৌ অদুগুম্ন পুক্লিংদগী লীশিং লীশিং ওইব অৱা-নুঙাইশিং পোক্লকই মসিদ চিংনফম লৈতে। অধ্যাত্ম বিষয় ওইব বিবেক (অচুম-অরান খন্দোকপগী বিচার)ন পুক্লিং অসিবু শোম্বহল্লব মদুদ অৱা-অনা পুম্নমক অসি লেপ্লমক মপুঙ ফান শৌদোক্তুন মাঙই - অসুম্ন ঐন থাজে। অথোইব মুমুক্ষ পুরুষশিংন মসিবু খুদুম চল্লবদ শম, দম, ক্ষমা, দয়া সমতা, শান্তি, সন্তোষ- সরলতানচিংব সদগুণ পুম্নমক মনীং তম্বদ লৈগ নি আশা তৌনরিব অদুগুম্ববু য়েক্লব ওইরিব চিত্তবু খুদুম চন্নবগীদমক্ত ঐন মখল পুম্বদগী থৌরাং তৌদুন লৈরে। মরম অসিন থান অমঙব লৈচিনশিংবু তৱাম্ন ওক্তব মতৌ অদুগুম্ন ঐসু অকনব বৈরাগ্য- সম্পত্তিন তিনব ওইদুন জড় অমসুং অমোংপ শান্নবদ নুঙাইরিবী লক্ষ্মীবু তৱাম্ন থাগৎপ অভিনন্দন তৌদে।

(সর্গ -১৫ - ১৬)

~o0o~

# তৃষ্ণাগী নিন্দা

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মুনীশ্বর! চেতন জীবরূপী অহিংব জীবগী মশক ওইব আকাশত থম্মোইগী অজ্ঞানান্ধকার (অজ্ঞানগী অমম্ব)ন পুংমম মঙ্গলব তমথিরব তৃষ্ণা (অপাম-খৌরাং)গী মশক ওইরব অহিংগী মতেং ফংলবদ মখল মখাগী দোষকী মশক ওইরব মকুশিংন পুনশিন্নদুন থবক তৌব হৌরকই; মদুদি অহিংদ লিক্লাগী ইরিকশিংন লুজরব অমদি নাক য়েংকী উপবনশিংদ লৈশাং তল্লিব কাঞ্চন পুষ্পগী (শগোইদাক মপাল) অরংব ফজবন লৈতংলব চনাগী মহৈশিং লেপ্পমক য়াম্ন চাওখৎহনব ওই। মতৌ অসুম্ন মখল কয়াগী অব্বাবগী মশক ওইব মীকপ-মীরাও ফোংদোক্লকপ মিংকী পীরাং মতুমশিংন ফুনগৎলব, অমদি অনকপদ লৈব সনানচিংবগী অভিলাষা অপাম্বন লংখৎলব চিন্তা নম্রগ তৃষ্ণা শোইদনমক হেন্ন হেন্ন চাওখৎলকই। সমুদ্রগী মনুংদ ইরৈ ইথকন চরাংনব পোক্লবগীদমক্ত ইথকশিং ইহৌরকই মতৌ অদুগুম্ন থম্মোইবু চরাংনহনব তৃষ্ণান, অন্তকরন্দ ভ্রম অমদি লাংতক্লব পোকহন্নবগীদমক্ত ঙমখৈ অদু ফাওব য়ৌশিল্লকই, মদুদ মহাক্ল লম্নচিংব ফংনবগী অব্বাবগী হৌরকফম কলঙ্কিনী তৃষ্ণান মাবু কদায়দনো খণ্ডদন করিগুম্ব মফম চাদব ফিভমদ তাহল্লি। মদুদি লাংদ থুজিল্লব উচেক, মাগী মহুমদ হন্নবগী শক্তি য়াওদন মফমদুমক্ত অব্বাবন শুহত্তুন লৈব অদুগুম্নমক ঐখোয় খুদিং চিন্তা নম্রগ তৃষ্ণাগী লাংদ থুজিন্দুন ঐখোয়গী অশেংব মশক পারমার্থিক স্বরূপপু ফংবদ মতিক চাদব ওইদুন মোহদ লুপ্তন লৈনরি।

তৃষ্ণা অসি অগ্রওব শগোলগুম্বনি মদুন মসিদগী অরাপ-অরাপদ চৎলুরগ হন্ন হন্ন হল্লকই অমুক থুনমক মাইকে পুম্বদ কোইলে লৈদুন লৈ। অদুগুম্ন তৃষ্ণা

অসিন ধর্ম অমসুং অধর্মগী মতুংইন্ন মতম পুম্বদ স্বর্গ অমদি নরক্ত হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুন চেতন অমসুং জড়গী কিশিদ লৌশিন্দুন লৈরি - জড় পদার্থশিংগী সম্বন্ধ থমলি অমসুং মতম পুম্বদ ফুম্বংনদুন লৈরি। অদুগুম্ব হকচাংগী মনুংদ পুক্রিংদ লেংশিল্লিব মদুবু ককথৎপ হায়বসি অয়াম্বদ পুন্নমকী ওইন থোইদোক্ল অরুবনি, তৃষ্ণা অসিন মরম ওইদুন মীওইবন মতৌ অদুগুম্ন পোংলুম্ন ননব ওইহল্লি। মদুদি লীশাং থৌরিন শনবু মতম অদুদ অরুম্ব পুনবগীদমক্ত লাংতরুহনবগুম শাদানবগী নুপীন উচেকশিং থুননবগীদমক্ত লাং শেম্মী মতৌ অদুগুম মতম পুম্বদ চিংশিনবগী হৌনশা ওইব তৃষ্ণান মীশিংবু লাংদ থুজিল্লহন্নবগীদমক্ত নুপী, মচা অমসুং মরুপ্নচিংবগী পরমপরা শেনদুন লৈরি। ঐ তপথব থীর ওইরবসু অকিবগী মশক ওইরব অমুব অহিংগী মতৌ তৃষ্ণান ঐবু কিহনবগুম্ব পীরি। বিবেক্কী মশক ওইরব মিংন তিল্লবদসু মহাক্ল ঐবু মিংতাংবগুম্ন ওইহল্লি। অমসুং সৎচিদানন্দঘনগী মশক ওইরবদসু ঐবু মান অবাবদ থাদবগুম্ন তৌরি।

তৃষ্ণাবু - অমুবী লীল অমোমগুম্ন লৌগদবনি। মহাক নমথাক লৌনম লীশিং কয়ান থনবীনি। বিষয় ভোগগী নুঙাইবদু মাগী মোংলব মখুৎন শোক্রবনি। মহাক ফিভম কাইব হুমকপু থক্রবনি অমসুং খজিক্তং শোকপদসু চিকখ্রবনি (মাগ শম্নরুরব প্রানীবু মাংহল্লি। (লীল অমোমগী শাজৎ খোই অমসুং শোকপদ থোং মেংব ওই অমসুং মঙোন্দ খরদং শোক্রুরবদি শোক্রিব মীদু চিক্তুন শিহল্লি। অসিখক্তবু নত্রি, তৃষ্ণা অসিবু কালী-কলটী রাক্ষসীগ মান্নবনিসু তাক্রি। মহাক্ল মীশিংগী থম্মোইবু থিনগাইরি অমদি মায়াগী মশক ওইব জগত অসিবু শেল্লিবীনি। লাইবক থীব পীনরিব অমদি অতোনব মতৌগী প্রতিমূর্তিনি। চীংগী লোক্রুংদ মখল অমগী উরী হৌই মদুন নুমিৎকী কিরনশিংবু ফংদবদ মতম পুম্বদ মোত্তুন লৈ, মদু চাবদ খায় (কড়বী)অমসুং ময়াই কাবগী লাইনা নেশা পোকহল্লি। মাগী মরীদু য়ান্ন

**শাংই অমসুং মদুদ মহিংগী শরুক্ক হেন্ন য়াওই। তৃষ্ণা অসিবু উরী অদুগী মতৌগুম্ন মতম পুম্বদ অমোৎপ ওই- পরিনামদ অৱাবদগী অঙাওব ওইহল্লিব, বাসনাগী মশক ওইব পাকচাওন শন্দোকপ মরী মতাংন তিল্লব অমদি বিষয়শিংদ কন্ন য়েংশিনব ওইহল্লি। মদুদি অৱাংব পামেলশিংগী মশাশিংগী মতোন্দ লৈরিব কংলব ময়োনশিং লৈ শাত্তন, মহৈ য়ান্দন তিংখংন থনব ওইবন মরম ওইদুন নুঙাইব পীনফম ওইদে; মতৌ অদুগুম্ন তৃষ্ণাসু কান্নফম লৈতব মহৈ য়ান্দব অরেম্বদ শন্দোকপ অমঙ্গলগী মশক ওইবী অমসুং তমথিবীনি। মসি করিগুম্বদ নুঙাইব পীব ওইদে। সংসারগী মশক ওইব পাকচাওরব বনসিদ তৃষ্ণাগী মশক ওইবী হুগী উরী-ৱারীন শন্দোকুন লৈরি। অহল ওইশিল্লকপ -শিব জরা-মৃত্যুনচিংবমক্ক মাগী মপাল শাৎপনি অমদি লৈখা তাব অমসুং উপদ্রবমক্ক মহৈনি।**

মুনে! চিন্তা তৃষ্ণা অসি তথকপী ৱাহোং অমোমগুম্বনি। ৱাহোং অমোম্ন নোংজুগী ইরিক্ক তারকপদ হন্ন হন্ন জগোই শায়। শরদ ঋতুগী মঙাল লাক্লবদ ইংথদুন লৈ অমসুং খুদোং থিরব মফমশিংদসু মখোঙ থম্মী মতৌ অসুম্ন তৃষ্ণাসু লৈক্রক-লৈকুৎকী মতৌগুম্ন মোহগী ফিজং মরুমদ ঙাম্বোকই - জগোই শারকই, বিবেকী মঙালন শন্দোরকপদ তুমিন্ন ইংথখি। অমসুং ফংঙমলোইদব পোৎশিংদসু মখোঙ থাংজিল্লি। সুপ্নগী নোংজু মতমতদ চেনব লোকচপকী তুরেল মচা অমসুং তৃষ্ণাদ মান্নব খর লৈ। তুরেল অদু নোংজু নত্তব অতে মতমদদি মতম শাংন ঈশিং য়াওদন তাদুন লৈ; বর্ষা ঋতুদসু মরক মরক্ত নোং চুব লেপখিবগ মহাক ঈশিং য়াওদবী ওই তৌইগুম্বসুং নোং চুরবদ মদুদ মিকুপ খরদ ইজাও-ইপাব ওই অমসুং ঈশিংগী ইরৈ-ইপোম ঈথক হৌরকই। মতৌ অসিগুম্ন তৃষ্ণাসু মতম য়াম্ন কুইন মহৈ য়ান্দবী ওই, করি করিগুম্বদ মহৈ য়াল্লগসু মরক মরক্ত মহৈ য়ান্দবী ওইন লৈ। জড় পদার্থশিংতবু মান হেন্ন নুঙাইব ফংই অমসুং মিকুপ অমতং মান হরাও

নুঙাইরম্মী। মচিঙাকী মিহৌবন লাংতক্লব্রব উচেক মহৈ য়াম্দন (পাম্দন) হৌরিব বৃক্ষবু থাদোক্লম্লগ অতোম্প মহৈ পানব উপালদ চংলি। মতৌ অদুগুম্ন তৃষ্ণাসু বিবেকী অমসুং বিরক্ত পুরুষপু থাদোক্লম্লগ বিষয়দ লুগ্রীব মাগী মনাক্ত চংশিল্লি। তৃষ্ণা অমসুং তথকপ য়োংনাওশিং অনিগী হৌনশা স্বভাব অমত্তনি। মথোয়ন অনৌ অনৌব উহৈবু পাম্মী অমসুং বিষয় ওইরিব মফম অমথক্তদ মতম কৃইন তুংদুন লৈতে। তৃষ্ণা অসি থম্মোইগী মশক ওইব থম্বালদ তোংলিব খোইমুনি। মসিন মিকুপকী মনুংদ পাতালদ চংখি অদুগ মথংগী মিকুপ্ত আকাশত অমুক কোইরুই অমসুং মীকুপকী মনুংদ মাইকৈগী মশক ওইবী নিকুঞ্জদ ঙংদুন লৈব উহল্লি। সংসারদ হেক লৈরিব দোষ হায়ব মথৈদগী তৃষ্ণাদি অমত্ত ঙাইরব মতম শাংন অমঙব নোংগী শরেংন মোহগী মশক ওইবী লৈচিন থান কুপশিন্দুন অথোইব জ্ঞানগী মশক ওইব নুমিৎকী মঙালবু খুজিল্লি অমসুং জগতপু সুপ্নগী জড়তা অজ্ঞানতমক ওইহল্লি। তৃষ্ণান সংসারিক ব্যবহারদ থুজিল্লব প্রানি পুন্নমকপু পুনশিন্নবগীদমক্ত অকনব থৌরি অমগ মাম্নে। মসিন পুন্নমকী পুক্লিংবু পুনশিন্দুন থল্লি। চুমথাং খনবদ অদুগুম্ব লক্ষণ অমদি ধর্মশিংন তিন্দুন লৈববু উব অদুগুম্নমক তৃষ্ণাগীসু লক্ষণ অমদি ধর্ম ওই। মহাক চুমথাংগী মতৌগুম্ন মচু য়াম্বী মগুণ য়াওদবী পাকচাওন মোংপ (নোংচেনব শেংদব অন্তকরণ ওইব প্রাণী) তুংনফমদ লৈ। শূন্যরূপ অমসুং শূন্য অহাংবমক্ত খোংনেংফম ওই। তৃষ্ণা হায়বীসি গুণগী মশক ওইবী শংলব লৌবুকপু মাংহন্নব বজ্র তাবগুম্বনি আপত্তিশিংবু চাওখংহনবদ মসি সরদ খতুগী পাঙকথনি। মসিন লাক্লবদ ফৌনচিংব পাম্বীশিংন মুলব গুংশিল্লকপ মশমশিংন লৈতেংলকই। তত্ত্বজ্ঞানগী মশক ওইব থম্বালশিংবু মাংহন্নবগী লেনগ পাম্বক ওই অমসুং অজ্ঞানগী মশক ওইবী অমম্ববু হেনগৎহনবদ মহাক হেমন্তগী অশাংব অহিংগ মাম্নে।

তৃষ্ণা অসি সংসার কৌবী নাটক অসিগী নটী (নাতক শান্নরিবী) নি প্রবৃত্তিগী মশক ওইব মহুমদ মরানয়াই ওইরীবী উচেক অমোমনি। মনোরম (পুক্লিংগী কল্পনা)গী মশক ওইব বন্দ লেল্লিব শজী অমোমনি। অমসুং কামগী মশক ওইব ইশৈবু হৌগৎহনবদ বীণানি। মহাক ব্যবহারগী মশক ওইবী সমুদ্রগী ইথকশিংনি। মোহগী মশক ওইবী গজরাজবু পুন্নবগীদমক্ত সংকল য়োংহিং কোরৌনি। লৈশেম সৃষ্টিগী মশক ওইবী বটবৃক্ষ ফজরব মউ বরোহনি অমসুং অন্নাবগী মশক ওইবী শাংকাইহনবদ থাবলনি। অসিতসু নত্তন তৃষ্ণাদি জরা-মৃত্যুগী মশক ওইব অন্নাবগী রত্নশিংবু খোমজিনবদ অমত্ত ঙাইরব রত্ন-পেটিকা(উপু)নি অমদি আধি-ব্যাধিগী মশক ওইব বিলাস (ললাংব)বু মতম পুম্বদ শন্দোক্লিব ময়াই কারবী ললাংবীনি। তৃষ্ণা অসিবু ব্যোমবীথী আকাশকী পাম্বক্লি খনগদবনি। মদুদি আকাশ করিগুম্বদ নুমিৎকী মঙালন অশেংব ওই করিগুম্বদ লৈচিন্ন কুপশিনখ্রবদ মদুদ মিকুপ খরগীদমক্ত খর খর অমম্ব ওইশিল্লি অমসুং করিগুম্ব মদু পুংমম মম্বন কুপশিল্লি অদুগুম্ন তৃষ্ণাসু করিগুম্ব বিবেককী মঙাল খরদং ফংবদ মক্ত্রব ওই; বেবক লৈত্রবদ অঙ্গান্ন অমোৎপ ওইহল্লি অমদি করিগুম্বদ লৈকু-শুরুংগী মতৌগুম্ব মোহন কোইশিন্দুন কুপশিন্দুন লৈ। থোইদোকপ হু মখল অম পোক্লকপদগী ফোংদোরকপী কোলেরা কৌব অনাবগী মতৌগুম্ন মৃত্যুগী মরম ওইবী তৃষ্ণান মতুং মতুংইন্নরীব অদুকী মখে অরাংব পুক্লিং ওইব মূঢ়গন সমুদায়ন মোহবু শুমহৎপবু ফংদুন লৈরগনি। মীশিংন বিষয়শিংবু খনব থাদোক্লবতদ মশাগী অন্নাব পুন্নমকপু কোকপ ঙম্মী। বিষয় চিন্তনবু ত্যাগ তৌরব থাদোকপমকপু তৃষ্ণাগী মশক ওইব কোলেরাগী মন্ত্রনি হায়রি। তৃষ্ণা অসি বেণুলতা (ৱা পাম্বী)গ মান্নে চাংদম্নে। মদুদি ৱান মনুংদ হোব মরক মরক্ত মতাং

লৈব অমসুং তিংখঙগুম্ব বাশান য়োম্ব অমদি পুন্নমক্ত পান্নফম ওইব মুক্তা ফংই। মতৌ অদুগুম্ন তৃষ্ণাসু মনুংদ ইহো হোব, লৌনম, নমথাক্লচিংব মতাংন থল্লি, চিন্তা অমসুং অৱাকগী তিংখঙশিং কুংন পাল্লি অমদি মনিমুক্তানচিংব ধন সমপত্তিদ য়াম্ন প্রেম থম্বীনি। অদুম ওইদুনসু মসি অঙকপ ৱানি মদুদি খ্বাইদগী হেনব বুদ্ধিমান জ্ঞানীজন্ন বিবেকী থৌরব থাংন ককঙমদব চিন্তাবুসু শান্দংলে। ব্রহ্মণ! জীবশিংগী থম্মোইদ লৈরিব তৃষ্ণা অসি অশুক্কী মতিক থৌই মদুগী মাগী অথৌবসি থাংগী অথৌবন য়ৌব ঙমদে বজ্রগী মৈনসু শোকপ ঙমদে অদুগ মৈদ চংলব য়োংকী মৈনসু ঙমদে। তৃষ্ণাবু থাওমৈ মৈরীগুম্ন প্রমাণ তৌনৈ মদুদি থাওমৈগী মৈরিন ময়াইদ অঙানব অরংব, অকোইবদ কালী ওই মাগী মমাং থংবদ কোনফু মদুদ থাও অমসুং অশাংব দোসী লৈ। মহাক অঙানব ওই অমসুং চাকপন মরম ওইদুন মদু শোকপদ শায় মতৌ অদুগুম্ন তৃষ্ণাসু ময়াইদ ভোগ বৈভবন লংন ঙাল্লি অমসুং অরোইবদ অৱাব অমদি মৃত্যু পীনবগী মরম্ন কালী ওই; মসিগী মমাংথংব নত্রগ অহৌবসু খাঙব ঙমদব ওই। মহাক নুপী মচানচিংবগী স্নেহন থনব অমদি অঙাং ওইব যৌবন, অহল ওইরকপ কৌব থোইদোকপ ফিভমগী মশক ওইব বিপত্তিশিংন তিল্লি। মসিবু পুন্নমক্ত খঙনরিবনি অমদি অপাম্ব পোৎশিং কাইনবদগী পোকপ নুংগী মৈচাক পোকহনবগী মরম্ন মসি পুন্নমক্কী ওইন খাঙমদব ওইহল্লি। মহর্ষি! মেরু পর্বতকী মতৌগুম্ন য়াম্ন চাওখৎলব বিদ্বান, শূরবীর, চংখোন্ন লৈতারব অমসুং অথোইব মীবুসু অমত্ত ঙাইরবী তৃষ্ণা অসিমক্ত মিকুপ অমগী মনুংদ চাকনিব য়াচক ওইহন্দুন নাপীগী মতৌগুম্ন অয়াংব ওইদুন হুমদোকই।

# শরীর-নিন্দা

মহামুনে! অচোৎপা অমাং-অশোয়নচিংবগী অমসুং শিংলী-নাওরীন থল্লব মখল কয়াগী বিকারশিংন তিল্লব অমদি মমৈদ লৈখা তাব শিব মরণ ধর্মবু লোইনরীব অদুগুম্ব হকচাং, সংসারদ পুন্নমক্কী মাংদ ফোংন ঙাল্লিব মসিসু সুপ্নগী অৱাববু ফংননব, ভোগ তৌননবগীদমক্তনি। মসি খরদং চাব-থকপনচিংব তৌবদগী নুঙাইখৎলি অমসুং খরদং অয়িং-অশা ফংবদ খুইজিল্লি, চিখৎলি; মরম অদুন হকচাং অসিগ মান্নন মগুণ য়াওদব ৱানিঙাই ওইব অমসুং লৈখা তাব অতোনব অতোপ্প করিসু লৈতে। হকচাং অসিসু উপালগী মতৌগুম্বনি। পাম্বোম অনি মসিগী মশা অনিনি, নোইরব লেংঙুম (তনা) পাম্বী মউনি। মিৎ অনি মসিগী মখুল অহোবনি। কোক্কী মফম্ন মসিগী য়াম্ন লুল্লব মহৈনি; য়াগী মশক ওইব পরেং অসিন উচেকশিংগী কাইদোংফম য়ুম্বীগী মতৌগুম্ন ফজরব তুংনফমনি। নাকোং অনিন শব্দগী মশক ওইবী (কঠফোরবা) উতুবী উহুৎপী উচেকশিংগী চংফম মখুলনি। খুৎ অমসুং খোঙগী খুৎশা-খোঙশাশিং মসিগী ফজরব য়েন্নৌ চোংবনি। গুল্ম কৌব পুক্কী অনাবন মসিদ শন্দোক্তুন লৈরিব উরি অমদি মোংশোংশিংনি। মসি কর্ম তৌনবগীদমক্ত পঞ্চভুৎকী মপৈদগী লিংংখৎপনি। জীব অমদি ঈশ্বরগী মশক ওইব উচেক অনিন মসিদ মহুম ওইন লৈ। থাগী মশক ওইব কেসরশিংন চংখোল্লব পোক-শিব নাইব অমদি মেংলব মীনোক্কী মঙালগ লোইনরিব হৱাওবগী মশক ওইব লৈশিংন হকচাং পাম্বী অসিবু মতম পুম্বদ লৈতেংদুন লৈ। ফজব মঙালন মাগী মমিনি। দেহগী মশক ওইব পামেল অসি জীবগী মশক ওইব লম্বী চৎপশিংগী পোথাফম মফমনি। মসিবু কনাগী মশাগীনি হায়গনি অমসুং অতোপ্পন কনাগীনি হায়গনি। মসিগী মথক্ত অচেৎপ থাজব অমসুং থাজদবমক করি

ওইগনি। মুনি! ভবসাগর অমদি তুন্নেলনচিংববু লান্ননবগীদমক্ত হন্ন হন্ন মশাগী ওইখ্রব দেহলতা অমদি হিসিদ কনান মশাগীনি খনব য়াবগে? মসিদ তুগী মশক ওইবী মশীং থীঙমদ্রব পাম্বীশিং হৌরি। মদু ইন্দ্রিগী মশক ওইবী মশীং য়াম্লব অহোব মখুন্ন থল্লি। অদুগুম্ব দেহগী মশক ওইব মী লৈতব বন্দ কনান অকি তুজুং য়াওদন লৈব ঙমগনি।

অদুগুম্ব সংসারগী মশক ওইব বন্দ হৌরকপ অমসুং চাওরকপ মসিদ চিত্তগী মশক ওইবী মমাই থক্রুবী য়োংশিংন চোংফন্দুন শান্নরিব মদুগী কয়াং খুদিংদ বিষয় চিন্তনগী মশক ওইবী লয়োনশিংন লৈতেংলিব য়াম্ন অৱাবগী মশক ওইবী শুমশিংন চাশিল্লকপদগী মদুদ মাইকে পুম্বদ অহোব নম্রগ অশোকপন ওইরক্লিব মদুগুম্ব তৃষ্ণাগী মশক ওইবী লীল অমোমগী মযুম মদুদ কামগী মশক ওইবী কারু মহুম শাজিল্লিব মদুদ মেংন মোমোন নোকপগী মশক ওইব লৈ হৌরি অমসুং শাৎলি মরম অসিন মসিগী য়াম্নসু ফজব ওই। শুভ-অশুভ(নুঙাইব অমসুং অৱাব) মসিগী অচৌব মহৈনি। ফজব লেংজুম অমসুং পাম্বোম মসিগী মশানি খুৎশাশিংগ লোইনরব খুৎকী মশক ওইব লৈরাং চরোংন মরম ওইদুন অদুগুম্ব ফজন উরিব, প্রাণবায়ুগী মশক ওইবী নুংশিৎকী ইপোমদ মসিগী কায়াৎ পুম্বগী মশক ওইবী য়েন্নৌশিংন লেং হায়রি। মদুদি ইন্দ্রিগী মশক ওইবী উচেকশিংগী তোংনফম ওইরিব ফজব খুকউগ লোইনন হকচাংগী মখাগী শরুক্ক পাম্বীগী মউ ওইব য়াম্ন ৱাংলিব যৌবনগী মঙালগী মশক ওইব মমিন তিনব ওইবদগী ময়াই চেনব ওইন উরিব, কামগী মশক ওইরব লম্বী চৎপন মসিগী মরুম ফংনরিব, কোকথক্ত হৌরিব শমগী চবুন চবুন্ন মসিদ য়োমশিন্দুন য়াম্বরিব নাপীগী মপৈশিংনি লংজাগী মশক ওইবী অহংকারন মহুম শাদুন লৈরি মনুংদন শিদ্রন থল্লি। মখল মখাগী বাসনাগী মশক ওইরব জটাশিংগী জাল (লাং)গী হৌফম পোকফম ওইবন

মসিবু য়ানথৎপ থোইদোক্ল অরুবনি অমদি হোৎনব কৌবগী মশক ওইব মশা মরেং শন্দোকপন মরম ওইদুন কংশিল্লকপগুম্ন উরিব হকচাংগী মশক ওইব বৃক্ষসি ঐন পাম্ন নুঙাইন খক উদ্রে।

মুনে! অহংকারগী মশক ওইব গৃহস্থগী অচৌব য়ুম্নি, মসি তেক্তুন তুখ্রগ মতম পুম্বগী ওইন লৈমাইদ ওন্দুন লৈব ওইসনু নম্রগ মতম শাংন লেংদব ওইন লৈসনু। মসিন ঐঙোন্দ করিবু কান্নগনি? মদুদ ইন্দ্রিগী মশক ওইব শাশিং লিশাং থাদ্নুন পুল্লি। তৃষ্ণাগী মশক ওইবী য়ুম্বুরেম্বীন হন্ন হন্ন য়ুমগী মাঙ্গোলদ নোম লিক্লি। অমদি মসিগী কাযাং পুম্নমকপু আসক্তিগী মশক ওইবী গেরুব্বানচিংব মচুন শংজিল্লিব হকচাংগী মশক ওইবী য়ুম অসি ঐ পামজদে। নমগনগী য়াংলেন শনগী মশক ওইব য়ুময়াংলেনগী মন্ত্রীগুম্ন অমগ অমগ শৌজিন্নদুন মদুগী মনুংদ মহাংব খবদং লৈহৌব অমদি মদুদ পুন্নুংগী মরি মরাং থৌনশিংন পুন্দুন লেপহল্লিব হকচাংগী মশক ওইব য়ুম অসি ঐ পামদে। মদুদ মাইকৈ খুদিংদ শিংলী-নাওরি ঈ-উতোং মরি-মরাং শন্দোক্লিব মদুদ ঈগী মশক ওইব ঈশিংদগী শেম্ব য়ান্নরব মহিন তৈরব অমদি হনুরকপগী মশক ওইব শুনুন কোকপু অঙৌব ওইহল্লকপ হকচাংগী মশক ওইব য়ুম অদু ঐন খক পামজদে।

চিত্তগী মশক ওইব মনাইন মখল কয়াদ লোইনাইদন হোৎনদুন মসিগী ফিভম থোইদোক্ল চেৎশিলহল্লিব অমদি মিথ্যা অমসুং মোহ (অসত্য অমসুং অজ্ঞান) অনি অসি মসিগী অচৌব য়ুম্বী মথোং ওইরিব, হকচাংগী মশক ওইব য়ুম অদু ঐহাক খক পামজদে। অব্রাবগী মশক ওইব অঙাং মচা মচাশিংন মদুদ কপ কপ্তুন নিল্লী খোংলিব, কন্ন তুমথবগী মশক ওইব নুঙাইব হিপফম্ন মরম ওইদুন মদুবু পুক্লিং হুন উরিব অমদি মদুদ ফত্তব থৌওংশিংগী মশক ওইবী চাক্লব অমদি শোক্লব মীনাই নুপীগী লৈফম ওইরিব হকচাংগী মশক ওইব য়ুম অদু ঐ পামজদে।

মুনীশ্বর! অদুগুম্ব অমাং অশোয়নচিংব দোষশিংন তিল্লব বিষয় মপৈগী মশক ওইব কোন,পাত্রশিং অমদি অতোপ অতোম্প মচাকশিংন থন্ন হাপ্পিল্লব য়ুমগী মশক ওইব হকচাং অসি ঐ পামজদে। খুনিংগী মথক্ত লৈরিব খুমিংকী মশক ওইব শীংখোং অসিদ হৌগৎলকপ খোংন য়ুম্বী ওইব, খুকউন মখোয়গী মকোক ওইব মদুসু অমুক ফৈগনগী আধার ওইব অমদি অচৌব পাম্বোম অনিন নাখলচৈশিংগী মতৌগুম্ন মসিবু ঙাক্নুন লৈরিব দেহগী মশক ওইব য়ুম অসি ঐঙোন্দ পামজদে।

ব্রহ্মণ! মদুদ জ্ঞনেন্দ্রিগী মশক ওইব অহোব মখুলশিংগী মনুংদ প্রজ্ঞারূপিনী য়ুম্বুরেম্বী শান্নদুন লৈরি অমদি চিন্তা শক্তম লৌবী মচাশিংন লাংদুন শান্নরিব হকচাং কৌব য়ুম্বু ঐন পামজদে। কোক্কী শমশিংগী মশক ওইব ইনান কুপশিন্দুন উরুম লাংহল্লিব নাকোংগী মশক ওইব মঙাল চাওরবী থাবলগী ইপাল লাংফমন নিংথিহল্লিব অমদি শাংতক তৌব খুৎশাগী মওং ওইব উ মতেকশিংন ফজহল্লিব হকচাংগী মশক ওইব য়ুম অদু ঐ পামজদে। মদুগী কায়াৎ পুন্নমক্কী মশক ওইব লৈপলশিংদ তুখোং কৌব কুংলব (জৌ)বাসিগী উমি থোক্নুন ময়োন চোংখৎলি অমসুং মদুদ পুক্কী অহোবদি করিগুম্বদসু থনব লৈতব অসিগুম্ব দেহগী মশক ওইব হকচাং ঐন পামজদে। মদুদ খুজিলগী মশক ওইব মিরাংশিং লৈফম ওইরিব মদুদ অরাম্বগী মশক ওইব হুইশিংন লেপ্তুন খোং লাওদুন লাংলিব অমদি মদুদ অকিব খোঞ্জেল পুব প্রানবায়ুন মতম পুম্বদ শিক্তুন লৈরিব অসিগুম্ব হকচাং কৌব য়ুম ঐন পামজদে। মদুদ নুংশাস্বোর হোন্দোক-হোঞ্জিল মওংদ নুংশিংকী ইচেলন অতৎপ লৈতন মনুং মপান্দ চৎথোক চৎশিন তৌদুন লৈরি অমসুং ইন্দ্রিগী মশক ওইব থোংনাওশিং মতম পুম্বদ হাংদোক্নুন থম্ব অদুগুম্ব হকচাংগী মশক ওইব য়ুম ঐন কদৌঙেদ খক পামজদে। মসিগী চীনগী মশক ওইব থোংদ লৈয়েং কৌবী য়োং অমোম্ন শীংদুন লৈরিব মদুন অকিবগী মশক ওইহল্লিব অমদি য়াগী মশক ওইব

শরুশিং তরংন শেংন থিন্দোক্তুন উরিব হকচাংগী মশক ওইব য়ুম ঐন থক পামজদে। হকচাং হায়ব য়ুম অসি উনশাগী মশক ওইব শুনুন হাইদুন তৈশিনবনি-ফজহনবনি। নাড়ী শিংলি কৌব য়ন্ত্রশিংসিদগী অরেংব ওইহনবনি অমসুং পুক্লিংগী মশক ওইব উচিন মাইকৈ খুদিংদ মখুল হুক্তুন তৌখায়দুন থল্লি। মরম অসিন মসিসু ঐন পামজদে। মোমোন নোকপগী থাওমৈগী মঙালদগী মিকুপ খরদংগী ঙাম্বোক্লম্মী, মিকুপ অমত্তদ নুঙাই হরাওবগী মঙালদগী ফজন উরম্মী অমসুং মতুংদ মিকুপকী মনুংদ অজ্ঞান অন্ধকারন কুপশিনখিব হকচাংগী মশক ওইব য়ুম ঐ পামজদে। মসিদি লায়না পুম্বগী মকোল শাফমনি। উন খুইজিল্লকপ অমদি অমুনব শমশিং (পোক)গী নগরনি অমসুং পুক্লিংগী চিন্তাশিং পুন্নমকী লৈফম অকিব বন ওইব অসিগুম্ব হকচাং য়ুম অসি ঐন থক পামজদে। হকচাং অসি অকিব ফংলব বন অমনি। ইন্দ্রিশিংন জঙ্গল অসিগী শওমশিংনি। মখোয়দুন শাওবগী মরম্ন মসিদ চংঙমদব মফম ওইরিব। মসি মনুংদ ইহাং হাংবনি অমদি তোঙান তোঙানব কান্নদব লৈকু-কোসুংন থল্লি। মসিগী মাইকৈগী মশক ওইব কুঞ্জশিং শুক্ল মল্লব অজ্ঞান্ন কুপশিনবন মরম ওইদুন য়াম্ন শুক্ল মম্ন উই, মসি ঐন করিগুম্বদসু পামদে। মসিদ ধন সম্পত্তি রাজ্য, হকচাং মখল কয়াগী হোৎনব নোম্ব পুক্লিং হাপ্তুন পীথোক পীশিন করিগী তৌরুগনি মরমদি মতম কালন মতম খরদংগী মনুংদ পুন্নমক অসি মাগী চখোম ওইশ্রগনি। মুনে! হকচাং অসি সুপ্নগী ঈ অমসুং শদোংন শাবনি। মসিগী অমত্ত ঙাইরব ধর্মদি মাঙব (শিব)নি অদুন মসিগী মপাল অমসুং মনুংগী বিচার মুন্ন তৌরগ তাকপীয়ু মসিদ করম্ব পুক্লিং তানিঙাই ওইব য়াওবগে?

মুনে! অদুগুম্ব হকচাং অদুন শিব মতমদ জীবগী মতুং ইন্দুন চৎতে মাগ লোইনব থাদোকই মখোয়সি কয়াদ তৌবিমল খঙদ্রিবনো? অদুনদি হায়বীয়ু মখোয়দ

বুদ্ধিমান. ওইব মীশিংগী করি থাজকম যোকপগে? হকচাং অসি অনৌব মনা পুংব উগী মতৌহশুন্ন নুংশিং খজিক্ত হুম্বদ কম্ন কম্ন নোম্লকই। মসি আধি-ব্যাধি পুক্লিংগী অমসুং হকচাংগী লায়নাগী মশক ওইব তিংখং লিশীং লিশীংন হোগাই থিনগাইবন মরম ওইদুন মম্নথরকই। মাগী স্বভাবসু পুকচেল পীকপনি অমসুং মসি মহাও য়াওদব অকাবনি। মরম অদুন ঐন মসিবু পামদে। মতম শাংন য়াম্ন চেকশিন্ন চাব থকপ তৌদুন য়োক্রবগী মতুংদসু অনৌব উনাগী মতৌশুন্ন থোংন খুইথব ওইদুন মসিন হন্ন হন্ন মাংনবগী মাইকৈ তম্ন চেনশিল্লি। মতম শাংন মীশিংগী মথক্ত মপু ওইনব শেমগংলগা ধন-সমপতি ফংলবদসু মসি খক খাংখংলক্তে অমসুং লৈতান লৈবসু ফংদে অদুগবু হকচাং অসিবু করিগীদমক্ত য়োকদৌরিবনো? কনাগুম্ব ভোগ-বৈভবন থম্ন লৈরব নম্রগ লাইর চুদংনব অনিগী হকচাং চপ মান্নে, অহনগী মতমদ অহল ওইব অমসুং শিব মতমদ শিব ওই। মদু ঐভ্রেন্দ থোইদোকপ অনুভব লৈতে। কনাগুম্ব অদুন মাঙ্গদব হকচাংদ পুক্লিং তান থাজব থমলিব, মদুবু মতম পুম্ব লৈগদব লেংদবগুম লৌরিব অমদি সংসারবু অরেম্প ওইন থাজরিব মখোয় মোহগী মশক ওইব য়ুবু থক্তুন ঙাওরিবনি। মখোয়বু হন্ন হন্ন থবাক য়েবিরি।

মুনে! 'ঐদি হকচাংগী করিগুম্ব মরি লৈনবসু ওইদে অমসুং ঐ হকচাং নত্তে। হকচাং অসি ঐগীসু ওইদে অমসুং ঐমক হকচাং অসিসু ওইদে।' অসুম্ন বিচার তৌদুন মাগী চিত্ত পরমাত্মাদ পোংথাকম লৌরব মখোয় অদুমক মীরক্ত অথোইবনি। কনাগুম্ব মান অমসুং অপমান্দ চাওখংপ ফংলিব অমসুং মরাং কাইন কান্নব ফংব্দ পুক্লিং নুঙাইরিব দোবন থল্লব মিংয়েংশিংন সুপ্নগী হকচাংদ অরেম্পনি থাজব থম্লিব মীবু মাংহল্লি।

হকচাংগী শুরুং মনুংদ তুম্লিব অমসুং অহংকারগী অঙকপন থল্লব থবক ওইবী অদুগুম্ব পুক্লিং হুরব শাওং শাদা ওইবী (ভোগ তৃষ্ণাগী মশক ওইবী

দোষ দৃষ্টিগী মশক ওইবী) পিশাচীন লৌনমদুন ঐখোয় পুন্নমক হুবীরি। হকচাংমক্ত লেংদবগী বিশ্বাস থমলিবী মিথ্যাজ্ঞানগী মশকওইবী ফত্রবী তমথিরবী রাক্ষসী অসিন মথন্ত ঙাইরবী(মতেং -উপায় লৈত্রবী) অতোল-অতা ওইবী সুবুদ্ধি প্রজ্ঞাবু মপুং ফান ঠগ তৌবীরিব অসি কয়াদ বানিঙাই ওইরিব।

মতম নুমিৎ খরদংদ খুইথব কংশিল্লকপ ফংদুন হকচাংগী মশক ওইব পামেলন ইফুৎকী ঈশিং মরিকশিংগী মতৌগুম্ন হোৎনরুব লৈতন মথন্ত তুজখি। সমুদ্রদগী পোক্লকপ ঈশিংগী কোঙ্গোলশিংগী মতৌগুম্ন হকচাং অসি য়াম্ন থুন মাঙখি। ব্রহ্মণ! হকচাং অসি মিথ্যা ওইব অজ্ঞানগী শক্তম বিকারনি। অমসুং মঙগী মশক ওইব ভ্রান্তিশিং (শেরাম্নবশিং)গী পুকৈনি। মসিগী মাংব য়াম্ন শেংন উই। মরম অসিন ঐন মিকুপ অমত্তংগী ফাওব থাজদে। কনাগুম্ব অদুন নোংথাং, শরদ ঋতুগী লৈচিন অমসুং গন্ধর্ব নগরবু কুইন লৈগদব ওইন খল্লিব মহাক অদুতন হকচাং অসিগী নিত্যতাদ থাজব ওইসনু (ঐদি থাজব ঙমদে) থুনমক মাংব ওইবদ নমফুদ মাগী অথোইব উৎনবগীদমক্ত ফিভম শেমদুন কন্ন হোৎনব অদুগুম লেপ্তন মাংশিল্লক্লিব পোৎশিংদগীসু হেন্ন ক্ষণভঙ্গুর (মীকুপ্ত কায়ব)ওইরিব অদুগুম্ব অকনব দোষন তিনব হকচাং অসিবু নাপীগী মতৌগুম্ন থৌওইদব থমদুন ঐ নুঙাইব ওইরে। (সর্গ - ১৮)

~o0o~

# অঙাংগী ফিভমগী দোষ।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মুনীশ্বর! অসমর্থতা (পাঙথোক ঙমদব),অপনবশিং তৃষ্ণা, ঙাংথোক ঙমদব পঙশিনব বুদ্ধি শান্নপোৎনচিংব ফংনিংবগী অপাম্ব তথকপ অমসুং অতোনবনচিংব দোষ পুন্নমকসি অঙাং ওইবগী ফিভমদ ফোংদোরকই।

অঙাংগী ফিভমদ শা-উচেকশিংগী মতৌগুম্ব চেষ্টা ওই। অঙাং মী পুন্নমক্ত চৈবী। অঙাংগী তথকপ চেষ্টা শাজং মৃত্যুদগী হেন্ন ৱানকমনি। অঙাংগী ফিভমদ ঈশিং, মৈ অমসুং নুংশিত্তগী তত্তন পোক্লিব অকিবন মরম ওইদুন খোঙথাং-খোঙথাং খুদিংদ অদুগুম্ব অৱাব ফংলিব মদু আপত্তিগী মতমদসু কনাগুম্বনসু ওইরমগদ্রা? অঙাংন মখল মখলগী লীলাশিং, হরাওকম, থোক্তব শান্নফম থোক্তব অমদি ফত্তব লঘীদ নীঙাই তৌদুন য়াম্ন অরুম্ব মোহদ তাশিল্লি। অঙাংগী ফিভমদ অঙাংন কনান হায়রবসু কান্নরোইদব থবক্ত চংশিল্লি। মখল কয়াগী তৌফদব তৌই। অমদি করিগুম্ব মওংদসু অচেংপ ফিরেপ ফংব মাগীদমক্ত ফংঙমদবনি। মতৌ অসুম্ন মীওইকী অঙাং ওইব মতম সুপ্নগী গুরুজনশিংগী সাসন ইন্নবকীদমক্ত ওই। নুঙাইব অমসুং শান্তি পোক্লবগী ওইদে। মদুদি মকুন নুংথিলদ অমম্বন থল্লব অসুকপ লৈকুদ উরক্ত লোত্তুন লৈ। মতৌ অদুগুম্ন অদু-অদুগুম দোষ, হৌনদব লীচৎ, অমদি অদু অদুগুম্ব লাম্মোকপ ঙমদব থঙ্গদবশিং পুন্নমক অদু অঙাংগী ফিভমদ ওইরিব জীবগী থম্মোইদ লোত্তুন তোংলগ লৈরি।

ব্রহ্মণ! কনাগুম্বশিংদুন "অঙাংগী ফিভম য়ান্নমক নুঙাইনকমনি" অসুম্ন নুঙাইরমগদব মানবগী কল্পনা তৌনরিব, মথোয়শিংদুগী বুদ্ধিদু কান্নদবনি। অদুগুম্ব ৱাখল শোইরব অপঙব বুদ্ধি ওইব মীশিংবু হন্ন হন্ন ধিক্কার তৌই। মদুদ শগাই অহাইবীগী মতৌগুম্ন চঞ্চল ওইব পুক্লিংন মখল মখা ওইব বিষয়শিংগী মওং মতৌ লৌরি অমদি অদুগুম্ব মরোল অহমদ অমঙ্গলগী মশক ওইব অঙাংগী ফিভম্বু (বাল্যাবস্থা) করম্ন পেন্নিংঙাই ওইব য়াগনি? মুনে! থৱাই পানবশিং পুন্নমকী পুক্লিং অতোপ অতোপ্প ফিভমশিংদগী অঙাংগী ফিভম অসিমক্ত শরুক তরা হেন্ন লাংই। পুক্লিং মহৌশা ওইনমক চৱাংনব চঞ্চলনি। অমসুং বাল্যাবস্থাদি য়াম্ন লাংব পোৎশিংদ খ্বাইদগী হেন্ননি। মফম অদুদ অনি অসি পুন্ন সংযোগ ওইরিব অন্তকর অদুদ লাংতক্লব পোকপদু অরেম্বদ ঙাকথোক্লব হোংনরিব কনানো?

অঙাং ওইব ফিভম অমসুং পুক্লিং অনি অসি বৃত্তি পুন্নমক্ত (ব্যবাহারশিংদ) মতম পুম্বদ পোকমিন্নব মচিন মনাও অনিগী মতৌগুম্ন উনৈ। অনিমক অসিগী ফিভম মিকুপ খুদিং ওনবনি (ক্ষণভঙ্গুর)নি। হুইনাও মচাগী মতৌগুম্ন অচাপোক খজিঙৈ পীরগ নত্রগ চুং চুং খরদং থেম্বদ খুদুম চনব য়াই অমসুং খরদং ধপ তৌব নত্রগ চৈনচিংব উংপদ ফিভম কায়খি অমসুং অকিব ওইখি। মহাক্ত মতম পুম্বদ শেংদব মফমতদ নুঙাইব অমদি শান্নব তৌই।

বাল্যাবস্থাদ লৈব থব্রাইপানবন সুপ্লগী অতোপ্পশিংদগী কিব অমসুং চাব থকপ ওই। মসি মতম পুম্বদ তোন্ন লৈ। উব অমসুং উদব পোংশিং ফংনিংদুন লৈ। মাগী বুদ্ধি অমসুং হকচাং অনিমক চরাংনৈ। অসিগুম্ব বাল্যাবস্থাবু মীওইবন সুপ্লগী অব্রাব ফংনবগীদমক্ত ধারণ তৌই। পাঙ্গল লৈতব অঙাংন মাগী পুক্লিংগী অনিংবন অদুগুম্ব পোংশিং অদুবু ফংনবগী ইচ্ছা তৌরিব মদুবু ফংদ্রগ মাগী বুদ্ধি মতম পুম্বদ মৈচাক ওইদুন লৈ অমসুং মদু অসুক্কী মতিক ব্রাব ওই মদুদি কনাগুম্বন মাগী থম্মোইদ শোকহনবগুম্ন। অঙাংগী ফিভম্ন লৈরিব অদুক্কী মখে অসত্য চুমদব, নত্তব পোংশিংদ অচুম্ব অওইবনি হায়ব বুদ্ধি ওইন লৈ। থম্মোইদ মথল কয়াগী ভাবন শাব হৌগংলকই অমদি পুক্লিং(অন্তকরণ)য়ান্ন হেন্ন থোংপ ওই। মরম অসিন অঙাং ওইব থোইদোক্ত শাংন ব্রাববু পীনবগী মশক ওই, নুঙাই পীনবগী নত্তে। হেন্ন লৌশিং চাওরব মুনীশ্বর! মাগী পুক্লিং অয়িং-অশাগী অনুভবতি লৈরব তৌইগুম্বসুং মদুবু ঙাকথোক্তবগী মতিক্তি লৈজদে- অঙাং অমসুং উপাম্বীগ করি থেন্নবগে? অঙাংগী ফিভম মতমদ ওজা গুরুদ, মমা মপাদগী অতোপ্প মীশিংদগী অমদি মঙোন্দগী হেনগংপ অঙাংশিংদগীসু অকিব ফংদুন লৈ। মরম অসিন অঙাং ওইব অকিবগী লাইশংনি। মহামুনে! অঙাং ওইবগী ফিভমদ দোষন থল্লব দশাশিংন মরম ওইদুন অন্তকরণ পুক্লিংবু দোষ চেনহল্লি অমসুং অঙাংগী মতম অবিবেক হায়ন কৌবী বিলাসী (অরাঙবী)গী লাংনফম য়ুমনি। মরম অসিন জগত অসিদ অঙাং ওইকী মতাং অসি কনা অমত্তগী মপুং ফনন পেন্নফম খক ওইদে।

# মথোক কারকপ পুন্সিগী দোষ
## (যুবাবস্থাগী দোষ)

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মহর্ষে! অদুং মচাগী ফিভমগী মথংদ মীওইব বাল্যাবস্থাগী বায়োং চাদবশিংবু থাদোক্লগ ভোগ তৌনবগী থৌনা, ভ্রান্তি শেরাম্নব অমদি কামগী মশক ওইব পিশাচ (লাইফত্তব)ন মোংহল্লব চিত্ত ওইদুন নরক্ত তাননবগীদমক্ত যৌবন (মথোক কারকপ)গী থাক্ত কাখৎলকই। যৌবনগী ফিভমদ অপণ্ডব মীওইবন মপান নাইদ্রব (বিলাস) ললাংগনব মাগী লৈতাদ্রব চঞ্চল চিত্তগী রাগ দ্বেষ (অপাম য়েংথি)নচিংব বৃত্তিশিংগী অনুভব তৌরদুন অব্বাব অমদগী অব্বাব অমদ মথং মথং ফংলুই। মাগী চিত্তগী মশক ওইব মথুলদ লৈরদুন মথল মথাগী শেরাম্নব (ভ্রান্তি) পোকহনব কামগী মশক ওইব পিশাচন মাগী মখুৎ চল্লব মীদুবু নম্ফুদ তমথিন তৌবী। মুনে! যুবাবস্থাদ নুপী. জ্বার অমসুং খৎনবনচিংব ফত্তব হৈনবীশিংবু পোকহনব রাগ লোভনচিংব ফাওরব অমাদি ফত্রব দোষশিং (অসিগুম্ব কাম চিন্তানচিংবগী খুদুম চল্লব) অন্তকরণ ওইরব মী (পুরুষ)বু কান্নচিংবদ লুপশিন্দুন লৈরগ যৌবনমকী মতেং লৌদুন মাংহন্দুন থম্মী। অচৌব নরকী মরূ ওইব অমসুং মতম পুম্বদ শেরাম্নব পোকহনব যৌবন অসিন মাংহলহৌদ্রব অদুগুম্ব মী মহাক অদু অতোপ্প কনাদগীসু মাংব ওইদে। শৃঙ্গারনচিংব মথল কয়াগী রসশিংন ভিল্লব অমসুং মথল মথাগী অঙকপ পোকপ মতাংশিংন থল্লব অকিবগী মশক ওইব যৌবনগী মশক ওইব ভূমিবু মহাক অদুন লাম্ভোকপ্লব মী অদুবু ধীর (তপথব) কৌই। অদুগুম্ব মিকুপ খরদংগী ওইব ভঙ্গোক্লম্ব, থক্লব অমংব নোংগী লুম্লব নোংখাক নোংখোং (নাপলন থল্লব বাঙাং)ন য়োম্লিব অমসুং নোংথাংগী মতৌগুম্ন ভাল্লম্লগ মাংখিগদব অমঙ্গলগী মশক ওইব মথোক কারকপ যৌবন অফবনি হায়ন ঐন পামজদে। ভোগকী মতমদ মধুর অমসুং অহাওব (পুক্লিং

নুঙাইহনব) অদুগ অরোইবদ অৱাব পীননবগী মরম ওইবন অথাব ওল্লক্রিব মদুদ দোষকী দোষমক্ত থম্ম লৈরিব মদুন দোষ পুম্বগী লৈতেং ওইরিব অমদি ম্নুগী ময়াইন ঙাওহনবগী মতৌগুম্ন গুমহৎলিব অদুগুম্ব যৌবন ঐন কম্নিগুম্বদসু থক পামজব লৈতে। মদুন অচুম্ব ওইদ্রবসু অচুম্বগুম্ন উরিব য়াম্ন থুন মীনম্ব ঙম্ব অমদি মঙগী মতমদ ওইখিব নুপীগ তিম্নরম্বগী মতৌগুম্ন যৌবন অদুবু ঐন থক পামজদে। মসি মিকুপ থরগীদমক্ত য়াম্ন ফজন উব পোৎ পুন্নমক্কী মনুংদ মান মকোক্লি। পুন্সি পুন্নমক হৌম্রবদ উহল্লকপ গন্ধর্ব নগরগী মতৌগুম্বনি। মসি মী পুন্নমক্ক মিকুপ খজংগী ওইন পুক্লিং হুন উবনি। মসি ঐন পামজব অফবনি লৌদে। পাখণ্ডগী পুন্সি অসি মপান্দগী য়াম্ন ফজন অমসুং নুঙাইগদব মাম্ন উব ওই তৌইগুম্বসুং মনুংদদি সদভাব অফব ভাব অহাংব শূন্য ওই। মরম অদুন বেশ্যা স্ত্রী জগোইশাবী সমাগম তিম্নবগ মাম্নন হজোইনিঙ্গাই ওইব মরম্ন ঐঙোন্দ পাম্নিঙ্গাই ওইদে। মদুদি প্রলয়গী মতমদ পুন্নমকপু অৱাব পীনব চাওর-চাওরব উৎপাত হিংশাগী উপদ্রবশিংন মাইকে পুম্বদগী ঈনোৎ হৌরকই মতৌ অদুগুম্ন যৌবনগী পুন্সি য়ুবাবস্থাদ পুন্নমকপু অৱাব তাহম্নব অদুগুম্ব পোৎচংশিং মখোয় পুম্ব মনাক্ত চংশিল্লুই। য়ুবাবস্থাগী মোহন মঙ্গলগী মশাক ওইরব ফজব লমচংশিংবু কাওথোকহনব অমসুং বুদ্ধিবু মকশিলহনব ভ্রমগী য়াম্ন হেনব চাংদ পোকহল্লি/পুথোকই। মদুদি লম্মৈন উপাল ৱাপালশিংবু চাকথেকপ মতৌ অদুগুম্ন যুবাবস্থাদ জীবন নুংশিজবী কাইনবদগী পোকপ খাঙমদব শোকাগ্নিন পুক্লিংগী নুংদ চাক্কুন লৈ। অসুম্ন মদুদি থোইদোক্ক লুরব অমসুং পাকচাওব অমদি শেংলব তুরেলবুসু বর্ষা ঋতুদ অনৈব অমোংপ ওইহল্লি। মতৌ অদুগুম্ন খ্বাইদগী শেংলব পাকচাওব অমদি শুদ্ধ বুদ্ধিসু পাখণ্ডগী মতমদ অমোংপ ওইহল্লি। চাওর চাওরব ঈথক অরাংব ঈথকশিং হৌরিব অকিব ফংলব অচৌব তুরেলবুদি লাম্বোকপ ঙম্মী তৌইগুম্বসুং ভোগ তৃষ্ণাগী ইথক ইপোম লাংলিব যুবাবস্থাবুদি লাম্বোকপ ঙমদে। অদুগুম্ব থৱাইগী চাম্নব মাগী নোইনোইরব থবাক মখোয়গী পুক্লিং হুরব হরাও তয়াম্ব অমসুং

অদুগুম্ব ফজরব মাইথোং কয়াদ পুক্লিং নুঙাইহল্লিব পাখঙগী মতৌদ থসিগুম্ব মখলগী চিন্তাশিংন মীওইববু মঙদুন ময়েং তাহল্লি। রজোগুণ অমসুং তমোগুণন থল্লব খুদোং চাদ্রব চিল্লব পাখঙগী পুন্সিগী মশক ওইব নোংলৈ নুংশিং (অঁথী)ন অফব সদগুণশিংগী লৈতাবরু মাংহল্লি। মীওইবগী যৌবনগী পুন্সিন মকা লাম্লকপদ দোষকী মপৈশিং য়াকাইরকই অমসুং অফব গুণগী কাংলুপশিং মরা কংশিল্লকই। মরম অসিন মসিবু পাপকী বৈভবশিং মখেলাংব হায়নৈ। সংসার কৌব উপবন্দ পোক্লকপ যৌবনগী উরি পাম্বী (মউ) য়াম্নমক ফজবগী মশক্তি। মসি অসুম অসুম চাওখৎ-রাংখৎলকপগ লোইন লোইনন মঙোন্দ তোংলিব পুক্লিংগী মশক ওইব খোইমুসু অঙাওব ওইহল্লকই। হকচাংগী মশক ওইব মরুভূমি লৈকংলাসিদ কামগী মশক ওইব ধাম(পুজা তৌনব মকম)গী মৈশাদগী ফোংলকপ শেরাম্রব মওংদ উরিব অদুগুম্ব যৌবনগী মশক ওইব মৃগ তৃষ্ণানি। মসিগী মাইকৈদ চেনশিল্লদুন পুক্লিংগী মশক ওইব শজিন বিষয়শিংগী লৈত্রক গুহাদ তাশিন্নরি। যুবাবস্থা অসি দেহগী মশক ওইব মতম নুমিৎ থরদংগীদমক্ত ঙাম্মোক্লম্ব শরদ ঋতুগী মতৌগুম্বনি। হে মীওইবশিং! নখোয় মসিদ থাজব থক থমলোইদবনি। অসুম অসুম যৌবোম্ন মাগী অয়ৌব থাক্ত কাখৎলকপ অদুম অদুম্ন মৈশান ভিল্লব কামনাশিং (অপায়শিং) ন সুপ্নগী মাংহম্নবগীদমক্ত হেনগৎলকই নত্রগ হয়াও জগোই শারকই। রাগ-দ্বেষকী মশক ওইরব পিশাচন মতম অদু ফাওব থোইদোকপ মওংদ জগোই শাদুন লৈখিগনি মদুদি যৌবন কৌব অহিং অসিন মপুং ফান মাংদ্রিব ফাওব। কনাগুম্ব মহামূর্খ পুরুষন মোহন খুদুম চনবদগী ফণভঙ্গুর ওইব যৌবনদ হয়াও নুঙাইব ফংলিব মহাক মীওইব ওইরগনসু শামক্তি লৌনৈ। কনাগুম্ব মী অদুন অজ্ঞান নত্রগ অভিমান্ন মরম ওইদুন ময়াই কাবন ঙাওরব যৌবনাবস্থাবু অভিলাষা তৌরিব, দুর্বুদ্ধি অদু থিন্দনমক নীংঙমদব মৈচাকী মৈশা শরুক য়াব তাই। মালেম-লৈমাইসিদ মীশিং অদুমক মহাত্মাশিংনি মখোয় অদুন যৌবনগী মশক

ওইরব খুদোং থিরবসিদগী শোকহন্দন য়াম্ন নুঙাইন লাম্বোকথিব। চাওর-চাওরব গুম্ভীর লাইরেন্ন থন্দুন লৈরিব মহাসাগরবু নুঙাইন শাম্বোকপদি ভম্মী তৌইগুম্বসুং বিষয় চিন্তানচিংব অচৌব ঈথকশিংন মরম ওইদুন হৌরিব অমসুং ফত্তব গুণ ফত্তব শাজংকী মশক ওইব দোষ কয়ান থন্দুন লৈরব অসিগুম্ব নিন্দা তৌনিঙাই ওইব য়ৌবনবু লাম্বোকপদি য়াম্নমক অরুবনি। ব্রহ্মণ! নোল্লুকপন লৈতেংলব, অথোইব পুরুষশিংবু চংজফম কাইদোং পীরিব থৌজালন ঙাম্বোক্রুব অমদি শম, দম, ক্ষমা, দয়া, শান্তি, সন্তোষ অচম্ব মতৌ সরলতানচিংব মথল মথাগী গুণশিংন তিল্লব অথোইব যৌবনদি সংসার অসিদ অসুক্কী মতিক তাংই মদুদি আকাশত বন লৈতবগুম।

## নুপীগী হকচাং (মশক) চংখোনব মতৌবু নিরাকরণ তৌব।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মুনীশ্বর! সোমদন শমশিং আসোমদ ঈ অমসুং শদোং অসিতনি যুবতী স্ত্রীগী হকচাং। মহাক অদুগী থম্মোই বিবেক্ক পাক-চাওরব অদুগুম্ব জ্ঞানী পুরুষত, নিন্দা তৌনরিব নারী শরীরন করি চম্নফম লৈ? ইকাই খুম্নজরিব মুনি! মমল য়াম্লব ফিজোল অমসুং থাও কস্তুরীনচিংব তৈদুন মদুশিংদুবু হম্ন হম্ন শেম শাদুন নুংশিন তৌরকথিব হকচাং পুবশিং পুম্নমকী কায়াংশিং অদু করিগুম্ব মতম অমদা লংজা অমসুং লমহুইনচিংব শদোং চাব জীবন হুংকাই অমসুং চিংথংলি। অদুগুম্ব স্তনমণ্ডলদ মেরু পর্বতগী চিংদোলগী লমদমদগী হয়াও তয়ান্ন চেম্বরকপী গঙ্গাজীগী ঈশিংগী ইচেলগী মতৌগুম্ন মুক্তাশিং পরেংগুম্ন ফজন উরম্মী, শিরবগী মতুংদ মাইকৈ পুম্বগী মোংফমগী লৈম্নাইদ নুপীগী অদুগুম্ব স্তন (খোমলাং)বু হুইন অহাও-মখেল-চদুম অমগুম্ন হাওন চায়। মদুদি বন্দ চাক্তাব গম্ভা নত্রগ উটকী ঈ-তোং অমসুং শরু শদোংসু, মত্তৌ অসুম্ন

কামিনিশিংগী কায়াৎসু (হকচাংসু) অদুগুম উপকরন (চপ মন্নব পোৎচাক) শিংদুন তিনবনি। অদুগাবু নুপীগী মকমতন্দ মীশিংন অসুক তকশিন চিংশিল্লিব করিগীনো?

মুনো! মীশিংন নুপীগী শরীর (হকচাং)দ অদুগুম্ব লৈখা তানবগী মশক ওইব ফজনীংথিবগী কল্পনা তৌনরিব মদুসু ঐগী মান্যতাগী মতুংইন্ন খক লৈতে। মদুদ ফজন পুক্লিং নুঙাইহন্ন উরিব মদুগী অমত্ত ঙাইরব মরমদি মোহমক্লি। পুক্লিংদ বিকার পোকহল্লিব মদিরা (য়ু)দ অমসুং যুবতী স্ত্রীদ করি খৈন্নে। মাইকে অমরোমদন মদন (নেশান) মরম ওইদুন মীওইববু মরাং কায়ন লাংহনব পী অদুগা অতোপ্প অসোমদন কামগী ভাবপু হৌদোকুন নুপাগীদমক্ত নুঙাইব পীনবী ওইরি। (মরম অসিন মশাগী য়াইফ-মঙ্গল পামলিব নুপাশিংগীদমক্তদি সামান্য ওইবদ থাদোকদবনি) মদুদি মৈথুমক্ল মশমগী মওংদ ধারণ তৌরিবী চাকথৎলিব মৈরী য়েংবথক্তন্দ ফজবনী তৌইগুম্বসুং শোকউ-পাইরুরবদি খাঙব ঙমদে; নাপীশিংবু চাকথেকই। মতৌ অদুগুম্ন কাজল ধারণ তৌরিবী অমদি মিংস্নাশিং ফজন উরিবী নুপীশিং, মখোয়বু শোক্লুব ফলদ অৱাব পীনবীনি, নুপাবু বাসনাগী মৈদ চাকহন্দুন থম্বীনি।

হ্ পাম্বীগী উরীশিং ফজব মপালগী লৈশাংশিংন পুক্লিং হুন উই, অনৌ অনৌব মনাশিংন পুংন ফজে খোইমুশিংগী শান্নফম মফম ওই, লৈগী নাচোম চরোং য়াম্বে, লৈশিংগী লৈরিক মফোলন নাপু মচুগুম্ন উই। মাবু নীংজ-পামজদুন নুংশিজব মীশিংবু হাংলি নম্রগ ঙাওহল্লি। মতৌ অদুগুম্ন ফজরবী কামিনী লৈরাংশিং কেদুন লৈকগী মরম্ন পুক্লিং হুবগুম তৌই, অনৌব খুংশা লয়োম্ন নীংথিবী ওই, খোইমু মতৌগুম্নব তথক্লব মিংশিংগী মিংয়েং নুঙাইব উংথোকরই, লৈ চরোংগী মতৌগুম্ন স্তনন থবাক্ত ধারণ তৌই। লৈশিংগী লৈরিকী মতৌগুম্ন সনা অহিংব অঙৌব মঙাল ঙাঘোকই নুপাশিংগী মাংহন্নবগীদমক্ত থৌরাং লোইদুন লৈবী অমসুং কাম ভাবত মাবু নুংশি পামজরকপশিংবু অঙাওব অমসুং অশিবগী মথা পোলহল্লি। মুনি অথোইব! কামগী মশক ওইরব শাদানবন অপঙব পুক্লিং মীওইব

কৌব উচেকশিংবু থুজিলহন্নবগীদমক্ত নুপীগী মশক ওইব জাল লাংবু শদোক্তুন থাক্লি। পোক্লফম লমদম ওইরব অপিক অপিকপ ঈতুংফমশিংদ পোকপ লনগী মশক ওইরব লৈখোমদ চাকত্রব নুপাগী মশক ওইব গুশিংবু থুজিন্নব (ফানব)গীদমক্ত নুপী হায়বীসে খোইগী খোইজিন্দ হাপলিব খোইচাক্ক মান্নে অমসুং দুর্বাসনামক্ল খোয় অদুগী খোইরীনি।

নারীগী থবাক্ত, মিত্ত, নীংদুদ, অমদি পিশুমদ অদুগুম্ব মচি মচং ওইব সার বস্তুগী মমিংদ শুপ্পগী শদোংখক্ত লৈ মরম অসিন করিগুম্ব থবকী পোং অম ওইদব মদুদ ঐগী কান্নব করিনো? ঐন পুন্নমক্তু লৌরগ করি তৌনগনি। ব্রহ্মণ! অসিগুম্ব শদোং অসিদসু ঈ অমসুং অসিদসু শরুশিংনি মসিনী নুপীগী হকচাং মদুমক মতম খরদংগী মনুংদ মম্বদুন কংশিল্লকদব ওই।

সংসারগী মীশিং! নুপীগী কায়াংশিংগী মতম খরদংগী মতুংদ ওইরক্কদব ফল অসি ঐন নখোয়দ হায়খ্রে অদুমক্ত নংন অমুক করিগী ভ্রমগী মতুং ইন্নদুন চেনশিল্লিবনো? পঞ্চ ভূত মগ্রাগী য়ানশিন্নদুন শেম্নকপ কায়াংশিংগী পুনশিনবমক নুপী কৌব-মিংদ খণ্ডনবনি। মরম অসিন বিবেক বুদ্ধিন তিল্লব নুপা কনানসু আসক্তিন ইনশিন্দুন করিগী মাইকে অদুদ চোংশিনগনি? মদুদি শামু অমোমগীদমক্ত লাংতক্লরব শামুন বিন্ধ্যাচল পর্বত্ত মাবু থুহন্নবগীদমক্ত লাং থাক্লিব কোমকুত্ত তাদুন ফাব অমসুং ব্রানিঙাই ফিভম ফংই, দশা অসি তরুনী স্ত্রীগী মোহদ থুজিল্লব তরুণ পুরুষকী ওই। (সর্গ- ২১)

~o0o~

# অহল ওইবগী অৱাব মতৌ।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মহর্ষে! উনগী মশক ওইব বক্সন থম্বালবু, নুংলৈ নুংশিংন লিক্লাবু অমসুং তুরেল ইচাওন তোর্বানগী উপালশিংবু মাংহল্লি। মতৌ অদুগুম্ন বৃদ্ধাবস্তা অহনগী ফিভম্ন হকচাংবু মাংহল্লি। মদুদি হু খজিক্তং চারুবদ

হকচাংবু থিন্দনমক ফিভম থীব ওইহল্লি। মতৌ অদুগুন্ন অহনগী ফিভম জরাবস্থান মীওইবগী কায়াৎ পুন্নমকপু মঙ্গদুন থুনমক শকওই চাদব ওইহল্লি। মখোয়গী কায়াৎ পুম্ন হিকথদুন খুইজিল্লব উম্ন থলহল্লি অমসুং অহনগী ফিভম্ন মখোয়গী অঙ্গ খুদিংমকপু কংশিলহল্লি। অসিগুম্ব মী পুন্নমকপু ফজবীশিংন উট কৌব শাগুন্ন উই। অহনগী ফিভমন মন্নম ওইদুন মাগী কায়াৎশিং নিঙ্কুন লৈরিব অসিগুম্ব মীবু মীনাই মীশল নুপী অঙাং বন্ধুবান্ধব অমদি শাগৈ নাতৈশিংন অঙাওবগ মান্নন খন্দুন মাবু নোক্লবী। অতোনবগী মশক ওইব দোষন থল্লব থম্মোইদ মৈচাক ফংহন্নিঙাই ওইব অমদি আপত্তি পুম্বগী অমত্ত ঙাইব লোইনব ওই। তৃষ্ণাগী ঈচাওদি অহনগীদি হেনগৎলকই। ওঘোকপনি, য়াম্ন অৱাবনি ঐ পরলোক্ত করি তৌরগনি? মতৌ অসুন্ন য়াম্ন নীঙমদব অকিব অদুগুম্ব প্রতিকার তৌব য়াদ্রব বৃদ্ধাবস্থাদ হেনগৎলকই। অহনগী মতমদ উপায় লৈত্রব ঐ কনানো? ঐন গুম্ব করিনো? ঐন কমদৌন করি তৌগনি? করে ঐ তুমিন্ন লৈরগনি। অসিগুম্ব মথলগী অতোনব মতৌগী উদয় হৌগৎপ ওইরকই। ঐন কনাগুম্ব ঐগী মীদগী করম্ব মতমদ করি অমসুং মতৌ কমদৌন অহাও-অথুম চিঙ্গাক ফংব য়াই? অসিগুম্ব মথলগী চিন্তাগী মশক ওইবী অনিগুব অহনগী ফিভমন হনুরবদ অরংপ লৈতন পুক্লিংবু চাকহন্দুন লৈ। অহনগী মতমদ মীওইবন মাগী শক্তিগী চাংপুব মাংহল্লি। করিগুম্ব চাবগী পাঙ্গল লৈরবসু তুম্নবগী শক্তি লৈতে অমসুং করিগুম্ব তুম্নবগী শক্তি লৈরবসু চানবগী শক্তিদি হেক লৈতে। মতৌ অসুন্ন শক্তি মাংথিব মরম্ন ভোগগী ইচ্ছাদি য়াম্ন কনব হেনগৎলকই। ফিভম অদুদ লেপ্নমক থম্মোই চাক্তুন লৈ। হে মুনি! হকচাংগী মশক ওইব উপালগী মতোন্দ তৌরক্লিব জরাবস্থাগী মশক ওইবী উরোক হনুবী মহাক অদুন মথল মথাগী অৱাবশিংন হকচাংগী মাইথিব ওইহল্লিবীনি, লাইনাগী মশক ওইরব লিলশিং চরাংনদুন হেং হেং নাহেদুন লৈরকই অদুগুন্ন ব্যাম্বব মূর্ছাগী মশক ওইবী গুরু মন্নকপবু ঙাইদুন লৈরিব অসিবু মৃত্যুগী মশক ওইবী মকুন কদায়দগীনো থুন পাইশিল্লকপ উরকই।

মদুদি নুমিদাংবাইরমগী সন্ধ্যান চংলক্লবদ খুদক্ত অমঙ্গসু চেনশিল্লকই।

মতৌ অদুগুম্ন হকচাংদ অহনগী ফিভম জরাবস্থাবু হেক উরক্রবদ অশিবসু চেনশিন্দুন লাকই। অহাংব নগর, মশা ককথংশ্রব উপাল অমদি মদুদ নোংতাব লৈত্রব দেশ অদুসু খয় খরদ ওইরবসু ফজব লৈ তৌইগুম্বসুং হনুব ফিভম্ন চাশিন্দুন মচু-কংথরক্তুন শোল্লব হকচাংদি উনগী মপৈন লান্দাদুন খুইথ-কংথরব থম্বালগুম্বগী ফজবদু ওই।

কোক্কী মশক ওইরব চীংগী চীংদোন্দ থোরকপ অহল ওইকগী মশক ওইব থাবল, বাতরোগ অমসুং লোকখুবগী মশক ওইবী থরোবু য়াম্ন ফজন শাংকাইহল্লি। হনুবগী মশক ওইবী কম্ন চেম্ববী গঙ্গান আয়ু (পুন্সি) লোইরবদ হকচাংগী মশক ওইবী তোর্বান্দ হৌব উপালগী মরূবু ফুক্তোক্তুন থিন্দন ভুহল্লি। মুনে! অত্তৌব মনা পানব অমসুং লৈশিংন য়াম্বরিবী উরী-মচাশিং অখোয়ব ওইব মতৌ অদুগুম্ন মাগী মশা কায়াং পুম্ব ভৌথোক্রব মীওইকগী অদুগুম্ব পারব কংলব হকচাং অহলগী মতমদ কোম্বরকই, য়ুম য়াংলেনগী মতৌগুম্ন লুকথরকই। মুনে! মদুদি কর্পুরগী মতৌগুম্ন ভৌরব লফু পাম্বীবু শামুন মিকুপ অমদ ফুক্তুন হুন্দোকপগুম মৃত্যুগী মশক ওইরব য়মরাজন অহনগী ফিভম্ন কর্পুরগী মতৌগুম্ন ভৌরব হকচাংবু লেপ্পমক মিকুপকী মনুংদ ফুক্তুন লংথোকই। অদুগুম্ব বৃদ্ধাবস্থা কংলবদসু হিংলিব অদুগুম্ব ফত্রব পুন্সি অদুগীদমক্ত মিহৌন পাম্ব থম্মুবগী করি কাম্লে। মালেম লৈমাইথক্ত কনাদগীসু মাইথিব খক ওইদ্রিব জরাবস্থা অসিন মীওইকগী অনীংব পুম্ব তিরস্কার তৌরি- মখোয়গী করিগুম্ব ইচ্ছা অমত্তসু মহৈ য়ানব ত্তমহন্দে।

(সর্গ-২২)

~oOo~

# মতম (কাল)গী মশক নৈনব।

শ্রীরামচন্দ্রজীন হায় - মসি ঐগী ভোগ্যবস্তু (বিষয়)নি, ঐ মসিগী ভোক্তা (বিষয় লৌব মী)নি। মখোয়সিন ভোগগী সাধন (পাম্বে)নি, পাম্বে অসিন মতৌ অসুম্ন ভোগ বস্তুবু ফংলগ ঐন মতম কুইন মসিবু উপভোগ তৌগনি। ঙসি পোৎ অসি ঐন ফংলে অমসুং হৌজিক নিংলিব অসি অমুক ফংলগনি অসিনচিংব মশীং নাইদ্রব পুক্নিংগী সংকল্প বিকল্প(ফংগে নিংব অমসুং ফংনিংদব) অদুগুম্ব অৱোইব লৈখিদ্রব ব্যবহারিক বাঙাংশিংবু শিজিন্নে। অমদি কৈগু লৈতব হকচাংদ অচৌব বুদ্ধি আত্মা ভাব থল্লিব অদুগুম্ব অপঙব মীশিংন হেয়োপাদেয় (থাদোক্কদব ওইব পোৎশিং) ৱেক্রব মরূপ অমদি অপাম য়েংথিনচিংব খেন্নব ভেদশিংন মরম ওইদুনা সংসার মশক ওইব গৃফাদ ক্রমবু থোইদোক হেন্দোক্ল মতিক মগুন চাওন (ককথংপ ঙমদব) ওইনা শেমলে। মদুদি বড়বাগ্নিন ইথক ইপোম হৌরিব সমুদ্রবু চুপশিনব মতৌ অদুগুম্ন পুন্নমক চাবী কাল (মতম)সু পোক্লকপ জগত অসিবু চথোম ওইনরি। অকিব ফংলব কালগী মশক ওইব মহেশ্বরন প্রপঞ্চ জগত অপুম্ব অসিবু য়োংননবগী কিঙমদ ঙাইদুন লৈরি। মরমদি পোৎ পুন্নমক মাগীদমক্ত সামান্য ওইবদ চথোম শেম্ব ঙম্মী। যুগ. বর্ষ অমসুং কল্পগী মওংদ মতম কক্তুনা কোংদোকপনি। মাগী অশেংব মশক কনানসু উব খঙব ঙমদে। সংসার পুন্নমক অসিবু খুদুম চন্দুন মান মথক্ত ফম্লিবনি। সংসারদ অদুগুম্ব নুঙাইরব শুভকর্ম তৌবশিং অমদি অৱাংব মতৌ নক্রগ মতিক মগুন্দ সুমেরু পর্বতকীসু গুরু ওইপ্রবশিং পুন্নমক অদুবু মতম্ন মতৌ অসুম্ন য়োংশিনথি মদুদি গরুড়ন লিলশিংবু য়োংপগুম। কাল অসি য়াম্ন তমথিবনি থম্মোই কনব, থৌজাল খঙদবনি, মীনুংশি খঙদব অরিকপ অমসুং অতোনবনি, সংসার অসিদ হৌজিক ফাওবদ কম্নিগুম্বদসু অসিগুম্ব পোৎ অমত্ত লৈখিদ্রি মদুন কাল অসিগী পুক্নুংদ চংলোইদব। কাল অসিগী বিচারদি মতম পুম্বদ পুন্নমকপু য়োংশিন্নব তৌব থক্তনি, মসিন অমবু য়োংলবদসু অতোপ্প অম শাইদুন লৈ। হৌজিক ফাওবদ মশীং থীঙমদ্রব মীশিং

মসিগী মবুকী শুরুংদ চংম্রে। অদু ওইরবসু য়ান্ন চাব পুকচাওব কাল অসিন পেনব কৌব লৈত্রি। মসি অহিংগী মশক ওইবী খোইমুশিংন থল্লব অমসুং নুংখিলগী মশক ওইবী লৈয়োনশিংন লৈতেংলব চহি কল্প অমসুং কলাগী মশক ওইবী লতাশিং অরুংপ লৈতন সৃষ্টি (লৈশেম্ব) তৌদুন লৈ তৌইগুম্বসুং করিগুম্বদসু চোকথব খক নাইদে।

মুনো মতম অসি লৌনম চাওবশিংগী মকোকনি। মসি কয়ারক হন্না থুগাইরবদসু কাইব লৈতে। মৈ থাদোক্রবদসু চাকপ নাইদে অমসুং দৃশ্য ওইরবসু উব ঙমদে। মসি মনোরাজ্যগী মতৌগুম্ন শন্দোকই। মিকুপ অমগী মনুংদ করিগুম্ব পোৎপু হেক্ত পোকহল্লি অমসুং মিকুপ্ত করিগুম্ব অমবু পুংমাং মাংহল্লি। মতম অসিন সুপ্নগী মশাগী মবুক থন্নবত পুক্লিং লুপ্তন লৈবন মরম ওইদুন নাপী, উকুল, ইন্দ্র সুমেরু, উনা অমসুং সমুদ্র পুন্নমকপু মাগী মখা পোলহনব অমসুং য়োংননবগীদমক্ত থৌরাং তৌদুন লৈরি। সুপ্নগী কাল অসিতদ অয়ৌব ফত্তবন থল্লি। লোভসু মসিগী মনুংদ লৈকম পীরিবনি। লাইবক থীব হায়দুন হেক লৈরিব পুম্বসু মসিদ লৈনকম নিবাসনি। অমদি খাগুমদব চরাংনবসু মসিতদ ফংই। কাল অসি মহাকল্প কৌব পামেলশিংদগী দেবতা মনুষ্য অমসুং অসুরনচিংব থব্রাই পানব প্রাণী কাংবুগী মপৈ ওইব মহৈশিংগী অরুম্বশিংবু কেলহল্লগ লৈবদৌন লেপলি। মহাকল্প লীশিং কয়া হৌশ্লবদসু মতম কাল অসি ময়েং তাবসু তৌদে। কনাগুম্ব অমবু ইকায় খুম্নবসু তৌদে করিগুম্বদসু লাকপ তৌদে চংখিবসু তৌদে মুংথিব (নুম্নিং তাখিব)সু তৌদে অমসুং মসি থোরকপসু তৌদে। যৌবনগী মশক ওইরব থম্বালশিংবু কেমহন্নবগীদমক্ত মাদি চন্দ্রমাগী মশক্লি, পুন্সি কৌব গজরাজবু হোগাইননবগীদমক্ত নোংশাগী মতৌনি। সংসার অসিদ অতোনব নম্রগ অথোইব করিগুম্ব অদুগুম্ব পোৎ অমত্তসু লৈতে মদুদ কাল কৌব হুরানব অসিন হুদুন পুথিদব। কাল অসিমক্ত ব্যবহারিক অবস্থাদ সংসারগী কর্তা ভোক্তা সংহার তৌরিব অমসুং নীংশিংবীনব (স্মরণ কর্তা) নচিংব পদ পুন্নমক্ত খোংকম পুম্বদ

চংশিন্দুন লেপলি। কনা অমত্তনসু বুদ্ধিগী হৈশিংবন ময়ম ওইদুন কাল অসিগী অথুপ্প রহস্যগী অরেম্প পীব ওমদে। পুণ্য অমসুং পাপকী মহৈ চাকগী মতুংইন্না কজব অমসুং অথীব মশকী শায়ওন লৌরিব হকচাং পুন্নমকপু মতমতন পোকহল্লি, মতমমক্ত মদুবু য়োকই অমসুং মতমক্ত মদুবু সংহার তৌই। মতৌ অসুম্ন জগত অসিদ মফম পুন্নমক্ত মতম্ন শান্নব উনরি। মীওইবদদি মতমগী পান্জলসি প্রসিদ্ধমক্রি।

কাল অসিগী নুপী চণ্ডী (অশুকপ ফংন শাওগনবী কালরাত্রি) মহাক য়াম্ন হৈশিংন চংলি। মসিবু কালন সংসারগী মশক ওইরব কন অসিদ শান্নকীদমক্ত খিনখিবনি। মসিগ লোইনন যাত্রিকশিং পুন্নমক (ডাকিনী, শাকিনীনচিংব) লৈরি।কালরাত্রি অসি কৈ অমোমগী মতৌগুম্ন থরাই পানব পুম্বরু মাংহল্লিবীনি। কালগী পীরুংগী মমিংনি- অভাব নত্রগ সংহার। মসি মতম পুম্বদ পীরী খিংব টংকার তৌদুনত লৈ, মদুদগী অরাকগী মশক ওইব তেনশিংগী লেগুন চুথরী। লিরুং অদু মাইকে খুদিংদ কাপথোক্তুন লৈরি। ব্রহ্মণ! কালগী মশক ওইব রাজকুমার অসিন সংসারদ চেল্লিব প্রানিশিংগী মতুংদ তাম্নরি অমসুং মাগী তেনশিংন লেংশিন্দুন থমলি। কাল অসিদগী হেনব শক্তি লৈব অতোপ্প কনাসু লৈতে। মসি খ্বাইদগী হেনব শাদানব শান্নবদ হৈশিংবনি অমসুং হেক লৈরিব লক্ষ্য করুপশিংদগী খ্বাইদগী থোইব চাংদম লম্বা লৈতব ওইরি। হেক শন্দোক্তুন উন্নিব জগন্নাগুল অসি মতম কাল অসিগী জগোইশঙ্ নৃত্যশালানি। মসিদ মহাক মশামক মবুক পেম্ন জগোই শারি। মদুদি অশ্গংন লৈপাক লৈথোম মতুম পাইরগ মথল কয়াগী শান্নপোং শাবগুম, মতৌ অদুগুম্ন কালসু হুম্ন হুম্ন মরোল তরামরি মথল মথলগী বন, লোক-লোকান্তর জীবগী কাংলুপ অমদি মথোয়গী মথল মথলগী আচার-বিচার সৃষ্ট তৌদুন লৈ। আচার-বিচারশিং অদুগী থৌরম-থৌজং (প্রবৃত্তি) সত্য যুগ অমসুং ত্রেতাদ লেংদব অদুগ দ্বাপর অমসুং কলিদ অচংপ অরেংব ওই। পুন্নমক অসিবু শেষদ কালন করিগুম্বদসু চোকথব লৈতে।

(সর্গ - ২৩ -২৫)

~o0o~

# কালগী প্রভাব - মীওইবগী পুন্সিগী লেপ্তব মতৌ।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মহামুনে! জগত অসিদ মতম্নচিংবগী লীচং মতৌ অসুম্ন ওইরি অদুনদি নহাক্ন হায়বীয়ু সংসার হায়ন কৌব প্রপঞ্চদ ঐগুম্ব মীশিংগী করি থাজনিঙাই ওইগনি। মুনে! অদুগুম্ব দৈব (প্রারব্ধ কর্ম) নচিংবন ওইরিব অবা-নুঙাইনচিংবগী মশক ওইব প্রপঞ্চ-রচনাশিংসিন শুঙ্কংলদুন ঐখোয় মীশিং অসি কনাগুম্ব অমগী মখুত্ত য়োয়োকপ্রব মীনাইশিং অমদি বনগী শজিশিংগী মতৌগুম্ন মীথা পোনব ওইদুন লৈরি। মদুদি লিলন নুংশিংপু থকই মতৌ অদুগুম্ন অসিগুম্ব তমথিব শাজং ওইব মতম কালন মথোক কারকপ হকচাংবু হনুবদ য়ৌহন্দুন হেক লৈরিব থবাই পানব পুম্ববু অরংপ কৌব লৈতন মাগী চখোম ওইদুন লৈরি। মতম থম্মোই পান্দব থৌজাল হৈতবশিংগী নিংথৌনি। মহাক্ন করিগুম্বদসু উপায় লৈত্রব খুদোংথিবদ তারব (আর্ত) প্রানীগী মথক্ত থৌজাল দয়া থক তৌদে। জীব পানব পুম্বদ দয়া তৌব পুকচেল চাওব মীদি সংসার অসিদ তাংলবসু ফংব য়াই। মুনে! জগত্ত অসুক্কী মতিক থবাই পানবগী কাংলুপশিং লৈরিব মখোয় পুম্বগী বৈভব (মরল মথুম) পুন্নমকতু করিসু লৈতব অমদি খজিত্তনি অমদি ভোগগী মকমনি হায়দুন হেক লৈরিব মদু পুন্নমক অকিব ফংলব অমসুং পরিনাম (মমৈগী ফল)দ লোইঙমদব অবাবখক্ত ফংনকমনি। থবাই পানবশিংগী পুন্সি থোইদোক্ন তনিক তনিকই। মৃত্যু অশিব য়ান্নমক তমথিবনি।মথোক কারকপসু য়াম্ন লাংতক্নব ওই অমসুং অভাংগী ফিভমসু মোহমক্ত লুপ্তুন হৌথি। সংসারী মানুব্য ইশৈ নোংমাইগী কলাগী রস (নম্রগ বিষয়ানুসন্ধান)দ দাগ শিদ্র লৈব ওইহল্লি। কৈরোই লৈকাই মরুপ মপাং সংসারদ পুনশিন্নবন থৌরীগ পাংথকনি। ভোগ জাং অসিগী অথোইব রোগ লাইনানি অমদি নুঙাইবনি হায়বনচিংবদ থৌরাংলিবশিংসি মৃগ-তৃষ্ণাগ মান্নবনি। খুদুম চনশিন্দ্রব ইন্দ্রিশিংমক য়েক্নবনি। সত্য স্বরুপ আত্মা অসত্যগুম্ন ওইরি অমদি জীবাত্মা অজ্ঞান্ন মরম ওইদুন হকচাংবু মশামক্নি লৌনরে। লাকশিন্দব পুক্নিং বন্ধনগী মরম ওইবদগী আত্মাগী শত্রুনি

অমদি অজ্ঞান্ন খুদুম চন্দুন জীবাত্মা অসি মশামক্ত মশাদ পুক্লিং অদুন মরম ওইদুন চৈফু ফীরি। অহংকারমক্ত কলংকগী মরমনি। বুদ্ধিশিং য়াম্ন শোনব (আত্মনিষ্ঠা য়াওদব) ওই। থৌ পুম্ব শাস্ত্র বিরুদ্ধ ওইবদগী ৱাবগী মশক ওইব ফল পীনব ওইরি অমসুং লীলাশিং (হকচাং অমসুং পুক্লিংগী খোংথাংশিং) নুপী ফংবরোমখক্তদ কেন্দ্র ওইরি সুপ্নগী নুপীশিংতবু মখোয়গী বিষয় ওইনখ্রে। ইচ্ছা (ফংনিংব) শিংন বিবযশিংখক্তদ ফজব ফংজে- মখোয়সি ভোগশিংগী মাইকৈতদ চেনশিল্লি। পরমাত্মাগী ওয়েখকপ কৌব অরুংব মঙাল মাংখ্রে। নুপীশিংসি দোষশিংগী লান্নীশিংনি অমদি বিষয় পুম্বগী রস পুন্নমক অশেংবমক্তি মহাও য়াওদব নীরসনি।

মহাত্মন! অমোংপ বুদ্ধিন পুন্নমক্কী অন্তকরন (পুক্লিং)বু লাংতক্ত হন্দুন থমলি। অজ্ঞান্ন মরম ওইদুন পুন্নমকপু ঙৌরি। রাগগী মশক ওইব লাইনা (রোগ) নোংম-নোংমগী হেঞ্জিললক্রি। অমসুং বৈরাগ্য অতাংব ফংঙমদব ওইরক্রি। আত্মদর্শনগী শক্তি রজোগুন্ন মাংহল্লক্রি। মরম অদুন সত্বগুণ ফংব ওইদে সুপ্নগী তমোগুণ হেনগৎপদ ওইরি। মরম অসিন তত্ব (সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মা)য়ান্নমক লাপথোকপ ওইরি। পুন্সী লৈতাকম খঙদব ওইরে, অসিবন থুনমক চংলক্রব লাংতক্রন ঙাইরি। তপথব হায়বদু লৈত্রে অমসুং করিসু লৈতব বিষয়গী মফমদ মীশিংগী আসক্তি নোংম নোংমগী হেনগৎলক্রি। বুদ্ধি অপঙব মতৌ (মূঢ়তা)ন মোৎহনব ওইরে। হকচাংগী অরোইব পরিনাম সুপ্নগী লৈখা তাব মাংবনি। হকচাংদ অহন ওইবগী ফিভম্ন ঙাম্মোরক্রি, অমসুং পাপকী মৈরিক হন্ন হন্ন কাপথোরক্রি। মথোক কারকপন চেকশিন্ন চেনখিনব হোৎনরি। সতসঙ্গ ফংব ঙমদব ওইরক্রে, কদায়দসু করিগুম্ব অথোইব আশ্রম ফংলক্রে অমসুং সত্যভাবকী উদয়দি কদায়দসু ওইরক্রে। অতোম্পগী নুঙাইব উরগ ওইব আত্মাগী অপেনব মাংখিবগুম তৌরে। অরুংব থৌজালগী নুমিং থোরক্রে, অতোনব অনেম্ব মতৌন অরাম্পদগী মনাক য়াম্ন নকশিল্লক্রে। তপথব ইংথব মতৌন খাংঙমদব পাখৎপদ ওল্লক্রি। জীবগী থবক সুপ্নগী আবাগমন পোকপ শিব ওইদুন লৈনরে। খোঙথাং খুদিংদ কক্তব

সঙ্গদি ফংই তৌইগুম্বসুং সৎপুরুষশিংন তৌব সৎসঙ্গদি থোইদোক হেন্দোক্ল ফংঙমদব ওইনরে। হেক লৈরিব পদার্থ পুম্নমক পোক্লকপ অমসুং মাঙ্গদব ঙাক্তনি। বাসনা (অপাম্বগী ময়ি) ন সংসারদ পুনর্শিল্লিবনি অমসুং কালন প্রানিশিংগী পরমপরাবু মতম পুম্বদ করিগুম্ব খঙঙমদব মফমদ পুদুন চৎলি। মাইকৈশিংসু উব ফংহন্দ্রি।

দেশসু বিদেশকুম্ন ওই অমসুং চীংসু চাইথাইদুন তুমদুন মাংলকই অদুদ ঐগুম্ব মীওইবগী লেংদব ( স্থিরতা)দ করি থাজগনি? সুপ্নগী লৈব সত্তামাত্র তন মাগী স্বরূপ ওইব কাল অদুন আকালবুসু চাথোরুই। মরোল ১৪বুসু মাগী মচিঙ্গাক ওইথোক্লি। পৃথ্বীসু মাংব নাইরি অদুগ ঐগুম্ব মীন লেপ্ন লৈবদ করি থাজনিঙ্গাই ওই। চাওর চাওর দানবসু কেমথরি, ধ্রুবসু অরেম্প লৈতব ওইরি অমসুং অমরসু অশিব ফংলকই অদুগ ঐগুম্ব মীওইবন অসুম লেপ্তুন লৈগনি হায়বগী করি থাজব ঙমগনি।কালন মাগী মশীং থীঙমদ্রব মচিনশিংন ইন্দ্রবুসু শাইদুন চারি যমরাজবুসু খুদুম চনশিল্লি অমসুং মাগী মতিক ময়াইন নুংশিংপুসু নুংশিং ওইহন্দে - মাগী অরৈব অস্তিত্বসু মাংহল্লি অদুগ ঐগুম্ব মীওইবগী অরেম্প ওইন লৈগনি হায়ব মতৌদ করি থাজনিঙ্গাই ওইগনি? থাজ (চন্দ্রমা)সু কালন নমহন্তুন ব্যোম (আকাশ)ত লুপশিনখি। মার্তণ্ড(নুমিৎ)কীসু মতুপ মতুপ থায়দোকই অমসুং মৈসু ভগ্নতা মচেৎ মচেৎ কাইহল্লি। অদুন ঐগুম্ব মীওইব লেপ্তুন লৈগনি হায়বসিদ করম্ন থাজগনি। অদুগুম্ব মতম অদুন মৃত্যু(শিব)বুসু য়োৎশিল্লি নোংদম্ব (নিয়তি)বুসু হুমদোকই, অমসুং ঙমথৈ লৈতব আকাশপুসু মশামক্ত লুপশিলহল্লি। অদুগুম্ব মহাকাল অদুন লৈরিবদ ঐগুম্ব মীওইবগী লেংদন লৈগনি হায়বদ করি থাজনিঙ্গাই লৈবগে? মদুবু নাকোংন তাব ঝাঙাংন হায়ব অমসুং মিৎন উব ঙমদব অসিগুম্ব অজ্ঞাত স্বরূপ (খঙমদবগী মশক ওইব) অমদি মায়াবু পুথোকপ উৎপাদক করিগুম্ব অকুম্প তত্বন মরম ওইদুন মরোল তরামরিবু মশান মনাক্ত মায়ান মরম ওইদুন উহন্দুন লৈরিব তত্ব অদু নির্গুন-নিরাকার সচ্চিদানন্দঘন

পরব্রহ্ম পরমাত্মামক্তি। সমষ্টি অহংকারগী মশাক ওইবা কলাবু কংলদুনা পুন্নমকী মনুংদ লৈরিবা মহাক মতমগীসু মতমনি, পরমাত্মা কৌবা তত্বতন খাইদগী পুংথোই থোইবা অচৌবনি। মরোন অহমক্ত অসিগুম্ব করিগুম্ব পদার্থ অমত্তসু লৈতে মদুদি মহাক্ত মাংহনবা ঙমদবা। স্বর্গদ লাই, মালেমদ মী অমসুং পাতালদ লিলশিংগী সৃষ্টি মান তৌই। মদু মাগী সুপ্নগী সংকল্প অনীংবা খক্তদ পুন্নমক অসিবু অহলগী কিভমসু য়োহল্লি। অনুরাগন ভিল্লবা কামিনিশিংন মথোয়গী তথক্রবা মমিংশিংন মদুগী মাইকৈদ মুন য়েংলিবা অদুগুম্ব পুরুবা অদুগী পুক্লিংবু অথোইবা বিবেক্সু মশা কগংহনবা ঙমদে। কনাগুম্ব অতোপ্পবু উপকার তৌরিবা অমসুং অতোপ্পগী অবাবা উরগ মৈচাক পোক্লিবা মশাগী আত্মাবু শান্তি পীনরিবা অদুগুম্ব ইংলবা বুদ্ধিনতিল্লবা জ্ঞানী মহাত্মামক্তন নুপ্পই - মসি ঐগী থাজবনি। সমুদ্রদগী পোক্লকপ ওইবা বড়বাগ্নিগী মথয়াত্ত তাদুনা মাংখরিবা মশীং লাকওমদ্রবা ঈথকশিংবু কনানসু মশীং থীবা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্ব সংসারদ পোক্লগ কালগী খয়াত্ত তাদুনা মাংখ্রিবা লোইবা লাইদবা প্রানীশিংগী মশীং কনান থীবা ঙমগনি। মোংশোংশিংদ লৈবা শজী অমসুং উচেক মাগী লৈরেংগী মহাওমীহৌবন মরম ওইদুনা লাংদ থুজিলদুনা মাংনৈ। সংসার অসিদ মীওইবশিংগী আয়ু মপোক কয়াদ তৌরকখিবা কত্তবা কুকর্মশিংদগী মাংবা ওইরি। করিগুম্ব আকাশত উপাল হৌরিবা, উপাল অদুদ উরিন য়েংলবা অমসুং উরি অদুন ঙকশমদ কাঁসি তৌদুনা মীওইববু য়াম্বরবদি মদুদ বাব ওইরিবা অদুমক্তুম্ব অবাবা ফল অদুগুম্ব কামীশিংগীসু হায়রিবা অবাবা অদুদগী কোক্লবগীদমক্ত উপায় তৌবদি লাপথ্রবা বানি।। উপায় অদুগী বিচার তৌরিবা মীশিংবুসু মসিদ লৈত্র নত্রগ লৈতত্র ঐথোয়ন মসিমক খঙদে। মুনীশ্বর! সংসার অসিদ মীশিংগী বুদ্ধি চঞ্চল অমদি মোংপ ওই। বুদ্ধি অদু য়াওরিবা মীন অরেম্বমক্ত সংকল্প-বিকল্প, কয়াগী লাং শেমদুনা হায়রি-- ঙসি কুম্মৈনি মসি পুক্লিং হুন নুঙাইরবা খৃতুনি মসিদ যাত্রা তৌগদবা ওই। মথোয়দু ঐথোয়গী ভাই-বন্ধনি অমসুং মসিদ নুঙাইবনা থোইদোক্লবা ভোগশিং য়াওবনি - সংকল্প লিশীং লিশীংদ লুপ্ন লুপ্নদুনা মথোয় পুম্ব নোংমদি মতমগী থাবুমদ চংনখি। (সর্গ -২৬)

~০0০~

**সংসারিক ওইব পোৎশিংগী মচি লৈতব, মিকুপ্ত, মাঙব অমসুং অৱাবগী মওং ওইব অমদি সৎপুরুষশিংগী অতাংব মতৌগী প্রতিপাদন তৌব।**

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - হে মুনীশ্বর! জগৎ অসিগী মশক অসি য়াম্নমক ফজদব অরমনীয়নি। অদুম ওইদুনসু মসি মপান্দদি পুক্নিং নুঙাইনফম ওইন উই। মসিদ করিগুম্ব পদার্থ অমত্তসু ঐগী মিৎয়েংদ উব ফংদ্রি মদুদি মদুবু ফংব ওইরবদ থোইদোক্ল পোৎথাদুন লৈব (পরম সুখ)বু ফংব ঙম্ব। অঙাংগী মতম বালাবস্থা মখল কয়াগী ভাবন শেম্ব (কল্পিত) শান্ন খোংনবদ থকচোং-মাংজোংদুন হৌখি। মথোক কারকপ পাখঙগী মতম যুবাবস্থা লাক্লবদ পুক্নিংগী মশক ওইব শজী নুপীগী মশক ওইব শুরুং (গুফা)শিংদ নুঙাইন শান্নদুন অহল ওইশিল্লক্তুন হকচাং কংশিল্লক্লে। মতম অদুদ মীওইব কাংলুপ সুপ্নগী অৱাবগী অৱাব ফংদুন লৈররি (মঙোন্দ কদায়দসু করিগুম্বদসু ইংথব-নুঙাইব খজিক ফাওব ফংদে) অহল ওইব হায়ব উনগী মশক ওইবসিন তারক্লব (লাক্লবদ) হকচাংগী মশক ওইব শাংলম্ব থম্বালশিং মাংখিব ওইরকই। মতম অদুদ প্রানগী মশক ওইব খোইমুশিং মদুবু থাদোক্লগ লাপ্ন য়াম্ন লাপ্ন পাইখি। ফিভম অদুদ মী অদুগীদমক্ত সংসারগী মশক ওইরব সরোবর কংদুন মাঙব ওইখি। সংসার অসিদ তৃষ্ণা (অরাম খৌরাংব) কৌবী ভূরেলম অরং অখম লৈতন চেম্নদুন লৈরি। মসিন মাগী কল্লব ইচেলগী পাঙ্গল ইথিম্ন মসিগী মশীং লোইব নাইদ্রব পোৎ পদার্থসিংবু য়োংশিন্দুন মাংহল্লি। মসিন অপেনবগী মশক ওইবী তোর্বানগী উপালবু মরু ফুকতংপ য়াম্ন হৈবিনী। সংসারগী মশক ওইব সমুদ্রদ শউম্ন শাব হকচাংগী মশক ওইব হি মচা অসি অরাম খৌরাংনচিংব মখল কয়াগী ইথক ইপোমশিংন য়েহৎপদ হায় হুমলদুন নাক য়েং মাইকৈশিংদ কোইরে লৈদুন লৈরি। ইন্দ্রিয় মঙা কৌব গুম্ভীরন মসিবু থেঙ্গাইদুন লুপহম্নবগীদমক্ত খৌরাং তৌদুন লৈরি। মতৌ অসুম্ন হি

মচাসি খর খর য়ুশিল্লক্তুনা লুপথরক্লি। মসিদ তপথব(ধৈর্য) অমসুং বৈরাগ্যন তিল্লব বিবেকী জীবশিং তোংনদে। মদুদ তৃষ্ণাগী মশক ওইবী উরীশিংন হেন্না কুংন লৈব অসিগুম্ব সংসারগী মশক ওইব বনদ কোইচৎ চত্তুন লৈরিব পুক্লিংগী মশক ওইব য়োংন কালগী মশক ওইবী উপালশিংগী মশা লীশিং লীশিংদ কোইচৎ চত্তুন মশাগী পুন্সি (পুন্সিগী মতম) মাংহল্লি, তৌইগুম্বসুং পুক্লিংন পামলীব মহৈ (ফল)দি ফংনদে। মহর্ষে! অপত্তিশিংবু ফংলবদসু অৱাব অমসুং মোহন মণ্ডোন্দগী লাপ্ন লৈরিব হকচাং ফব অমসুং সম্পত্তিন তিল্লবসু মদুদ অহংকার য়াওদব পুক্লিংন লৈতেংব অমদি ফজবী রমনিশিংন মাগী অন্তকরন্দ শোকহনদব (বিকার পোকহন্দব) অসিগুম্ব মহাত্মা ওইব মী মতম অসিদ থোইদোক্ল ফংব ঙমদব ওইরি। অদুগুম্ব শামুশিংগী সেনাগী মশক ওইবী ইথকশিং পুংলাং লাংহল্লিব সমর-সাগরবু মাগী পাঙ্গল থৌনান লাম্বোকখিব ঐগী মিংয়েংদদি মথোয়দু শূরবীর(লান্দা থৌব)নত্তে। ঐদি মথোয়দুবু শূরবীরনি লৌই, মথোয় অদুন পুক্লিংগী মশক ওইব কল্লব ইথকশিংন থল্লিব হকচাং অমসুং ইন্দ্রিগী মশক ওইব সমুদ্রবু বিবেক বৈরাগ্যনচিংবন মরম ওইদুন চোংদুন লাম্বোকখিব। কনাগুম্ব মিংচৎন জগতপু মতিক মঙাল প্রতাপন মাইকৈ পুম্বগী প্রদেশশিংবু ললথুন্ন, নিজরিবশিংগী য়ুমশিংবু অমদি সাত্তিক কল(প্রকপি হৈব নোল্লুকপ পুকচেল চাওবনচিংব)দগী লক্ষ্মীবু মপুং ফাহল্লিব অমদি মহাক অদুগী তপথব (ধৈর্য)গী লিপুন করিগুম্বদসু তৎতব, অদুগুম্ব মহাপুরুষ পৃথ্বী অসিদ ফংব ঙমদব য়াম্ন তাংব ওই। করিগুম্ব চীংগী নুংগী মশক ওইব দীৱারগী মনুং (অরুব গুহাদ) চংদুন লৈরিব নত্রগ বজ্রন শেম্ব থুগাইব ঙমদব লানবন্দ লৈব ওইরিব মী পুন্নমকী মনাক্ত প্রারব্ধগী মতুং ইন্ন পুণ্যগী মহৈগী মশক ওইব সম্পত্তিশিং অণিমানচিংব সিদ্ধিশিংবু পুদুন মতম পুম্বদ কন্ন চংলকই অমসুং পাপকী মহৈ ওইব আপত্তিশিংসু লেম্প লৈতন মশা মথন্ত লাকচৈ। মুনি! মচা মশু, নুপী অমসুং লন পুন্নমক অসিবু মীওইবন ভ্রমন খুদুম চনখ্রব মশাগী বুদ্ধিদগী রসায়নগ মান্নন নুঙাইবনি খল্লি লৌই; তৌইগুম্বসুং শিরমদাই মতম মৃত্যু কাল

লাক্লবদ মখোয় পুন্নমক অদুন করিগুম্ব উপকার অমত্ত তৌদে অদুদগী হেন্দোক্তুন খ্বাইদগী হেন্ন পামজব ভোগসু মতম অদুদ হু থকপদগী ওইব ব্রাম্ববগী মতৌগুম্ন অব্রাব পীনবমক্কি মশক ওই। হকচাংগী অঙাং অমসুং যুবাবস্থাগী অরোইবদ হনুবগী খুদোংথিরব ফিভমবু য়ৌথ্রব জরাগী লাইথুংন কংশিল্লব জীব অব্রাবদ ইরাক্লদুন তাইবং অসিদ মশাগী সক্কিৎ তৌথ্রব ধর্ম য়াওদব পাপ্ন থল্লব ভাবশিং (কর্মশিং অমদি বিচার)গী নীংশিংলগা খাঙমদব নুংগী মৈরিন চাক্তুন লৈ। পুন্সিগী হৌগংলকপদ সুপ্নগী কাম, অর্থ অমসুং সকাম ধর্মখক্ত ফংনবগী থম্মোইদ মফম থমখিব অদুগুম্ব কৃয়াশিংদুন মরম ওইদুনমক মাগী মতম হৌহন্দুন হনুব ফিভম য়ৌরক্লবদ মীশিং অদুগী ব্রাহোংগী মতুগুম্ন নীক্লব হাইরব চঞ্চল চিত্তন করি উপায়দগী পাম্বৈদগী নুঙাইন ইংথন সুখশান্তি ওইব ফংগনি (হায়বদি নিষ্কাম ধর্ম নত্রগ পরমার্থ সাধন নত্তন সুখ-শান্তিবু ফংব অরুবনি) মদুশিংদু হৌজিক তৌব তাই অমসুং মখোয়দু মমৈদ মতৌ অসুম্ন মদুগীদমক্ত চিন্তা তৌরকইব, মখোয়ন খুদোংথিনিঙাই ওইব ফজরব অমদি মদুগী ফলদ কান্নদব অনর্থগী মশক ওইরব কার্য, নুপীশিং অমদি অতোপ্প মীশিংগী পুক্লিং নুঙাইথোকপ মনোরঞ্জনখক্ত তৌরদুন বৃদ্ধাবস্থাগী অরোইব ফাওব মীশিংগী চিত্তবু য়াম্ন য়াংন খুইথহন্দুন বিবেক ভ্রষ্ট ওইদুন লৈনৈ। মদুদি উপালগী উনাশিংন পাল্লক্লগ মতম খরতদ ঙাংশিন্দুন কেনখিব নত্রগ মাংখিব ওইব মতৌ অদুগুম্ন আত্মবিবেক য়াওহৌদব মীওইবন লোক অসিদ পোক্লরে অমগা অমগা তিম্নদুন মতম খরদংগী মতুংদ লোইনব থাদোক্লম্লগ চংনখি। ফরে, করম্ব লৌশিং চাওব মীওইন নুংথিল ওইরিঙে মতমদ অরাপ অরাম্পদ অরেম্বদ কোই কোইদুন লৈথোক্লগ জ্ঞানী মহাপুরুষশিংগী সঙ্গ অমদি সংকর্মগী অনুষ্ঠান তৌরক্তন নুমিদাং ব্বাইরম য়ুমদ হল্লক্লবদ অহিংদ নুঙাইন তুম্ব ফংব ঙমগনি। য়েক্লব পুম্ববু তাম্মোকপ্রব মতমতদ মাইকে মরিদগী লন-থুম ফংব ওইরকই। মতম অদুদ মী অদুন বিষয়গী নুঙাইবশিংদ লুপ্তুন লৈরিব মতম অদু ফাওবদি মৃত্যুন কদায়দগীনো থংহৌদন লাক্তুন ধমকা তৌই। করিগুম্ব মরম অমদগী চাওখংপ ফংলগনসু মিকুপমক্ত মাংখিব

উনরিব অদুগুম্ব থোইদোকপ করিসু লৈতব বিষয়ভোগশিংন মরম ওইদুন মাইকে খণ্ডন কোইচেন চেন্নরিব মীশিংন মালেমগী লৈমাইসিদ মশাগী মনাক্ত চংশিল্লক্রিব মৃত্যুবু খণ্ডব ঙমদে মসি কয়াদ ঙকপ্রব বাফমনো? সমুদ্রগী মিকুপ্ত মাংব ইথকশিংগী মতৌগুম্ন তথকপ চন্নাংনব জনত্র (মীশিং) লৈমাই অসিদ অরুংপ লৈতন করিগুম্বদগী খোঙজেল কম্ন লাক্রি অমসুং অমুক মতম পুম্বদ খোংজেল য়াংনচংখি। তথকপ থোইমুগুম্ব মিংশিং অমসুং ঙাঙ্গানব থোংলব চিনবান ওইব অমদি হু পাম্বীদ য়েত্তুন মনা পুংন শন্দোক্রিব তদেক্লব হৃগী উরীশিং থোইদোক্ল ফজব ওইবন অহানবদ পুক্লিংবু হৃদুন চিংশিল্লি মতুংদ মদুবু সেবন তৌরুবদ থব্বাইবু মাংহল্লি। মতৌ অদুগুম্ব ঙাঙ্গানব চিনবান থোইমুগ মান্নব তথক্লব মিম্লান লৈতেংলব ফজবী নুপীশিং পুক্লিং হুব ওইবগী মরম্ন অহানবদদি নুপাশিংগী থম্মোইবু হুরাল্লি অদুগ মমৈদ মথোয়গী অশেংব প্রানশিংবু হুরানবী ওইরকই। তীর্থ য়াত্রা মক্রগ দেবোংসবতা মী কয়ামরুম্ন পুন্দুন তিম্নরব, অদুগুম্ন লোক অমসুং পরলোক অসিদ অরেম্বদ লাক্লদুন অমসুং অদুগুম্ব মফমদ ঐথোয় পুম্ব উনগনি, মতৌ অসুম্ন মথন মথনগী সংকেৎযুক্ত লেপ্নখিব অভিপ্রায়দগী তিম্নররিব মীশিং অদুগুম্ব নুপী, মচা অমসুং মরুপ্নচিংবগী মওংদ মসিদ মিলন পুল্লব ওইররিব ব্যপার থৌদৌ অসি মায়ামক্লি। সংসার অসি কম্ন উংলিব কুকাল (ফত্তব মতম)চক্রগী মতৌগুম্বনি। মসি বর্ষা ঋতুগী ঈশিংগী কোঙ্গোলশিংগী মতৌগুম্ন মিকুপ্ত মাংব ওইরবসু চেকশিন্দব মীশিংগী বুদ্ধিদ মশাবু কুইনা লৈগদবগুম উই।

লাইগী নোংদমদগী হম্ন হম্ন পোক্তুন মশাগী হকচাং পুদুন উক্লম উনা অমসুং লৈনচিংবন মরম ওইদুন লেপ্তন থব্বাই পানবশিংগী উপকার তৌরিব উপালশিংসু শিংজংন ককথংলিব অদুগুম্ব সংসারদ মীওইবগুম্ব অপরাধী ওইব অমসুং উপকার লৈতব প্রাণীন মতম পুম্বদহিংদুনমক লৈখিগনি, অসুম্ন থাজনীঙ্গাই ওইব করম্ব লৈবগে? হৃগী পাম্বী, অমসুং বিষয়াসক্ত ওইব মী অনিমক মপান্দ য়েংবদদি পুক্লিং হুব ওই তৌইগুম্বসুং মনুংদদি দোষ ময়াম্ন থন্দুন লৈ। অমন

বিববৃক্ষ (হু পাম্বী) অসি থম্মোই পানব প্রাণীশিংগী মাংনবকীদমক্ত হৌবনি। অদুগ অনিশুব বিবয়াসক্ত ওইব মী অসিন মনুংগী ওইব শান্তি য়েথায় থিনঘাইনবকীদমক্ত থৌরাং তৌদুন লৈবনি। মখোয় অসিগী সঙ্গদগী খুদক্ত ব্রাম্বব নম্রগ পঙথবথক্ত ফংই। সংসারদ অসিগুম্ব করম্ব মিংয়েংশিং লৈবগে মদুদ দোষ য়াওদব? মদু করম্ব মাইকেনো মদুদ অভাব অমসুং মৈচাক লৈতব? করম্ব জীবগী হকচাং লৈবগে মদু মিকুপকী মাংথব ওইদব? অমসুং করম্ব লৌকিকী ক্রিয়া থবকশিং লৈবগে মদুদ মিনম-নমথাক য়াওদব? হৌম্রব অমসুং লাকদব মতমগী লোইব নাইদ্রব কল্পশিংগী মশীং খঙব লৈতে। মরম অসিন মিকুপকী লোইব নাইদব অনন্ত ওইবগুম কল্পসু অনন্ত ওই। ভগবানবিষ্ণু অমসুং রুদ্রনচিংবগী মিংয়েংদ কল্পসু মিকুপ খক্তনি। মরম অসিন ব্রহ্ম লোকী নিবাসীসু কল্প মিংথোনব মিকুপ অম খক্তংদ হিংবশিংনি। মরম অসিন কলাশিং (তোঙান-তোঙানব শরুকশিং) ন লৈতেংলব ওইরিব মতমগী মপৈদ (কাংলুপ্ত) তেনব অমসুং শাংব- (পুন্সি তেনব অমসুং পুন্সি শাংবগী) বুদ্ধিসু দ্রষ্টাগী কল্পনাগী মথা পোনব ওইবন অসত্য (চুমদব)মক্তি। মফম পুম্বদ নুংখক্তগী চীংশিংনি--- মদুদ নুঙ নত্তন অতোপ্প পোৎ করিসু লৈতে। মতৌ অসুম্ন মফম পুম্বদ লৈপাকখক্তগী পৃথীনি, উ(শীং) খক্তগী পামেলনি অমসুং শরু-শদোংখক্তমক্তি মীওইবসু। মীশিংন লেপ্পথিব সংকেতকী মতুংইন্নমক মখোয়গী থোইদোকপ মিংনচিংব ভাব লেপথিবনি। ভোগ্যগী কাংলুপ অসিদ করিগুম্ব পোৎ অমত্তসু বিকার লৈতব নম্রগ মান্নদব থোইদোকপ লৈতে। লৈরিব পুম্ব মওং কায়ব নাইব বিকাররুপ ওইবগী মরম্ন অসত্যনি। ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, আকাশ অমসুং পৃথ্বী ভুং মঙ্গ অসিখক্তন অম্লগ অমগ তিন্নদুন চকু ফি (ঘট-পট) নচিংব পদার্থ মথল মখা কয়াগী মওংদ বিবেক য়াওদব মীশিংন উজবনি। চেতনগ সাংনিধ্য (নকশিন্নব) ওইরুবখক্তন্দগী মখোয়ন পদার্থশিং (পোৎশিং)মক ওইন উরিবনি। বিবেক দৃষ্টিদ তোঙন তোঙান খায়দোক্নন আলোচনা তৌরবদি জগত অসি পঞ্চভূত (ভূত মঙ্গ)দগী ওইব নত্তন অতোপ্প করিগুম্ব পোৎ অমত্তসু ফংব ঙমদে।

মহাত্মান! মিথ্যা ওইরবদসু পদার্থ কাংলুপকী বিষয়দ ব্যবহার কুশলতা (চংখোম হৈশিংন শিজিন্নব)গী মরম বিদ্বান পুরুষশিংগীসু পুক্লিং ভোগ সম্বন্ধীদ চেষ্টা (থ ক্ত চংশিনব)বু পোকহল্লিব অদুগুম্ব ব্যবহার সমংকৃতি,শিজিন্নব নত্রগ থবক্ত চংশিনব উনরি, মদুদ করিগুম্ব অশুকপ ব্রাকম অম নত্তে; মরমদি করি করিগুম্মদ মশুদ মিথ্যা ওইব বিষয়বু পান্দম লক্ষ ওইদুনসু কনাগুম্বশিং অদুগী মতৌ অদুম্ন অওইবগুম্ন চংশিন্নব উনরি। শাশিংন করিগুম্ব হানৌ অনৌব নাপী, উরি -উঁহে ফংনিংকগী অপাম্বমত্তন অসুম অসুম চংশিনখিদুন মমৈদ চীংগী লোত্ত তাশিল্লি মতৌ অদুগুম্ন অথোইব মীশিংগী পদ (মফম নত্রগ ধন-বৈভবনচিংব)বু নম্ফুদ লৌনিংবগী আশা থল্লিব মীশিং রাগ লোভনচিংব দোবন মোংলব মশাগী চিত্তন মরম ওইদুনমক মশাবু হাত্তোকচরগ শোইদনমক লৈখাতাবগী লৈত্রক্কনুংদ তাশিন্নে। (সর্গ - ২)

~০0০~

## মীকপ থোক্লিউৈদ ফংলিব তাইবংগী পোংশিংগী হোংব নাইব অমসুং অরেপ্প লৈতব মতৌগী বর্ণন-

শ্রীরামচন্দ্রন হায়- ব্রহ্মণ! তাইবং জগত অসিদ হেক লৈরিব অচং-চত্ত উরি তারিব পূন্নমক অসি মগুগী মেলা কুমৈগ চপ মান্নন অরেপ্প ওইদবনি - মতম শাংন লেংদন লৈব ওইদে। গুসিদি অদুগুম্ব হকচাং অদুবু রেশমগী ফিশিং, লৈশিংগী পরেং অমদি মখল মখলগী তৈ-খোত্তুন লৈতেংদুন শেম্নাম্লিব মদুমক হয়েং করি অমত্ত য়াওদ্রব নংগা ওইন খুঙং নত্রগ সহরদগী য়ান্ন লাপ্ন করিগুম্ব লৈকুং কোক্কুংশিংদ তা তাদুন্ন পংপুমদুন কংখিগনি। অদুগুম্ব মকম অদুদ গুসিদি মখল কয়াগী চাব-থকপ, চথোক-চংশিন, নিন-খোংবন থন্দুন লাংলব সহর ওইন

লৈরম্ব মদুমক মতম খরগী মতুংদ অহাংব বনগী ধর্ম ওইরক্কনি - লমদম অদু অশুকপ বনগ মান্নন মী লৈতব নির্জন অমদি চংবদ ঙম্নদব ওইরক্কনি। অদুগুম্ব মী ঙসিদি মতিক মঙাল চাওব অমসুং মীয়ামগী মীপুন সভা মণ্ডলশিং সাসন তৌরিব মহাক অদুমক মতম খরগী মতুংদ উংকী মপৈ ওইরকই। ঙসি অদুগুম্ব আকাশ মণ্ডলগী মতৌগুম্ন অমংব অমসুং য়াম্ন অকিবগী মশকওইব বন ওইরিব মদু মতম খরগী মতুংদ ধ্বজা-পতাকাশিংন আকাশপু কুপশিল্লব অচৌব সহর ওইরকই। ঙসি অদুগুম্ব উরি ব্বারিন কোইশিন্দুন অকিব ফংলব বনগী মপৈ ওইন লৈরিব মদুমক করিগুম্ব মতমদ মরুভূমিগী মকম ওইরকপ য়াই। লৈকং লৈমাই ওইরিব অসিন ঈশিং ঈপাক অমসুং ঈশিংন লৈকং ওইরকই। উ-ঈশিং অমসুং নাপীশিংগ লোইনরব জগত অসিমক ওন্ন তৈনব ওইব ফিভম ফংলক্কুন লৈরি। জবানী- মখোক কারকপ - অঙাং ওইব, হকচাং অমসুং পোৎচাকী কাংলুপশিং মখোয় পুম্নমকসি অনিত্য (লেপতব) অমসুং ঈথক্কী মতৌগুম্ন অরুং-অথম লৈতন মওং অমদগী মওং অমদ হোংদুন লৈরি। সংসার অসিদ থব্বাই পানবশিংগী পুম্সি নুংশিং শিংপ মকমদ থম্ব থাওমৈগী মতৌগুম্ন (থুনমক মুংখিব য়াব) তনিকপনি অমসুং মরোল অহমগী মনুংদ লৈরিব পোৎ(পদার্থ) শিংগী অরুং-অরাক ফজবশিং, নোংথাংগী মঙানগুম্ন মিকুপ্পুংগীনি।

মহর্ষে! উংসব অমসুং বৈভবন চংখোল্লব নুমিৎশিং (মতমশিং)মহাপ্রজ্ঞগী পুরুষশিং, ললথুম্ন ব্বাত্ত-পাদন মরাং কাইরিবশিং অমদি চাওর-চাওরব কর্ম তৌরিব - মদু পুম্নমক লোইন মিংয়েংগী লম্বীদগী চৎখ্রগনি সুপ্নগী নীংশিংবগী বিষয়খক্ত ওইদুন লৈহৌগনি। মতৌ অসুম্ন ঐখোয়সু মিকুপ অমদ ফোংদোক্তব খঙঙমদব মকমদুদ চৎনখিগনি অমসুং মীশিংগী সুপ্নগী নীংশিংনকম ওইদুন লৈখিগনি। সংসার অসি নুমিৎ খুদিংগী মাংশিল্লকই অমসুং নুতিগী অমুক হন্ন পোক্লকই। মরম অদুন ঙসি ফাওব মাংবগী মৈন চাক্লকইব সংসারগী অরোইব লৈত্রি। মীওইবন শা-উচেকশিংগী মপোক ওইন পোকই। শা-উচেক্ল মীওইবগী

মপোক লৌই অমদি দেবতাসু লাই নত্তব মপোক্ত পোকই। অদুন সংসারসিদ করম্ঘ বস্তুবুনো লেংদব অরেম্প ওইন লৈরিব? স্বর্গ, পৃথ্বী, নুংশিৎ, আকাশ, চীং তুরেলশিং অমসুং মাইকৈশিং হেক লৈরিব মখোয় পুন্নমক মাঙবগী মশক ওইব মৈজাওগী মচিন্দ হুজ্রিন্নব শীংশিংগী পাম্বক্লি। লন-থুম্, মচিন-মনাও, মীনাই-মীশল, মরুপ-মপাং অমদি বৈভব হেক লৈরিব পুন্নমক মাঙবগী অকিবন কিহল্লব মী অমগীদমক্তদি মহাও য়াওদব অর্থ থোক্তব নীরসনি। মুনীশ্বর! জগত অসিদ মীওইবন মিকুপমুক্তং ঐশ্বর্য (ললথম বৈভব) ফংনৈ অমসুং মিকুপকী মনুংদ দরিদ্র লাইরব ওই। মখোয়ন মিকুপ্তুংদ অনাব ওই অমসুং মিকুপ্তুংদ লাইকোকপ নিরোগ ওই। মতৌ অসুন্ন মিকুপ খুদিংদ ওন্ন-তৈনব ফিভম ফংহল্লিব মাংব নাইব (নশ্বর) জগতকী মশক ওইব ভ্রম অসিন করম্ব বুদ্ধিমান (লৌশিং চাওব) মীবু শুমহৎখিদবগে? (ভ্রম অসিন মী পুন্নমকপু মোহদ থাদদুন থমলি।) অহাংব আকাশ মকোইসু মিকুপকী মনুংদ অমম্বগী মশক ওইব লৈনাংন কুপশিল্লি অমুক মিকুপ অমগী মনুংদ সনা অহিংবগী মহীগুম্লব ইংল-মেংলব থাবলনচিংবগী লংলব মণ্ডলন ভাম্বোক্তুন য়াম্ন ফজন উহল্লি। মথংগী মিকুপমক্ত অমঙব নোংগী মশক ওইরব থম্বালশিংগী পরেংন মাগী থবাক অমসুং পুক অন্তপ্রদেশ কুপশিন-খনজিনখি। মিকুপ অমদ মদুদ অবাংবমখোলদ নোংন লুম্ন খোংলকই অমসুং মিকুপমক্ত মান মরোল থোক্তকগী মতৌগুম্ন তুমিন্ন লৈ। মিকুপ অমদ থবানম্চিাক পরেংন লৈতেংদুন ফজহল্লি, অমসুং মিকুপমক্ত নুমিৎকী মশক ওইব মণিন লৈতেংব ওই। মিকুপ অমদ মদুদ থাজগী থাবলন ভান্দুন নুঙাই-হরাও শন্দোকই অমসুং মিকুপ অমগী মনুংদ মহাক্র পুংহাং হাংব ওই। মতৌঅসুন্ন আকাশকী ফিভম্ন মিকুপ মিকুপ্ত ওন্দুন লৈবগুম সংসারগী পোৎ (পদার্থ) পুন্নমকসু মিকুপ খুদিংগী অওনব অহোংব ওই। মহর্ষে! সংসারদ করম্ঘ অসিগুম্ঘ মীওই লৈবগে মহাক অদুন ধীর তপথব মী ওইরগনসু মিকুপ্তুং লৈব অমসুং মিকুপ্ত মাংবওইরিব আবাগমনগী পরমপুরান ভিন্দুন লোইনরিব অসিগুম্ব সংসারিক ওইব ফিভম

অসিবু কিরোইদব? মুনে! মসিদ মিকুপ অমদ আপত্তি খুদোংথিবশিং লাকই অমসুং মিকুপ অমদ সম্পত্তিশিং।মিকুপমক্ত পোকপ ওই মিকুপমক্ত শিব ওই।জগাত অসিদ করম্ব পোৎ লৈবগে মদু মিকুপকী ওইদব। ভগবন! মসিদ পোক্লক্লব মীশিংঅহানবদ করিগুম্ব অম ওইরম্মী অমসুং মতম খরগী মতুংদ অতোপ্প মওং অমগী ওই। মসিদ মতম পুম্বদ মওং অমত্ত ওইন লৈগদব লেংদব পোৎ করিগুম্ব অমত্তসু লৈতে। মসিদ পাংদব মীকিথিনসু শুরবীর অকনব অথৌবকুসু হাৎলি।নিপা অমথক্তগী মখুত্ত মী চা কয়া শিরি অমসুং সাধারন মীচম্নসু নিংথৌ ওইদুন ফমই। মতৌ অসুম্ন জগাত পুম্নমক অসি ওম্ন তৈনব তাইওম্নব ফিভমদ ওন্দুন(পরিবর্তিত) লৈরি। বাল্যাবস্থা মতম খজিক্তংগী মনুংদ চংখি অমুক মথোক কারকপন লৈতেংলব ওই অমসুং মতম খরতংতদ মদুসু লোইথোকখি। মদুগী মতুংদ বৃদ্ধাবস্তা অহনগী ফিভম খোঙদারকই।অদুন ঐথোয়গী হকচাংদ ফাওব একরুপ্তা (অরেম্প লেংদব) লৈতে অদুগ মপালগী পোৎশিংদ মওং অমত্তদ অরেম্প ওইবদি করম্ন থাজব ঙমদনি। পোকপ অমসুং মাঙব ওইরিব সংসারী মীওইবশিংগী আপত্তিশিংসু লেপ্তুন লৈতে অদুগ সম্পত্তিশিংসু। মতম হায়বসিন হৈশিংলব মীওইববুসু ব্রাওই-নাচুংদন ওম্ন লৈনব ফিভমশিংদ ওম্নোকপগী থবক্ত য়াম্নমক হৈশিংবনি। অয়াম্বদ মী পুম্নমকপু খুদোংথিবদ ইশ্বরগ লীলা (ক্রীড়া) অসি শাম্নরি। (সর্গ - ২৮)

~o0o~

## শ্রীরামগী স্বকনব মপুং ফারব জিজ্ঞাসা (জ্ঞান থৌরাংব) অমদি তত্বজ্ঞানগী উপদেশকীদমক্ত প্রার্থনা।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - মুনীশ্বর! বিষয় ভোগ অসি অবাবগী মশক ওইব

অমসুং অরেম্প লৈতব মাঙদব (অনিত্য)নি। মতৌ অসুম্ন দোষ-দর্শনগী মশক ওইব লম্মেন ঐগী চিত্ত (পুক্নিং)বু চাকথেক্তুন মক্তুব অমদি অচৌব অথোইব ওইরে। মরম অসিন ঈতুংফম মচাশিংদ মৃগতৃষ্ণাগী (উদয়) কাওরকপ ওইদে মত্রৈ অদুগুম্ন ঐগী চিত্ত অসিদ ভোগগী আশাগী ময়োন চোংদ্রে। নীম পাম্বীদ শব্দোক্লিব মহাও য়াওদ্রব অকংব অথুইব মনাশিং মতম লাক্লবদ মথং মথং অথাব ওইরকই। মতৌ অদুগুম্ন সংসারগী ওইব ফিভমসু নোংম-নোংমগী অকনব তীব্র বৈরাগ্যন মরম ওইদুন হেম্ন হেম্ন অথাব হেজিনলক্লি। মুনীশ্বর! মথল কয়াগী চিত্রশিংন থল্লব ভোগ মপৈশিং অমসুং রাজ্যশিংগী মহুত্ত চিত্র লৈতব মহাপুরুষশিংন য়াথিব(লৌথিব) একান্ত সেবন অদুমক্তবু ঐন পামজব ওই। ফজরব লৈকোন ঐখোন্দ নুঙাইব ওইদে, নুপীশিংদ ঐগী নুঙাইব লৈতে অমসুং লনথুম নীংব থুংবদ ঐগী হরাওব ওইদে। পুক্নিংগ লোইন-লোইনন শান্তি ঐন ফংব পাম্মী। ঐন শিব মৃত্যুবুসু থাগত্তে অমসুং পুন্সিবুসু তরাম্ন ওকপ তৌদে। মৈশা য়াওদব ওইন লৈরকপ অদুগুম্ন ঐন লৈরি। ঐখোন্দ লৈবাক্ল,ভোগন,লনন অমসুং মথল কয়াগী হোৎনবশিংনসু করি কান্নগনি? অহংকারন খুদুম চল্লব মীতন লৈবাকনচিংবশিং অসিদ সম্বন্ধ থম্বনি তৌইগুম্বসুং ঐগীদি অহংকার অদু শৌদোক্তুন মাংখ্রে। মরম অদুন ঐগীদমক্ত মখোয়দু দরকার লৈত্রে। শাম্নুন মাগী মখোঙশিংগী চৈকুন খোৎলব থম্বালবু নৈহৎপ অদুগুম্ন কামদেবন মীওইব কামিনিশিংন মরম ওইদুন মীওইবশিংগী পুক্নিংবু নৈথংলি। মুনীন্দ্র! করিগুম্ব হৌজিক মক্তুব নির্মল বুদ্ধিন মরম ওইদুন চিত্ত অসিগী লায়েংহৌদ্রব অদু ওইরবদি মতুংদ মসিগী লায়েংনবগী তাঙ্গা কদায়দগী লৈরগনি? মরমদি লাইনা হেজিল্লক্লবদি মসিগী লায়েং অরুব ওইগনি। বিষয়শিংগী চাং মাল্লদব বিষাত্মক হু(বিষ)নি। মীরাম্ন খঙনরিব হু অসিদি অশেংবমক হুনি হায়ব য়াদে মরমদি হুন হকচাং অমত্তবু (মাবু চান্নরিব অদুমত্ত) মাংহল্লি তৌইগুম্বসুং বিষয়গী হুদি মপোক মপোক কয়া কাওব জীববু অশিবগী থল্লাত্ত তাহল্লি। অল্লাব নুঙাইব, মরুপ-মপাং, মচিন-মনাও, জীবন অমসুং

মরণ মখোয় পুন্নমকসি (পুনশিনব বন্ধনগী ময়ম ওইরগনসু) জ্ঞানী পুরুষকী চিত্ত (পুক্নিংবু) পুন্দে(অজ্ঞানীগী পুক্নিংতবু মসিদু ফাজিন পুনশিল্লি)। ব্রহ্মণ! নহাক্তি থাইনগী অরিব অমসুং অনৌব ব্রাহ্মণশিংবু খণ্ডলিবশিংগী মনুংদ অথোঙ্বনি। ময়ম থসিন অদুগুম্ব মওংনা ঐগী অৱাব অকিব অমসুং নুংনাংবসিদগী কোকপ ওইব চপচাব যথার্থ জ্ঞান মপুং ফারব অদুগুম্ব পাওতাক উপদেশ ঐঙোন্দ থিন্দন পানবীয়ু। অজ্ঞান অসি অকিব ফংলব বন অমগা মান্নে। কন্দ শজীশিংবু থুনকগীদমক্ত লাং শন্দোক্তুন থাক্তুন থম্মী- তিংখং পানব উশা-ৱাশা শন্দোক্তুন লৈরি অমদি মকম মকমদ য়াম্ন অৱাংব অনেম্ব লৈকুৎ লৈতোংশিং লৈরি। মতৌ অদুগুম্ন অজ্ঞানগী মশক ওইব বন অসিদসু বিষয় বাসনাগী লাংন কোইশিন্দুন অৱাবগী মশক ওইব তিংখংশিংন শিঘ্নুংন অমদি সম্পত্তি বিপত্তিগী মশক ওইব অনেম অৱাংগী মকমশিংন থন্ন লৈ। মহাত্মন! অহিংদ অসিগুম্ব অমম্বগী মপৈ অমত্ত লৈতে মদুদ থাগী থাবলন মাংহনব ঙমদব, মতৌ অদুগুম্ন সংসারদ অদুগুম্ন দুশ্চিন্তাশিং লৈতে মদুবু অথোইব অন্তকরণ ওইব মহাত্মা পুরুষশিংগী সঙ্গদগী মুথৎপ মাংহনব ঙমদব। পুন্সি অসি নুংশিংন হুমদুন থেঙ্গাইনরিব নোংপুব লৈচিলদগী তারকপ ঈশিং ইরিকশিংগী মতৌগুম্ন মিকুপ্তং ওই। ভোগসু মেঘমালাগী মরক্ত ঙাল্লকপ নোংথাংগী মতৌগুম্ন তথকই অমদি যুবাবস্থাগী পুক্নিং নুঙাইবসু ঈশিংগী ইচেলগুম্ন চপল ওই। অসুম্ন বিচার তৌদুন ঐন পুন্নমক অসিবু ত্যাগ তৌরে। অমসুং থিম্বদনমক মতম পুম্বদ ওইদুন লৈগদব শান্তিবু ঙসিদগী ইশাগী চিত্তদ সাধন তৌনকগীদমক্ত অচেৎপ লেংদ্রব অধিকার মুদ্রা কৎথোক্তুন থমলে। শজিন কৈগু লৈতব অনৌব নাপী থরগী মিহৌবদ নমথাক্ত থুজিন্দুন কোম মনুংদ জাশিল্লি। মতৌ অদুগুম্ন অন্তকরণগী বৃত্তিশিং মচি লৈত্রব বিষয়শিংগী লৌনম লাংদ থুজিল্লি অমসুং বিক্ষেপকী মশক ওইব অৱাবশিংবু ভোগ তৌনকগীদমক্ত মখোয়গী লুরব কোমদ তানরি। দেবতাশিং মখল মখাগী ভোগ সামগ্রিশিংন মপুং ফারব অমদি মরোল তরামরিগী মনুংদ কোইচৎ চত্তুন লৈরিব মখোয়ন থুন য়োঙম্ব

বিমানবু থাদোকপ লৈতে। মতৌ অদুগুম্ন মথল মথাগী ভোগবাসনাশিং শিঙ্খুংন শন্দোক্তুন লৈরব অমসুং লোক পুন্নমক্ত অপন-অথিং লৈতন কোইচং চত্তুন লৈরিব মীওইবগী চঞ্চল চিত্তসু করিগুম্বদসু চপলতা চরাংনব মতৌ থাদোক্তে।

মরম অসিন মহাত্মন! জন্ম মরণনচিংব অৱাবশিং লৈতব, দেহনচিংব উপাধিশিং য়াওদব অমদি লান্ন চংপ (ভ্রান্তি) য়াওদ্দব অদুগুম্ব মহান বিশ্রান্তিদায়ক (অথোইব পুংইং ইংথব পীনব) পরম-পদ অদু করম্বনো মদু য়ৌরবদ অৱাব শুকলৈ লৈতব? কর্ম পুন্নমক চুন্ন চংথোনব মওংদ অনুষ্ঠান তৌরিব অমদি মতম পুম্বদ লৌকিক ব্যবহারতদ চেংন লৈরিব জনক্রচিংব মহাপুরুষন করম্ব অথোইব পদবু ফংখিবগে? অতোপ্পশিংবু য়াম্ন ইকায় খুম্নরিব মহামুনি! মদু করম্ব উপায়নো মদুন সংসারগী মশকওইব লৈথোম্ন কায়াৎ পুম্বগ শোক্ত শম্নরবসু মীওইবন মদুবু তোংহন্দব ওইব। করম্ব মিংয়েং (বুদ্ধি)গী মওং লৌরগ নহাক্রুম্ব পাপ পত্ত্রব মহামনা মহাপুরুষন জগত অসিদ মীবন্মুক্ত ওইদুন লৈরিব? মহাক অদুবু মোহগী মশক ওইব ময়াই কারব শামুন নৈথংলি। মহাক অদুগী মনুংদ কাম্নচিংব লৈথোম্ন থম্ন লৈরিব অদুগুম্ব প্রজ্ঞাগী মশক ওইব অচৌব সরোবর অদুবু করম্ন মত্ত্রব অরুব ওইহনগনি। মদুদি থম্বালগী মনাদ ঈশিংন চোত্তবগুম মতৌ অদুগুম্ন ঈচেলগী মওংদ ওইদুন লৈরিব সংসার অসিদ ব্যবহার পুন্নমকপু ভাক্তুন চংলবসু মীওইবন বন্ধন্দ তারোইদব - মসিগী করি উপায় লৈবগে। থবাই পানব খিবিকপু আত্মাগ মাম্নন খণ্ডব অমদি হেক লৈরিব ভোগ প্রপঞ্চবু নাপীগুম্ন লৌব অমসুং পুক্লিংগী কাম্নচিংব বৃত্তিশিংন শোকপ ঙমদব মীন করম্ব পদবু ফংব ওইবগে? মহাক অদুন সংসারগী মশক ওইব মহাসাগরবু লাম্বোকপ ঙমত্ত্রব অসিগুম্ব করম্ব মহাপুরুষনো মাগী চরিত্র অনুসরণ(ভুংইম্ন চংপ) তৌরগ মীওইবন করিগুম্বদসু অৱাব থক ওইদব? ফংবদ মতিক চাব ফংগদব য়াইফব অমসুং মহৈ অদু করিনো? বিষয়-সংসার অসিদ (লাম্বোক্লবগী) করম্ব ব্যবহার তৌগদব ওইবগে? প্রভো! ঐঙোন্দ তত্ত্বগী উপদেশ থর পীবিয়ু। মদুন মরম ওইদুন ঐন ব্রহ্মজ্ঞান শেম্নম্ব

পরম চাদব জগত অসিগী মাং-তুং খঙব ওন্নব! থাদোক্কদব ত্যাজ্যং বস্তু ককিনো অমদি অনিসিদগী অতোপ্প্ লৌরোইদব (অগ্রাহ্য) অমদি থাদোক্রোইদব (অত্যাজ্যং) ওইব পোৎন করিনো? মীওইবগী লৈতান লেপ্তুন লৈতব চঞ্চল চিত্ত অসিবু কমদৌন চীংগী মতৌগুম্ন লেঙদন লৈব অমসুং শান্তিবু করম্ন কংগনি? শেংলব মন্ত্র দগী অরা-অনা লীশিং কয়া শেমলিব দোকন থল্লব সংসারগী মশক ওইব পুকচৎপগী লাইনা অসিবু ইরাই লাইন নেমথহনব ঙম্বে? মহাত্মন! বন্দ হুইন মথল মথাগী জীব জন্তুশিংগী তংখাই শিরব (শিকাপ্রিব) হকচাংবু অরাব পীদুন লৈব মতৌ অদুগুম্ন মথল কয়াগী চিংনবন খ্বাইদগী থোইরব নুঙাইবগী মশক ওইরব ব্রহ্ম পদদ অনি লোৎপ্রব অথোইব নিষ্ঠ লৈতব মীশিংবু মতম পুম্বদ অরাব পীদুন লৈনরি।

মুনিশ্বর! অ্সিগুম্ব করম্ব উপায়নো? করম্ব গতিনো, করম্ব মথলগী চিন্তননো, করম্ব চংজকমনো? অমদি করম্ব সাধননো? মদুদ চংলগ মদুবু লৌরগ পুন্সীগী মশক ওইরব বন অসি মতুংদ য়াইথিব ওইরোইদব? ভগবন! পৃথ্বী অসিদ স্বর্গদ নত্রগ দেব সমাজদ অসিগুম্ব পোৎ অমত্তসু লৈতে মদু করিসু লৈতব ওইরবসু নহাক্কুম্ব পরম বুদ্ধিমানমহাত্মাগী মকমদ ফজদব নুঙাইতব ওইব। মাংনাইব সংসার অসি অরৎ-অথম লৈতন অরাবশিংন থনব অমসুং মহাও য়াওদবনি। চানবীদুন মসি তাকপীয়ু মদুদি মসি করি উপায়দগী অজ্ঞানবু ঙাকথোক্তুন পরমানন্দগী পুংথোই থোইব মহাওন তিনব ওইগদগে? মুনে! পুক্নিংগী মশক ওইব থাজ অসি কান্ন মাহিং কাহল্লি। মসিবু করম্ব সাধন অমদি বিধিন কোকহনগনি মদুদি পুমশেং শেংলব অমদি অথোইব নুঙাইবগী মশক ওইরব ঙাল্লব থাবল ফাওহল্লকুব? মহাক অদুন সংসারগী খোঙচৎ গতিবু অনুভব ওইরব অমসুং মহাক অদুন নিষ্কাম ভাবন মরম ওইদুন অউব অমসুং উদব কর্ম ফলশিংবু মাংহনগ্রব অসিগুম্ব করম্ব মহাপুরুষকী মতৌগুম্ন ঐখোয়সু সংসারগী মশক ওইব বনগী লম্বী মচাশিংদ চৎপ মতমদ ব্যবহার(শিজিন্নব) তৌগদব ওইবগে? প্রভো! করম্ব উপায়গী আশ্রয়

লৌগদব ওই। মদুদগী সংসারগী বন্দ কোইদুন লৈনরিব জীববু রাগদ্বেষকী মশক ওইব অচৌ অচৌব দোব অমদি ভোগগী কাংলুপ অদুগ ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইরব শাহিং চাব জন্তুশিংন অবাব পীব ভস্নোইদব? হে মুনি অথোইবা মরোল অহুম অসিদ পুক্নিংগী অদুগুম্নব নীংব থনবগী মনাং ওইবগী হৌনশা (বিষয় চিন্তন রূপ অস্তিত্ব) লৈব মদুবু করিগুম্ব পাঘে সাধনগী মশক ওইব যুক্তি নাতেন নত্তন মাংহনব ওমদে। মরম অসিন নহাক্ন অদুগুম্ব অথোইব যুক্তি অদুবু মপুংফান উপদেশ তৌবিয়ু। নত্রগ অদুদ চংজরকপ লোক ব্যবহারদ লেংদন লৈরবসু ঐন অবাব থক ফংলোইদব অদুগুম্ব ব্যবহারগা মরি লৈনব অথোইব যুক্তিদুবু প্রতিবাদন তৌবিয়ু। করম্ব অথোইব উত্তম চিত্তগ লোইনব মহাপুরুষন অহানব যুক্তিন মরম ওইদুন মোহবু নিবারণ(ভাকথোকপ) তৌখিবগে? মহাক্ন মতৌ করম্ন অমসুং করিবু তৌখিবগে; মদুন পুক্নিং পরম পবিত্র ওইদুন শান্তিবু ফংব ওইখিব? ভাবন! মোহবু মাংহন্নবগীদমক্ত অদোম্ন অদুম্ন অমসুং অদুগুম্ন থবিরিবশিং অদুবু মদুমকী মওংদ ঐবু পাওতাক পীবীয়ু। মদু করম্ব মথলগী সাধনলো মদুদ চংজফম লৌরগ অথোইব মহাপুরুষ কয়ান অবাব য়াওদব কিত্তম কল্যানবু ফংনম্রিব?

শ্রীবাল্মীকিন হায় - ভরদ্বাজ! অসুম্ন রাহোংন অচৌব অমত্তব নোং পুব লৈচিন মপেশিংগী হকথেংনবদ কে-কা থোংলম্লগ চোকথরকপন মরম ওইদুন তুমিম্ন লৈখিব মতৌ অদুগুম্ন মক্রুব থাজগী মতৌগুম্ন পুক্নিং হব অমদি অথোইব অচৌব তত্ত্ববিচারন ওযোক্রব শ্রীরামচন্দ্রন বসিষ্ঠনচিংব অচৌব গুরুজনশিংগী মমাংদ মহাক্নী বাশিংশি হায়রম্লগ তুমিম্ন লৈখিরম্মী।

(সর্গ -২৯-৩১)

~o0o~

**শ্রীরামচন্দ্রগী ভাষণ (ৱাঙাং)বু তারগ পুন্নমক্কী অঙকপ ওইনব, আকাশতগী লৈগী নোংচুথব. সিদ্ধ পুরুষশিংগী থাগৎ খোল্লাও, রাজসভাদ সিদ্ধসিং অমসুং মহর্ষিশিং চংশিন্নরকপ অমদি মখোয় খুদিংন শ্রীরামগী ৱাঙাংবু প্রশংসা তৌনব।**

শ্রীবাল্মীকিন হায় - ভরদ্বাজ! কমল নয়ন রাজকুমার শ্রীরাম্ন মতমদুদ মতৌ অসুম্ন পুক্নিংগী সুমহৎপ মোহবু মাংহন্নবগী মশক ওইব ৱাশিং হায়রকপ অদুদ মফম অদুদ ফমদুন লৈরমলিব মী পুন্নমক পুমঙক ঙক্ল য়েংনরম্মী। মখোয় অদুগী সংসারিক বাসনাশিং পুন্নমক বৈরাগ্যগী বাসনান মাংহল্লব অমসুং মখোয় মী পুম্ব মতম খরগীদমক্ত অমৃতগী মশক ওইরব সমুদ্রগী ঈরোল্লুংদ লুপথবগুম্ন তৌরম্মী। শ্রীরামচন্দ্রগী ৱাশিং মীশিং অদুন তারিব মখোয় লেং হাইব তৌদন চেদ য়েকপগুম্ন লৈনরম্মী।মখোয়গী থম্মোই আনন্দন থল্লম্মী। সভাদ কমলিব শ্রবন সমর্থ ওইরব পুরুষশিংন ৱাশিং অদুবু তারম্মী- মখোয়দুগী মমিংশিংদি বসিষ্ঠ, বিশ্বামিত্রনচিংব মুনি, মন্ত্রশাদ হৈশিংলব জয়ন্ত অমসুং ধৃষ্টিনচিংব মন্ত্রী দশরথনচিংব নিংথৌশিং, পুরবাসী পরাশরনচিংব সংকর জাতিগী মীশিং, তোঞ্জন-তোঞ্জনব নিংথৌ মচাশিং, লক্ষ্মণনচিংব রাজকুমারশিং, বেদবেত্তা ব্রাহ্মণশিং, মনাই মশনশিং অমসুং মন্ত্রিশিংনি। মাগী মহলগী থোংনাওশিংদ ফল্লিবী মহারাণী কৌসিল্যানচিংবী নুপীশিংন লেংদন শ্রীরামগী ৱাশিংবু তাদুন লৈরম্মী।

মতম অদুদ মখোয়গী খুজি-থোংজিনচিংব লৈতেংশিং খজিক কাওব মখোল থোক্তে। আকাশত কায়দোংকম ওইব সিদ্ধ গন্ধর্ব কিন্নর নারদ ব্যাস অমসুং পুলহ নচিংব ঋষিদগী অথোইব মুনিশিংন অমদি দেবতা, দেবরাজ ইন্দ্র, বিদ্যাধরংশিং অমদি অচৌব দিব্য নাগশিংসু শ্রীরামচন্দ্রগী মখল মথাগী অহকপ অর্থন থল্লব অমসুং পুংথোই থোইরব ৱাশিং অদুবু তারমখি।

ৰঘু শাগেগী আকাশকী থাজ ওইব অমদি থাদগীসু হেন্ন ফজব থঘাল

মিন্না ওইব শ্রীরামচন্দ্রন মথকী বাশিংসিবু হায়রম্লগ তুমিন্ন লৈব্রব মতম অদুদ সাধুবাদ থাগৎ বাহৈগী নিজব খোজ্রেলগ লোইনন আকাশতগী সিদ্ধগী কাংলুপশিংন অসুন্ন লৈগী নোং হৈথরম্মী, মদুন থকন থুম্বমখে। লৈশিংগী নোংজু অদুদ নুংশিব লৈনম্ন লৈদুন লৈরম্মী থম্বালশিংগী মঁপেন মশাগী অন্তকপ অথোইব ফজব উংলি। কুন্দ পুষ্পগী কাংলুপ্প মঁপে ওইন লৈরি অমদি নুংশিংত পাইরকপ অশংব থম্বালগী মঁপেন চাইথোরক্রি মহল অদুগী শুমাং মাঙোলগী লৈমাইদ তাররি, য়ুম য়ুমথক অমসুং চবুতর কুপশিনখিরম্মী অমদি নগরদগী নুপী-নুপা পুন্নমক্ল মশুক থাঙংনদুন লৈগী নোং চুবগী ফজব চংখোনবদুবু য়েংনরম্মী। আকাশত লৈরিব শকউদব সিদ্ধগী কাংবুশিংন চাইথরক্রিব লৈগী নোংজু পুংথায় অম চুপ্প লেপ্তুনা চুরম্মী। সভা অমদি মদুদ কমলিব মীশিংবু কুপশিনবশুম্ন তৌরব মতমদুদ লৈগী নোংজুদু লেপখ্রে। মতম অদুদ সভাদ ফমলিবশিংন সিদ্ধ কাংবুন বারী শানবদু মথোয়গী নাকোংশিংন তারম্মী- লৈশেমগী হৌরকপদগীন হৌজিক কাওবদ সিদ্ধিশিংগী কাংলুপ্ত লৈরকপদ য়গী মকম পুম্ব কোইরক্লব ঐখোয়ন ঙসিখক্তহেদ বেদশিংগী সারভূত্ (মচি ওইব) অমদি নাকোংমক্ত অমৃতগী মতৌশুম্ন নুঙাইব পীব অমৃত্ত তাখিদ্রিব প্রবচন তারে। বীতরাগ ওইবন মরম ওইদুন অদুশুম্ব শ্রীরামচন্দ্রন হায়খিব কান্ন য়াইকন থল্লব মদুশিংদু বৃহস্পতিমক্লসু খঙলমদব য়াই। মসি ঐখোয়গী লাইবক ফবগী বানি মদুদি ঙসি ঐখোয়ন শ্রীরামচন্দ্রজীগী মুখারবিন্দদগী ফোংদোরকপ অথোইব পুণ্যগী মশক ওইরব প্রবচন অসি তাজরে মসিন অন্তকরণ অথোইব আহ্লাদ(নুঙাইব) পোকহল্লে। রঘুনন্দন অসিন মতম অসিদ জীবগী কান্নবন থল্লব অদুশুম্ব মতিক চান্নব ভাষণ পীখিব মদু শান্তিগী মশক ওইরব অমৃতন থনব ওইবন পুক্লিং হব অঙকপনি। ভাষণ অসিন অথোইব মতৌগী পদবু ফংলে প্রবচন অসি খ্বাইদগী থোইন সিদ্ধ ওইরে। মসিন মরম ওইদুন ঐখোয়সু মতম অদুমক্ত জ্ঞান অসি ফংলে মদুদি ঘর্গনচিংবগী নুঙাইবসিসু মচি লৈতব নিসাররনি। "রঘুকুলতিলক শ্রীরাম্ন হংদুন পুখংলকখিব শেংলব বাহংশিং মহর্ষিশিংন

নৈনগদৌরি মদুসু ঐখোয় তাদব য়াদবনি। নারদ ব্যাস অমসুং পুলহনচিংব মুনীশ্বরশিং। অদোম মহর্ষি পুন্নমক্ত নৈনব নির্ণয় অদুবু অপনব লৈতন তাননবীদমক্ত পাম্বদনমক মকম অসিদ লেংশিনবীরো। মদুদি লৈরিকী চংখোনবন মপুং ফাব ওইরব সনাগী মতৌগুম্ন লংন ভাল্লব ওইরিব থম্বালদ মাইকে মরিদগী খোইমুন পাইশিন্নরকপ মতৌ অদুগুম্ন ঐখোয়সু ধন-বৈভবন থল্লব অমদি সনাগী মশক ওইরব পোংশিংন ভায়োক্লিব রাজা দশরথগী পুন্যগী শক ওইরব সভাসিদ মাইকে পুম্বদগী চংশিল্লসি।”

শ্রীবাল্মীকিন হায় - ভরদ্বাজ! সিদ্ধিশিংন অসুম হায়রবদ বিমান্দ ফমদুন লৈরম্লিব দিব্য মহর্ষিশিংগী মণ্ডলী পুন্নমক অদু রাজসভাদ কুমথনরক্লে। মণ্ডলী অদুদ খ্বাইগী মাংদ মুনীশ্বর নারদ ওইরম্মী। মাগী খোংদুন লৈরিব বীনাবু মতম অদুদসু থাদোকপ ভাল্লমদে অমসুং খ্বাইগী তুংদ সজল জলধর মহাদেবগী মতৌগুম্ন অশংব মঙাল পুব মহর্ষি ব্যাস ওইরম্মী। অনি অসিগী মরক্ত লেমহৌরিব ঋষিশিংগী মণ্ডলী লৈরম্মী। ভৃগু,অঙ্গিরা অমসুং পুলস্ত্যনচিংব মুনীশ্বরশিংন মণ্ডলী অদুবু চংখোন্ন-হেনগৎহল্লম্মী। চ্যবন, উদ্দালক, উশীর অমদি শরলোমনচিংব মহর্ষিশিংন মদুবু মাইকে পুম্বদগী কোইশিল্লম্মী।

অমন অমগী হকচাংবু ইম্ন তক্লরকপদ মখোয় পুম্বগী শক্তি মউনশিংদু মকমদগী চিংথোক চিংশিন তৌবদ মকোন থোক্লরম্মী। মহর্ষিশিং অদুগী মখুৎশিং অদুদ পাঙ্গল ফংলব রুদ্রাক্ষমালা হাইদুন লৈনরম্মী অমদি মখোয় খুদিংমক্ত ফজ্জরব কমণ্ডলু ধারণ তৌনরি। আকাশত মখোয়গী মঙালগী মপৈ শন্দোকপদগী অঙৌব অমসুং অঙাংব মঙাল পুরিব মণ্ডলী অদু থবানমিচাক পরেংগী মতৌগুম্ন ভান্দুন লৈরম্মী। মথন মথনগী মঙালন মখোয় পুম্নমক্কী মাইথোং অকোইব অদু অসুম্ন ভায়োক্লম্মী, মদুদি নুমিৎ কয়ামক্তমগী পরেংশিং কোংদোকপগুম্ন। মণ্ডলী অদুদ ব্যাসজীন অসুম্ন ফজরম্মী মদুদি থবানমিচাকী মপৈদ অশংব লৈচিল্ল কোইশিনবগুম অমসুং মহর্ষি নারদন থবানমিচাকশিংগী মরক্ত অয়িংব মঙাল পুব থাজগী মতৌগুম্ন ফজরম্মী। মহর্ষি পুলস্ত্যন দেব মণ্ডলীগী ময়াইদ দেবরাজ ইন্দ্রগী মতৌগুম্ন

ভাগোইরম্মী। মহর্ষি অঙ্গিরান অদুম্ন ভাগোক্রম্মী লাইগী মরক্ত নুমিৎ মশামক্ত লৈবত্তম। আকাশ মণ্ডলগী সিদ্ধ সেনা অদুন অসুম্ন মালেম লৈমাইদ কুমথরক্লিব অদুত্তম মুনিশিংনা থম্ন লৈরব দশরথ সভাগী মী পুন্নমক্ত হৌগত্তুন লেপথংনরম্মী। বসিষ্ঠ বিশ্বামিত্রন অর্ঘ্য-পাদ্য অমদি অথুম্ব ব্রাহ্মেশিংন মরম ওইদুন মথং মথং আকাশচারীশিং অমদি মহর্ষিশিং অদুবু পুজা তৌখিরম্মী। আকাশচারী সিদ্ধিনচিংব অচৌব কাংলুপ্সু অর্ঘ-পাদ্য অমদি নুংশিরব রাজংশিংন বসিষ্ঠ অমসুং বিশ্বামিত্রবু ইকাইখুম্নন পুজা তৌরে। অদুগী মতুংদ সিদ্ধ সমূদায়নসু মাইক মঙ্গলগীমরমদ বারী শানবন মরম ওইদুন মহারাজ দশরথবু সংকার তৌরে। মতম অদুদ নুংশিনবগী মতিকচাব দান, ইজংনচিংব থবকশিংন মরম ওইদুন অমন অমদগী সংকার কংনরব আকাশত খোঙ্গাব অমদি মালেমদ লৈব মহর্ষিশিং মতিক চাবআসনশিংদ ফমথনরে। মখোয়শিং অদুন মমাংদ কোক নোম্দুন কল্লিব শ্রীরামচন্দ্রজীবুমাইকে মরিদগী নুংশিব রাজাংশিং, লৈশিংগী নোংজু অমসুং সমুবাদ থাগৎ রাহেন মপুং ফান সংকার তৌরম্মী।

শ্রীরামচন্দ্র রাজ্য লৌবীন চংখোনব ওইদুন মদুদ কল্লি অমদি বিশ্বামিত্র, বসিষ্ঠ,বামদেব,রাজ মন্ত্রীশিং, ব্রহ্মাগী মচা নারদজী, মুনিবর ব্যাস, মরীচি, দুর্বাসা, অঙ্গিরা অমসুং মাগী মচানিপা আঙ্গিরস মুনি, ক্রতু, পুলস্ত্য, পুলহ, মুনীশ্বর শরলোম, বাৎস্যায়ন, ভরদ্বাজ, মুনিবর বাল্মীকি, উদ্দালক, ঋচীক, শর্যাতি অমসুং চ্যবন মখোয়শিংসিত নত্তন অতোপ্প অয়াম্ব বেদ-বেদাঙ্গশিং পয়ানত ওইরব বিজ্ঞান তত্ত্বজ্ঞানী মহাত্মা, পুন্নমক্ত অখোইব ওইরবশিং মফমদুদ ভাগোইদুন লৈনরে। মদুগী মতুংদ বসিষ্ঠ অমসুং বিশ্বামিত্রনা লোইনন নারদনচিংব অদুত্তম অঙ্গলোইনন বেদবু খংলবশিং অদুন কোক নোম্জদুন শ্রীরামচন্দ্রবু লক্ষ্য তৌরগ মতৌ অসুম্ন হায়রকই - অতাংবনিং য়াম্ন ওকপ বানি মদুদি রাজকুমার শ্রীরামচন্দ্র মতৌ অসিত্তম মাইকব গুণশিং কয়ান তিজ্ঞব বৈরাগ্য রসন মপুং ফারব অমদি খুইদগী খোইয়ব বানিং হায়খি। শ্রীরামগী ভাবদ ভাংকম খোকপ অর্থ মসিমক অসিনি

গী মওংদ ব্যবস্থাপূর্বক ওইন য়াওরি। মদুবু অসিগুম্ব অরাইব লোন্দ হায়খ্রিব মদু তাবমক্ত অতাবশিংন অশেংব অর্থবু খঙব ঙম্মরি। অদুগুম্ব হায়খ্রিব ৱাকমশিং অদু মতিক চপচাব অমসুং তশেং তশেংলব ৱাহৈশিংদ প্রতিপাদন তৌখিবনি। শ্রীরামগী ৱাঙাং অসি অৱাংব অথোইব পুকচেল চাওবনি, মসি মনুংদ থুগ্রব খ্বাইদগী অর্থ চেনবশিং লোংতুন লৈরি। মসি তাবদ নুঙাইব অমসুং অথোইব মীশিংগী মতিক চাবনি। মসিদ করিগুম্ব হায়খ্রিবশিং মদু অৱাংব চঞ্চল চিত্তদগী নত্তে। স্থিরবুদ্ধিদগী বিচার তৌরগা কোংদোরকপনি। মসিগী ভাবতি তশেং তশেংব মওংদ খঙজিনব ঙমনৈ। ভাবগা অসিগী ৱারেং খুদিংদ কোংদোকপদ (ব্যাকরণ শেংন) অমদি লয়াশেংন কোংদোক্লি অমসুং গ্রন্তনচিংব দোষশিং য়াওদবনি। ৱাঙাং অসি ইষ্ট (নুংশিব অমসুং কান্নব) অমদি মনুংগী ওইব অপেনববু খংহনবনি। শ্রীরঘুনাথকী মুখদগী থোক্লকপ ৱাকম অসিন কনাবু ঙকহনব ওইবগে? মীশিংগী মনুংদ কনাগুম্ব মী অমত্তংগী ৱাঙাংবু মপুং ফান পুক্লিং চিংশনব অঙকপন থনব অমসুং পাম্লিব অর্থবু কোংদোকপদ মতিক চাব সমর্থ ওই। রাজকুমার! নহাক নত্তব কনা অনিত্তব লৈবগে, মহাক অদুগী তেনগ মান্নব অকুপ্প অর্থবু লেংব(পানব) ঙম্লিব থৌরব বুদ্ধিগী মশক ওইব উরী; বিবেকী মশক ওইব মহৈ (ফল)ন চংথোক্ল লৈতেংলব বিচার বৈরাগ্যগী মশকওইব অৱাংব বিকাশপু ফংব ওইরিব! শ্রীরামগী মতৌগুম্ন মহাক অদুগী থম্মোইদচাংদম লৈতব মঙাল শব্দোক্লিব প্রজ্ঞাগী মশক ওইবী থাওমৈগী মৈরি শংন ঙাম্মোক্লিব, মদুবু অথোইব পুরুষ হায়নৈ। মদুদ অসিগুম্ব প্রজ্ঞা (জ্ঞান) লৈত্রব অদুগুম্ব মীশিং অদু ঈ তোং অমসুং শরুশিংগী যন্ত্র ওইব দেহসিদ আত্মাবুদ্ধি থম্মন মরম ওইদুন ঈ তোংনচিংবগী মওংতবু অয়াম্ব শব্দ-স্পর্শনচিংব পদার্থশিংবু উপভোগ তৌদুন লৈনৈ। অসুম্ন তৌই মদুদি মথোয়গী মনংদ করিগুম্ব চেতন পদার্থ ঙকয়াও য়াওদ্রবগুম্ন। মথোয় জড়গা পাংথক ওইদুন লৈ। অদুগুম্ব মীশিং অদুন মোহন পুংকুপ কুপথিদুন সংসারগী বিচার তৌদে মথোয়দু তশেংব শাগ মাম্নে। মথোয় অদুমক হন্ন হন্ন পোকপ, শিব অমসুং

অহন(জরা) নচিংবগী মওংশিংবু ফংদুন লৈ। মদুদি তাইবংদ খ্বাইদগী অথুম্ব উহৈ অমসুং ফজব শকওং ওইব হৈনৌগী পাম্বী অতাংব ওইবগুম খ্বাইদগী থোইব অণ্ডকপ অরংবন মপুং ফারব তত্ত্ব সাক্ষ্যাৎকারগী মওং ওইব মহৈন মপুং ফাব অমদি ফজব হকচাং ওইব মীশিংতবু মশীং থানে। অদুগুম্ব ঈকায় খুম্নফম ওইরব বুদ্ধি ওইব শ্রীরামদ হৌজিক ফিভম অসিদ মশামকী বিবেক্ক মরম ওইদুন অদুগুম্ব তত্ত্বদর্শনগী মশক ওইব অরংব অদু কাওগত্তুন জ্ঞানখংলকপ উরে। মদুন মরম ওইদুন জগতকী ব্যবহার(ওইরিব চংনবী)বু চাংয়েং পরিক্ষা লৌরে। অদুগুম্ব য়েংবদ ফজব, ওইব,মদুদ ইরাই লাইন কাখংপ গুম্ব অমদি অথোইব মহৈশিং অমসুং মনাপুংবন ফজরিব অসিগুম্ব উপাল অয়াম্বন মফমশিংদ হৌনে, ফংনৈ। তৌইগুম্বসুং চন্দনগী উপাল পাম্বীদি মফম পুম্বদ হোংন ফংদে। (মতৌ অসিগুম্ন শ্রীরামগুম্ব মীদি মফম পুম্ব হেক ফংগদব নত্তে) উহৈ অমসুং মনা মশা পুংলব মপুং ফারব উপাল বন খুদিংদ ফংব গুম্মী; তৌইঘুম্বসুং অতৈদগী হেন্দোক্ল তোম্প লোংগী পাম্বী মতম পুম্বদ অমসুং মফম পুম্বদ ফংব নত্তে। (অদুগুম্ন শ্রীরামগুম্ন পুরুষ মফম পুম্বদ ফংব ওইদে) থাদগী অয়িংব থাবল পোকই ফজরব পাম্বীদগী অনৌব লৈয়োন কোংদোক্লই অমসুং লৈদগী নুংশিব লৈনম শন্দোকপ পোক্লকই। মতৌ অদুগুম্ন শ্রীরামচন্দ্রজীদগী তত্ত্বদর্শনগী মশক ওইব চমৎকারগী কোংদোকপ উনরে। অদুগুম্ব মীদুন মতম পুম্বদ তত্ত্ব চিন্তিন্দ লুপ্তুন লৈব, বিবেক্ক মরম ওইদুন আত্মজ্ঞান নম্রগ পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংবগী মশক ওইব মচি ওইব পদার্থশীদমক্ত হোংনদুন লৈরিব মখোয়দুমক অফব মিংচংবী পুকৈনি। সং পুরুষশিংদ মকোকনি, থাগৎনফম অমসুং অতাংব মী মরক্ত অথোইবনি। মরোল অহমদ শ্রীরামচন্দ্রগা মান্নন বিবেকশীল অমসুং উদারচিত্ত ওইব মী গুসি কাওব উথিবসু লৈত্রি অমসুং তুংদসু কনাসু উরক্লোই- মসি ঐগী মতনি।

(সর্গ - ৩২ -৩৩)

বৈরাগ্য -প্রকরণ সমপূর্ণ

~oOo~

# মুমুক্ষু ব্যবহার প্রকরণ

**বিশ্বামিত্রন শ্রীরামু তত্ত্বজ্ঞান মপুং ফারে তাকুন মাগী মাংদ শুকদেবগী খুদম (দৃষ্টান্ত) পুথোকপ, শুকদেবগী তত্ত্বজ্ঞান ফংলগ পরমাত্মাদ তিনখিব।**

শ্রীবাল্মীকি ন হায় - ভরদ্বাজ! মতৌ অসুম্ন সভাদ লাকুন তিল্লরিব সিদ্ধ পুরুষশিংন অৱাংব খোঞ্জেলদ শ্রীরামগী ভাবশবু হম্ম হম্ম থাগংনরম্মী মতম অদুদ বিশ্বামিত্রন মাগী মাংদ ফম্লিব শ্রীরামদ নুংশিকপ লোইনন হায়রকই---"জ্ঞানীশিংগী মনুংদ অথোইব রঘুনন্দন!" নংগীদমক্ত করিগুম্ব খঙনিঙ্গাই রাংহৌব লৈত্রে। নহাক নশামক্কী থৌরব বুদ্ধিন পুন্নমক খঙব ওইগ্রে - পুন্নমক্কী মশক ওইব সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মাবু তত্ত্ব ওইন খঙলে।নহাক্কী বুদ্ধি ভগবান ব্যাসকী মচা শুকদেবমক্কুম ওই। মহাক্ক খঙদব ওইব পোৎকী জ্ঞানবু ফংদোকপ্রব (খঙদোকপ্রব); 'শ্রীরাম' ঐ নঙোন্দ ব্যাস পুত্র শুকদেবগী বৃত্তান্ত (ৱাফম) হায়গে মদু নশামক্কী বৃত্তান্তগ মান্নে,মসিবু তাঙো। মসিন তারিব মীশিংগী পোকপশিবগী মশক ওইব সংসারগী অরোইব (মোক্ষ)গী মরম্নি। নহাক্কী নপাবুংগী ন্যাকলদ অঞ্জনগিরিগী মতৌগুম্ন শ্যাম বর্ণ অমদি নুমিৎকুম্ন মঙাল চাওব ভগবান ব্যাস ৱাহোইদুন ফম্লি। মহাক অসিগী শুকদেব কৌব অফাওব মহাজ্ঞানী ওইব মচানি। মহাক অদুগী মাইথোং থাগ মাম্নন ফজে। শুকদেব শাস্ত্র পুন্নমকপু খঙলব ওইরম্মী। মহাক্ক নোংমদি লোক যাত্রা (মিকপ থোক্লিঙৈ তাইবংগী ওইরিব ব্যবহার) অসিদ পুক্নিং মঙন মঙন খন্দুন বিচার তৌরম্মী। মতম অদুদ মাগী থম্মোইদসু নংমক্কী মতৌগুম্ন বিবেক্কী উদয় কাওগংলক্রম্মী। মহামনা শুকদেব অদুন মশাগী বিবেক্ক মশামক্ক মতম কুইন বিচার তৌরগ অদুগুম্ব থোইদোক্ক পুক্নিং হুরব পরমার্থ সত্য বস্তু (পারমার্থ সাধনগী অৱাংব থাক) ওইব মদু ফংখিরম্মী। মদুবু ফংলবদসু মাগী

থম্মোইদ মসিমক্তি পরমার্থ বস্তু (সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মা)নি হায়বসিদ মপুং ফান থাজব (পুর্ণ বিশ্বাস)দি ওইরমদে, মরম অসিন পরম বস্তু অদুবু মশা মথন্তু কংজরবদগু মাগী পুক্লিংদ শান্তি ফংলমদে। অসুম্নমক ওইব্রে মদুদি মাগী চিত্তগী (পুক্লিং) লাংতক্লব লৈব্রে অমসুং নোংগৌবীন নোংগী ইচেল নত্তন অত্তোম্প ইচেলশিংদগী মমাই লৈথোকই, মতৌ অদুগুম্ন মাগী পুক্লিংসু ফনভজুর ওইব ভোগশিংদগী পুংলৈ লৈথোকখ্রব (বিরত) ওইখ্রে।

নোংম নুমিৎ অম বুদ্ধিদ অমকপ লৈত্রব শুকদেবন মেরু গিরিদ মফম অমদ ফমদুন লৈরিব মাগী মপাইবুঙো শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসত ভক্তি ভাবক লোইনন হংলম্মী - মুনো! সংসারগী মশক ওইব আডম্বর (শকউং) অসি কমদৌন পোক্লকখ্রিবনো? কমদৌন মসিগী শান্তি নত্রগ মাংখিব ওইবগে? মসি কয়া য়াম্ন চাওবগে? কনাগীনো? অমসুং কয়াম কুইন কদায় ফাওব লৈগনি? মচান মতৌ অসুম্ন হংলবদ আত্মজ্ঞানী মুনি অথোইব ব্যাসন মভোন্দ তাকফম থোকপ ব্রা পুন্নমক অদু চপ চান অমসুং লয়াশেংব মওংদ তাক্লে। মহাক্কী উপদেশ তারবগী মতুংদ শুকদেবন খল্লি, মদুবুদি ঐন হান্নদগী খঙদুন লৈখ্রে। অসুম্ন খল্দুন মহাক্ল মপাইবুঙোগী উপদেশ বাক্যশিংদু মাগী চংথোক্লব বুদ্ধিন থোইদোক্ল তরান্ন ওকপ ইকায় খুম্নব তৌদ্রে। ভগবান ব্যাসসু মাগী মচাগী অভিপ্রায়(পুক্লিংগী অর্থ)দুবু খঙলদুন হায়রকই ঈবুঙো! মালেমসিদ জনক কৌব অফাওব (খঙনরব) নিংথৌ অম লৈ মহাক খঙ্গদব ওইব তত্ত্ব (সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মা)বু চপচাব যর্থাথরূপত খঙই, মহাক অদুদগীদি নংন মপুংফারব তত্ত্বজ্ঞান ফঙব ওইগনি।

মপান অসুম্ন হায়রবদগী শুকদেব সুমেরু পর্বতগী কুমথরক্লুন পৃথ্বীদ লাক্লে অমসুং মহারাজ জনক্ল লৈঙাক্লিব বিদেহপুরীদ লাক্লুন চংলকখি। ছড়ীদার থোংশংবন মহারাজ জনক্ত খংহল্লম্মী--মহারাজা! রাজদ্বারদ ব্যাসদেবকী মচা শুকদেব লেপ্লি। মহাক্ল শুকদেববু পরীক্ষা লৌনবগীদমক্ত থোংশংবশিংদ করিসু থৌশাদন হায়রকই - "শুকদেব লাকই অদু ওইরবদি মফম অদুদ অদুম লৈহল্লুদন" অসুম্ন

হায়দুন নিংথৌন নুমিৎ ৭নি ফাওব তুমিন্ন লৈথোকপ্লে মাগী হংব থোংপ পাও লৌরমদে। অদুগী মতুংদ রাজা জনক্ন শুকদেববু রাজমহলগী মাসোলদ কৌহল্লুরে। মদুদ লাক্লবদসু শুকদেবন নুমিৎ তরেংনি উপরত (বিষয়গী অপাম্ব লৈতন) হান্নগুম্ন ফমদুন লৈরে। মসিগী মতুংদ জনক্ন শুকদেববু অন্তপুরদ পুরক্লকগী য়াথং পীরম্মী মদুদসু নিংথৌন নুমিৎ তরেংনি ফাওব দর্শন পীরমদে(উনরমদে)। মাগ মান্নন ফজব শুকদেবন অন্তপুরদ মথোক কারকপগী ময়াই কারবী কামগী ওইব তেজস ওয়োক্লবী ফজবীশিংন মথল মথলগী মথেলগী চরা অমদি চান থক্লব পোংলমশিংন পীজ পীথক তৌহন্দুন লৈহল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং তপ্পশিংপ নামিব নুংশিংন, মথোং চেংন হৌরিব লেংদ্রব উপালবু ফুক্তোকপ ওমদে, মতৌ অদুগুম্ন ভোগ অমসুং অনাদর অমদি থৌওইন তৌদবগী নুঙাইতবদুনসু ব্যাসকী মচাগী পুক্লিংবু মথোয়গী মাইকৈদ চিংশিনব থক ওন্নমদে, (পুক্লিং হকচাংগী চাং কাইব বিকার পোকহনব ওন্নমদে)। শুকদেব মদুদ পুর্ণিমা থাজগী মতৌগুম্ন নির্বিকার ওইন ভোগ অমসুং অনাদর (ইকাইখুম্নবীদব)দসু চপ মান্নব (হরাও নুঙাই লৈতব)মশা ফন, তুমিন্ন অমদি পুক্লিং মকালাম্ব) ওইদুন লৈরম্মী।

মতৌ অসুম্ন পরীক্ষা তৌদুন শুকদেবগী স্বভাবপু খঙলব নিংথৌ জনক্ন মাবু ইকায় খুম্নবগ লোইনন মাগী মনাক্ত কৌশিলহল্লে অমসুং প্রসন্নচিত্ত পুক্লিং পেন্ন লৈবদু উরগ খুরুমলম্মী।অদুগী মতুংদ থিম্বদন মাবু তরাম্ন ওক্লগ নিংথৌন মঙোন্দ হায়রকই - ব্রহ্মণ। জগত্ত পরম পুরুষার্থগী সিদ্ধিগীদমক্ত অদু-অদুগুম্ব তঙ্গাইফদব তৌফম থোকপ পোংচং পুন্নমক অদু নহাক্ল মপুং ফান ফংলে। মনোরম -(ফংগে তানব পুক্লিংগী অপাম্ব) পুন্নমক ফংলে; মতৌ অসুম্ন নহাক্ল তৌগাদব তৌরব কৃতকৃত্য অমদি আপ্তকাম অপাম্ব লৈদ্রব ওইরে। হৌজিক নহাক্ল করি পোংপু ফংনিংলিবগে? শ্রীশুকদেবন হায়- মহারাজ! ঐন পামজে মদুদি সংসারগী মশক ওইব আডম্বর (ফৈরেংনব দৃশ্য) অসি করম্ন পোক্লকথিবনো? অমসুং মসি নেমথথিব নপ্রগ মাঙব করম্ন ওই। অদোম্ন থিম্বদন ঐঙোন্দ বিষয় অসিগী চপচাব মওং অদুদ শীংথাবীয়ু প্রতিবাদন তৌবিয়ু।

**বিশ্বামিত্রন হয় - মহারাজা! মতৌ অসুম্ন হংলবদ রাজা জনক্ন শুকদেববু মতম অদুদ ব্রাকম অদুমক তাকখি মদুদি অহানবদ মাগী মপা ব্যাসদেবন তাক্লকখিব।**

মতম অদুদ শুকদেবন হায়রম্মী - বক্তাশিংগী অখোইব মহারাজা! ঐন হায়রি বিবেকনা ইশামক্ন ব্রাকম অসিদি খঙখরে। মতুংদ ইপাইবুম্রেদ বিষয় অসিগী মরমদ হংলম্মী মতম অদুদ মহাক্নসু ঐগ্রেন্দ ব্রাকম অদুমক অকপীরকই অমসুং ঙসি নহাক্নসু ব্রা অদুমক হায়বিরী। শাস্ত্রশিংদসু মহাবাক্যসিংগী অর্থ অদুমক উব ফংই। মদু মতৌ অসুম্ননি- মাঙব নাইব সংসার অসি নশাগী সংকল্পদগী পোক্লকপ ওইখি অমসুং সংকল্প অসি পুংমাং মাংপ্রকদ, মাংখিব ওই। মরম অসিন মচি শুক্রে লৈতব নিসারনি মসিমক শাস্ত্রশিংগী লেপ্রব ব্রাকমনি। মহাবাহো! মসিমক লেপ্রব সত্যরা করিশুম্ন ওইরবদি মসিবু মতৌ অসুম্ন উপদেশ তৌবিয়ু মদুন ঐগী থম্মোইদ লেহদন চিংনব রাওদব মওংদ লৈথিনব। সংসারগী বিষয়শিংদ কোই-কোইদুন লৈরিব পুক্নিং চিত্তন মরম ওইদুন অসোমদ অদোমদ কোইত্তাও ঙাওন চংলদুন লৈরিব ঐবু নহাক্ন শান্তি ফংহনবীব পাম্মী।

নিংথৌন হায় - মুনে! ব্রহ্মাণ্ড অসিদ মচেং লৈতব (অখণ্ড) জ্ঞানস্বরূপ (চিন্ময়) পরমাত্মা অমখক্তং নত্তন অতোপ্প করিসু লৈতে।নহাক নশামক্ন বিবেক্ন মরম ওইদুন তত্ব অসিবু খঙলে অমসুং অমুক গুরুস্বরূপওইরব পিতাজীগী মুখদগী মসিবু তারে। মসিদগী হেন্দোক্তুন অতোপ্প করিশুম্ব অরেপ্প (খঙদব ওইব তত্ব) থোইদোকপ লৈতে। মুনিকুমার! নহাক অঙাং ওইরকসু বিষয় ভোগশিংবু থাদোকপ ত্যাগত অথৌব শুরবীর ওইবগী মরম্ন মহান বীরনি। নহাক্কী বুদ্ধি মতম কুইন লৈগদব মরম্ন লাইনা রোগগী মশক ওইব ভোগশিংদগী মপুং ফান বিরক্ত ওইরে। হৌজিক নহাক্ন অতোপ্প করিবু তাব পাম্লিবগে? ব্রহ্মণ! অদুগুম্ব ফংগদব ওইব পোংশিং মদু মপুং ফান নহাক্ন ফংলে। নহাক্কী চিত্ত পূর্ণকাম ওইখরে নহাক্ন

দৃশ্য বস্তু (মপানগী বিষয়)গী মাইকৈরোমদ মিৎয়েং থমদ্রে মরম অসিন মুক্তনি লাম্বোক্রবনি। হৌজিক অতোপ্পা করিগুম্ব খর ফংগদব নত্রগ খঙ্গদব লেমদুন লৈহৌরিবদি - ভ্রম অসিবু ত্যাগ তৌবীয়ু থাদোকপীয়ু।

বিশ্বমিত্রন হায় - শ্রীরাম মহাত্মা জনক্র মরম ওইদুন মতৌ অসুম্ন উপদেশ ফংলগ শুকদেবন পুংশেং শেংলব পরম বস্তু পরমাত্মাদ তুমিন্ন লুপ্তুন লৈরম্মী। মাগী অৱাব, অকিব অমসুং নোম্লম্ব - পুম্নমক মাংখ্রে। মহাক মতম পুম্বদ নিরীহ(অপাম্ব লৈতব) অমদি চিংনব লৈত্রব ওইখৱে, অদুগী মতুংদ মেরুগিরিগী তুম্লব চিংদোন্দ সমাধি ফম্নকীদমক্ত চংখ্রে। মফম অদুদ চহি লিশিং তরা নির্বিকল্প সমাধিদ লৈরম্মী অমসুং থাও লোইরবদ থাওমৈন মুংপ মতৌশুম্ন মহাক প্রারব্ধ লোইরবদ পরমাত্মাদ তিনখি। (সর্গ -১)

~o0o~

## বিশ্বামিত্রন শ্রীবসিষ্ঠদ শ্রীরামবু উপদেশ পীনব হায়জব অমসুং বসিষ্ঠন মদুবু য়াবীব।

শ্রীবিশ্বামিত্রন হায় - মুনীশ্বর! শ্রীরামচন্দ্রন জ্ঞাতব্য (খঙ্গদব) বস্তুবু মপুং ফান খংখৱে। মরমদি শুদ্ধ বুদ্ধি ওইরব শ্রীরামন্ন ভোগদ ফজব উদ্রে। মগোন্দ মখোয়শিংদু লাইনাগ মান্নন উরে।মহাক অদুন জ্ঞেয় বস্তুবু খঙপ্রব মহাক অদুগী পুক্লিংদ শোয়দনমক লক্ষণ অসিমক ওই মদুদি মগোন্দ হেক লৈরিব ভোগগী কাংলুপ পুম্নমক, মদুদ অমুক করিগুম্বদসু অপাম্ব ওইদে। ভোগশিংবু খল্লুব চিত্তনদগী, অজ্ঞানদগী পোকপ বন্ধন (পুনশিনব) চেংশিনহল্লি অমসুং ভোগ বাসনা ন শান্ত ওইরক্রবদ সংসার বন্ধন মুত্তুন মাংই। শ্রীরাম ! বিদ্বানশিংন ভোগবাসনাগী ক্ষয় মুংপমকপু মোক্ষ কৌনে। অমসুং বিষয়শিংদ থম্লিব অচেংপ বাসনামকপু

বন্ধননি তাকই। মাগী মিৎয়েংদ রাগ হেৎনচিংব দোষশিং লৈত্রব মদুমক তত্ত্বজ্ঞনি। মহাক্ক খঙকম থোকপ পোৎপু খঙলব মদুমক বিদ্বাননি। অদুগুম্ব মহাত্মা পুরুষ অদুবু ভোগন নম্ফুদ পামহনব ঙমদে। মদুদি মরুভূমিদ উরি হৌদে মতৌ অদুগুম্ন খঙদব ওইব তত্ত্বগী জ্ঞান খজিত্তসু লৈত্রিব মতম অদু কাওব মীওইবগী থম্মোইদ বিষয়শিংগী মাইকৈদগী বৈরাগ্য ওইদে। মরম অসিন মুনিবৃন্দ! পুন্নমক্ক অরেম্প মওংদ মসি খঙবিয়ু মদুদি রঘুকুল তিলক শ্রীরামদ খঙদব ওইব তত্ত্ব খঙব জ্ঞান ওইখরে, মরমদি মঙোন্দ ভোগশিংগী পুক্রিং হৃকম ওইব মকম্ন নুঙাইব পীব, নুঙাইহনব ঙমদ্রে। মুনীশ্বর! শ্রীরামচন্দ্রন অদুগুম্ব তত্ত্ব অদুবু বুদ্ধিন মরম ওইদুন খঙথ্রব মদুগী বিষয়দ সদগুরুগী মুখদগী মসি তারব মদুদি "মসিমক পরমার্থ বস্তুনি" মতমদুদ মাগী চিত্তন শোইদন বিশ্রাম (নুঙাইন পোথাব) ফংলগনি। মদুদি শরত কালগী চংথোনব নীংথিজব অদু লৈচিন থাংদ্রব মত্তম্ব আকাশখত্তদ পীব ঙম্মী: মতৌ অদুগুম্ন শ্রীরামচন্দ্রগী বুদ্ধিবু সুপ্নগী অনিগুব লৈতব অদ্বিতীয় সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মাগী তত্ত্বদ বিশ্রামগী তঙাই ফদব ওই। মরম অসিন মহাত্মা শ্রীরামচন্দ্রগী চিত্তগী বিশ্রামগীদমক্ত ইকাইখুম্নরব পুজ্যপাদ শ্রীবসিষ্ঠমক্ক মকম অসিদ যুক্তি (মরম চান নাতে পীব)গী প্রতিবাদন তৌবিগনি। মরমদি মহাক অসি রঘুবংশ পুন্নমক্কী মতম পুম্ব প্রভু (গুরুরুপ অমসুং তর্ষীরুপ) অমসুং কুলগুরুনি। অসিত নত্তন মহাক অসি পুন্নমক খঙব সর্বজ্ঞ সর্বসাক্ষী অমদি মতম অহম্মত্ত মোহনচিংব লৈত্রব মত্তম্ব শেংলব মিৎয়েং পুবনি। পুজ্যপাদ বসিষ্ঠজী! অদুঙৈগী ৱাকম অদু নিংশিংবীরিব্রা মদুদি মতম অদুদ ঐখোয় অনিগী য়েংথিনব কোক্কব অমদি পরম বুদ্ধিমান ওইব মুনিশিংগী কল্যানগীদমক্ত দেবদারু প্যমেলশিংন কোইশিল্লব নিবদ পর্বত চিংয়োন্দ পদ্মযোনি ভগদবান ব্রহ্মা মশামক্ক মহত্বপুর্ণ ওইব জ্ঞানগী উপদেশ পীখিব? ব্রহ্মণ! অদুগুম্ন যুক্তিযুক্ত ওইব জ্ঞান অদুন সংসারিক বাসনা অসিবু শোইদনমক মতৌ অসুন্ন মাংহল্লি - মদুদি ভগবান ভাস্কর (নুমিৎ) থোরকপদ মমলম্ব অহিংন মাংবগুম। বিপ্রবর! অদোম্ন অদুগুম্ব যুক্তি

যুক্ত ওইব জ্ঞেয় বস্তু অদুবু নহাক্কী শিষ্য শ্রীরামদ থিন্দনমক উপদেশ পীবিয়ু। মদুন মহাকপু বিশ্রাম (শান্তি)বু ফংব ওইনব। মসিদ নহাক্ক য়াম্ন হোৎনরুগদবসু ওইদেঃ মরমদি শ্রীরামচন্দ্র পাপ শুকপক পত্তব নিস্পাপনি। মরম অদুন মক্ত্রব মিংশেলদ হোৎনরুব তৌদন মাইথোংগী প্রতিবিম্ব উব ফংব মতৌ অদুগুন্ন শ্রীরামচন্দ্রবু বান হোৎনরুবলৈতন জ্ঞেয় বস্তুগী বোধ খঙববু ফংব অমদি বিশ্রাম শান্তিবু ফংব ওইরগনি। মহাজ্ঞানা! জ্ঞান অদুমক শাস্ত্রার্থ অদুমক অমসুং পাণ্ডিত্য অদুমক মহৈ য়ানব অমদি থাগৎনফম ওই, মদুবু বৈরাগ্যযুক্ত ওইব উত্তম শিষ্যদ উপদেশ পিরবদি। বৈরাগ্যসু লৈতব অমদি শিষ্য ভাবসু য়াওদব মখোয় অদুদ রিগুঘবু ওইরবসু উপদেশ পিরব- মদু হুইগী শউন্ন শাব পাত্র (কুপ্পে)দ হাপ্প শনগী শঙোমগ মান্নন শেংদব অপবিত্রতা ওইব ফংহল্লি। মফম অদুদ নহাক্কুঘ অপাঘ লৈত্রব (বীতরাগ) নির্ভয় (অকিব লৈত্রব), ক্রোধশূন্য (অশাওব য়াওদ্রব) অভিমানরহিত (চাওথোকপ লৈত্রব) অমদি নিস্পাপ মহাপুরুষন তত্ত্বজ্ঞানগী উপদেশ পীরিব মফম অদুদ মতম অদুমক্ত বুদ্ধিবু বিশ্রাম ফংব ওই।

গাধিনন্দন বিশ্বামিত্রগী অসুম্ন হায়রকপদ ব্যাস অমসুং নারদনচিংব মুনিশিং পুন্নমক অদুন ফজরব মতিক চাব বানি, সাধু সাধু হায়দুন মাগী বাকমদুমকপু হুম্ন হুম্ন থাগৎনখি। মদুগী মতুংদ নিংথৌ দশরথগী নাকলদ ফমলিব ব্রহ্মাগী মচানুপা মহাতেজস্বী ভগবান বসিষ্ঠ মশামক হুক্কাগ মান্নন জ্ঞান বিজ্ঞান মপুং ফারব মুনিন হায়খি -

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - অদোম্ন থবক অদুগীদমক্ত ঐগোন্দ য়াথং পীবিরিব অদুবু ঐন করিগুঘ অপন-অয়েং য়াওদন লৌথৎচরি। শক্তি শালী ওইরগনসু সন্তশিংগী য়াথংবু হিকতোক্তুন লৈথোকপ কনাগী মতিক লৈবগে? মমাংঙৈগী মতমদ নিষদ পর্বত্ত পূজা তৌনফম ওইরব পদ্মযোনি ব্রহ্মান সংসারগী মশক ওইব ভ্রম অসিবু কোক্কব (মাংহন্নব)গীদমক্ত অদুগুঘ জ্ঞান অদুবু উপদেশ তৌখিব মদু পুন্নমক মরক খন্দব, ইরুংতব মওংদ ঐগোন্দ নিংশিংদুন লৈরি। (সর্গ - ২)

~o0o~

## জগতকী ভ্রম ওইব মতৌ অমসুং মিথ্যা ওইবগী নিরুপণ, সদেহ অমসুং বিদেহ মুক্তিগী মান্নব মতৌ অমদি শাস্ত্রগী নিয়মদ চৎপ মীওইবগী মতিক মগুন শীংথাব।

শ্রী বসিষ্ঠন হায় - অদুগে সৃষ্টিগী হৌরকপ মতমদ ভগবান ব্রহ্মান (অবা- অ্না, অকি-অখং, পোকপ- শিব, তিন্ন-কাইনবগী দৃশ্যন মূর্তি ওইব) সংসারগী মশক ওইব ভ্রমবু গ্রাকথোক্লবগীদমক্ত পীখিব অদুগুম্ব জ্ঞানগী উপদেশ (পাওতাক) মদুমক ঐন মকম অসিদ বর্ণন তৌরি- জগত অসি পুক্লিংগী সংকল্পন শেমগাংপনি, ভাবন শাগৎপ মনোরাজ্যগী বিলাসনি। ইন্দ্রজাল (মেজিক)ন শেম্ব লৈ পরেংনি, বারী-বাতাই, বাঙাং কয়াগী অর্থগী প্রতিভাস, বাতরোগ লাইহৌন মরম ওইদুন য়ুহার হাব উবগুম্বনি, অগ্রাংবু কিহন্নবগীদমক্ত বাথলন শেম্ব তন্নলাই ভুৎ কুম্বনি। অমকপ লৈত্রব আকাশত কল্পনা তৌব মনি মুক্তাগী মপৈগুম্বনি, হিন চৎপদ উব উপাল বাপাল চৎপগুম্বনি, মগুদ উখিব নগর, অতোপ্পদ উখিব লৈশিংগী নিংশিংবদগী আকাশত কল্পনা তৌশিনব লৈগী মতৌগুম্ব ভ্রমদগী শেমগৎলকপ ওইখি। শিরমদাইগী মতম মৃত্যুকালদ মী মশামক্ত মাগী থম্মোইদ মসিবু অনুভব তৌই, খংই।

মিথ্যা মতৌ অসুন্ন ওইরবদসু মতম কয়ামরম শাংন কনশিন্ন খণ্ডনদুন (অত্যন্ত পরিচয়দ) লাকখিবন মরম ওইদুন কনশিনব ভাব (ঘনীভাব দৃঢ়তা) ফংলদুন জীবগী থম্মোই আকাশত গ্রান্দুন চাওখৎলকই। মসিমকপু "ইহলোক" কৌনে। পোকপদগী হৌন শিব কাওবগী চেষ্টাশিং (হোংনবশিং) অমদি মরন (শিবন) চিংবগী অনুভব তৌরিব জীবন মদুমক্ত (থম্মোইগী আকাশ অদুমক্ত) ইহলোকী কল্পনা তৌই, মদুদি মথক্ত হায়খিব অদুগুম্ব মতুংদ অমুক শিরবগী মতুংদ মহাক্ত মফম অদুমক্ত পরলোকী (অতোপ্প লোকী) কল্পনা তৌই। বাসনাগী মনুংদ অতোপ্প হকচাং কয়ামরম অমসুং মদুগী মনুংদসু অতোপ অতোপ্প হকচাং

- মথোয়সি সংসারদ লকু পাম্বীগী মকু (লকু তোঙা)গী মতৌগুম্ন অমগী মনুংদ অম লৈব উই। (অসেংবমক সংসার অসিদ করিগুম্ব মচি ওইব অমত্ত লৈতে)। পৃথ্বীনচিংবগী পঞ্চ মহাভূতশিংগী কাংলুপসু লৈতে অমসুং জগত শেম্নকপগী করিগুম্ব মথং মনাও ক্রমসু লৈতে, মথোয় পুন্নমক লোইন মিথ্যা গুক্তনি। অদুম ওইনমক শিরব অমসুং হিংলিব জীবশিংন মসিদ সংসারগী ভ্রম তৌই। মসি অবিদ্যাগী মশক ওইব তুরেলমক্লি। মসিগী করিগুম্বদ অরোই অথম লৈতবনি। মসিন মথল কয়াগী ইরম ইচেলগী মওংদ শব্দোক্রদুন চংখোনব ওইহল্লি। অপাঙব মূঢ় পুরুষশিংতন মসি ঈথক হৌবী ওইন উই।

শ্রীরাম পরমার্থ সত্য (পরমাত্মা) ওইব পাক চাওরব মহাসাগরদ হন্ন হন্ন অরিব অমসুং অনৌব সৃষ্টি (লৈশেমশিংগী) মশক ওইব ঈথকশিংসি অমুক হৌগৎলকপ  অমসুং অমুক মুৎথিব তৌদুন লৈ। হৌজিক্কী মতম অসি ব্রহ্ম কল্পগী কায়াৎ শরুক ওইব হুমফুতরানিথোই শুব ত্রেতাযুগ চৎথরি। মসি অহানবদসু কয়ারক হন্ন লাকখরে অমসুং মতুংদসু লাক্কন লৈখিগনি। মসি অহানবদ ওইখিব ত্রেতা যুগ অদুমক্লি অমসুং মদুদগী তোঙানবসু ওই। হেক লৈরিব লোকশিং মথোয়শিংসিসু মমাংগী অদুগুম্ন ওইবনি অমসুং মদুদগী অনৌব খরসুনি। মতৌ অসুম্ন নহাক  শ্রীরামসু কয়ারক হন্নসু ত্রেতাযুক্ত অবতার তৌগ্রবনি অমসুং মতুংদসু তৌখিগনি। ঐহাকসু কয়ারক হন্ন বসিষ্ঠ ওইন পোকখ্রবনি অমসুং মতুংদসু পোক্রকখিগনি। ঐখোয়গী মওং মতৌশিং পুন্নমক হান্নগী মতৌগুম্ন অমসুং  মদুদগী খেন্নবসু ওইগনি। বাফম অসিদি ঐন য়াম্ন মুম্ন খংই। থব্রাই পানব প্রাণী পুন্নমনক করিগুম্বদ ধন-বৈভব, বন্ধু-বান্ধব, অবস্থা (ফিভম) কর্ম, বিদ্যা, বিজ্ঞান অমসুং করিগুম্বদ মান্নদবসু ওই। কনাগুম্ব অবিদ্যাগী মশক ওইব আবরণ(ফিজং)ন কুপশিনব লৈত্রব মহাক্কী অন্তকরণ একাগ্র ওইগ্রব, মহাক অদুগী সংকল্প বিকল্প পুন্নমক শান্ত ওইগ্রব অমদি মহাক অদুন স্বরূপভূৎ সার তত্ত্ব (মশাগী মশক ওইব সচ্চিদানন্দ)গী মশক ওইগ্রব অদুগুম্ব বিদ্বান পুরুষ অদুন পরম শান্তিগী মশক ওইব অমৃতদ পেন্দুন লৈ।

য়েংবদ নুঙাইনফম ওইব শ্রীরাম! সমুদ্রগী ঈশিং ঈপাক্ল তপথদুন শান্ত ওইন লৈব নত্রগন অচৌব ঈথকশিংন ঈহৌদুন লৈব ফিভম অনিমক্ত মাগী ঈশিং ওইবগী মতৌ (মশক) চপ মান্নব ওই - মদুদ করিগুম্ব মখল অমত্তগী খেন্নব লৈতে। মতৌ অদুগুম্ন হকচাং লৈব ওইদুনসু নত্রগ মদু লৈত্রবদসু মুক্ত মহাত্মা মুনিগী ফিভম অমখক্তমক ওইদুন লৈ। মদুদ করিগুম্ব খেন্নব লৈতে। সদেহমুক্তি (হকচাংদ লৈন লৈন মুক্তি ওইব) অমসুং বিদেহ মুক্তি (হকচাং য়াওদ্রব মুক্তি) মদুগী বিষয়দ করিসু মরি লৈনদে। মহাক অদুন সত্যনি লৌদুন ভোগশিংগী আস্বাদণ তৌরক্রব অদুগুম্ব মীদুদ ভোগশিংগী অনুভূতি কদায়দগী ওইগনি? জীবন মুক্ত অমসুং বিদেহ মুক্ত মখল অনিমকী মহাত্মাশিং বোধস্বরূপ(তত্ব খঙবগী মশক ওইরব) ওাক্তনি। মদুদ খেন্নব করিনো? অনি অসিদ খেন্নহল্লল্লিবদু অজ্ঞান্নি। মদু মাংহনগ্রবদ মদুদ লৌহৌরিবদু সুপ্নগী জ্ঞান খক্তনি। মতম অদুদ মখোয় অনিগী মরক্ত খেন্নব করি ওইব য়াই। মদুদি সমুদ্রগী ঈথক হৌব ফিভমদ লৈরিব ঈশিং মদুমক মাগী তপথব প্রশান্তবস্থাদসু ওই - মদুদ করিসু খেন্নব লৈতে। সদেহ অমসুং বিদেহ মুক্তিদ খজিক ফাওব খেন্নব লৈতে। শিংলিব নুংশিং(স্পন্দ) ওইরো নত্রগ নিস্পন্দ (শিত্তব ইংথন লৈব)ওইরো ফিভম অনিমক্ত মদু নুংশিংমক ওইদুন লৈ। মরম অসিন হৌজিক ঐন চংথরক্লিব প্রকরণ অদুগুম উত্তম জ্ঞান অদুমকী উপদেশ তৌরিব মসিবু নংন মুম্ন তাও। জ্ঞান অসি নাকোংশিংগী লৈতেংনি অমসুং অজ্ঞানগী মশক ওইব অমম্ববু মাংহনবনি। রঘুনন্দন! সংসার অসিদ মতম পুম্বদ য়াম্র ফজন হোংনব (পুরুষার্থ) তৌবদগী পুন্নমক্ল পুন্নমকপু ফংব ঙম্মী।(মদুদকরিগুম্ব কনাগুম্বন মহৈ য়ান্দব উরবদি মদু মাগী চপ চান হোংনব ওইদবগী মরমনি) সাধনগী মমুন ফাব ওইরবদ থম্মোইদ থাদগী অয়িংবন তিঙ্গব নুঙাইব ফংব ওইব মতৌ অদুগুম্ন সচ্চিদানন্দ পর ব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংবগী মশক ওইব পুংথোই থোইদোকপ অতিশয় শীতল আনন্দগী নুমিং থোক্লকই। অসিগুম্ব পুংথোই থোইব নুঙাইব অসি পুরুষকী (প্রয়ত্ন) হোংনব খক্তদগী ফংব

ওই। অতোপ্প (প্রারব্ধনচিংব) মরম্লগী ওইদে। (মরম অসিন মীওইবন হোৎনব খক্তদ নির্ভব (তুংনফম) ওইন লৈগদবনি। শাস্ত্রজ্ঞ সৎপুরুষন তাক্লিব লম্বীদ চত্তুন মশাগী কল্যানগীদমক্ত কনাগুম্ব অদুন পুক্লিংগী ওইব বাঙাংগী ওইব অমসুং হকচাংগী ওইব কম্ম হোৎনরিব মদুমক পুরুষার্থনি। অমসুং মদুমক মহৈয়ান্নব হোৎনবনি। মদু নত্তবদ কনাগুম্বন শাস্ত্রগী ওম্ম-তৈনবদ মান থোকপ চৎলিব লীচৎ অদু অপ্লাওবগী মতৌ ওইব চেষ্টা হোৎনবনি। কনাগুম্বন পোৎ অদুবু ফংব পাম্লবদি মদুবু ফংনবগীদমক্ত করিগুম্ব মহাক্ল মথং মথং ওইন হোৎনরকপদ অমসুং মরক্ত মদুদগী মাই লৈথোক্লবদি শোইদন ফংব ওই। কনাগুম্ব থোইদোকপ প্রাণী অমন মীওইবগী মতিক চাব (প্রয়ত্ন) হোৎনবন মরম ওইদুন মরোল অহুমগী ঐশ্বর্যন তিনবন মরম ওইদুন খ্বাইদগী ফজন থোইন উরিব ইন্দ্রপদবীবু ফংব ঙমখি। লেপ্তন হোৎনবদ লুপ্তুন লৈরগ খোংফম চেৎপ অভ্যাসত লেংদন লৈরিব বুদ্ধিমান অমসুং থৌনাফব পুরুষন মেরুচিংজাওবুসু য়োৎপ ঙম্বগী শক্তি ফংনৈ। শ্রুতি-স্মৃতিনচিংব শাস্ত্রন লাকশিল্লব লম্বীদপুরুষার্থগী সম্পাদন্দ লেংদন লেপ্প অদুগুম্ব মীগী পৌরুষ (উদ্যোগ)নি মদুমক্ল পুক্লিংন পাম্ব ফলবু ফংনবগী মরমনি। শাস্ত্রগী ওম্ম-তৈনবদ তৌব হোৎনবন কাম্নদব অনর্থখক্ত ফংব ওই। কনাগুম্ব মীন শাস্ত্রগী ওইব প্রয়ত্নবু কোমথোক্লবদি মহাক মশামক লাইরব, অনাব অমসুং পুনশিন্নচিংব মশাগী দুর্দশা কত্তব ফিভমগী মরম্ন মহাক অসিগুম্বসু ফিভমদ তারকই - মদুদ মাগীদমক্ত ঈশিংগী ঈরিক অমফাওবসু য়াম্লবগুম খনব। (ফংব ঙমদব ওইরকই) তৌইগুম্বসু কনাগুম্বন শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন লমচৎ চৎপ (আচরণ)গী প্রভাবতগী অসিগুম্ব অথোইব ফিভমবু ফংই মদুদ সমুদ্র, চীং ,সহর অমসুং দ্বীপশিংন শন্দোক্তুন লৈরিব চাওরব ভুমণ্ডলগী সাম্রাজ্যবুসু য়াম্ন অহেনব ওইন খল্লুদব (মদু বান হোৎনরুদন ফংব ঙম্মী)। (সর্গ - ৩ - ৪ )

~০0০~

## শাস্ত্রগী মতুংইন্না সৎকর্ম তৌননব থোৌইনসিন, পুরুষার্থ নত্তন প্রারব্ধবাদকী খণ্ডন অমদি পৌরুষকী অথোইবগী প্রতিপাদন।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - রঘুনন্দন! অশংব নাপুনচিংব তোঙান তোঙানব মচুশিংগী কোংদোকপদ মন্তাল খক্তন মরুওইব মরমনি। মতৌ অদুগুম্ন শাস্ত্রগী মতুংইন্না পুক্লিং খাঙং অমসুং হকচাংন মরম ওইদুন শিজিন্নরীব(ব্যবহার) অধিকারী পুরুষশিংগী পুরুষার্থ পুন্নমকী সিদ্ধি (পাঙথোকপ)দ পুক্লিং চংন ইচং থৌন চংশিনব প্রবৃত্তিমক্ত অথোইব (প্রধান) সাধন্নি। মীওইব সুপ্নগী পুক্লিংতন করিগুম্ব পোংকী ইচ্ছা (নিংব) তৌই, শাস্ত্রগী মতুংইন্ন কর্মদি তৌদব, মদু অঙাওবশিংগী মহোৎননি। মাগী হোৎনব অদু সুপ্নগী মোহদ থাদনবনি, পুরষার্থবু সিদ্ধ তৌনব ওইদে। মী অদুন অদুম্ন হোৎনব প্রয়ত্ন তৌরিব মহাক্ত মদুম্ন ফল ফংই।(কনাগুম্বন মসি হায় - মদুদি লাইগী নোংদমদগী ফল ওন্ন-তৈননসু লাকই, মথোয়গী খাকমসি চুমদেঃ মরমদি মশাগী মমাংদ তৌখিব (পূর্বকৃত) কর্মমক্ত ফল পিনবগীদমক্ত মাংদ লৈরব্রবদ দৈব (লাইগী নোংদম) কৌনে। মদু নত্তবদ দৈব কৌব করিগুম্ব পোং অমত্ত লৈব উনদে। নুপাথোক্ত হোৎনব পুরুষার্থ মখল অনিনি - অমন শাস্ত্রানুমোদিং (পুণ্য কর্ম) অমসুং অনিগুবন শাস্ত্রবিরুদ্ধ (পাপ কর্ম) অনি অসিগী মনুদ শাস্ত্রবিরুদ্ধ পুরুষার্থদি অনর্থকী মরমনি। অমসুং শাস্ত্রানুমোদিং পৌরুষতি পরমার্থ বস্তু ফংননব মরমনি। মরম অসিন মীওইবন শাস্ত্রগী ওইব প্রয়ত্নদ নুপাথোক্ত হোৎনব অমদি সাধু পুরুষশিংগী সঙ্গদ অসুম্ন হোৎনব কনব ওইগদবনি মদুদি মপোক অসিগী পৌরুষন মমাংগী মপোকী পৌরুষ(প্রারব্ধ)বু যাম্ন থুন জয় তৌদুন ভম্লনব। নশাগী পুংথোই থোইব হোৎনকনববু পুথোক্তুন য়া ক্রক ক্রক চিক্তুন মদুদ পুক্লিং লুপ্তুন হোৎনরিব মী অদুন মাগী শুভ পৌরুষ অফব হোৎনকনব অদুন য়েথায়ব পীনবগীদমক্ত শীংদুন লৈরিব মমাংগী মপোকী অশুভ পৌরুষবু জয়

তৌগদবনি। পূর্বজন্মগী পুরুষার্থ (প্রারব্ধ) অসিন ঐবু ইনশিন্দুন থোইদোকপ ফিভম পরিস্থিতিদ থাদরে, অসিগুম্ব মথংগী বুদ্ধিবু নমদুন লৌথোক্কদব ওই; মরমদি মদু হকথেংনরিব (প্রত্যক্ষ) প্রয়ত্ন, হোৎনবদগী হেন্না মপাঙ্গল কনব নত্তে। হোৎন কনবগ লোইনন অথোইব পুরুষার্থগীদমক্ত হোৎনদুন লৈগদবনি মদদি মমাংগী মপোক পূর্বজন্মগী ফত্তব অশুভ পৌরুষ মশান মপুং ফান শান্ত ওইথিদ্রিব ফাওব। হায়বদি মমাংগী মপোকশিংদ তৌখিব ফত্তব কর্ম মরুফুক্ত মাংব ওইদ্রিব মতম অদুফাওব পুক্লিং লুপ্ন থৌনাগ লোইনন সাধন তৌদুন লৈগদব ওই।

মদুদি নশান ঙরাং থোকখিব দোষপু ঙসি প্রায়শ্চিত্ত তৌরবদ মাংখিব ওইব মতৌ অদুগুম্ন মপোক অসিগী গুণশিংন (অফবদ নুপাথোক্ক হোৎনবন) মমাংগী মপোক্কী (ফত্তব পৌরুষ) দোষপু শোইদন মাংহল্লি; মসিদ খক চিংনফম লৈতে। মমাংগী মপোক্কী অশুভ নত্রগ অৱাব পীনব প্রারব্ধবু মপোক অসিগী শুভ কর্মশিংন শেংদোক্কব অমদি থৌহল্লব বুদ্ধিন মরম ওইদুন নমথরগ সংসার সাগরদগী লাম্বোক্কবগী পান্দমবু পাংথোক্কবগীদমক্ত নশাগী মনুংদ দৈবী সম্পতি (লাইগী ওইব গুণশিং) থোমজিনবদ মতম পুম্বদ হোৎনদুন লৈগদব ওই। নোম্ব কনব য়াওদব, অতনব মীদি গন্ধাশিংগী মতৌগুম্ পুন্সি লোইথিগনি, মরম অদুন নশামকসু উদ্যোগ (নোম্ব) থাদোক্কগ মখোয় অদুগী থাক্ত নত্রগ চাংদমদ লৈরোইদবনি; শাস্ত্র গী মতুংইন্ন তৌব উদ্যোগন ইহলোক অমসুং পরলোক অনিমক্কী সিদ্ধ পাংথোকপদ মরম ওই। মীওইবন পুরুষার্থ নুপা থোক্ক নোম্বগী মশক ওইব প্রয়ত্নদ চংজফম আশ্রয় লৌরগ সংসারগী মশক ওইব শুরুং (গুহা)দগী মশামক্ত পাঙ্গল ফুদোক্কুন থোরক্কদব ওই। নশাগী হকচাংবু নুমিৎ খুদিংগী মাংথব ওইরক্লিববু খজ্ঞ। শাশিংগী মতৌগুম্ব আচরণ (লমচৎ শাজৎ)থাদোক্কদবনি অমসুং সৎপুরুষশিংগী ওইব মতিক চাব লমচৎ ব্যবহারদ আশ্রয় লৌগদবনি। মদুদি তিলশিংন অশোকপদ থোরকপ (পীব) মহীনচিংবদ আস্বাদন তৌদুন হাওন চারগ মশাগী পুন্সি লোইশিল্লি মতৌ অসুম্ন মীওইবন য়ুমদ নুপী , চাব,থকপনচিংব মহী মনাই অমদি অমেৎ

অথোং করিসু লৈতব পদার্থশিংগী খজিতং নুঙাইব মহাও (আস্বাদন) লৌরম্লগ মপুং কারব পুরুষার্থগী সাধন ওইব পুন্সিগী মতম (আয়ু)বু উং ওলহনখিরোইদবনি। (মীওইব পুন্সিবু অৱেষদ লেলহল্লোইদবনি) শুভ পুরুষার্থদগী য়াম্ন থুনমক ফল ফংব ওই। অমসুং অশুভ পুরুষার্থদগী মতম পুম্বদ অশুভ ফল (ফত্তব মহৈ)ত ফংই। শুভ- অশুভ পুরুষার্থশিং অনি নত্তন লাইন তম্ব (দৈব) কৌব অনিশুব পোং করিসু লৈতে।মখোয়সিগী মমিংবু দৈব নত্রগ প্রারব্ধ কৌবগী বানি। মরম অসিন অহানবদ পুরুষার্থন মরম ওইদুন বিবেকী আশ্রয় লৌদুন আত্মজ্ঞানগী মশক ওইব মহান প্রয়োজন(খ্বাইদগী দরকার ওইব কাম্নব) শাস্ত্রশিংগী বিচার তৌগদবনি। কনাগুম্ব শাস্ত্রগী মতুংইম্ন মশাগী শ্রবণ ক্ষন্নচিংব হোৎনবন মরম ওইদুন সাধন তৌদ্রব অমসুং চিত্ত পুক্লিংদ বিষয়শিংগীত চিন্তন তৌদুন লৈরিব অদুগুম্ব অপঙব মুঢ় পুরুষশিংগী থোংদোক্ল মোংলব দোব ওইব ভোগ ফংগে নিংলীব মখোয়দুবু খিকার তৌই। মথক্ত হায়খ্রিব নুপাথোক্ল হোৎনব অসি করিগুম্ব সৎ-শাস্ত্রগী মতুংইম্ন অমদি সৎ-সঙ্গ অমসুং সদাচারন তিনব ওইরবদি মদু পরমাত্মা সাক্ষাৎকারগী মশক ওইব মশাগী ফলবু পী। মসি মাগী স্বভাবনি। নত্রবদি (সৎশাস্ত্রগী ওন্নব অমদি সৎসঙ্গ অমসুং সদাচার য়াওদব ওইরবদি মদুদগী পরমাত্মাবু ফংবগী মশক ওইব অথোইব মহৈ ফংব ওইদে। মসি পৌরুষ নুপাথোক্ল হোৎনবগী স্বরুপনি। মতৌ অসুম্ন ব্যবহার তৌরিব কনাগুম্ব মী অমত্তগীসু করিগুম্বদ হোৎনবদু মহৈ য়ান্দব ওইদে।অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন য়াম্ন ফজন অভ্যাস তৌদুন লাক্লগ সৎ-শাস্ত্রগী মতুংইম্ন খিজিন্দুন অমসুং সৎ-পুরুষশিংগী সৎসঙ্গনচিংব সদগুণশিংন মরম ওইদুন পুরুষার্থ তৌরক্লবগী পরম স্বার্থ রুপ ওইব পরমাত্মা সাক্ষাৎকার ফংব ওই। মতৌ অসুম্ন প্রত্যক্ষ ওইন উথিব অনুভবত লাকখিব অমসুং সাধনশিংন মরম ওইদুন ফংলকখিব পরমার্থ বস্তুবু অদুগুম্ব মীশিংন লাইগী নোংদম্নি (লাইবক্ল তম্বনি লৌরিব মখোয়দুগী বুদ্ধিদু লাল্লবনি অমসুং মখোয় সাধনদগী লৈখা তাদুন মাংলবনি।অরুৎপ লৈতন ভাবন শাব শাম্ন খোৎনবন মরম ওইদুন থোইদোক্ল

চরাংনব অঙ্গংগী ফিভম্ন হৌগ্রবদ(অব্রা-অনা অমসুং গুরুজনশিংগী সেবাদ মতিক চারব ) পাম্বোম পাঙ্গল কল্লব মথোক কারকপ যৌবনগী ফিভম হৌরকপ মদুদগী মীওইব পদ পদার্থ (লাইরিক লাইশু)গী জ্ঞান অশেংব বুদ্ধি ওইদুন সৎপুরুষশিংগী সঙ্গ তৌদুন মশাগী গুণশিং অমসুং দোষশিংগী বিচার তৌগদব ওই। হায়বদি বিচার মুন্ন তৌদুন দোষশিংবু থাদোক্লপ গুণশিংবু লৌশিন্নগদব ওই।

শ্রীবাল্মীকি মুনিন হায় - ভরদ্বাজ! মুনি অথোইব বসিষ্ঠকী মতৌ অসুম্ন প্রবচন তৌরবদ নুমিৎ অদু হৌখিরম্মী। সুর্জদেবন নোংচুপ চিংদোন্দ লৈথখরে অমসুং সভা অদুগী মীশিং বসিষ্ঠ মুনিবু খুরুম্নরম্লগ নুমিদাংবাইরমগী কৃত্য (সন্ধোপাসনা অমসুং অগ্নিহোত্রনচিংব) তৌননবগীদমক্ত চৎনখিরম্মী অমসুং অহিং হৌগ্রব মতমদ অমুক নুমিৎকী মঙ্গলগ লোইনন সভা ভবন অদুদ অমুক লাক্লরম্মী।

## মপোক অসিগী পুরুষার্থগী অথোইব মতৌ অমসুং দৈববাদ ছুন্দোকপ।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম মমাংগী মপোক্কী নুপা থোক্ল হোৎনব (পৌরুষ)দগী হেনব দৈব (লাইন তম্ব) কৌব পোৎ লৈতে। মমাংগী মপোক শিংগী পুরুষার্থমক দৈব (লাইবক)নি। মরম অসিন "ঐদি লাইন তম্ব লাইবকী মখা পোনবনি, কর্ম তৌবদ ইনিং তমদে" অসিগুম্ব বুদ্ধি নত্রগ বিচার থারা অসিবু সৎসঙ্গ অমদি সৎশাস্ত্র গী অভ্যাস তৌদুন পুক্লিংদগী লাপথোক্লগ জীবাত্মাবু সংসার সাগর অসিদগী পাঙ্গল থেক্ল লাম্লোকপ উদ্ধার তৌগদবনি। (তন্দুন সৎকর্ম অমদি সাধনবু করিগুম্বদসু থাদোক্লোইদবনি) অদু অদুগুম্ন হোৎনব ওইব অদু অদুমক্লুম্ন য়াম্ন থুন ফল ফংব ওইগনি। মসিগী মমিংবু পৌরুষ কৌই। মমাংগী মপোক্কী অদুগুম্ব পৌরুষ অদুমকপু কনাগুম্বন দৈবগী মিং কৌব পাম্লবদি কৌব য়াই। কনাগুম্বন কৈশু লৈতব (তুচ্ছ) বিষয় সুখশিংগী ক্ষনিক মিকুপ্তংগী ওইব মিহৌব (লোভ)দ থুজিন্দুন অদুগুম্ব

মমাংদ তৌখিব পৌরুষ নত্রগ দৈববু বর্তমান জন্মগী পুরুষার্থন জয় তৌননব হোংনদ্রব অমসুং মতম পুম্বদ দৈবদ থাজদুনা ফমদোক্তুন লৈরিব মখোয়দু দীন (অতোনব) পামর (নিয়ম ইন্দন হিংব) অমসুং মূঢ় অপঙবনি। মরমদি পুরুষার্থ য়াওদন আত্ম-কল্যান সিদ্ধ ওইব লৈতে। মমাংগী মপোক পূর্বজন্মগী অমদি হন্দক মপোক্কী পুরুষার্থ(কর্ম)য়াও অনিগী মতৌশুম্ন মথন মথন লাম্ছেংনৈ। মদুদ হেন্ন কনব অদুমক্ত অতোপ্প অদুবু মিকুপকী মনুংদ ইনথে, লংথে। মপোক অসিদ তৌখিব অকনব পুরুষার্থন মশাগী পাঙ্গলন মমাংগী মপোক্কী পৌরুষ নত্রগ দৈববু মাংহল্লি। অমসুং মমাংগী মপোক্কী অকনব পৌরুষন মপোক অসিগী পুরুষার্থবু মাগী পাঙ্গলন নমথে। মমাংদ তৌখিব কর্মশিংগী ফলগী মশক ওইব প্রারব্ধ অমসুং বর্তমান জন্মগী পুরুষার্থ অনি অসিগী মনুংদ বর্তমান জন্মগী পুরুষার্থমক্ত হকথেংনব ওইন পাঙ্গনব ওই, মরম অসিন অধিকারী ওইব মীশিংন পুরুষার্থগী মতেং লৌদুন সৎ-শাস্ত্রশিংগী অভ্যাস অমসুং সৎসঙ্গন মরম ওইদুন বুদ্ধিবু মত্তব (নির্মল) ওইহন্দুন সংসার সাগরদগী মশাবু লাম্থোকচগদব ওই। হন্দক নপোক্কী অমসুং মমাংগী মপোক্কী পুরুষার্থ অনিমক পুরুষকী মশক ওইব মীওইব বন্দ হৌরকপ মহে পীব উপালশিংনি। অনি অসিদ হেন্ন কনব অদুন বীজয় ওইব ফংই, (হায়বদি ধর্মগী আচরণ অমসুং মুক্তিগী বিষয়দদি হন্দক মপোক অসিগী পুরুষার্থন কনব হেনব ওই। অমসুং অর্থ অমদি কামগী বিষয়দদি পূর্ব জন্মগী ফল ওইন মায়োক্লরব (ফলদানোন্মুখ) কর্ম নত্রগ দৈবন কল্লী।)

কনাগুম্ব মীন পুকচেল চাওব স্বভাবন তিল্লব অমদি সৎকর্মগীদমক্ত হোৎনবদ হৈশিংব ওইরিব সদাচারমক্ত মাগী লীলা বিহার ওইরিব মহাক অদু জগতকী মোহগী মশক ওইব লীপুন লাংদগী নাম্থোকই মদুদি নোংশান শারংদগী নাম্থোকপগুম। কনাগুম্ব মী অদুন দৃষ্ট (পুরুষার্থ নত্রগ পরম কল্যানগীদমক্ত হোৎনব) থাদোক্লগ "ঐবুদি, কনাগুম্ব করিগুম্ব শক্তি অমন অসুম তৌনবগীদমক্ত ইনশিল্লকই" অসিগুম্ব কান্নদব ওইব অমোংপ কল্পনাদ লেপ্পুন লৈরিব মদুবু য়াম্ন

লাগ্ন থাদোক্লদব ওই, মরমদি মদু মীওইলক্ত অধম অতোনবনি। সংসারদ লীশিং কয়াগী ব্যবহারনি মখোয়দু লাকপ চংখিব তৌদুন লৈ, মদুদ নুঙাইব অমসুং অৱাবগী বুদ্ধি (রাগদ্বেষ)পু থাদোক্লগ শাস্ত্রগী মতুংইন্ন আচরণ তৌগদব ওই। শাস্ত্র গী তুংইন্ন অমসুং করিগুম্বদ মাংব লৈরোইদব মশাগী মার্যাদা ফিদম্বু অদুগুম্ব মী অদুন থাদোকপ তৌদ্রব, মী অদুন পাম্লিব পোৎশিংবু মতৌ অসুন্ন ফংব ওই মদুদি ঈক্লপশীবশিংন মনি। নুঙ্গাইববু ফংব অমসুং অৱাববু লৌথোকপ- মসিমক মীওইবগী স্বার্থনি। স্বার্থ অদুবু ফংহল্লিব অদুগুম্ব তঙাই ফদব তৌফম থোকপ নত্রগ সাধন পাম্বে লৈরিব, অমত্ত ওইন মদুদ চেৎন লেপ্তুন লৈববু বিদ্বানশিংন পৌরুষ কৌনৈ। অচেৎপ ফিরেপ অদু করিগুম্ব শাস্ত্রন লাকশিনব ওইরবদি পরম পুরুষার্থ ফংনবগী পাম্বে ওই। তৌফম থোকপ মথৌ ঙাকপ (কর্তব্য পালন)গীদমক্ত অদুগুম্ব হকচাংনচিংববু শিজিন্নব সংচালন ওইরিব অদুমক মাগী ধর্মনি, অদুগুম্ব ক্রিয়া (শ্রবন মনন নচিংব সাধন) অদুদগী, সৎসঙ্গদগী অমসুং সৎ-শাস্ত্রশিংগী স্বাধ্যায়দগী শুদ্ধ ওইরব অমদি থৌহল্লব মশাগী বুদ্ধিন মরম ওইদুন মহাক অদুন মশামক্ল মশাগী আত্মাবু উদ্ধার তৌরিব মদুমক পুমথোই থোইব স্বার্থ মশাগী কান্নবগী সিদ্ধিনি। বিদ্বানশিংন অরোইব লৈতব, সমতা ওইব পরমানন্দন মপুং ফারব পরমার্থ বস্তু (পরব্রহ্ম)বু খঙই, অদুগুম্ব পাম্বে সাধনশিংন মদুবু ফংব ওইব মদু নিত্য নিরন্তর সেবন (অভ্যাস)তৌদুন লৈগদবনি। সাধনশিং অদুদি শাস্ত্রশিংগী স্বাধ্যায় (চাংনাইন নৈনব) অমসুং সৎসঙ্গনচিংব, কনাগুম্ব মহাক অদুন হোৎন কন্ন আত্ম-কল্যানগী সাধন্দ লুপ্তুন লৈরিব মহাক্ল মাগী পুরুষার্থমক্তগী মখুত্ত পায়দুন লৈব হৈগ্রুগী মতৌগুম্ন অপাম্ব মহৈদু প্রত্যক্ষ ওইন উগনি। কনাগুম্বন প্রত্যক্ষ পুরুষার্থবু থাদোক্লগ দৈবগী মশক ওইব মোহদ লুপ্তুন লৈরিব মহাক মূঢ়নি।

মরম অসিন শুভাশয় শ্রীরাম - নশাগী অকংব কল্পনাগী পাঙ্গলদগী পোকপ মিথ্যা ওইব অমদি মপুং ফাব কারণ অমসুং কার্য য়াওদব দৈবগী মাইকৈদ তোংব থাদোক্লগ আত্মকল্যানগীদমক্ত নশাগী অথোইব পুরুষার্থদ লেপ্পু। শাস্ত্র

শিংন মরম ওইদুন অমদি মহাপুরুষশিংগী সদাচারদগী শন্দোকপ ওইরিব মখল মখাগী দেশ ধর্মশিংন শৌগৎলিব অদুগুম্ব পরমার্থ ফংবগী মশক ওইব থোইদোক হেন্দোক্ত ফাওরব ফল (মহৈ)নি। মদুবু ফংনবগীদমক্ত থম্মোইদ অকনব অনীংব অভিলাষা ওইরবদ মদু ফংনবগীদমক্ত চিত্তদ স্পন্দন (নিকপ লোম্ব) নত্রগ চেষ্টা ওইব। মদুগী মতুংদ ইন্দ্রিশিং অমদি থোং-খূৎনচিংব কায়াংশিংদ ক্রিয়া (থবক তৌব) ওইব- মসিন মরম ওইদুন শ্রবন মননচিংব অমদি য়ম-নিয়মচিংব সাধনশিং তৌব অসিমকপু উত্তম পুরুষার্থ কৌনে। অধিকারী পুরুষকী মপোকতি পুরুষার্থ সিদ্ধ ওইরবতদ মহৈ য়ানব ওই। নত্রবদি ওইদে- অসুম্ন খঙদুন মতম পুম্বদ আত্মকল্যানগী হোৎনবদ পুক্লিং লুপ্তুন লৈগদব ওই। মদুগী মতুংদ সাধনগী বিষয় ওইব তৎপরতা (পুক্লিং লুপশিনব) অদুবু সংশাস্ত্রশিংগী অভ্যাস অমদি সন্ত-মহাত্মাশিং অমসুং জ্ঞানী পুরুষশিংগী সেবন ন মরম ওইদুন আত্মজ্ঞানগী মশক ওইব মহৈ ফংবদ মহৈ য়ানব ওইগদবনি। আত্মকল্যানগী বিষয়দ করিগুম্ব পরম পুরুষার্থগী চংজফম লৌরবদি মহাক্ত শোইদনমক দৈব (লাইবকপু) জয় তৌরে, ৱাখল অসি থমদুন দৈব অমসুং পৌরুষকী অকন-কন্দগী বিচার তৌবন মরম ওইদুন থোইন ফজরব ওইরকই অমদি মদুদ শম,দমনচিংব সাধনসু য়াওরে অমদি অথোইব পুরুষশিংগী সেবাদগী মথোয়দুগী অন্তকরণ মতম পুম্বদ ভাবিত(ভাবশিং পুদুন লৈরব) ওইদুন লৈ, অসিগুম্ব অধিকারী পুরুষশিংন তত্ত্বজ্ঞান ফংনবগীদমক্ত শোইদন (উদ্যম) হোৎনগদব ওই। মপোক অসিদ পাংথোকপ য়াব (সম্পাদন)স্বাভাবিক প্রয়ত্নতন পরম পুরুষার্থগী সিদ্ধিগী হেতু মরমনি। অসুম্ন অরেম্প মওংদ খঙলগ অধিকারী জীব অসিন, মতম পুম্বদ অপেনব অমদি অথোইব জ্ঞানীজনশিংগী সেবা ওইব পাপ পক্তুব থুম্লব অমসুং খাইদগী থোইব হিদাক্ত পোকপ শিবগী পরম পরাগী মওং ওইব ভবরোগ (সংসারগী লাইনা)বু শান্ত ওইহনগদব ওই। (সর্গ - ৬)

~000~

## যুক্তি কয়ান দৈবগী অশোনব অমসুং পুরুষার্থগী অথোইবদ সমর্থন।

কনাগুম্ব মীন উদ্যোগপু থাদোক্লগ সুপ্নগী দৈবদ তোংদুন ফমদোক্লগ লৈনে অতনব মীশিংদু মশামক্ত মশাগী য়েক্লবনি। মখোয় মশাগী ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ -পুরুষার্থ মরিমকপু মাংহল্লবনি। বুদ্ধি, মন অমসুং কর্মেন্দ্রিশিংন মরম ওইদুন তৌরিব চেষ্টাশিং (হোৎনব) পৌরুষকী মশক্তি। মখোয়শিংসিদগী অনিংব অপাম্ব মহে ফংলিবনি। সাক্ষী চেতন্দ অহানবদ অদুগুম্ব বিষয়গী অনুভূতি ওইব, পুক্লিংন মদুমক্তুন্ন চেষ্টা তৌই (হোৎনৈ)। পুক্লিংগী ব্যাপার থৌরমগী মতুং ইন্ন হকচাং চৎলি। হকচাংগী ওইব ক্রিয়াশিং ওই। লোক অসিদ মফম মফমদ অদু অদুগুম্ব পুরুষার্থগী তঙাই ফদব ওইব, মফম মফম অদুদ অদু অদুগুম্বমক নুপা থোকপ পৌরুষকী শিজিন্নবদগী মদুগী মতিক চাব মওংগী লৌকিক নত্রগ বৈদিকী ফল ফংব সিদ্ধি ওই। পুরুষার্থতন বৃহস্পতিন দেবতাশিংগী গুরু ওইরকখি।অমসুং পুরুষার্থদগী শুক্রাচার্যন দৈত্যশিংগী গুরুপদ ফংখি। মথল কয়াগী অঙকপ ওইব বৈভবশিংগী তুংনফম মপুং ওইরিবশিং অমসুং বৈভব ভোগগী মিংয়েংদ অচৌব অথোইব মীনি থন্নবশিং অসিগুম্ব মীসু মাগী দোষন তিল্লব পৌরুষ (পাপকী লমচৎ) অদুতদগী নরকশিংগী অতিথি ওইনখি- অব্রাংব থাক্তগী লৈখা তানখি। লন থুমগী খুদোং চাব সমপদ লীশিং লীশিং অমসুং খুদোং চাদব বিপতি লীশিং লীশিংন থল্লব মথল কয়াগী অনুকূল প্রতিকূল শৌগৎপ অমসুং থুগাইব দশাশিংদ তাদুন লৈরিব মথল কয়াগী জাতিশিংগী থবাই পানব প্রাণীন মশাগী রুপুষার্থ খক্তদগী মদুবু লাম্রেক্তুন মঙ্গল কল্যানগী লম্বীদ চংশিন্নরকপ ওই। শাস্ত্রগী অভ্যাস গুরুগী উপদেশ অমসুং মশাগী হোৎনব (প্রয়ত্ন) অহুম অসিখক্তদগী মফম পুম্বদ পুরুষার্থগী সিদ্ধি ওইব উনরি। য়াইফব পামলিব মীন কত্তব থবক্ত চংশিনব পুক্লিংবু মদুদগী লৌথোক্লগ হোৎনবগ লোইনন অফব কর্ম খক্তদ হাপকদবনি। মসি শাস্ত্র পুন্নমকী মচি ওইব খোমজিল্লবনি। অদুগুম্ব পোত্তু

মঙ্গলগী মশক ওইব, মদু খ্বাইদগী থোইব ওইব অমদি মদুগী করিগুম্বদসু অমাংব লৈত্রব মদুদ য়াম্ন চেকশিন্ন চৎপগদবনি। মসি গুরুজন পুন্নমক্ত পীব উপদেশনি। নুপা থোক্ত হোৎনবতন পান্নিব পোৎ ফংব ওই। পৌরুষতন লৌশিং চাওবশিংগী মঙ্গলগী লম্বীদ খুমাং চাওশিনব ওই। লাইন তম্ব দৈবদি অৱা-ইপাক্ত লুপশিল্লব থোৎলব অমদি অশোনব পুক্লিংগী মীওইশিংগীদমক্ত থেম্ব তপথব পীনবখক্তনি। তাইবংদ প্রত্যক্ষনচিংব প্রমান্ন মরম ওইদুন মীওইবগী হোৎনবন মতম পুম্বদ মাই পাকপ ওইব উনরি। মী ন মাগী পৌরুষ খক্তদগী দেশ কয়া লাম্ন চংথোক চংশিন তৌরি। অথোইব বুদ্ধি লৈব মীন নুপা থোকপতন লাম্বোকপদ অরুব, অকিব ফংলব খুদোংথিবশিংদগী ইরাই লাইন লাম্বোক্লরি। মসিদ কনাগুম্বন কান্নদব দৈবগী কল্পনা তৌরিব, মদুদ তোংলগ মথোয়ন খুদোংথিবশিংদগী লাম্বোকপ ওইদে। কনাগুম্বন অদুক্কী মতিক হোৎনরীব মান মদুমক্কী চপচাব ফল ফংব ওই। জগত অসিদ তুমিন্ন ফমদোক্তুন লৈব কনাগুম্ব মী অমত্তনসু অপাম্ব ফল ফংব খক ওইদে। শ্রীরাম শুভ পুরুষার্থদগী শুভ ফল ফংই। অমসুং অশুভ পুরুষার্থদগী অশুভ ফল। মরম অসিন নংগী করম্ব পাম্বনো, মদুগুম্ন তৌ। নশাগী খ্বাইদগী হেন্ন পামজব পোৎপু ফংননব অমত্ত গুইরব থবক্তি হোৎনবদ লুপ্পনি মদুবু বিদ্বান পুরুষশিংন পৌরুষ কৌনে। লুপ্ন চংশিনব তৎপরতা অদুতদগী পুন্নমক ফংব ওই। নশাগী নথোঙন মকম অমদগী মকম অমদ চংপ, খুৎন করিগুম্ব পোৎপু লৌব,পুব অমদি অতোপ অতোম্প কয়াংশিংন মদুগী মতুংইনব থবক্ত চংশিনব পুন্নমক অসি পুরুষার্থ খক্তদগী ওইথোকই, লাইন তম্ব দৈবদগী ওইদে। অরেম্বদ কান্নদব থবক্ত হোৎনদুন লৈবদ লুপ্লীব মথোয়দুবু বিদ্বান লোকশিংন অঙাওবগী মহোৎননি তাকই। মদুদগী অফব ফল করিগুম্ব অমত্ত ফংদে,তৌফম থোকপ ইথৌ কর্তব্য পানলগীদমক্ত অদুগুম্ব হকচাংনচিংবন থবক চথব মদুমক মাগী ধর্মনি, ক্রিয়া অদুদগী সৎসঙ্গদগী অমসুং সৎশাস্ত্রশিংগী স্বাধ্যায়দগী শেংলব অমসুং থৌহল্লব মশাগী বুদ্ধিন মশামকপু লাম্বোকচন্নিব মদু খ্বাইদগী থোইরব পরম পুরুষার্থগী

সিদ্ধিনি। বিদ্বানশিং অরোই অথম লৈতব অনন্ত সমতাগী মশক, পরমানন্দ মপুং কারব মাগী অরোইব অথোইব ফংনকম ওইব অর্থ (পরব্রহ্ম-পরমাত্মা)বু খংনৈ। অদুগুম্ব পাম্বে সাধন অদুন মাবু কংব ওইরিব মদুমকপু অরুং-অথম লৈতন সেবন তৌগদব ওই, সাধনশিং অদুদি শাস্ত্রশিংগী স্বাধ্যায় অমসুং সৎসঙ্গনচিংবনি। শরত ঋতুগী মতমদ পুখ্রি অমসুং থম্বাল অমন অমগী ফজব নিংথিজব হেনগৎহনবগুম সদবুদ্ধিন সৎ-শাস্ত্রশিংগী অভ্যাস অমসুং সৎসঙ্গগী মশক ওইব গুণ চাওখৎপ ওই অমদি সৎশাস্ত্রশিংগী স্বাধ্যায় অমসুং সৎসঙ্গগী মশক ওইব গুন্দগী সৎবুদ্ধিবু চাওখৎপ ওই। মতম কুইন অভ্যাস তৌরকপদগী অনিমক অসি অমন অমগী চাওখৎহনব অমসুং য়োকখৎপ ওইনৈ। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন মপুং ফান অভ্যাস তৌরকপদগী শাস্ত্র অমসুং সৎসঙ্গনচিংব গুণশিংদ নুপাথোকপ পৌরুষন মরম ওইদুন মশাগী কান্নব ওইব স্বার্থ সিদ্ধি ওই।

(সর্গ- ৭)

~oOo~

## পুরুষার্থদ অহেনব পাঙ্গল হাপ্পুন দৈবগী মশক নৈনব অমদি অফব বাসনান তিনব ওইদুন সৎকর্ম তৌনব থৌইন্‌শিন।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম শেংন অমুক্তদি হায়- লোক অসিদ লান্দ থৌব (শুরবীর) পরাক্রমী, বুদ্ধিমান অমদি পণ্ডিৎশিং লৈথ্রিব মখোয়ন করম্ন (লাইন তম্ব লাইবক্র তম্ব) দৈববু ওইখিবগে? অসিগুম্ন মহামুনি বিশ্বামিত্র অসিন দৈববু লাপ্ন হন্দোক্লম্লগ পৌরুষতদগী ব্রাহ্মণ ওইবগী থাক ফংখি অতোপ্প অতৈ সাধম্ন নত্তে। ঐখোয়ন অমদি অতোপ অতোপ্প মীশিংন মখোয় অদুন মতম অসিদ মুনি পদবীবু ফংলিব , মতম চংন তৌরকপ পৌরুষথক্তন্দগী আকাশত মনীং তম্ন চৎপ (বিচরণ)গী শক্তি ফংখিবনি। হিরণ্যকশিপুনচিংব দানবেন্দ্রশিংন নিপা থোকপ

প্রয়ত্ন খত্নদগী লাইগী কাংলুপশিংবু লাগ্ন তাথোক্লুনমরোল অহমগী সাম্রাজ্য ফংখিবনি। অমুক ইন্দ্রনচিংব দেবেশ্বরশিংন নুপা থোকপ মহোৎনখত্নদগী য়েক্রবগী সেনাবু তানথায়দুন অমদি শোয়হল্লগ দানবশিংদগী নমদুন পাক চাওরব জগত অসিগী রাজ্যবু মুন্দুন পানখি।

শ্রীরাম হংখি - ভগবন। নহাক্তি ধর্ম পুম্বগী অখণ্ডব অতানি । ব্রহ্মণ। সংসার অসিদ অচৌব অথোইব পদবু ফংনপ্লিব, দৈব (লাইবক নত্রগ লাইন তম্ব) অদু করিনো? করিবু দৈব কৌনবগে মসি তাকপীয়ু।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - রঘুনন্দন। শোইদন ওইরবগদব মহৈন চংথোক্লব ওইব পুরুষার্থন মরম ওইদুন ফংলকপ ফলদুগী অকব অমসুং ফত্তব ভোগ মদুমকপু "দৈব" হায়হৈন কৌনবনি নত্রগ নুপাথোক্ল হোৎনব পৌরুষন মরম ওইদুন অপাম্ব অমসুং পামদব কর্মগী অদুগুম্ব নুঙাইব অমসুং নুঙাইতব মহৈ ফংব মদুবু "দৈব" হায়না মিংথোনবনি। অমত্ত ভাইরব পুরুষার্থদগী ফংগদব ওইব অদুগুম্ব শোইদন ফংলরগদব মহৈ, ফল, মদুমক মীওইবগী কাংলুপ্ন "দৈব" হায়হৈন লৈথোনবনি। পাংথোকপ্লব পুরুষার্থগী অকব অমসুং ফত্তব ফলন ফাওরক্লবদ কনাগুম্বন হায়রিবদি মদুদি মসি মওং অসিদ ফংগদব ওইরম্মী মসিমক ওইরক্লগদবনি মসিবু "দৈব" কৌনৈ। কর্ম ফলন ফংব ওইরবদ কনাগুম্বন অসি হায় মদুদি অসুন্নমক ঐগী হাখল ওইখিব, অসুন্ন ঐন ওইগনি লেপখিব, মসিগী মফিং "দৈব"নি। অপাম্ব অমসুং পামদব ফল ফংলবদ কনাগুম্বন থেমথবগী মওং খত্তগীদমক্ত মসি হায়বনি মদুদি ঐগী মমাংগী (নহালমুকী) কর্ম মত্তন অসুন্ন ওইরবনি, অসিগুম্ব মখলগী ভাবনাবু ফোংদোকপগী হায়হৈমক "দৈব" কৌনবনি।

শ্রীরাম মীওইবশিংগী পুক্লিংদ অহানবদ মখল কয়াগী বাসনাশিং লৈখিব মদুমক মতম অসিদ হকচাংন, বাঙংন কর্মগী মশক ওথোরকখি। জীবদ অদুগুম্ব মখলগী বাসনা ওইরিব মদু থুনমক মদুমক্তুম্ন কর্ম তৌই। পুক্লিংদ বাসনা অতোপ্প ওইরব অমসুং মহাক্ল কর্মদু অতোপ্প মওংদ তৌব মসি ওইথোক্তে। মহাক অদুন খুঙংদ চংনবগী ইচ্ছা তৌই মহাক খুঙংদ অমসুং সহরদ চংপ পাম্ব মদুন সহর

য়ৌই। অদু অদুগুম্বা মীনা অদু অদুগুম্ব বাসনান তিনব ওই মহাক মহাক্তু অদু অদুগুম্বগী দমক্ত মতম পুম্বদ হোংনৈ। মমাংগী মপোকক্ত ফলগী অকনব অপাম্ব ওইবদগী অদুগুম্ব কর্মদ অকনব প্রয়ত্নন মরম ওইদুনা তৌখিব, মদুমক মকম অসিদ "দৈব" (লাইবক নত্রগা লাইন তম্ব)বাহৈন হায়নবতনি নাহল অমুক মপোক্কী কর্ম অদুগী অর্থ মায়ব বাহে দ "দৈব" নি। কর্ম তৌবশিংগী কর্ম পুন্নমক রীতি (নিয়ম) অসিদ চংলি। নশাগী প্রবল বাসনা অকনব অপাম্বমক কর্মনি। বাসনা পুক্লিংদগী খেন্নব তোঙানব নত্তে অমসুং পুক্লিংমক মীনি হায়বদি মীন তৌগে নীংব (সংকল্প) তৌবদ মহাক পুরুষ রূপ মীগী মওংমক ওইখিবনি। পুক্লিংনচিংব ভাবপু ফংলক্লব থবাই পানব প্রাণী অসিমক্ত মশাগী ফনকীদমক্ত অদু অদুগুম্ব হোংনববু তৌই দৈব কৌদুন খঙনব মাগী অদুগুম্ব কর্ম অদুগীমক মহাক্ত মদুগী মতুংইনব মওং ওইব (তদনুরূপ) মহৈ ফল ফংই। শ্রীরাম! মন,চিত্ত, বাসনা, কর্ম, দৈব অমসুং তৌগে লেপ্প -পুন্নমক অসি অরুব ওইন খঙবদ ভমলক্লিব পুক্লিংগী (পুক্লিং ওইব মতৌবু ফংলব মীগী) সংজ্ঞাশিংনি অসুন্ন সংপুরুষশিংন হায়।

শ্রীরাম! মতৌ অসুন্ন মথক্ত হায়খ্রিব সংজ্ঞাশিং (মমিংশিং)বু খরপা (পুরিব) তৌরিব মীন মাগী চেংন লৈত্রব বাসনা ন মরম ওইদুন নুতি খুদিং অদুন্ন হোংনরকপ মদুগী মতুংইন্নমক মান মতিক চাব মহৈ ফলবু ফংই।

"রঘুনন্দন! মতৌ অসুন্ন পৌরুষ নুপা থোকপদগী মীওইব জগত অসিদ পুন্নমকপু ফংব ঙম্মী। লাইন লত্রগা লাইবক্ত তম্ব দৈবদগী নত্তে। মরম অসিন পুরুষার্থ অদুন ঐথোয়গীদমক্ত অফব ফল পীগাদব ওইব মদুবু নহাক্ত নশাগী হোংনব পরম পুরুষার্থমক্ত মতম পুম্বদ লৈরগাদব পরম কল্যানবু ফংব ওইগনি" অতোপ্পনদি ওইদে। শ্রুতিদ অদুগুম্ব জ্ঞানশক্তগী মশক ওইব চৈতন্য মাত্র স্বরূপ প্রাজ্ঞ পুরুষ হায়ন তাকখ্রিব মদুমক নংনি জড় ওইব হকচাং অসি নত্তে। নহাক মথন্ত ওজব স্বয়ং প্রকাশ রূপ চেতননি। অতোপ্প চেতন্দগী ওম্বোকপ ওইবগী মতিক ওইব নত্তেন্দ লৈত্তে। করিগুম্ব নত্রেন্দ অতোপ্প করিগুম্ব চেতন অমদগী ওম্বোকপনি অসুন্ন লৌব তারবদি অমুক মাবুদি অতোপ্প করম্ব করম্বন ওম্বোকহনবনো বাহং অসি

লাকনি। করিগুম্ব মাবুসু করিগুম্ব অতোপ্প চেত্তনন থারোকহনব ওইরবদি অমুক মাবু কনান থারোকহনব তৌগনি। মতৌ অসুম্ন অনবস্থা দোষ (অরোপ্প লৈতবগী দোষ) ফংগনি অদুগুম্ব পোত্তুগী সাবক লৈতে। মরম অসিন মীওইবন তৌগদবনি মহাক্ক অকব অমসুং ফত্তব লম্বীশিংদ চেঙরিব বাসনাগী মশক ওইব তুরেলবু নুপা থোকপগী মতিক চাব হোংনবকন মরম ওইদুন ফত্তব লম্বীদগী হন্দোরক্লগ অকব লম্বীথক্তদ চংশিনবনি।

মীওইবগী চিত্ত অঙাং মচাগী মতৌগুম্ন চঞ্চল ওই, মদু ফত্তব লম্বী (পাপ)দগী হন্দোকহল্লবদি অকব লম্বীদ চংলি অমসুং করিগুম্ব অকব লম্বীদগী হন্দোক্লবদি ফত্তব লম্বীদ চংলকই। মরম অসিন মদুবু নমদুন পাপ মার্গদগী হন্দোকহল্লগ পুন্যগী লম্বীদ চংহনকাদবনি। মতৌ অসুম্ন মীওইবগীদমক্ত মতিক চাবনি মদুদি মহাক্ক মথক্কী মথং মনাও নিয়ম অসিদ চিত্তগী মশক ওইব অঙাংমচাবু পাঙ্গলনমক সমতাগী মশক ওইব (সান্ত্বনা) তপথহনব পীদুন নুপাথোকপগী মতিক চাব প্রয়ত্নন মরম ওইদুন তপ্ন তপ্ন আত্মস্বরূপ হাপকদবনি নম্ফুদ অমুক্ত ওইন মাবু নিরোধ (থিংব) তৌরোইদবনি। মসিমক মাবু য়োকপী থাকপীব কৌই। সংসার অসিদ মীওইবন অদু অদুগুম্ব বিষয়গী অভ্যাস তৌরিব , চিংনব লৈতন মদুমক্ত পুক্লিং লুপশিনব (তন্ময়তা)ওইরকই। বাকম অসি অঙাংশিংদগী হৌরগ চাওর চাওরব বিজ্ঞানশিং ফাওবন উনল্লবনি। মরম অসিন শ্রীরাম! নহাক্ক পরম কল্যান ফংনবগীদমক্ত শাস্ত্রীদগী থোইব পুরুষার্থদ চংজকম লৌ, ইন্দ্রি মপ্তাবু লাকশিন্দুন মফম অদুদ অকব বাসনাতন তিনব ওইরো। নহাক্ক পুংথোই থোইব পুরুষার্থ সেবা তৌরিব হেন্দোক থোইদোক্ল ফজরব অকব শুভ বাসনাগী তুংইন্ন চত্তুন পুক্লিং নুঙাইরব ভাবন তিল্লব বুদ্ধিদগী পরম পুরুষার্থন মরম ওইদুন অরাব শুকলৈ লৈত্রব মফম (পদ)বু ফংলো। অদুগী মতুংদ শুভ বাসনা অদুবুসু থাদোক্লগ পরব্রহ্ম পরমাত্মাদ য়াম্ন ফজন তুংদুন লৈব ওইরো। (সর্গ - ৮-৯)

-০0০-

## শ্রীবসিষ্ঠন ব্রহ্মা অমসুং মশা পোকপগী বর্ণন,জ্ঞান ফংবগী শন্দোকপ, শ্রীরামগী বৈরাগ্যগী প্রশংসা, বক্তা অমসুং শ্রাহং হংলিব মীগী লক্ষণনচিংব থোইদোকপ মওংদ শীংথাব।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - মতম পুম্বদ নিত্য, সমতাগী মনাক্ত লৈব সচ্চিদানন্দগী মশক ওইব ব্রহ্মতত্ত্ব অদুদ সম্বন্ধ ওইব সত্তা (অরৈব)বু নিয়তি (লাইবক destiny) কৌনৈ। মদু নিয়ন্তা (লৈঙ্গাক মপু)গী লাকশিনবগী শক্তিনি অমদি লাকশিন্দুন খুদুমদ লৈরিব পোৎশিংদ অদুগুম্ব লাকশিল্লিব খুদুমদ চন্নবগী মতিক চাব (য়োগ্যতা) লৈরিব, মদুসু সত্তামক্তি।

হৌজিক ঐন মচিতন থল্লব সংহিতা (খোমজিল্লব ৱারম)গী বর্ণন তৌগে মদুন ইহলোক অমদি পরলোকী সিদ্ধিগীদমক্ত পুরুষার্থগী মশক ওইব ফল পীনরিব অমসুং মোক্ষগী উপায় ওইব সাধনশিংন থল্লব। মসি নহাক্ত চেকশিন্ন পুক্লিং লুপ্ন শ্রবণ তৌরো।

লিরব মতমগী ৱানি। লৈশেম (সৃষ্টি)গী অহানবদ পরমেষ্ঠী(Almighty) ব্রহ্মান মোক্ষ কথা অসি বর্ণন তৌখিবনি। মসি অৱাব পুন্নমকপু মাংহনব অমসুং বুদ্ধিবু পরম শান্তি পীগুম্বনি। বিবেক লৈরব মী পুন্নমক্ত লোইনন মোক্ষ কথা (অরান খুভম ওইব) অসিবু তারগ নহাক অদুগুম্ব সচ্চিদানন্দগী মশক ওইব পরম পদবু ফংলগনি। মফম অদু য়ৌগ্রবদ অমুক হন্ন মাঙবগী অকিব থক লৈত্রব।

শ্রীরাম হংলম্মী - ব্রহ্মণ! ম্রমাঙ্গেগী মতমদুদ ব্রহ্মাজীন করিগীদমক্ত ৱারি অসিবু বর্ণন তৌখিবনো? অমসুং নহাক্ত মসিবু ফংব করম্ন ওইরকই? প্রভো! ৱারম অদু ঐঙোন্দ খংহনবীয়ু।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম পরব্রহ্ম পরমাত্মা পুন্নমক শিঙ্গুংন চংদুন লৈব পুন্নমকী তুংনফম ওইব, নিত্য চেতন মতম পুম্বদ খঙব ওইদুন লৈব, অমাং অতা থক নাইদব অবিনাশী, থৱাই পানব পুম্মক্ত ফোংদোকপ ঙাম্মোকপ ওইন লৈরিব অমসুং লোইনাইদ্রব বিলাসশিং হরাও নুঙাই ফোংদোক্তুন শান্নবগী অমত্ত ঙাইরব

অধিষ্ঠান (তুংনফম হৌফম)নি। প্রকৃতিগী সাম্যবস্থা অমদি বিষমবস্থাদসু মহাক মওং কাইব তৌদন নির্বিকারগী মশক্ত অদমু লৈ। পরমাত্মা অসিদগী বিষ্ণুগী প্রাকত্য ওইরকখি অসুন্নমক মদুদি লেংদন লৈরিব ঈশিংন মপুং ফান থল্লীব সাগরদগী ইথক পোক্লকপগুম। বিষ্ণু অদুগী থম্মোই থম্বালদগী ব্রহ্মা ফোংদোরকখি মহাক অদুদি বেদ অমসুং বেদাঙ্গী তন্ত্রনি। মহাক্ল দেবতাশিং অমসুং মুনিশিংগী কাংলুপ (সমুদায়শিং)ন তিল্লব ওইদুন মথল মথা কয়াগী ওইব বিকল্পশিংগী সৃষ্টি তৌব পুক্লিংগী মতৌগুম্ন মথল মথাগী সৃষ্টি- রচনা তৌখি। জম্বুদ্বীপকী শরক অসিদ মদুবু ভারতবর্ষ হায়ন খঙনরিব অসিদ ব্রহ্মান শেমখিব প্রাণী কাংলুপশিং আধি-ব্যাধিন তিনব, মাংব তেংকী মৈশা লাংলব অমসুং পোকপ শিব নাইব ওইরম্মী। প্রাণীশিংগী লৈশেম অসিদ মীওইব কাংলুপ পুন্নমক্ল মথল কয়াগী খুদোংথিবদগী পোকপ অৱাবশিংন ওৎপিরববু উরবদ লোক পুম্ববু শেম্লিব ভগবান ব্রহ্মাগী থম্মোইদ মতৌ অসুন্ন থৌজালন পেল্লব ওইখি মদুদি মচান বাববু উরগ মপাদ দয়া থৌজাল লাকপগুম। অদুদগী মহাক্ল মথোয়গী কল্যানগীদমক্ত মিকুপ খর একাগ্র চিত্ত ওইদুন অসুন্ন বিচার তৌরম্মী। আশা লৈতন বাৱব অমদি পুন্সি তেল্লব জীবশিংসিগী অৱাব অসি কোকপ মতৌ করম্ন ওইগনি অসুন্ন বিচার তৌরদুন সামর্থ্যশালী ভগবান ব্রহ্মা মশামক্ল মথোয়গী অৱাব মাংহন্নবগীদমক্ত তপ, ধর্ম, সত্য অমসুং তীর্থ সেবন নচিংব সাধনশিং শেমখি। মথোয়শিং পোক্লগ লৈশেম মপু ব্রহ্মান অমুক মশামক্ল বিচার তৌরম্মী মদুদি সাধনশিং অসিনদি মীশিংগী সংসারিক অৱাবগী মর ফুক্ল মাংহনব ওইবদি য়াব্রোই তৌইগুম্বসু পরম নির্বাণগী মশক ওইব মোক্ষতন পরম সুখনি, মসিবু ফংলবদ জীবন জন্ম-মৃত্যুগী চক্রদগী লানথোকই, মোক্ষ অদুদি জ্ঞান খক্তদগী ওই। মরম অসিন জীবগীদমক্ত সংসার সাগরদগী লাথোক্লনব অমত্ত ওইরিব উপাই পাম্বেদি সুপ্পগী জ্ঞান খক্তনি। তপ,দান অমসুং তীর্থ কোইবনচিংবদি ভব-তরণ সংসার লাথোক্লবগী ইতিং তিংব অশম্ব লম্বীনি হায়ব য়াদে। মরম অসিন আশা উপায় লৈব্রব মীওই কাংলুপশিংগী অৱাব মাংহন্নবগীদমক্ত সংসারদগী উদ্ধার লাথোকপ ফংনবগী অনৌব পাম্বে অম থিন্দমক পুথোক্লগে।

অসুম্ন বিচার তৌরদুন থম্মালথক্ত ঙাম্মোইরিব ভগবান ব্রহ্মান মশাগী মানসিক সংকল্পদগী (পুক্নিংগী ওইগে নীংবদগী) নংগী নমাংদ ফমদুন লৈরিব ঐবু পোকখি। হে পাপ পত্তব শ্রীরাম! মদুদি ঈথক অমদগী খুদক্ত অতোপ্প ইথক অম ফোংদোরকপ মতৌ অদুমক্তুন্ন ঐসু অনির্বচনীয় মায়াদগী পোক্লকই অমসুং অদুদগী থিন্দনমক ঐগী অদুগুম্ব পিতৃদেবগী মনাক্ত য়ৌশিল্লমই। মাগী মখুত্ত কমণ্ডলু অমসুং রুদ্রাক্ষগী মালান লৈতেংদুন লৈরম্মী। ঐন নোল্লুপকগ লোইনন মাবু খুরুমজরম্মী। মতম অদুদ ঐসু কমণ্ডলু অমসুং রুদ্রাক্ষগী মালা লোইনরম্মী। মতমদুদ "ইচা ইবুঙো! অসিদ চংলকউ" ঐঙোন্দ অসুম্ন হায়দুন মাগী আসন ওইরিব থম্মালগী মথক্কী লৈনাদ অঙৌব লৈচিন্দ ফম্নিব থাগী মতৌগুম্ন ঐবু মাগী খুৎন পায়দুন চিংশিল্লগ ফমহল্লম্মী। অদুদগী শজী মউম্ন মাগী পরিধান ওইব শজি মউন থোনব ঐগী ইপা ইবুঙো ব্রহ্মান ঐঙোন্দ হায় - ইচা ইবুঙো! থাদ শিদ্র চংব মাইহিং কাব মতৌ অদুগুম্ন য়োংগ মাম্নন চঞ্চল ওইব অজ্ঞানন মতম থরদংগীদমক্ত নংগী পুক্নিং চিত্তদ চংব ওইরসনু। অসুম্ন ইপান অভিসাপ তৌরব ঐ মাগী সংকল্পগী মতুংদ অশেংব ঈশাগী শক্তম স্বরূপ পুম্নমক কাওথোকখ্রে। অদুদগীদি ঐগী বুদ্ধি তত্ত্বজ্ঞান য়াওদব ওইখ্রে অমসুং ঐ অৱা-অনাগী মৈচাক ফংদুন অত্তোনব ফিভম ওইখরে। মতম অদুদ ঐসি য়াম্ন অৱাবগী ৱা ওইখ্রে। সংসার কৌব দোষ অসি ঐঙোন্দ কদায়দগী চংলক্তুন ফংলিব? অসুম্ন থম্মোইদ বিচার তৌরগ তুমিম্ন ফমদুন লৈরম্মী। ঐগী ফিভম অদু উদুন ঐগী ইপান ঐঙোন্দ হায় - ইচা! নং করিগী ৱাদুন লৈরিবনো? নংগী অৱাব অসি মাংহম্নব উপায় ঐঙোন্দ হংউ। মদু খংলগ নং নিত্য পরমাত্মাবু ফংলগনি। মদুদগী ঐন মঙোন্দ হংলম্মী - "হে মপু! অসুক্কী মতিক য়াম্ন অৱাবগী মশক ওইব সংসার জীব ওইব মতৌ ঐঙোন্দ কদায়দগী ফংলিবনো? অমসুং মসি কোকহনব কমদৌন ওইগদগে?" ঐন অসুম্ন ৱাহং হংলবদ ঐঙোন্দ অসিগুম্ব জান্ন মরাং কাইরব পাওত্তাক উপদেশ পিখিব অদুগুম্ব পরম পাবন জ্ঞানবু ফংলবদ পিতাজীগী অভিপ্রায় - পাম্নিব ভাব

অদুগী মওং মতুংইন্ন (অনুরূপ) য়াম্ন হেন্ন জ্ঞান তিন্নব ওইরে। মতৌ অসুন্ন ঐন খঙগদব (জ্ঞাতব্য)তত্ত্ববু খঙব ওইরে অমসুং ঐ ইশাগী প্রকৃতিদ লেংদ্রব ওইরব মতম অদুদ জগত শেম্ব অমদি পুন্নমকী পোক্রকপগী কারণ স্বরূপ অমসুং পাওতাক পীব ব্রহ্মান ঐঙোন্দ হায় - পুত্র! ঐন অহানব ওইন শাপ তৌদুন জ্ঞান য়াওদব ওইহল্লগ অমুক হন্ন মতিক চারব অধিকারী জীবশিংগী জ্ঞান সিদ্ধিগীদমক্ত মচিগী মশক ওইব জ্ঞানগী ঈথৌ লাংব অসিবু ওইহনবনি। হৌজিক নংগী শাপ কোকখ্রে অমসুং নঙোন্দ খ্বাইদগী যোইব জ্ঞানবু ফংব ওইরে। অদুন মরম ওইদুন নংন ঐমক্ত মান্নব অনিশুব লৈতব আত্মস্বরূপ ওইরবনি। সাখো!হৌজিক নহাক প্রাণীশিংবু অনুগ্রহ থৌজাল তৌরিবনবগীদমক্ত ভূলোক্ত জম্বুদ্বীপকী ময়াই থংব শরুক্ত লৈরিব ভারতবর্ষদ চৎলো। অতোপ্পগী কান্নব তৌবদ লুপ্লীব ইচা নুপা! নংদি য়াম্ন চাওব বুদ্ধিমাননি। মরম অসিন মফম অদুদ অদুগুম্ব মীশিংদুন কর্মকাণ্ডবু পামদুন তৌরিব মখোয়দ কর্মকাণ্ডগী ক্রম মথং মনাওগী শিক্ষা পীব অমসুং অদুগুম্ব মীশিং অদুন বিবেকশীল, বিরক্ত চিত্ত অমদি মহাবুদ্ধিমান ওইব মখোয় অদুদ পরমানন্দ পীনবগী মশক ওইরব জ্ঞানগী উপদেশ তৌরগদবনি।

রঘুকুল ভূষণ রাম! মতৌ অসুন্ন ঐন ঐগী পিতা ব্রহ্মাজীন থনবীদুন (নিয়ুক্ত) লোক অসিদ নিবাস তৌদুন লৈরিবনি।অমসুং সৃষ্টি পরমপরা অসিন লৈরিব মতম অদু কাওব মসিদ লৈগনি। মতৌ অদুগুন্ন মহাক্র সনক, সনন্দন, সনাতন, সনৎকুমার অমদি নারদনচিংব অতোপ-অতোপ্প অয়াম্ব মহর্ষিশিং কয়াকুসু অসুম হায়দুন থৌইনশিন পীরকথি মদুদি নখোয় খুদিংন ভারতবর্ষদ চত্তুন শেংলব কর্মকাণ্ড অমদি জ্ঞান-কাণ্ডগী উপদেশ পীদুন মফম অদুগী নিবাসিশিংগী অদুগুম্ব অন্তকরণগী অজ্ঞানগী মশক ওইব রোগ লাইনান খুদুম চনব ওইদুন অচৌব অৱাববু ফংদুন লৈরিবশিং মখোয় অদুবু উদ্ধার তৌরুরো।

মমাংঙৈগী মতম, সত্য যুকী লোইরকপ মতম অদুদ মালেম অসিদ মতমগী মতুংইন্ন শেংলব কর্মকাণ্ডগী মাংতাকপ ওইখ্রে। মতমদুন মহর্ষিশিংদুন কর্মকাণ্ডবু

লিংখৎপ অমদি মার্যাদাবু রক্ষা তৌনবগীদমক্ত তোঙান তোঙানব দেশশিংবু শরুক খায়দোক্লম্মী অমসুং অদুগুম্ব দেশশিং অদুদ ভূপাল নিংথৌশিং শেমগৎখি। অদুদগী মহাক্ল নিংথৌশিংদ ধর্ম, অর্থ অমসুং কামগী ফংনবগী ওইব অদু অদুগুম্ব কর্মশিংন তিল্লব স্মৃতি-গ্রন্থশিং অমদি যজ্ঞগী নিয়ম তাকপ শাস্ত্রশিংবু শেমখি। অদুগী মতুংদ কালচক্র অসিন চথদুন লৈরকপন (মতমগী গতুংইন্নু) অদুগুম্ব মথং মনাও (ক্রম) অদু মাংথখ্রবদ অমদি মীশিংন নোংম নোংমগী চিন্তাক্তন্দ হিংব অমসুং চাননব পদার্থশিং থিবতদ লুপ্তুন লৈনখ্রবদ ঐথোয় ময়াম্ন মথোয়গী অতোনব মতৌ অদু কোকহন্নবগীদমক্ত অমদি তাইবংসিদ আত্মতত্ত্ব জ্ঞানবু প্রচার তৌদুন চাওর-চাওরব জ্ঞান পোকহনব গুহ্ব শাস্ত্রশিংগী উপদেশ তৌখি। অমদি অধ্যাত্মবিদ্যাবু অহানব ওইন নিংথৌ সমাজদ পাওতাক শন্দোকখি। অদুগী মতুংদ মসিবু লোক্ত শন্দোরকখি। মরম অসিন মসিবু "রাজ-বিদ্যা" হায়ন কৌনরকখি। রঘুনন্দন! "রাজ-বিদ্যা অমদি রাজ গুহ্য" হায়ন ফাওরকখি। অসিগুম্ব পুংথোই থোইব অধ্যাত্ম জ্ঞানবু ফংলবদ নিংথৌশিংদু অব্বাব য়াওদব ওইরদুন পরমান্দবু ফংনখি। শ্রীরাম! মতমগী থোংলৈ মতুংইন্ন মক্তব মিংচৎ চাওব অয়াম্ব নিংথৌশিংন স্বর্গবাসী ওইখ্রবদ হৌজিক মতম অসিদ মালেম লৈমাইদ নহাক্ল মহারাজ দশরথ অসিগী মফমসিদ ফোংদোক্লব ওইরে। য়েক্লবশিংবু নমথব শ্রীরাম! নহাকী পুক্লিং হায়নিঙাই লৈতন মক্তব অশেংব ওই। মরম অসিন করিগুম্ব মরম (নিমিত্ত) অমত্ত য়াওদন মহৌশা স্বাভাবিক ওইনমক নহাকী পুক্লিংদ পরম পাবন অমদি উত্তম বৈরাগ্য অসি পোক্তুন হৌগাংলকপনি; মরমদি বিবেক লৈব মী পুন্নমক্ত মথোয়গী খ্যাতি(জ্ঞান)সি লৈরব অদুগুম্ব অথোইব মীশিংগীসু বৈরাগ্য অসি করিগুম্ব মরম অমদগী ওই, মরম অদু রাজস কৌনে। তৌইগুম্বসুং নহাকী পুক্লিংদ পোক্লিব বৈরাগ্য অসিদি অপূর্ব(অতৈদ ফংদব)নি। মসিদি করিগুম্ব মরম (নিমিত্ত)অমদগী ওইরকপ নত্তব, মশান মশাগী বিবেকগী পোকচরকপনি অমসুং সৎপুরুষশিংবু অক্তকপ পোকহনব মতৌনি, মরম অসিন সাত্ত্বিকনি। অদুগুম্ব

মথোয়শিং অদুদ করিগুম্ব মরম অমদগী ওইব (নিমিত্ত) য়াওদনমক বৈরাগ্য ওইরক্রব মথোয় অদুমক মহাপুরুষনি অমদি জ্ঞানবাননি অমসুং মথোয়গী অন্তকরণ শুদ্ধ (অশেংব পুক্লিং)নি। কনাগুম্ব মী অদুন জ্ঞান্ন মরম ওইদুনা সৃষ্টি পরমপরাগী বিচার তৌবদগী বৈরাগ্য ফংলিবশিং মথোয় অদুমক উত্তম পুরুষশিংনি। শ্রীরাম! কনাগুম্ব মীন সংসার অসিগী মচি লৈতব, কান্নদব অমদি অৱাবগী মতৌবু খঙলগ মশাগী সাংসারিক ওইব বুদ্ধিবু থাদোক্লিব মথোয় অদু য়োংহিংদগী নাম্বোরক্রব গজরাজগী মতৌগুম্ন সংসার বন্ধন্দগী নাম্বোক্তুনা পরব্রহ্মবু ফংই। জগত পরমপরা অসি বিষম অকুং অতোং ওইব চাংমান্নদব অমসুং লোইখম নাইদব অনন্তনি। মসিদ তাদুনা লৈররব মহান জীবন দেহাধ্যাস ওইদুনা লৈ মরম অসিন জ্ঞান নত্তনা মহাক্ক পরমপদ ফংনবগী লম্বী থক খঙব ঙমদে। তৌইগুম্বসুং রঘুনন্দন! মথোয়দুগী বুদ্ধি অগাধ ওইব য়াম্ন লৈব - অদুগুম্ব বিবেকশীল পুরুষশিংদি তমথিরব লানঙমদ্রব ভবসাগর অসিবু জ্ঞানগী মশক ওইব হিদ তোংদুনা মিকুপকী মনুংদ লাম্বোকনথি। সংসার সাগর অসিদগী লাম্বোক্রব পাম্বৈগী মশক ওইব উপায়বু নংন নশাগী বুদ্ধিনা অদুগুম্ব নিত্য-বিবেক বৈরাগ্যনচিংবন তিল্লব একাগ্রচিত্ত ওইনা তারো শ্রবন তৌরো; মরমদি দোব পত্ত্রব জ্ঞানগী যুক্তি অসি নত্তনা লোইনাইদ্রব বিক্ষেপশিংন থল্লব সংসারগী অৱাবশিং অমসুং অকিবশিংসিন মতম য়াম্ন শাংনা থম্মোইবু মৈচাক মৈশা পীদুনা লৈরগনি। রাঘব! মীথোই-মীহেনবশিংদ অয়িং-অশা নুংশিংনচিংব অনিদগী পোকপ অৱাবশিংবু থাংননবগী শক্তি জ্ঞানগী পাঙ্গল খত্তন্দ লাকই। অতোপ্প জ্ঞানগী যুক্তি নত্তনা মথোয় করিগুম্ব মথল অমত্তদ থাংব ঙম্ব ওইদে। অৱাবগী চিত্রশিংন অজ্ঞানী মনুষ্যবু থোংথাং থোংথাং থুদিংদ কোইশিল্লকই অমসুং মতমগী মতুংইন্ন মথোয়বু মতৌ অসুম্ন চাকথেক্তুনা লৈ মদুদি মৈগী মৈরিন নাপীবু চাক্তুনা উং ওইহনবগুম, তৌইগুম্বসুং নোংজুগী ঈশিং খিক্তুনা চাইথরব বন্দ অদুগুম্ব মৈগী মৈরিশিংগী প্রভাব চংদব মতৌ অদুগুম্ন মহাক অদুন খঙকম থোকপ অধ্যাত্ম শাস্ত্রগী জ্ঞান ফংগ্রব অমদি মহাক্ক ফজন ব্রহ্মতত্ত্ববু সাক্ষাৎকার (খঙলব)

তৌগ্রব, অসিগুম্ব জ্ঞানী পুরুষত পুক্লিংগী অবা-মৈচাক্ল মৈশা য়ৌহনব ঙমদে। সংসারগী মশক ওইব মরুস্থল অসিদ শিংলিব নুংশিং অসি হকচাংগী অমদি পুক্লিংগী ওইব অব্বাবগী মশক ওইব নোংলৈন থল্লি। মসি লাংতক্লব ওইদুনসু তত্ত্বজ্ঞাণীদদি অসুম্ন অব্বাব পীব ঙমদে মদুদি অকনব নোংলৈ নুংশিংন কল্প বৃক্ষবু করিসু শোকহনব ঙমদবগুম।

মরম অসিন লৌশিং তাব মীশিংন তত্ত্বজ্ঞানবু ফংনবগীদমক্ত অদুগুম্ব শ্রুতিনচিংবগী প্রমাণ পীবদ হৈশিংলব অমসুং আত্মতত্ত্ববু চপ চান খঙলব ওইব অসিগুম্ব জ্ঞানীগী মফমদ চংজদুন চেকশিনবগ লোইনন নোল্লুক ব্বাখন্দ ব্বাহং হংগদবনি। অদুগী মতুংদ কেসরদ মচু শংলব ফিন মদুগী মচু অদুবু লৌবগুম মহাক অদুদ ব্বাহংবু হংথ্রিব অদুগুম্ব প্রমাণ কুশল অমদি শেংলব চিত্ত ওইব পাওতাক পীরিবগী বচন ব্বাফমশিংবু চেকশিন্নগ লোইনন লৌশিনগদবনি। তৌইগুম্বসুং ব্বাখঙবশিংগী মনুংদ অথোইব রাম! কনাগুম্ব তত্ত্ব খঙব ওইদ্রবদি মহাক্কী ব্বাঙাং লৌনিঙ্গাই ওইদে, অসিগুম্ব মীদ তত্ত্বগী বিষয়দ ব্বাহং হংলুরিব মহাক অদুদগী হেন্ন পঙব অতোপ্প কনাসু লৈতে। মতৌ অসুম্ন প্রমাণ হৈশিংলব অমদি তত্ত্বজ্ঞানী বক্তাগী উপদেশপু কনাগুম্ব মীদুন চেকশিনবগ লোইনন ইন্দ্রব মঙোন্দগী হেনব অতোপ্প কনাগুম্ব লৈখা তাব অমমুক লৈতে। মরম অসিন বক্তাগী ব্যবহারনচিংব কার্যশিংদ মহাক্কী জ্ঞতা অমদি তত্ত্বজ্ঞতাগী হান্ন মুন্ন লেপথোক্লগ কনাগুম্ব মহাক অদুন মঙোন্দ ব্বাহং তৌরিব, প্রশ্নকর্তা অদু অথোইব লৌশিং তাবনি লৌনে, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্ব অপঙব জিজ্ঞাসুন অথোইব বক্তাগী নির্নয় ইতৌ তৌদন মঙোন্দ ব্বাহং তৌরিব, মহাক অধম কৌনে অমসুং মান তত্ত্বজ্ঞানগী মশক ওইব অচৌব অথোইব অর্থবুসু ফংব ঙমদব ওই। জ্ঞানী অদুনসু মাং-তুংগী বিবেচন তৌরগ মান লেপ্প ঙমগদব মাগী বুদ্ধিগী সমর্থ ওইগদব অমসুং নিন্দা তৌনিঙ্গাই ওইদব অসিগুম্ব মীদ মান হংথ্রিব তভ্ অদুগী উপদেশ পীগদবনি। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্ব তুম্ব-চাব অকিব পাদোংবনচিংব পশুধর্মন তিনব অধম (লৈখা তারব) মীদ

তঙ্গী উপদেশ তৌরোইদবনি। মরমদি প্রশ্নকর্তাগী শ্রুতিনচিংব প্রমাণশিংন নৈনরকপ পদার্থগী লৌশিনবগী মতিক চাবগী বিচার তৌদনমক কনাগুম্ব বক্তান মদুদ উপদেশ তৌরিব অদুগুম্ব মহাক অদুবু জ্ঞানীজনশিংন লোক অসিদ অচৌব মুর্খনি তাক্লে। রঘুনন্দন! নংদি থাগংনফম ওইব গুণশিংন তিনব য়াম্ন হেন্ন থোইরব প্রশ্ন কর্তানি অমসুং ঐহাক্না উপদেশ পীব হৈবনি। মরম অসিন ঐথোয় অনি অসি পুনব মতিক চায়। শব্দার্থ খঙব রাম! মীওইব সমাজদ নহাকপু মহাপুরুষনি লৌনরি। নঙোন্দ (রাগ) অপাম্বগী ইরিক অমফাওব পক্তে। নহাক তত্ত্ববু খঙবনি। মরম অসিন নংগী নকমদ তৌখিব উপদেশ নংগী থম্মোইনুং য়ৌন নপশিল্লি। মতৌ অসুন্ন মদুদি থিংলব মচুন ফিদ চুবগুম। নহাকী মচিন থৌরব বুদ্ধি- হায়খিব পোংশিংবু লৌশিনবদ হৈশিংন অমসুং পরমার্থগী বিবেচনবু তৌবনি। মদুন পরমার্থ বিষয়দ অসুন্ন চংশিল্লি নদুদি নুমিংকী মঙালশিংন অরুব ঈশিংগী মনুংদ লিংশিন্দুন চংবগুম। মরম অসিন ঐন অদুগুম্ব পোং অদু উপদেশ তৌরকপ মদুবু নংন "মসি তত্ত্ব বস্তুনি" অসুন্ন লেপথোক্লগা য়াম্ন চেকশিন্ন নহাকী থম্মোইদ মপুংফান থারণ তৌ।

মীওইবন তৌগদব ওইবদি মহাক্ন বিবেক লৈতব, অজ্ঞানী অমসুং ফত্তব মীশিংদ নুংশিনরীব মীওইবু লাগ্নিঙেদগী থাদোক্লগা সাধু মহাত্মাশিংগী সেবা তৌগদবনি। মরমদি মতম লৈব খিবিক্ত অফব মী সজ্জনশিংগী সম্পর্ক(উনব-তিনব)দ লৈবদগী বিবেক পোক্লকই। বিবেক অসি উপাল অমগ মান্নে অমসুং ভোগ অমসুং মোক্ষন মাগী মহৈনি হায়নব। মোক্ষ অদুগী থোংদ লৈব থোঙাকপ মরিনি তাক্লে - মথোয়গী মমিংদি শম, বিচার, সন্তোস অমসুং মরিগুবন সাধু সমাগমনি। মীওইবন মরি অসিমকপু চেকশিনবগ লোইনন সেবন তৌগদজবনি; মরমদি মথোয়শিবু কজন সেবন তৌরক্লবদ মথোয়ন মোক্ষগী মশক ওইব থ্বারবু হাংদোকপী। করিগুম্ব মরিমকী সেবন (লাংপ) তৌব ঙমদ্রবদি অহম নপ্রগ অনিদি ইরাংপ শোইদন তৌগদবনি। অনিগীসু ইরাংপ সেবন তৌব ঙমদ্রবদি উপায় পুম্ব শিজিন্নদুন থবাইশিংবু পোম্ব পীথোক্লবসু অমগীদি শোইদন চংজফম লৌগদবনি। মরমদি

অমবু খুদম চনব ওমথিবদ লেমহৌরিব অহম অদুসু মথা পোনব ওই। বিবেকী পুরুষ ওইবন তপ-জ্ঞান অমসুং শাস্ত্রগীশ্রবন মনন নচিংবগী অথোইব মতিক চাব পাত্র ওই। নুমিৎন মণ্ডল চাওবশিংগী মকোক্ত লৈবগুম্ মহাক মীশিংগী মরক্ত লেতেংগ মান্নন ঈকাই খুম্নফম ওই। অয়িংবগী চাংন হেঞ্জিল্লকপন মরম ওইদুন ঈশিংন ফমজিন্দুন নুংগুম্ন ওইরকপ মতৌ অদুগুম্ন অবিবেকীশিংগী বুদ্ধিসু মন্দতা(পাংথ-পাঙথব) ফমজিল্লকুন হেন্ন পঙশিনব জড় ওইরকই। রঘুকুল ভূষন শ্রীরাম! নংগী পুক্লিং অন্তকরণদি নুমিৎ থোরকপদ শাংকাইরকপ থম্বালগী মতৌগুম্ন থৌজালনচিংব য়াইফব গুণ অমদি শাস্ত্রার্থগী মিংয়েংদ শাংকাইরক্লবনি। মীওইব অহানবমক্তদ হন্দোক-হঞ্জিন পোকপ শিবগী চক্রদগী নাম্বোক্লবগীদমক্ত শাস্ত্রাভ্যাস (শাস্ত্রবু নৈনব) অমসুং সংসঙ্গতিন তিল্লব তপস্যা তৌব অমদি ইন্দ্রি লাকশিনবন মরম ওইদুন বুদ্ধিবু চংথোন্ন চাওখৎহনব তৌগদব ওই। সংসার অসি হু পাম্বীগ মান্নবনি। মসি য়াইথিব খুদোংথিবতন থনবনি মদুন অজ্ঞানী মনুষ্যবু মতম পুম্বদ শুহৎতুন থম্মী। মরম অসিন হোৎনবন মরম ওইদুন অজ্ঞানবু মাংহনগদব ওই। লৈচিন নোং লৈত্রবআকাশত মক্লব অমদি মপুং ফারব পুর্ণিমাগী থাজবু উরগ মিংয়েং পেনব ওইব মতৌ অদুগুম্ন মথক্ত হায়খ্রিব পরমার্থ বস্তুগী মিংয়েং য়েংব জ্ঞাণীদ যথার্থ বস্তুগ লোইনন অমত্ত ওইশিনব (একরসতা) ফংদুন অপেনব ওই। মহাক অদুগী বুদ্ধিন মাংতুংগী বিচারদগী হেন্ন কুম্প অর্থবু লৌশিনবদ হৈশিংব অমসুং মিৎশিং-নাশিংব হৈথোই-শিংথোইবন লৈতেংব ওইদুন মপুংফান ওম্বোক্লব মী মহাক অদুমক্তবু 'পুমান' হায়বদি পুরুষ কৌনে। শ্রীরাম! নহাকী থম্মোইদি অজ্ঞান লৈত্রবনি মরম অসিন পুংশেং শেংব শান্তিনচিংব গুণশিংন ওম্বোক্লব অমদি অরাংব অথোইব বিচারগী ইংলব থাবলন ওম্বোক্লবনি। থম্মোই অদুন তিনব ওইদুন নহাক্ল মতৌ অসুম্ন ফজরি- মদুদি মক্লব থাদগী আকাশকী চংথোনব ফজব ওইব অদুগুম্ন।

(সর্গ -১০- ১১)

~০০০~

**সংসার ফংবগী কান্নদব, জ্ঞানগী অথোইব মতিক, শ্রীরামদ হংব হৈবগী গুণশিং হেন্ন লৈবগী বর্ণন, জীবন মুক্তগী মশক ওইব মহৈ ফংনবগী মরম ওইব বৈরাগ্যনচিংব গুণশিংগী অমদি শমগী থোইদোকপ নিরূপণ তৌব।**

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - রাঘব! নংগী পুক্নিং অথোইব গুণশিংন মপুং কারবনি। নহাক ঐখোয়গী মতিকচাব শিষ্যনি অমসুং রাহং হংবগী মওংসু নংন ফজন খঙলে। হায়গ্রিব রাবু থোইদোকপ মওংদ নংন খঙদোকই। মরম অসিন ঐন ইকাইখুন্নবগ লোইনন নঙোন্দ উপদেশ পীনব থৌরাং তৌরে। হৌজিক নহাক্ন নশাগী বুদ্ধিবু রজোগুণ অমসুং তমোগুণ য়াওহন্দন অমসুং শেংলব সত্ত্বগুন্দ চংব ওইদুন আত্মাদ লেপ্তুন লৈহল্লগ জ্ঞানগী উপদেশ তানবগীদমক্ত থৌরাং তৌরো। রাহং হংলিব প্রশ্নকর্তাদ লৈফম থোকপ অদু নঙোন্দ য়াওরে অমসুং সমুদ্রদ মনি রত্ননচিংব সম্পত্তিশিংন থন্দুন লৈব অদুগী মতৌগুম্ন রা ঙাংলিব বক্তাগী গুণ পুম্ব ঐঙোন্দ য়াওদুন লৈরে। হে নুংশিব অঙাং! থাগী কিরণশিং (মঙাল)গ সম্পর্ক ওইবদগী চন্দ্রকান্ত মনিদ মঙাল লাকপগুম মতৌ অদুগুম্ন নহাকসু জ্ঞানগ তিন্নব (সংসর্গ)দগী পোক্লকপ বৈরাগ্যবু ফংলব ওইরিবনি। নহাক্তি পুমশেং শেংলব শুদ্ধনি। নহাকী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন শেংলব, শন্দোক্লব অমদি অকাই-অতোই লৈতন সদগুণশিংগী সম্বন্ধ ওইদুন লাক্লি। থম্মালগী মাবু শন্দোকহল্লিক্লিব মক্লব অমদি অশাংব মশিং লংলাশিং লোইনদুন লৈবগুম। মরম অসিন নহাকমক্ত কথা অসিবু তাবগী মতিক চাব অধিকারী ওই। হৌজিক ঐন মোক্ষ কথা অসিবু বর্ণন তৌরগনি। নহাক পুক্নিং চংন তারো- কথা (বারী) অসি অদুগুম্ব পরমপদ অদুগ মরি লৈনবনি মদুবু খঙব ওইবদ হেক লৈরিব তাইবংগী থবক (লৌকিক কার্য) অমদি লৌকিকী মিৎয়েং (দৃষ্টি)শিং মথোয়পুম্ব মপুং ফান শান্ত ওইব। শ্রীরাম! সংসারগী মশক ওইব বিষ হুসিন চংবদগী পোক্লকপ

বিষুচিকা(পুকচৎপগী লাইনা) য়াম্নমক খাঙমদব ওই। হ্ ঙাকথোকপ গারুড় মন্ত্র তন মসিবু মরু কুরু মাংহনব ওই। জীব অমসুং ব্রহ্মগী আত্মা অমত্তনি খঙব (একাত্মবোধ)মক গারুড়মন্ত্র অদুনি। মদুমক্ক পরমার্থ জ্ঞানগীসু মুলমন্ত্রনি। সৎপুরুষশিংগ লোইনন শাস্ত্রানুশীলন (শাস্ত্র থিজিনব)তৌবদগী চিংনব লৈতন যোগ অসি ফংব ওই।

শাস্ত্র চিন্তন তৌরবদ মপোক অসিমক্ত শোইদনমক অব্রাব পুম্বগী মরু কুরু মাংব ওই অসুন্ন লৌগাদবনি; মরম অসিন অদুগুম্ব বিবেকশীল সৎপুরুষশিংবু থৌশাদব মিৎয়েংন খক য়েংলোইদবনি। অদুগুম্ব বিবেকী পুরুষ অদুন শংশংন উব মিয়েং (সম্যগ্‌দৃষ্টি)বু ফংখ্রব মহাক অদু অমনব মকুবু থাদোক্রম্লগ অব্রাব মৈশা কোকখ্রব পীলগী মতৌগুম্ন পুক্লিং-লাংতক-মৈশাশিংন থনব সংসার অসিগী পাম্ব (অনুরাগ)হুন্দোক্রমদুন মৈশা-মৈচাক য়াওদ্রব ওই। মাগী পুক্লিং থম্মোই অয়িংব ওই। মহাক্ক জগত পুম্ববু নুঙাইবগ লোইনন ইন্দ্রজাল জাদুগী কুম্মৈগুম্ন নুঙাইন য়েংদুন লৈ। তৌইগুম্বসুং সম্যগ্‌দৃষ্টি অদু য়াওদব মখোয় অদুগীদমক্তদি সংসার অসি য়াম্নমক অব্রাব পীনবগী মশক্লি। সংসার অসিবু পামশিনব (অনুরাগ লৈব) য়াম্নমক অব্রাব পীনবগী মশক্লি। মসিন অনর্থ (কাম্নদব)গী অশক্ক চিংনব তৌব ওইরুদবদ শুমহৎপন খুদম চন্দুন বিষয়শিংদ থুজিল্লব মীশিংবু লিলগী মতৌগুম্ন চিকই, থাংশাংগী মতৌগুম্ন ককথংলি, তাগী মতৌগুম্ন লেংই, থৌরিগুম্ন য়েংশিল্লি, মৈগুম্ন চাকথেকই, অহিংগী মতৌগুম্ন মিৎ তাংহল্লি, কোকথক্ত তারকপ নুংগুম্ন বাম্বহল্লি, বিচার শক্তিবু মাংহল্লি, মার্যাদাবু মাংহল্লি অমসুং মোহগী মশক ওইব অমম্ব লৈব্রক্ত ইম্বে। তৃষ্ণান মখোয়বু কংশিলহল্লি করি অমুক হায়রুগনি- সংসারদ অসিগুম্ব অব্রাব অমত্ত লৈতে সংসারিক মীওইবশিংন তৃষ্ণাদগী ফংথিদব ওইব। বিষয় ভোগগী মশক ওইবী পুকচৎপগী লাইনাসি ফত্তব ফল পুবীনি। নরকনগরগী মশক ওইব হকচাং কাংবু অসিগ লোইনন অনুরাগ পোকহনবীনি। করিগুম্ব মসি লায়েং চৎথব তৌহৌদ্রবদি মসি শোইদনমক অদু অদুগুম্ব লিশীং

লিশীং ওইব অমম্ব নরকী ওইব খুদোংথীব দুর্গতিশিং ফংহল্লি। নরকী মফমশিং অদুদ নুংচাব, থাংশাংন হকচাং কায়াংশিংবু ককথংপ, চীংগী চীংদোন্দগী থাদব, নুংন চপথাইকগী অৱাব পীব অমসুং অচাকপ মৈন নোং চুব, হকচাং কায়াংশিংবু চিকথ্ংপদ চন্দন তৈবগী মতৌগুম, অসিপত্র মনা-থাং পানব পাম্বীশিংগী মরক্ত চেনব, তিলশিংন হকচাং চিকথংপ অমসুং য়োংকী অশাব য়োংহিংন হকচাংদ য়েংপ (পুনব) হকচাং সংস্কার তৌবগী মতৌগুম্ন, লান্দ শিজিন্নব মৈ-মুথংনব তেনশিংগী অরুংপ লৈতন অকনব নোংজু, কালেন থাগী শারব খৃতুদ নুঙাইনকীদমক্ত শেম্ব ঈশিংগী যন্ত্রশিংগী পেরে, নোংজুগী মতৌগুম্ন, মকোক কক্লবদ নুঙাইন তুম্বগ মান্নন মচিন খুমজিল্লবদ নমদুন ৱা ঙাংদন ফোংদোকপ মহৌশাগী ওইব মুখমুদ্রা চিনগী ইঙ্গিংকী মতৌগুম্ন অমসুং করিসু তৌখিদব অমসুং খঙদব থৌবু (অকিঞ্চিৎ কর্তা)ন অচৌব সম্পত্তি চাওথংপ ওইরকপগী মতৌগুম্ন খাংব তারম্মী। রাঘব! মতৌ অসুম্ন অৱাব পোকপ চেষ্টাশিংন থল্লব অকিব ফংলব সংসার চক্র অসিদ মথক্কী উপদেশবু থৌশাদব তৌরোইদবনি। থোইদোক্ল অসিগুম্ব বিচার অমসুং থল্লগ ৱারেপ লৌব শোইদন তৌগদবনি মদুদি শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন থিজিনব শাস্ত্রানুশীলনদগী অরেম্প ৱা লৌবমক কল্যানগী মশক ওই। সংপুরুষশিংগ লোইনন শাস্ত্র চিন্তন তৌবদগী মখোয়দুগী হকচাংদ ঐনি হায়ন তুংনফম ওইব দেহাভিমান মাংখিব ওই। মঙোন্দ তত্ত্বজ্ঞান ওইরক্লবদ শিম্নুংন শন্দোকুন লৈরিব আত্মাগী স্বরূপ খঙব ওইরকই। মহাক্ল শুদ্ধ বুদ্ধিন মরম ওইদুন পরমাত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌরে। অমসুং অজ্ঞানগী মশক ওইব শুক্লব লৈচিম্ন লুপম্লবদ মাগী মোহসু মাংখিব ওই। অদুদগীদি মাগীদমক্ত জগত অসিদ চংথোক চংশিন পুন্সি লেনবদ নুঙাইব পুক্লিং পেনব ওইরকই।

শ্রীরাম! মখোয় অদুদ আত্মস্বরূপকী জ্ঞান ফংল্লব অদুগুম্ব অথোইব বুদ্ধিমান মহাপুরুষন মথক্ত হায়ল্লিব মিংয়েং অসিদ লৈদুন সংসার অসিদ হিংই। মখোয়দ অৱাবসু ওইদে অপাম্বসু লৈতে অমসুং মখোয়ন অফব ফত্তবগী হায়জ-

নিজবসু তৌদে। মখোয় সংসার অসিদ পুন্নমক তৌরগনসু অকর্তা তৌদবগ মান্নন লৈ। মখোয়ন থাদোকদব অমসুং কংগদব মীচং থান্নব (পক্ষপাত)দগী তোঙান লৈব ওইদুন মশাগী আত্মাদ ভুংদুন লৈ। য়াম্ন শেংব মওং পবিত্রতা ওইন লৈ অমসুং সৎ-শাস্ত্রশিংদ য়াওরিব শেংলব কর্ম তৌদুন সন্মার্গদ চৎলি। অতোপ্প মীশিংগী মিংয়েংদ মখোয় লাকই চৎলি কর্ম তৌই অমসুং ভাংই; তৌইগুম্বসুং অশেংবমক্তি মখোয় লাক্তে, চত্তে, কর্ম তৌদে অমসুং ভাংসু ভাংদে। মরমদি পরমানন্দ স্বরূপ পরমাত্মাবু ফংখ্রব মীন ইন্দ্রজালগী মশাক ওইব থবক পুম্ব তৌদে অমসুং সংসারিক বাসনাশিংগী মতুংইন্দুন চেনবসু তৌদে। মহাক্ন অপ্রংশিংগী মতৌগুম্ব ভ্রমন মরু ওইব তথকপ থাদোক্লগ মথক্ত হায়খ্রিব পরমত্মাগী স্বরূপ খক্তদ মতম পুম্বদ ভাঘোইদুন লৈ। অসিগুম্ব মথলগী ফিভমশিং আত্মাতত্ত্ববু সাক্ষাৎকার তৌরব নত্তন অতোপ্প উপায়শিংদগী ফংব ওইদে। মরম অসিন মীওইবন পুম্সি চুপ্প আত্মাবুত খিগদবনি মসিতবু উপাসনা তৌগদবনি অমসুং মসিমকী য়থার্থ জ্ঞান ফংগদবনি মসি নত্তন মাগীদমক্ত অতোপ্প তৌফম থোকপ অমত্তসু লৈতে।

মী অদুন মশাগী অনুভব শাস্ত্রবচন অমসুং গুরুগী পাওতাক অমত্ত ওইন মান্নব (একবাক্যতা) ব্রাফম্বু লেপ্লব মহাক্ন তত্তন তৌরিব মথক্কী অভ্যাসন মরম ওইদুন পরমাত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌই। লুমদগী লুপ্লব খুদোংথিবসু করিগী লাক্লোইদবগে তৌইগুবসুং মহাক অদুন শাস্ত্র অমসুং মদুগী অর্থবু থৌওইদব তৌরবদি অমদি তত্ত্বজ্ঞানী মহাপুরুষশিংগী (অবজ্ঞা)ব্রাবু লৌদ্রিব অসিগুম্ব মূর্খশিংগী ভুংইনব করিগুম্বদ থক তৌরোইদবনি। মরমদি মালেমগী লৈমাইদ মীওইবন অসুক্কী মতিক মাগী হকচাংদ সুপ্লগী অপাঙব মূর্খতা খ্কতদগী ফংলিব অদুক য়াম্ন হকচাংগী অব্রাব, হু অমদি পুক্লিংগী নুংনাংবদগী পীব ভমদে। মখোয়দুগী বুদ্ধিদু করিগুম্ব অথোইব সংস্কারশিংদগী শেংদোকপ্রব, মখোয়দুগী মূর্খতাবু মাংহনবদ শাস্ত্র অসিন মতিক ওইরিব অদুগুম্ন অতোপ্প করিগুম্ব খুৎলাই অমত্ত লৈতে। খের (গাথী

মথল অম) দগী তিংখংশিং পোক্লকপ মতৌ অদুগুম্ন অদুকী মতিক কপ্রব আপত্তিশিং অমসুং তোক্লব নিন্দা তৌনকম ওইব মপোকশিং মদু পুন্নমক মূর্খতাদগী পোকই। অদুগুম্ব সংসারী মনুষ্য অদুন মোক্ষগী পাম্বৈ ওইব শাস্ত্রসিংগী মঙালবু ফংগ্রব মহাক মোহান্ধকারদসু অমূক হন্না অমম্ব মতৌ ফংব ওইদে। তৃষ্ণান মীওইবগী মশক ওইরব থম্মালবু অদু ফাওব শাংহন্দন উমশিন্দুন থম্মী, বিবেকী মশক ওইব নুমিৎকী তরংলব মঙালন কাওরক্লিব ফাওব। রঘুনন্দন! সংসার অসিদ ভগবান বিষ্ণু অমদি শংকরনচিংব অমদি অতোপ-অতোপ্প মহর্ষিশিং জীবনমুক্ত ওইরগ লৈনরি, মতৌ অদুগুম্ন নংসু সংসারগী ওইব অৱাবদগী নাম্থোকপ ফংনবগীদমক্ত ঐগুম্ব নংগী মীওইশিংগী মনাক্ত ফমদুন গুরু উপদেশ অমদি শাস্ত্র প্রমান্ন মরম ওইদুন নশাগী নশক স্বরুপ্পু খঙলগ জগত্ত শান্নদুন লৈব ওইরো, বিহার তৌরো। জগত অসিদ নুঙাইবদি করিসু লৈতব নাপীগী পাংখকনি, তৌইগুম্বসুং অৱাবশিংগীদি লোইব থম্ব লৈতে ; মরম অসিন অদুগুম্ব অৱাকগী মশক ওইব পরিণামন থনব লৌকিকী নুংঙাইবশিংসিদ থাজব থমদুন লৈব ওইরোইদবনি।

জ্ঞানী পুরুষশিংন তৌগদববদি, মহাক্ত পরম পুরুষার্থগী সিদ্ধিগীদমক্ত অদুগুম্ব লোইনাই-থমনাইদব অমসুং হোংনব য়াওদ্রব অদুগুম্ব পরম পদবু য়াম্ন চেকশিন্ন হোংনদুন ফংগদব ওইবনি।মরমদি মহাক অদুগী পুক্লিংদ মৈশা লাংদব ওইদুন খাইদগী ৱাংলব পরম পদগী মশক ওইব পরমাত্মাদ লুপশিনগ্রব মথোয়দুমক মীওইবশিংদগী অথোইবনি অমসুং মথোয়দুন পরম পুরুষার্থবু ফংলবনি। অদুগুম্ব দুরাত্মন পুরুষশিংন লৈবাক্লচিংব জাগতিক (তাইবংগী) নুঙাইবশিং ফংলগ মদুগী অথোইব ভোগশিং মহাও ফংব থক্তদ পেম্থোক্তুন লৈরিব, মথোয়দুবু নংন মিংতাংব হঙোইনি খঙউ। মথোয়দুগী বুদ্ধিদু অজ্ঞান্ন মরম ওইদুন পঙশিনহনগ্রব মূর্খ, নমথাক তৌবশিং, ফত্ত লমচং চংপশিং অদুন ভোগশিংদুদ শেমগাং-শাগত্তুন লেপ্লিব অমসুং মরুপকী মতৌগুম্ন ব্যবহার তৌরিব য়েক্রুবশিংদ ওইদুন লৈরিব,

মদুদগী মথোয়ন খুদোংথিব অমদ অৱাব অমদগী অৱাব অমদ অকিব অমদগী অতোপ্প অকিব অম নরক অমদগী অতোপ্প নরকপু কংলুব ওই। মরম অসিন অথোইব বিবেকী আশ্রয় লৌদুন অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্যগী মতেংদগী অৱাবগী মশক ওইব অকিব কংলব সংসার ইপাকপু পার তৌগদব ওই। মদুবু কংলবদ অমুকহন্না পোকপ লৈত্রব অমসুং মকম অদু য়ৌরবদ অৱাবগী মকম মুথংগ্রব অদুগুম্ব পরম পদ অদু জ্ঞান্তন মরম ওইদুন কংব গুন্মী- মসিদ খজিক কাওব চিংননিঙাই ওইদে। সংসার অসিদ মীওইবগী থুনমক মোক্ষ কংনবগী উপায়গী চিন্তন্দ চংশিল্লব মতম অদুদ মহাক মোক্ষ কংবগী পাত্র ওইরব কৌনে। খোঙজং অসি কংলবদ অথোইব কৈবল্যগী মশক ওইব পরমাত্মা কংবদ অৱাব পুরুগদব লৈত্রে। কেবলরূপ পরমাত্মাবু কংবদ ধন-সম্পত্তি, মরূপ-মপাং ভাই-বন্ধু খোংথুং পাসল শিজিন্নব, মীরৈবাক চৎপ, হকচাংগী অৱাব খাংব অমসুং তীর্থ কোইবনচিংবদগী কান্ন-মতেং ওইব য়াদে। মসিদি অমত্ত ঙাইরব পুরুষার্থদগী কংগদব ওইব সুপ্নগী পরমাত্মাবু কংনবগী বাসনাগী মশক ওইব কর্মদগী অমদি পুক্লিং খুদুম চনবদগী কংব য়াই। নুঙাইন কম্ব য়াব আসন্দ কল্লগ পরব্রহ্ম অদুগী চিন্তন তৌরিব মীন মথক্ত হায়প্লিব পরম পদবু কংব ওই। অদুদগীদি মহাক্ত অৱাব খাংলুগদবসু লৈত্রে অমসুং সংসারদ মহাক্কী পুনর্জন্মসু ওইদে। মৃগতৃষ্ণাদ ঈশিং ঈপার্ক উই তশেংবদি মদুদ ঈশিং লৈব নত্তে মতৌ অদুগুম্ন স্বর্গলোক অমসুং মনুষ্যলোকী ভাব পুন্নমক মাংব নাইব ওইবগী মরম্ন লোক অনি অসিদ অশেংব নুঙাইব লৈতে।

মরম অসিন শম অমসুং সন্তোষকী সাধন ওইব পুক্লিং জয় তৌব কংনবগীদমক্ত উপায় খনগদব ওই। মদুদগী মান আনন্দ কংগদব ওই, অদুগুম্ব পরমাত্মাগ লোইনন অমত্ত ওইব ঐকান্ত সম্বন্ধন কংব ওইব। মরম অসিন দেবতা, দানব, রাক্ষস অমসুং মনুষ্যন কম্বদ, চৎপদ, কুম্বদ কাবদ নত্রগ কোইন-কোইন মতম পুম্বদ পুক্লিং জয় তৌবদগী পোকপ অদুগুম্ব পরম সুখ অদুবু শোইদনমক কংব ওইগদবনি; মরমদি মহাক শান্তিগী মশক ওইব শাংকাইরব

লৈরাংশিংদ য়াহদুন লৈব বিবেকী মশক ওইব মহান বৃক্ষগী মহৈনি। মপুংফাদ শান্ত ওইরব পুক্নিংদি থোইদোক্ল শেংলব মক্লব অমসুং ভ্রম য়াওদ্রব ওই। অদুগুম্ব লৈতারব বিশ্রান্ত ওইরব পুক্নিংদ করিগুম্ব মথলগী পামশিনব (স্পৃহা) লৈতে। মাগী পুক্নিংগী অনিংব পুম্ব মপুং ফাব ওইরে। মতম অদুদ মগোন্দ করিগুম্ব পোং অম ফংগে হায়বগী অপাম্ব অভিলাষাসু তৌদে অমসুং করিগুম্ব অমবু থাদোকপসু তৌদে।

রাঘব! হৌজিক মোক্ষদ্বারদ লৈরিব থোংশংবশিংদুগী মথং মনাও ওইন তারো: মথোয়দুগী মনুংদ অমতংগী মফমদ নুংশিব অপেনব ওইরবসু মোক্ষগী থোংদ চংননবগী অধিকার ফংব ওই। শম, মঙ্গলগী মশক ওইব শান্তিবু পীনবীব অমদি ভ্রম ধাকথোকপীবনি। শমদগী পরম কল্যানবু ফংব ওই অমসুং সমমক পরম পদনি। শম ফংবদগী মপুং ফান পেল্লব মী অদুগী চিত্ত শমন লৈতেংব ওইবগী মরম অমিংব অমদি মক্লব ওইশ্রব মাগী য়েক্লবসু মরুপ ওইরকই। থা থোরক্লবদ ক্ষীর সাগরগী ভানখংপ লংখংপ হেনগংলকপ মতৌ অদুগুম্ন মহাক অদুগী চিত্তন শমগী মশক ওইব থাজন ফজন লৈতেংব ওইরবদ মাগী পুমশেং শেংববু চাওখংলকই। মহাক অদুগী শিদ্র দোষ লৈত্রব মুখচন্দ্রদ শম শ্রী লৈতেংব ওইরব মথোয়দু মশাগী গুণগী মশক ওইব চংথোনব ফজব মতৌন অতোপ্পগী ইন্দ্রিশিংবু থুদুম চল্লি অমদি মথোয় অদুমক অথোইব মপোক ফংব অমদি থুরুম্নফম ওই। মরোল অহমগী রাজ্যলক্ষীনসু অদুগুম্ব নুঙাইবদু পীব ঙমদব অদুগুম্ব আনন্দদায়িনী সাম্রাজ্য সম্পত্তিগী মতৌগুম্ন শমগী বিভূতিশিং (লাইগী শক্তিশিং) ওই। তাইবংসিদ হেক লৈরিব অবাব, হেক লৈরিব থাঙমদব তৃষ্ণা (অপাম্বগী থৌরাংব)শিং অমসুং হেক লৈরিব অবাব পীনব পুক্নিংগী মৈচাকশিং মথোয় পুন্নমক শান্ত চিত্ত ওইব পুরুষকী মনাক্ত চংলুবদ অদুম্ন লুপশিনথি মদুদি নুমিংকী মঙাল ফংবদগী অমম্বন মাংখিবগুম। শম লৈব মীগী দর্শনদ প্রানি পুন্নমকী পুক্নিং অসুম্ন হরাও নুঙাইব অমদি পেনব ওইব অদুম্ন থাগী দর্শনদগী

ওইব ঙমদে। জগাত অসিদ মাবু পোকপ মমাদ পুন্নমক্ক থাজব থৗন্নে মতৌ অদুগুম্ন শম লৈরব মীদ দুরাত্মা নত্রগ ধর্মাত্মা প্রাণী পুন্নমক্ক বিশ্বাস তৌনে। মরম অসিন রঘুকুল ভূষন রাম! নহাকসু নশাগী পুক্নিংবু মহাক অদুগুম্ব হকচাংগী ওইব অৱাবশিং অমদি পুক্নিংগী ওইব চৈনাশিং পুন্নমক নিকহল্লীব অমসুং তৃষ্ণাগী মশক ওইব থৌরিন য়েংশিন্দুন লৈরিব মদুবু শমরুপী অমৃতগী অভিষেক (চাইথব) তৌদুন লৈতাব (হান্নগী ফিভমদ হনজিনব) ওইরো: মরমদি কনাগুম্ব শমনিষ্ঠ ওইরব মী মহাক অদুন পিশাচ, রাক্ষস, দৈত্ব, শত্রু কৈ অমদি লীল কনাগুম্ব অমত্তবুসু য়েক্লব তৌদে। মহাক অদুগী কায়াৎ পুন্নমক অথোইব শমগী মশক ওইব অমৃত কবচন চংখোন্ন ঙাকথ্রব মগ্রেন্দ অৱাবন মতৌ অসুন্ন পীড়া চৈথেং য়োৌহনব ঙমদে মদুদি তেন্ন হীরাবু লেংবদ মতিক লৈতবগুম। মক্তুব অমদি শমন লৈতেংলব সমবুদ্ধি ওইব মীগী অসুক্কী মতিক ফজব ওই, অদুগুম্ব ফজব অদু অন্তপুরদ ঙাম্মোইরিব নিংথৌমক্কী মরাইবক্তসু ওইদে। শমযুক্ত অন্তকরণ (পুক্নিং) ওইব মীবু দর্শন তৌবদগী মীওইবন ফংব শান্তি মদু থৱাইদগীসু হেন্ন নুংশিরব মশাগী মী উনবদগীসু ফংব ঙমদে। তাইবং অসিদ অদুগুম্ব শম ওইরব অমদি মীশিংন প্রশংসা তৌনরব সমবৃত্তিদ পুন্নমক্ক লোইনন অথোইব ৱারী শারিব মহাক অদুমক্কী পুন্সিদু মহে য়াল্লবনি মদুদগী ওন্ন-তৈনব পুন্সিদি কান্নদ্রবনি। মহাক অদুগী পুক্নিংদ লৌথুপ লৌকোই য়াওদ্রব অদুগুম্ব শমপরায়ন অথোইব মী অদুন তৌব কর্ম, মাগী অদুম্ব কর্মবু মী পুম্বন থাগৎনৈ।

মী অদুন অপাম্ব অমসুং পামদববু তাবদ, শোকপদ, য়েংবদ, চাবদ অমসুং মনম নম্বদ হরাওবসু তৌদব অমসুং শুকথবসু তৌদ্রব শান্ত কৌনে। মহাক অদুন চেকশিন্ন হোৎনদুন ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনদুন মশাগী খুদুম চল্লগ থৱাই পানবশিংগী মফমদ সমতাপূর্ণ মান্নব মিংয়েংদ ব্যবহার তৌরিব অমদি তুংগী অপাম্বসু থমদব অমসুং ফংলববুসু থাদোকপসু তৌদব মহাক অদু শান্ত কৌনে। মহাক অদুগী পুক্নিংন শিবদ, উৎসবত অমদি লানগী মতমদসু লাংতক্লব ওইদদুন থাগী মকোইগুম্ন

মত্তুব মঙালন তিন্দুন লৈব, মাবু শান্ত নি হায়নৈ। হয়াওব অমসুং শাওবগী তাজা লাক্লবদসু মী অদুন অশাওবয়ু তৌদব অমসুং হয়াওবসু তৌদ্রব হেন্নদুম মাগী পুক্লিংদু তুমখুন হুম্ন তুম্লিব পুক্লিংগী মতৌগুম্ন বিকার য়াওদন লৈরব মহাকপু শান্ত বাহৈন মিংগৌ শিজিন্নে। মহাক অদুগী অমৃতগী ঈচেলগ মান্নব নুঙাইব পীনবীব অমদি নুংশিবন থল্লব মিংয়েংন থবাই পানব পুন্নমক চপ মান্নব মওংদ য়েংলিব মহাক অদুগী শান্ত মিংগৌ ওই। মাগী অন্তকরণ অয়িংব শীতল ওইগ্রব অমদি মাগী বুদ্ধিদ সুমহৎপ পত্তুব অমদি মহাক অদুন লৌকিক বিষয়শিংগী মফমদ ব্যবহার তৌদুন লৈরবসু মঙোন্দ আসক্ত (পামশিনব) লৈতব, মাবু মীশিংন শান্ত কৌনৈ। চপ চাব মওং কয়াদ ব্যবহার তৌদুন লৈরবসু মহাক অদুগী বুদ্ধিন আকাশকী মতৌগুম্ন মওং কাইব(বিকার য়াওদন) লৈরিব রাগ-দ্বেষ ওইব কলঙ্কন পুনদ্রব মহাক অদুবু শান্ত হায়ন কৌনৈ। তপস্বিশিং, বিদ্বানশিং, য়াচকশিং, নিংথৌশিং, পাঙ্গনবশিং অমসুং গুণীশিংগী কাংলুপ্ত শম ওইব মীতন থোইদোকপ ফজব ওই। গুম্ন তিল্লব মহাপুরুষশিং অদুগী পুক্লিংন শমদ আসক্ত (পামশিনব) ওইরব মথোয়গী চিত্তদ নিবৃত্তি মপুং ফাবন থাদগী থবল ফোংদোরকপগুম্ন ফাওগৎলকই। গুণ পুন্নমকী অরোইব মতোল অমদি পুরুষার্থগী মরু ওইব লৈতেং ওইরিব অদুগুম্ব শ্রীসম্পন্ন (য়াইফবন তিল্লব শম লৈরব মহাক অদু খুদোংথিবশিং অমদি মফম পুন্নমক্তসু মশাগী প্রভাবতগী ফজবতন লৈতেংব ওইদুন লৈ। রঘুনন্দন! মসিবু অতোপ্প মীন হয়ানব ঙমদে অদুগুম্লব পুজা তৌনফম ওইরব মীশিংন চেকশিন্ন ঙাক্তুন থম্লিব অমদি অমৃতগী মশক ওইব শম কৌব অথোইব সাধন অসিগী আশ্রয় লৌরগ মহাপুরুষ কয়ামরুম্ন অদুগুম্ব মথং মনাও ওইব থোংথাংদ পরম পদবু ফংব ওইনখি নহাকসু পরম পুরুষার্থবু পাংথোক্লবগীদমক্ত মথং মনাও থোংথাংশিং অদুবু তুংইন্ন চৎপ ওইরো।

(সর্গ - ১২-১৩)

~oOo~

## বিচার, সন্তোষ অমসুং সৎসমাগমগী থোইদোকপ মওংগী বর্ণন অমদি গুণ মরিসিগী মনুংদ অমখক্তং লোইনবদ অফব ফংবগী রাকম।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - রাঘব! (বিষয়, সন্দেহ, পূর্বপক্ষ, সিদ্ধান্ত অমসুং প্রয়োজনগী মওং ওইব) কারণশিংবু খঙব পুরুষ শাস্ত্র জ্ঞান শেংদোক্লবা মক্লব ওই, মরম অসিন পরম পবিত্র বুদ্ধিন মরম ওইদুন মতম পুম্বদ আত্মচিন্তন তৌগদবনি। মরমদি আত্মাগী বিষয় ওইব বিচার তৌবদগী বুদ্ধি থৌব, য়াঙব ওইদুন পরম পদবু খঙব ঙম্ব ওই। সংসারগী মশক ওইব মহারোগগীদমক্ত বিচারতন অথোইব হিদাক (মহৌষধ)নি। লোইব খম্ব লৈত্রব অপাম্বশিংগী মশক ওইব মনা পুংলব অসিগুম্ব আপত্তিগী মশক ওইব বন অসি বিচারগী মশক ওইব হোৱাইন ককথৎলবদ অমুক ময়োল চোংলক্তে। লৌকিকী ওইব অৱাবদগী লাম্রেক্লকগীদমক্ত বিদ্বানশিংগী মফমদ বিচার নত্তন করিগুম্ব উপায় অতোম্প লৈতে। সৎপুরুষশিংগী বুদ্ধিন বিচারদগী য়াইথিববু থাদোক্লগ মঙ্গলবু ফংব ওই।লৌশিং চাওবশিংগী পাঙ্গল বুদ্ধি সামর্থ্য তৌফম থোকপগী জ্ঞান, থবক অমসুং মদুগী ফল- পুন্নমকশিং অসি বিচারদগী খক্ত মহৈ য়ানবনি। মরম অসিন মতিক চাব-চাদবগী অথুম্পবু ফোংদোক্লবগীদমক্ত অচৌব থাওমৈগী মশক ওইরিব অমদি অপাম্ব মহৈ ফংহল্লিব অদুগুম্ব পুংথোই থোইব বিচারগী মতেং লৌরগ সংসার ঈপাক সাগরবু লাম্রেকদবনি। মরমদি বিশুদ্ধ বিচারগী মশক ওইব নোংশান, থম্মোইদ লৈরিব বিবেকী মশক ওইব থম্বালশিংবু নৈথাইদুন মাংহল্লিব মহা মোহগী মশক ওইব গজরাজশিংবু হোগাইদুনা মাংহল্লি। মী অদুন বিচারবু চাওখৎহল্লিব বুদ্ধিন মরম ওইদুন পুন্নমকী মফমদ ব্যবহার তৌরিব, মথোয়ন লেপ্পমক অথোইব মহৈশিং ফংব ওই। সৎবিচার পরায়ন ওইব মীন থোইদোক্ল পাকচাওন শন্দোকপ অচৌব আপত্তিশিংন তিল্লব মোহগী ফিভমশিং (পরিস্থিতিশিং)দসু নুংঙিংন অমম্বদ লুপ্তবগুম লুপশিন্দে। হেক

লৈরিব তমথিব থবক, অথিংব লমচং অমসুং হঙোইব পুক্লিংগী অৱাবশিং মখোয় পুন্নমক বিচার লৈতবদগী থোরকপ ঙাক্তনি। অধিকারী পুরুষ অদুগী পুক্লিং অদু আশাগী মীথা পোন্দব অমসুং বিচার লৈব ওইরব মহাক পুর্ণিমা থাজগী মতৌগুম্ন মশাগী আত্মাদ পরমানন্দগী অনুভব তৌব ওই। পুক্লিংদ বিবেক লৈব মতৌন ঙাহোক্রব মতম অদুদ মহাক্ন জগৎ অপুম্ববু ইংন অমদি ফজবন চংখোল্লব থাগী থাবলগী মতৌগুম্ন পুন্নমকপু থোইদোক্ন ইংথব অমসুং ফজহনব পী। জগতকী পোৎ পুন্নমক অসি মতম অদু ফাওবদং অচুম্বগী মতৌগুম্ন পুক্লিংদ ফজব ওইন উদুন বিচার তৌদ্রিফাওবদি লৈ। অশেংবমক্তি মখোয়গী করিগুম্ব অস্তিত্ব (চান্নন অরৈব ওইব মতৌ সত্তা) লৈতে। মরম অদুন বিচার তৌরবদ মখোয়দু মাংখি। অদুগুম্ব সমস্বরূপ, আনন্দময় অক্ষয় অনন্ত অমসুং অতোপ্পগী মথা পোন্দব কৈবল্য পদ অদুবু মহাক্ন বিচারগী মশক ওইব অচৌব পামেলসিগী মহৈনি খঙ্ভু। পুক্লিং (চিত্ত)দ লেপ্পুন (তুংদুন) লৈরগ অৱাংব অথোইব লেংদ্রব ফিভম্বু পীরিব অদুগুম্ব আত্মবিচারগী মশক ওইব মহৌষধি য়াওরব অথোইব মীন ফংদ্রিবগী ফংগে খনবসু তৌদে অমসুং ফংলবগী হুন্দোকপসু তৌদে। বিচার লৈব মীন চংশ্রব (হৌশ্রব) পোৎকী থৌশারুব তৌদে অমসুং পোৎপু শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন শিজিন্নে। মহাক্ন পুক্লিংগী ওম্ন-তৈনব ওইরকপদ লাংতক্লবসু তৌদে অমসুং নীংব তুংইন্ন ফংলকপদসু হরাওরব তৌদে। মতম অদুদ ঈশিং থন্দুন লৈব সমুদ্রগী মতৌগুম্ন মাগী ফজব ওই। মতৌ অসুম্ন পুকচেল চাওবন তুংনফম ওইব মহাত্মা যোগিশিংগী পুক্লিং পুর্ণকাম ওইশ্রব মখোয় জীবন্মুক্ত ওইদুন জগত অসিদ পুন্সি লেল্লি। বুদ্ধি লৈব মীশিংন খুদোংথিব তারব আপত্তিকালগী মতমদসু ঐ কনানো? সংসার অসি কনাগীনো? মতৌ অসুম্ন মদু কোক্নব প্রতিকারগীদমক্ত চেকশিন্ন বিচার তৌগদব ওই। মদুদি নুমিদাংদ লৈমাইদ পোৎশিংগী জ্ঞান থাওমৈ মৈরাগী মতেংন ওইব মতৌ অদুগুম্ন পরমাত্মা স্বরূপত লৈব ফংনবগীদমক্ত বেদ বেদান্তগী সিদ্ধান্তশিংগী ফিভমশিংবু নৈনব বিচারন মরম ওই। বিচারগী মশক ওইব ফজরব মিং অমম্বদ

মাংখিব ওইদে, অয়াকপ মঙাল চাওব নুমিৎকী মাইকৈদ য়েংখৎপদসু মাগী। মঙালন য়ৈথৎপ ঙমদে অমসুং মহাক মরক খনব পোৎশিংবুসু উব ঙম্মী। পুন্নং লংব পরমাত্মাগী মশক ওইব বিচার অসি ইকায়খুম্নফম অমসুং পরমানন্দগী অমত্ত ঙাইরব সাধিকা (পাম্বৈ ওইব)নি; মরম অসিন মিকুপ অমত্তং ফাওব মসিবু থাদোক্লোইদবনি। মুল্লকপন মরম ওইদুন হাওরব রসন মপুং ফারব হৈনৌ অমুনববু পুন্নমক্ল পাম্নে মতৌ অদুগুম্ন অথোইব বিচারতন থল্লব মীবু অচম্ব মীশিংগী ব্বাদি থমখিসি মহাপুরুষশিংমক্কীসু ইকায় খুম্নফম ওই। বিচারন মরম ওইদুন মথোয়দুগী বুদ্ধিদু বিশুদ্ধ ওইরব অমসুং বিচারতদগী মথোয়দুন জ্ঞান মার্গদ চৎনবগী যুক্তি ফংলব অদুগুম্ব মথোয়দু মথল কয়াগী অব্বাবগী লৈত্রকশিংদ হন্ন হন্ন তাদে হায়বদি পোকপ শিবদগী নাম্প্রেকপ ওই। কান্নদব লিশীং কয়া খেংনরুবদগী মথোয়দুগী হকচাং কংশিল্লব অমদি লাইনা চেন্দুন লৈবদ মহাক্ল কপ্প তৌদে। মহাক অদুন বিচার য়াওদবদগী মশাগী আত্মাবু মাংহনব তৌরিব অপাঙব মীশিংন তেংথা বিলাপ তৌবগুম্ন, বিচার য়াওদব হায়বসি কান্নদবশিংগী মশাগী লৈনফম মকমনি। সৎপুরুষ পুন্নমক্ল মাবু নিন্দা তৌনৈ অমসুং মহাক লৈথা তারকপশিংগী অরোইব ঙমখৈনি। মরম অসিন মদুবু থাদোকদবনি, বিচারন তিল্লব মশামক্ল মশাগী বুদ্ধিন মশাগী পুক্লিংবু খুদুম চন্দুন মোহগী মশক ওইব সংসার ইপাক্তগী মশাগী পুক্লিং-শজীবু লাম্প্রেকপীগদবনি। ঐ কনানো অমসুং সংসার কৌব দোষ অসি ঐগী ইনাক্ত কমদৌন চংশিল্লকখিবনো? বিষয় অসিদ ন্যায় পূর্বক ওইন তৌব খিজিনববু বিচার কৌনৈ।

রঘুনন্দন! সংসার অসিদ সত্য (অচুম্ব)বু লৌশিনব অমসুং অরানববু থাদোকপগী বুদ্ধিন মপুং ওইরব মীশিংন বিচার নত্তন অথোইব তত্ত্বগী জ্ঞান করিসু লৈতে। বিচার খত্তন্দগী তত্ত্ববু খঙব ওই, তত্ত্বজ্ঞান্দগী পুক্লিং লেংদব মতৌ ফংব ওই অমসুং পুক্লিংগী শান্ত ওইবদগী অব্বাব পুন্নমক মাংখিব ওই। মালেম লৈমাইদ মী পুম্বন লয়াশেংব বিচারগী মিংয়েংতদগী কর্ম পুম্বগী মাইপাকপগী

কান্নব ফংনখি অমদি উত্তম পরমাত্মা খঙবসু বিচারখক্তদগী ফংব ওই মরম অসিন শ্রীরাম! শমনচিংব সাধন্ন মপুং ফারব নহাক্ত মথক্ত হায়খিব বিচার শীলতা ওইব পামদুন লৈগদবনি।

য়েক্ল-ঙম্ব রাম! সন্তোষ (পেম্মোকপ)মক অথোইব য়াইফবনি। অমসুং পেম্মোকপ অথোইব নুঙাইবসু কৌনে। পেম্মোকপ হৈব মী অথোইব নুঙাইব ফংই। কনাগুম্ব পেম্মোকপগী মশক ওইব ঐশ্বর্যগী নুঙাইবন তিল্লব অমদি চিত্তন মতম পুম্বদ নুঙাইদুন লৈরিব অসিগুম্ব শান্ত পুরুষকী মকমদ পাক চাওরব সাম্রাজ্যসু অমনব নাপী মতংকুম্ন উই। শ্রীরাম! পেম্মোক হৈব বুদ্ধিন সংসারগী খুদোংথিরব ফিভমশিংদসু লাংতক্লবসু তৌদে অমসুং মাগী মাংবসু খক তৌদে। কনাগুম্ব শান্ত পুরুষ পেনম্মোকহৈব অমৃতবু থকপদগী মপুং ফান পেনম্নব মাগীদমক্তদি লোইব মুৎপ নাইদ্রব ভোগ সম্পত্তি অসি হুগুম্ন খল্লি। রাগনচিংব দোষশিংবু মাংহনব অমদি থোইদোক্ত হাওরব মহাওশিংন তিল্লব সন্তোষ পেম্মোকপদ নুঙাইরিব অসিগুম্ন নুঙাইব অমৃত রসকী ইথকশিংনসু পীব ঙমদে। মহাক অদুনফংদ্রিব পোৎকী ফংগে নীংব থাদোক্লগ ফংদুন লৈরব পোত্ত সম ভাব থম্লিব অমদি মদুদ হরাও-নুংনাংবগী বিকারগী খুদম উত্তব মী অদুবু তাইবং অসিদ পেম্মোক্লব হায়ন কৌনে। পুক্লিং অসিন আত্মান মরম ওইদুন আত্মাদ পেল্লব ওইদ্রিব অদু ফাওব মনগী মশক ওইব লৈত্রক অসিদগী উরি-নাপী পোক্লকপগুম আপত্তিশিং পোক্লক্তুন লৈ। সন্তোষকগী ইংথরব পুক্লিং শেংলব বিজ্ঞানগী মিংয়েংশিংদ থোইদোক হেন্দোক্ল চাওখৎপ ফংই মদুমকুম্ন মদুদি নুমিৎকী কিরণশিংগী সম্পর্কদগী থম্বালন শাংকাইরকপগুম। অমোংপ মিংশেলদ মাইথোংগী মমি উদবগুম আশাগী মীখা পোনবদগী লাংতক্লব অমদি পেনব লৈত্রব চিত্তদ জ্ঞানগী প্রতিবিম্ব তাদে। মহাক অদুগী পুক্লিংন হকচাংগী অমদি পুক্লিংগী নুঙাইতবশিংদগী নাম্মোক্লব অমদি পেম্মোকপ ওইরব মহাক অদু লাইরব ওইজরবসু অশেংব সাম্রাজ্যগী নুঙাইববু উপভোগ তৌব ওই। মশাগী আত্মাদ আত্মামক্ত মশামকপু চপ চাব মওংদ মদুদগী

হেনব লৈত্রব পূর্ণানন্দগী আশ্রয় লৌদুন পুরুষার্থন মরম ওইদুন হোৎনরগ বিষয় পুন্নমক্ত থৌরাংব তৃষ্ণাবু থাদোক্কদব ওই। থাগী মতৌগুম্ন সন্তোষামৃতন মপুং ফারব মীওইবগী পুক্নিং শান্তি অমদি শীতল বুদ্ধিন মরম ওইদুন মশামক্ত অরোই অথম লৈত্রব লৈতাববু ফংব ওই। সন্তোষন তিল্লব মীন মশাগী আত্মাদ আত্মান মশাগী লৈফম মশক্ত লৈরব মতম অদুদ মাগী পুক্নিংগী নুঙাইতব লাংতক্লবশিং মতৌ অসুম্ন মশা মথন্ত থুনমক মরু ফুরু মাংজখি। মদুদি বর্ষা ঋতুদ উফুলশিং মাংখিবগুম। শ্রীরাম! মহাক অদুগী বৃত্তি মতম পুম্বদ ইংথন অমদি কলঙ্ক শুকলে লৈত্রব মী অদু মাগী অশেংব বৃত্তিন মরম ওইদুন থাজগী মতৌগুম্ন মপুংফান ফজে। রঘুনন্দন! জগত অসিদ অথোইব মী অদুবু গুণ লৈরব মীশিংন মত মান্নরব সমতান তিন্দুন ফজরিব, শেংলব মী অদুবু আকাশত লৈরিব লাই অমসুং মহামুনিশিংনসু খুরুমনৈ। মহা বুদ্ধিমান রাম! সংসার অসিদ অথোইব সাধু সন্ত সমাগম(তিল্লব) মীশিংগী সংসার ঈপাক্তগী লায়োকপদ থোইদোকপ মওংদ উপকার তৌই। মহাক অদুন মহাত্মা পুরুষ সৎসঙ্গতিগী মশক ওইব উপাল অসিদগী পোক্লকপ বিবেক কৌব লৈ অসিবু ঙাক শেল্লিব মহাক্ত মোক্ষ ফলগী মশক ওইব থম্বালগীদমক্ত উন অমসুং মোহগী মশক ওইব নোংথি নোংমংকগীদমক্ত নুংশিৎক মান্নব অদুগুম্ব অথোইব সন্ত-সমাগম্মক জগৎসিদ খ্বাইদগী অহেনবনি। শ্রীরাম! নহাক্ত খঙ্গদব ওই মদুদি সন্ত-সমাগম অসি থোইদোকপ মওংদ বুদ্ধি চাওখৎহনবনি, অজ্ঞানগী মশক ওইব উপালশিংবু ককথৎপনি অমসুং পুক্নিংগী অবা-নুঙাইতবশিংবু লাপ্ন তাম্বোকপনি। সৎসঙ্গদগী ফংলকপ দিব্য বিভূতিশিংন অসিগুম্ব খ্বাইদগী অথোইব নির্বাণ সুখবু পীনবী মদুন অরূপ লৈতন চাওখৎতুন লৈব, মাংব নাইদব অমসুং অপনব লৈতব ওইব। মরম অসিন য়াম্ন অবাব ওইব দশাদ তাদুন পোৎথাকম খগুদ্রব মীওইববুসু মতম খরদংগীদমক্তসু সৎসঙ্গ থাদোকপ তৌরোইদবনি। মরমদি তাইবংসিদ সৎসঙ্গতিন অচুম্ব লম্বীবু ঙাম্বোকহল্লি অমসুং থম্মোইনুংগী অমম্ববু তাম্বোক্লবগীদমক্ত জ্ঞানগী মশক ওইব নুমিৎকী মঙালনি।

মহাক অদুন সংসঙ্গগী মশক ওইব অদুগুম্লব লুর-শেংলব অমদি ইংলব গঙ্গাদ স্নান তৌরিব মপ্রেন্দ দান, তীর্থ, তপ অমসুং যজ্ঞন কৈদৌনগনি। হায়বদি সংসঙ্গন পুন্নমক্তগী থোইব হেল্লি। কনাগুম্ব রাগ লৈতব অমসুং চিংনব য়াওদব অমদি মাগী থম্মোইগী পুনশিনব কিশিশিং মাংখ্রব অসিগুম্ব সন্ত-পুরুষ করিগুম্ব লোক অসিদ লৈব ওইরবদি তপ অমদি তীর্থ ময়াম চৎপগী করি কান্নগনি? হায়বদি ফল অদুদি অদুগুম্ব সন্তশিংগী সংসঙ্গদগীমক ফংব ঙম্মী। মরম অসিন মহাক অদুগী পুক্লিংগী অনন্ত কিশি মাংখ্রব অমদি ব্রহ্মজ্ঞানী ওইব সন্তশিংগী ঙমজব উপায় পুন্নমক য়ান্ন ফজন সেবা তৌগদব ওই। মরমদি মখোয় ভবসাগরসিদগী লাম্লোক্লব পাম্বেনি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্ব মখোয় অদুন নরকী মৈবু মুথৎনবগীদমক্ত নোংগী মশক ওইরিব সন্তশিংবু থৌওই-উশিত্তব মিৎয়েংন য়েংলিব, মখোয় মশামক নরকী মৈ অদুগী অকংব শীং ওই। সন্তোষ, সংসঙ্গতি, বিচার অমসুং শম মরি অসিমক মীওইবগীদমক্ত ভবসাগরদগী লাম্লোক্লব উপায় সাধন পাম্বেশিংনি। মখোয়গী মনুংদ সন্তোষন পরম লাভনি। সংসঙ্গতিন পরম গতিনি, বিচারন উত্তম জ্ঞাননি অমসুং শমন খ্বাইদগী থোইব নুঙ্গাইবনি। মখোয় মরি অসিন সংসারবু মরু ফুরু মাংহন্নবগীদমক্ত বিশুদ্ধ উপায়শিংনি। মখোয়শিং অদুন মরি অসিবু নিংথিন সেবন তৌরক্লব মখোয়দুন মোহগী ঈশিংন থল্লব ভবসাগরদগী লাম্লোক্লবনি। বুদ্ধি তাবশিংগী মনুংদ অথোইব রাম! সাধন মরি অসিদগী অশেংব মঙাল লৈব সাধন অমতংবু অভ্যাস তৌরবদ লেমহৌরিব অহুমসু অভ্যাস তৌরব ওই। মরমদি মখোয়শিংগী মনুংদ অমমন্নসু মথং মথং ওইন মরি অসিগী জন্ম ভূমি পোক্লফম ওইনে। মরম অসিন পুন্নমকী সিদ্ধিগীদমক্ত য়াম্ন চেকশিন্ন হোৎনদুন অমতংবু মপুং ফান আশ্রয় লৌগদব ওই। প্র শান্ত সাগরদ জহাজন মনিংতম্ন য়াংন চৎলি, মতৌ অদুগুম্ন শমন মরম ওইদুন মক্তব ওইরব থম্মোইদ সংসমাগম সন্তোষ অমসুং বিচার উত্তম ধারনাগ লোইনন চংশিল্লি। কনাগুম্ব থবাই পানবন বিচার, সন্তোষ, শম অমসুং সংসমাগমন তিল্লব মহাক্ল লাইগী ওইব দিব্য জ্ঞান-সম্পত্তিশিং ফংব ওই, মতৌ অসুন্ন মদুদি কল্পবৃক্ষগী আশ্রয় লৌরিব মীন লৌকিক সম্পত্তিশিং

ফংব ঙঘঙম। মপুং ফারব পূর্ণিমা থাগ চাংদম্নরিব ফজব গুনশিংগী মতৌঙম্ন বিচার ,শম, সৎসমাগম অমসুং সন্তোষ লৈরব মীদ প্রসাদ শান্তিনচিংব গুণ কোদংদোরকপ ওই। মদুদি অথোইব মন্ত্রিগণশিং লোইনরিব নিংথৌগী মনাক্ত বিজয় লক্ষ্মী লৈবঙম, মতৌ অদুম্ন মহাক অদুগী বুদ্ধি, সন্তোষ, সৎসঙ্গ, শম অমসুং বিচার লৈব ওইবগী মরম্ন উত্তম ওইথব মহাক্ত দিব্য জ্ঞান সম্পত্তি ফঙঙঘ ওই। মরম অসিন রঘুনন্দন! মীওইবন তৌগদবনি মদুদি মহাক্ত পুরুষার্থদগী পুক্লিংবু লাকশিল্লগ মথোয়শিগী মনুংদ গুণ অমতংগী মতম পুম্বদ চেকশিন্ন হোৎনদুন তানশিনগদবনি। মরমদি মীওইবন পরম পুরুষার্থদ চংশিল্লগ মশাগী চিত্তগী মশক ওইব শামুবু জয় তৌরগ থম্মোইদ গুণ অমতং ফাওব পুব ঙমদ্রিব অদুকী মথেদি উত্তম গতিবু ফংব থক ঙমদে। মথোয়দুগী চিত্তদ উত্তম ফলবু পীনব গুণ অমথক্তংবু লেংদন লৈরব মহাক অদুগী দোষ পুন্নমক থিন্দন মাংখি; মরমদি গুণ অমতংবু থোইদোক্ত চাওখৎহনব ওইরবদ দোষশিংবু জয় তৌবঙম্ব গুণ কয়ামরুম চাওখৎলকপ ওই অমসুং দোষ অমগী য়ান্ন হেন্ন চাওখৎলকপদগী গুণ কয়ামরুমবু মাংহনব দোষ চাওখৎলকই।

(সর্গ - ১৪-১৬)

~o0o~

## প্রকরণশিংগী মথং মনাও গ্রন্থ সংখ্যাগী বর্ণন, গ্রন্থগী প্রসংসা, শান্তি, ব্রহ্ম দ্রষ্টা অমসুং দৃশ্যগী বিবেচন, মথন-মথন মতেং পাংনব ওইব প্রজ্ঞা অমসুং সদাচারগী বর্ণন।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - রঘুনন্দন! মহাক অদুগী থম্মোইদ মথকী হায়ম্রিব মথলগী বিবেক অসিন তিন্দুন লৈরব, মহাকমক জগৎ অসিদ অচৌব অথোইবনি অমসুং মহাক অদুমক্ত জ্ঞানগী উপদেশ তাবগী মতিক চাব অধিকারী ওই। মদুদি

নিংথৌন নীতি শাস্ত্র শ্রবন তৌবগী অথোইব পাত্র ওইবগুম। লৈচিন-নোংকাই থাংদ্রব শরৎ কালগী আকাশন থাগীদমক্ত মতিক চাব ওইব, মতৌ অদুগুম্ন মুর্খশিংগ সঙ্গ তৌদ্রব অমদি পুক্নিং লুপ্ন খণ্ডনিংব লৈব ওইরব পুক্নিং শেংব মী মহাক অদুন অশেংব বিচারগী মতিক চান শরুক য়াব ঙম্মী। শ্রীরাম! নহাক্তি গুণ লক্ষ্মী অপুনব অসিন মপুংফান তিল্লবনি; মরম অসিন ঐন মথাদ শীংথারক্কদৌরিব পুক্নিংগী শুমহৎপ মোহবু লৌথোক্তুন মাংহনগদৌরিব বাফমশিংবু তারো। মহাক অদুগী পুন্যগী মশাক ওইব কল্পবৃক্ষগী মহে উহৈশিংগী অরুম্বন লুকথরদুন হৌরিব মী মহাক অদুমক্তন মুক্তি ফংনবগীদমক্ত মসিবু তাননবগী থৌরাং তৌই। মরম অসিন মথক্কী গুণ অসি নিংথিন লৈরব মী খক্তন কল্যান য়াইফ মঙ্গল ফংনবগীদমক্ত অশেংব পুকচেল চাওব অমদি অতোম্পবু জ্ঞান পোকহনব বাণ্ডংশিংবু তাননবগী অধিকারী ওই।

সংহিতা অসি মোক্ষ সাধন (উপায়)গী শীংথাব প্রতিপাদিকানি, মচি-ওইব অর্থশিংন মপুং ফারব অমসুং অরান খুবম ফংনবনি। মসিদ শ্লোক লিশীং কুন্থ্রানিথোই য়াওই। কন্ন তুমথরিব মীগী মনাক্ত থাওমৈ থানগৎলুবদ মহাক্ত মঙ্গল অদু ফংনিংব তৌদ্রবসু মঙ্গলদি ঙাক্লগনি, মতৌ অদুগুম্ন সংহিতা অসিবু নৈনদুন চংথরবদ ফংগে নীংবগী ইচ্ছা লৈরদ্রবসু নির্বাণ (মোক্ষ) ফংব ওইগনি। সংহিতা অসিবু মশামক্ত চংথোক্ন নৈনরগ খঙব ওইরব নত্রগ অতোম্পন শীংথাবদগী তাহৌব ওইরবসু পাপ-তাপ কোক্তুন নুঙাইনবগী মরম ওইব দেব নদী গঙ্গাগ মান্নন মসিন অজ্ঞানবু নমথদুন খুদক্ত নুঙাইববু ফংহল্লি। মদুদি থৌরিনি হায়বগী মপুং ফাব জ্ঞান ফংলবদ মদুদগী পোক্রমলিব সর্প ভ্রান্তি(লিললনি হায়ন উরম্ব অরানব জ্ঞান) খুদক্ত মাংখিব ওই,মতৌ অদুগুম্ন সংহিতা অসিবু নীংথিন নৈনবদগী সংসারগী অবাব শান্ত ওই। সংহিতা অসিদ তোঙান-তোঙান শেমগ্রব প্রকরণ তরুক লৈ মথোয়দু যুক্তি যুক্ত ওইব অর্থন তিল্লব বারেংশিংদ লেংব অমসুং মচি-মচি ওইব দৃষ্টান্তশিংন থল্লব, ফজব বারেং (সুক্তি)শিংন তিল্লবশিংনি। মদুদ অহানব প্রকরণবু 'বৈরাগ্য' হায়ন কৌই। মসিবু নৈনরগ মতৌ অদুগুম্ন বৈরাগ্য

পোকহল্লি মদুদি মরুস্থলদসু ঈশিং চাইক্রা উ হৌবগুম। মশিবু নিংথিজন তকথোকপদগী পোক্লকপ মঙালন মদুদ মত্রুব মতৌ ফোংদোরকপ অদুগুম্ন শ্লোক লিশীং অমমথায় ন শাব বৈরাগ প্রকরণবু বিচার তৌবদ বিষয়শিংগী দোষশিংবু খঙবদগী পোক্লকপ বিবেকী মঙালদগী থম্মোইদ শুদ্ধতা অশেংব মতৌগী নুমিৎ থোরকই। অদুগী মতুংদ 'মুমুক্ষু ব্যবহার' কৌব প্রকরণগী রচনা তৌই। প্রকরণ অসিদ সুপ্নগী শ্লোক লিশিং অমত্তনি। য়ুক্তিশিংতন থল্লব ওইবগী মরম্ন মসি হেন্দোক্ল ফজে অমসুং মসিদ মুমুক্ষুশিংগী স্বভাবকী বর্ণন তৌরি। মসিগী মতুংদ অহুমশুব 'উৎপত্তি প্রকরণ' লাকই। অদুগুম্ব দৃষ্টান্ত অমসুং ৱারী মচা (অখ্যায়িকা)শিংন য়োন্নব অমদি বিজ্ঞানগী প্রতিপাদকনি। মসিদ শ্লোক লিশীং তরেৎ য়াওই। প্রকরণ অসিদ ঐ অমসুং নং মসিগী মশক (স্বরূপ) অমদি মদুন তশেংন পোক্তব ওইরবসু ফোংদোক্লকপগুম্ন উব ওইব, দৃষ্টা অমসুং দৃশ্যগী তোঙান্নব(খেন্নব)ন য়ানশিন্নরব সংসারিক অসিগী সম্পত্তিগী বর্ণন তৌরি। প্রকরণ অসিবু তারবদ শ্রোতা (অতাব মী) অদুন জগত পুন্নমক অসিবু মাগী থম্মোইদ অসুম্ন খঙই মদুদি নং অমসুং ঐ অসিগী শন্দোক্তুন লৈপ্রিব লোক, (তাইবং) চীং অমসুং আকাশন তিল্লব, সংকল্পগী মশক ওইরব নগরগী পাংথক ওইন মিকুপ্ত মাংব, মঙদ ফংলম্ব পোংকী মতৌগুম্ন সত্তা লৈতব, মনোরাজ্যগী মতৌগুম্ন শন্দোকপ ওইব, অর্থ শুন্য ওইবগী মরম্ন গন্ধর্ব-নগরগী মতৌগুম্ব, থা অনি থোকপগী ভ্রমগী মতৌগুম্ন মৃগতৃষ্ণাদ ঈশিং লান্ন উবগী মতৌগুম্ব, হিন চৎপদ চীংনচিংবগী অচৎপ ওইন ভ্রম তৌবগী মতৌগুম্ন চঞ্চল অমসুং অশেংব কান্নব য়াওদবনি। মতৌ অদুগুম্ন সনাদ খুজি, ঈশিংদ ইথক অমসুং আকাসত শংবানব অসৎ ওইবনি। তশেংবমক্তি মথোয় পুম্ব মাগী মাগী অধিষ্ঠানমক্কী অঙ্গ শরুক্লি, মতৌ অদুগুম্ন জগত অসি লৈতব অসৎ ওইরবদসু সৎ অরেবগী মওংদ পোক্লকপ ওইথি। পরমার্থগী দৃষ্টদদি মসি বিজ্ঞানগী মশক ওইব শরৎ কালগী আকাশ অদুগ চপ মান্নে, মদুদ অজ্ঞানগী মশক ওইব অমম্ব মপুং ফান কোকপ্লব। মদুগী মতুং মরিগুবদ 'স্থিতিপ্রকরণ' কুমথরকই। প্রকরণ অসিদ শ্লোক লিশীং অহুম য়াওরি অমসুং মসি ব্যাখান

অমসুং ব্রারী মচাশিংন থনব ওই। ব্রহ্ম খক্তন দৃষ্টা অমসুং দৃশ্য ভবপু লৌদুন মতৌ অসুম্ন জগতকী মওং অমসুং অহংগী মওংদ স্থিতিবু ফংব ওইরি। অসুম্ন প্ররকরণ অসিদ তাক্লি। মতৌ অসুম্ন জগৎভ্রম অসিন মাইকে তরান মকোয় শেম্ব পাকশনব ওইন ভালহনবনি অমসুং মতম শাংনদগী চাওখৎপ ফংব ওইরকই, বিষয় অসিসু প্ররকরণ অদুদ শন্দোক্ল খংহনখ্রে।

অদুগী মতুং তাবদ মঙাশুব 'উপশান্তি প্ররকরণ' হায়রকই। মসিদ শ্লোক লিশীং মঙা লৈ। মসি পরম পাবন ওইরব অমদি যুক্তি মথল-মথম্ন তিনব ওইবদগী থোইদোক্ল ফজব ওই। প্রকরণ অসিদ "মসি জগতনি, মসি ঐনি, মসি নংনি অমসুং মসি মহাক্লি - অসুম্ন পোক্লকইব ভ্রান্তি (ওম্নন খঙব ভ্রম) মতৌ করম্ন মপুং ফান কোকপ শান্ত ওই" বিষয় অসিদ শ্লোক কয়ামরুম চংন তাক্লি। উপশম প্রকরণবু শ্রংণ তৌরবদ সংসার অসি মুৎথিব মাংথিবগুম্ন ওই, মরমদি মহাক অদুগী ভ্রমগী মশক ভ্রান্তস্বরূপ চপচান শান্ত ওইখ্রে - অসুম্ন সংসৃতি(পুনঃজন্ম)গী চামদ অমগী শরুকখক্ত লেমদুন লৈহৌই।

অদুগী মতুংদ "নির্বাণ" কৌব তরুকশুব প্রকরণগী বর্ণন লাকই। মসিদ লেমহৌরিব শ্লোক লিশীং তরামরি মথায় য়াওই। প্রকরণ অসি জ্ঞানগী মশক ওইব মহান পুরুষার্থবু পীনবীবনি। মসিবু খঙলবদ কল্পনা পুম্নমক মুৎথিব ওই অমসুং পরমাত্মাবু ফংবগী মশক ওইব পরম কল্যান অদু খুবাক্ত লাকপ ওই। হেম্ন করিগী হায়রুগনি, মথক্কী প্রকরণবু খঙলব মী (অখঙব মী) অদুগী সংসারিক ভ্রম পুম্নমক মুথৎথিব ওই। মহা নির্বিষয় চৈতন্য প্রকাশ রূপ, বিজ্ঞানস্বরূপ, আধি-ব্যাধিশিং য়াওদ্রব অমসুং আকাশ মকোয়গ মাম্নন বিকার লৈত্রব নির্বিকার ওইথি। মাগী জগতকী খোংচৎ পুম্ব শান্ত ওই অমসুং মহাক তৌগাদব তৌরব মথৌ লোইরব (কৃতকৃত্য) ওইরকগী মরম্ন মশান মশাদ লেপচদুন লৈজব ওই। মহাক প্রকৃতি অমসুং প্রকৃতিদগী ওইরকপ হেক লৈরিব বিষয়শিংদ কর্তাগী অভিমান অমসুংলৌশিনব থাদোকপগী মিংয়েংদগী য়াওদব ওই, মরম অসিন মহাক হকচাং পানব (দেহধারী) ওইরদুনসু বিদেহ(হকচাং য়াওদব)গুম্ন

অমসুং সংসারী ওইরবসু অসংসারীগুম্ন ওই। মাগী অহংকারগী মশক ওইব তম্নলাই (পিশাচ) মাংখ্রে অমসুং মহাক দেহযুক্ত দেহগ লোইনব ওইরগনসু হকচাং য়াওদবগুম্ন লৈ। চৈতন্যঘন পরমাত্মান মশাগী মনুংদ কল্পনা তৌরব আকাশতা পরমানু খুদিংমক্ত লোক(তাইবং) লিশীং লিশীং রচনা তৌরগ লৈরিব অমসুং মশামক্ত মদুশিংদুবু য়েংদুন লৈ।

শ্রীরাম! উনরিব লৌবুক্ত মতম চান হুনখিব অথোইব মরুদগী শোইদনমক অথোইব অফব মহৈ লোকই মতৌ অদুগুম্ন সংহিতা অসিবু থম্মোইদ হাপ্তুন থম্লবদ পরমার্থ বিষয় ওইব জ্ঞান লায়ন ফংব ঙম্মী। প্রাতঃকাল ওইরক্লবদ মঙাল লাকপ শোইদবনি মতৌ অদুগুম্ন সংহিতা অসিবু চিত্তদ ধারণ তৌব খক্তনসু লেপ্লমক পুংখোই থোইব বিবেকপু ফংব ওইগনি।

বিদ্বানশিংগী চিন্দগী মসিবু তারগ নক্লগ মশামক্ত মসিবু খঙলগ তপ্প তপ্প বিচার তৌরদুন বুদ্ধিবু লৈতান শেংদোক্লকই, মতম অদুদ অহানবদ থম্মোইদ, সভা মফম্বু লৈতেংব ওইহল্লিব বাংল শাংলব উরিগী মতৌগুম্ন সংস্কারন তিল্লব অশেংব বাঙাং ঙাংখোরকই। অদুদগী অচৌব অথোইব চংখোল্লব হৈশিংব ফোংদোরকপ ওইরকই। মদুদগী নিংথৌ অমদি লাইশিং ফাওব অপেনব নুঙাইব ওইনৈ। ফজব মিং পানব মীন নুমিদাংগী মতমদ থাওমৈ খুত্ত পাইদুন পোৎ খুদিংবু য়েংব উব মতৌ অদুগুম্ন বুদ্ধি তাব মীশিংন মফম পুন্নমক্ত মাং তুং খঙব জ্ঞাতা ওইরকই। গ্রন্থ অসিবু অভ্যাস তৌবদগী মহাক অদুগী অজ্ঞানগী অমম্বগী মশক ওইব ফিজং-য়ুখল শেগায়গ্রব মরম অদুন অদুগুম্ব পোৎশিংগী মচা থায়দোকপগী সমর্থ (মতিক) ওইরব অসিগুম্ব প্রজ্ঞা অমম্ব লৈত্রব রত্নদ্বীপকী মৈরিগ মান্নন হেন্ন থোইন মঙাল লৈব ওইরকই। থৌরাং তৌদুন থল্লিব গ্রন্থ অসিবু খংলিব জ্ঞাতা পুরুষ অদু অকিব মরমশিংগ মায়োক্লবদ (হকথেংনব)লেপ্তুন লৈবসু ওইজসনু অদু ওইরবসু তেম্ন অচৌ-অচৌব নুংজাওশিংবু য়ুংব লেংব ঙমদব মতৌ অদুগুম্ন অকিব ফংলব সংসারগী অকিবন মাগী থম্মোইবু চৈনা ফাওহনব ঙমদে। গ্রন্থ

অসি নৈনবদগী মপোকসিদ প্রারব্ধগী অমসুং কর্মদ পুরুষার্থগী মরম ওইব কারণ ওইগনি? -অসিগুম্ব মথলগী চিংনব থিবিকপু নুংথিলদ অমম্বন লুপশিনবগুম মাংখি। গ্রন্থ অসিবু বিচার তৌরিব মীশিংগী থম্মোইদ সমুদ্রগী মতৌগুম্ন গম্ভীর ওইব, সুমেরুগী মতৌগুম্ন তপথব ধীরতা অমসুং থাজগী মতৌগুম্ন অয়িংব ফাওগৎলকপ ওইরকই। মতম অদুদ থম্মোইগী আকাশত শমগী মণ্ডলন লৈতেংলব বিবেকী মশক ওইব লংলব নুমিৎন থোক্লক্লব মতম অদুদ লেপ্নমক কান্নদকী খুদম উপদ্রব ওইব কামনচিংব ধুমকেতু মণ্ডল পুদুন থোরকপ ঙমদে। ধৈর্য তপথবগী মতোল লোম্ব ফংলব অদুগুম্ব বুদ্ধি ধর্মগী মশক ওইব চেকপলদ য়াম্ন কন্ন লুপশিনব ওইখি, মদুদ পুক্নিংগী ওইব চিন্তাশিংন লেংহনব ঙমদ্রে, নুংশিৎন চেদ য়েকপ উরিবু নিকহনব ঙমদবগুম্। তত্ত্বজ্ঞ পুরুষ বিষয়াসক্তিগী গুহাদ তাসন্দে মরমদি মঙোন্দ উত্তম মাগগী জ্ঞান লৈরব মহাক্ল কমদৌন গুহাগী মাইকৈদ করিগী চেনশিনগদগে। সংশাস্ত্রশিংবু নৈনবদগী মখোয়গী লমচৎতু অথোইব চরিত্র ওইখ্রব মখোয়গী বুদ্ধি য়থাযোগ্য মশান ফংজরকপদু শাস্ত্রগী মতুংইনব কর্মদত নুঙাইন লৈ অসুন্ন মদুদি পতিব্রতা ওইবী নুপীন মাগী য়ুমগী মাঙ্গোলতদ পেন্দুন নুঙাইবগুম। মহাক অদুগী পুক্নিং অন্তকরণ মোক্ষ সাধনগী অনুভবতগী শেংদোকখ্রব মদুন ভোগ মথলশিংন করিগুম্বদ অৱাবসু পীব তৌদে অমসুং নুঙাইবসু পীদে; মহাক্ল পামদব থবকশিং ফংলবদ য়েংথিবসু তৌদে অমসুং অপাম্ব পোৎশিং (থবকশিং) মাংখ্রবদসু মদুবু ফংনিংব তৌদে হেন্নদুম মহাক্ল কার্য-ফলনচিংবগী স্বরূপপু খংলিব জ্ঞাতা ওইরবসু জড় বৃক্ষগী মতৌগুম্ন খঙদব মওংগুম্ন আচরণ তৌদুন লৈ। মহাক্ল অচম্ব মীগী মতৌগুম্ন মতমগী মতুংইন্ন ফংলকপ পোৎশিংন পুন্সি লেন্দুন লৈব উনৈ। পামদব ফল ফংলবসু মাগী থম্মোইদ খজিক ফাওব বিকার ওইদে। রাঘব! শাস্ত্র অসিবু মপুংফান লোইন পাথোক্লগ অমসুং খঙদোক্লগ অমুক হন্ন মসিদ বিচার তৌরো। মসি হায়বখক্তগী ৱা নত্তে। থোইদোক্ল লাইশিংগী বরদান অমসুং শাপকা মান্নন ফল শোইদন ফংব ওইগনি। ফজরব শাস্ত্র অসিবু উত্তমজ্ঞান্ন তিল্লব, অলংকারশিংন লৈতেংদুন চুখোলহল্লব কাব্যস্বরূপ ওইব

অমসুং রস লৈব সরসনি। মসিদ দৃষ্টান্তশিংন মরম ওইদুন বিষয়বু প্রতিপাদন তৌরিবনি। মহাক অদুন পদ-পদার্থগী জ্ঞান খরদংবু লৈরবদি মহাক মশামক্ল মসিবু খঙদোকপ ঙম্মী, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্ব মশামক্ল মসিবু খঙবদ ঙমদব ওইরবদি মহাক্ল পণ্ডিৎকী চিন্দগী তাগদবনি। সংকল্প(ব্লাখল)ন শেম্ব নগরদ মীওইবন হরাওব অব্বাবন অপনব পীব ঙমদব মতৌ অদুগুম্ন সংসার ভ্রমগী পরিজ্ঞান (খঙব)ওইরবদ মসিসু (সংসারসিসু) অব্বাব পীনবগী মশক ওইদে। মদুদি মসি অয়েকপ লিলনি; অশেংব লিল নত্তে, অসুম্ন খঙদোক্লবদ মহাক্ল লিল অদুদগী পোকপ অব্বাবদুগী দাতা অপীব ওইদে। মতৌ অদুগুম্ন উরিব দৃশ্য সংসারগী মশক ওইব লিল অসিগী অশেংব খঙব য়থার্থ জ্ঞান ওইরবদ মসিনসু নুঙাইব নক্লগ অব্বাব পীদে। মদুদি চেদ য়েকপ অয়েকপ লিলবু মপুংফান খঙলবদ মাগী লিল ওইরম্ব মতৌ অদু মাংখিব ওইব মতৌ অদুগুম্ন সংসারগী চপচাব অশেংব স্বরূপ মশকপু খংলবদ মসি লেপ্পুন লৈজরগনসু শান্ত ওইখি হায়বদি মসিগী প্রভাব তাদে।

রঘুনন্দন! মসি শাস্ত্রগী জ্ঞানবু শন্দোক্ল পুথোকপ অমসুং বুদ্ধিন লৌশিনব ঙম্ব মচি-মচং ওইব পোৎশিংগী অরোইব মতোল পরমাবধিনি। হৌজিক ঐন মসিবু শীংথাদুন হায়রক্কে তারো। অহানবদ অদুগুম্ব নিয়ম বিধি অদুদ শাস্ত্র অসিবু তাগদব অমদি অদুগুম্ব পরিভাষাদ মসিবু য়থার্থ রূপ (চপচাব মওং)দ বিচার তৌনবগী বিধান (নিয়ম) ওইব ব্লাহৌদোক অদু তারো। অদুগুম্ব উখ্রব খঙখ্রব পোৎশিংগী মাল্লব চাংদমদগী অনুভবত লাক্লিব পোৎপু খঙহল্লিব খংবদ মতেং পাংকগী মশক ওইব ফল পীরব অদুগুম্ব সাদৃশ্যবু, উপমাবু, বিদ্বানশিংন দৃষ্টান্ত কৌনৈ। শ্রীরাম! করিগুম্ব, অহিংদ থাওমৈ য়াওদন য়ুমদ থল্লিব কোল-লীকনচিংব পোৎশিং (সামগ্রিশিং)গী খঙব জ্ঞান ওইব ঙমদে, মতৌ অদুগুম্ন দৃষ্টান্ত য়াওদন অপুর্ব অনৌব পোৎকী(অর্থ) খঙব ওইথোক্কে। উপমান অমসুং উপমেয়গী অদুগুম্ব কার্য-কারণগী প্রতিপাদন তৌখ্রিব মদু পরব্রহ্মবু থাদোক্লগ লেমহৌরিব পোৎ পুম্নমক্ত পানব, শিজিন্নব ওই। ঐন মফম অসিদ ব্রহ্ম উপদেশকী প্রসঙ্গ (মতাং

বাকম)দ নঙ্গেন্দ অদুগুম্ব দৃষ্টান্ত অম হেক হায়রকপ মদুদ একদেশকী সাধর্ম্যদগী প্রকৃতার্থদ (অশেংব পোং অদুগী অর্থদ) লৌগনি। মসিদ ব্রহ্ম তত্ত্বু খংহন্নকগীদমক্ত অদু অদুগুম্ব দৃষ্টান্ত পীরকপ মদু মগুদ উব পোংশিংগী মতৌগুন্ন মিথ্যা ওইব জগতকী মনুংচনবমক্লি- অসুম্ন খঙ্গদব ওই। পোক্লিগুগী মমাং অমসুং মাংগ্ৰবগী মতুংগী মতমদ জগত অসি লৈতব ওইরম্ব, মতৌ অদুগুন্ন হৌজিক ওইরিব মতম (বর্তমান কাল)দসু, বিচার তৌরবদ লৈতব পোংমক ওই, মরম অসিন মিথ্যাত্ব (মিথ্যা ওইব)গী মরম্ন মিকপ থোক্লিব তাইবং অমসুং মগু অনিমক অসি মান্নব ওই; মসি অগাংশিং ফাওবন খঙব গুম্ব বানি হায়বসি খঙনরিবনি। মোক্ষ সাধনশিংগী নির্মাতা (অশেম্ব) গ্রন্থকর্তা মহর্ষি বাল্মীকিন অতোম্প অদুগুম্ব গ্রন্থশিংগীসু রচনা তৌখি, মদুদসু খঙগদব ওইব পোংকী জ্ঞান খংহন্নবগীদমক্ত সুপ্নগী নিয়ম থৌরাং অসিমক থমখি মদুদি দৃষ্টান্তশিংগী অদুগুম্ব শরুক মচেত্ত মান্নব ওইব শরুক অদুখক্তগ লোইনন মান্নব থমগনি। মরমদি জগত অসি মগু সংকল্প (বাখল) অমসুং ধ্যান্ন কল্পনা তৌদুন শেম্ব নগরগী মতৌগুন্ন মিথ্যানি, মরম অসিমক্ল মকম অসিদ মখোয়সিমক দৃষ্টান ওইন পীরি; অতোম্প নত্তে। জ্ঞান ফংনবগীদমক্ত কারণ লৈতব ব্রহ্মদ অদুগুম্ব কারণ ওইব মতৌগী উপমা পীরিব, মদুদ উপমা তৌরিব পোংশিংগ লোইনন অয়াম্ব শরুক্ত সাধর্ম্য(ধর্ম মান্নব) ওইথোকপ নত্তে। মরম অসিন বিবাদ য়াওদব বুদ্ধিমান পুরুষন জ্ঞানবু ফংনবগীদমক্ত উপমান্দ উপমেয়গী শরুক অমখক্তংদ সাধর্ম্য ওইবদুবু লৌগদব ওই। পোংশিংবু য়েংবদ উবদ থাওমৈগী মগুলখক্তবু নত্তন মাগী পাত্র, থাও অমসুং দোশিনচিংব অমত্তগীসু শিজিন্নব তৌরোই। সুপ্নগী মফম অমত্তংগী মান্নব (সাদৃশ্য)দগী উপমান উপমেয়গী জ্ঞান খঙহনবনি। মদুদি 'মণির্দীপ ইব' দৃষ্টান্ত অসিদ উপমান তৌরিব থাওমৈ,গুপ্নগী মগুলদ উপমেয় মনিবু খংহনবনি। দৃষ্টান্তগী মচেং শরুকখক্তদগী জ্ঞেয় তত্ত্ব (খঙ্গদব ওইব পোং)গী জ্ঞান ওইবদ তত্ত্বমসি নচিংব মহবাক্যশিংগী অর্থগী অরেম্প (নিশ্চয়) উপাদেয়গী মগুংদ লৌগদবনি। কুতার্কিকতাগী আশ্রয় লৌদুন অনুভবকী বিরুদ্ধদ শেংদব বিকল্পশিংন অচুম্ব ফজন খঙব প্রবুদ্ধতাবু

মাংহনব তৌরোইদবনি। শ্রীরাম! দৃষ্টান্তন মরম ওইদুন অদ্বিতীয় আত্মজ্ঞান স্বরূপ শাস্ত্রার্থগী জ্ঞানদগী মহাবাক্যগী অর্থ ওইব ব্রহ্ম স্বরূপতগী চপচাব মওংদ সিদ্ধি ওইরব শান্তিমকপু নির্বান হায়ন কৌই। মরম অসিন দৃষ্টান্ত অমসুং দার্ষ্টান্তগী মথল মথা ওইব বিকল্পশিংগী মরৈ য়েংনরুবগী কান্নব করিসু লৈতে। তৌইগুম্বসুং করম্ন করিনো ওইরবসু অদুগুম্ব যুক্তিন মহাবাক্যর্থগী য়াম্ন ফজন আশ্রয় লৌগদব ওই। রাঘব! নহাক শান্তিতবু পরম শ্রেয়নি খঙই, মরম অদুন মদুবু ফংনবগীদমক্ত হোৎন-কনব ওইয়ু। মরমদি শান্তি অমসুং শাস্ত্রজ্ঞান্ন লৈতেংদুন চংখোল্লব বিচারদ তুংনফম ওইব মীন শাস্ত্রগী উপদেশ, অফব মী, উত্তম বুদ্ধি অমসং শাস্ত্র খঙব মীশিংগ তিন্নবন মরম ওইদুন হোৎনবগী মতেং লৌরগ উত্তম পদবু ফংগদব ওই। বিদ্বান পুরুষশিংন মতম অদু ফাওব বিচার তৌদুন লৈগদবনি, অমুকহন্ন মাংব ওইদ্রব তুর্যপদ কৌব শান্তিগী মশক ওইব আত্মবিশ্রান্তি (আত্মাগী মপুং ফান নুঙাইন পোৎথাব) ফংদ্রিব ফাওব। কনাগুম্ব মী অদুন তুর্যপদ কৌব শান্তিন তিনব ওইরবদ ভবসাগরদগী লাম্বোকথি। মহাক গৃহস্থ ওইসনু নত্রগ সন্যাসী, মহাক হিংন নত্রগ হিংদন নত্রগ কর্ম তৌন নত্রগ তৌদন ওইবগী করিসু প্রয়োজন লৈতে; মদুদি ঈশিং পুম্বগী তুংনফম সমুদ্রন ওইব মতৌ অদুগুম্ন প্রমাণশিং পুন্নমক্কী সত্তাগী প্রমাণ অমত্ত ঙাইরব প্রত্যক্ষমক্কি, মরম অদুন নহাক হৌজিক মদুগী বিষয়দ শ্রবন তৌরো। অথোইব মীন ইন্দ্রি পুন্নমক্কী মচি-মচংগী মশক জ্ঞানবু প্রত্যক্ষ কৌনে। অদুগুম্ব ইন্দ্রি অদুগী মফমদ জ্ঞানদু সিদ্ধ ওইব মদুমক প্রত্যক্ষ কৌই। অনুভূতি বেদনা অমসুং প্রতিপত্তিগী মমিংগী মতুংইন্ন শাস্ত্র অসিদ মদুমক্কী প্রত্যক্ষ হায়ন মিং থম্মী। মদুমক ঐখোয় পুম্বগী জীব ওইরিব মদুমক সংবিতনি মদুমক অহংতাগী শকউংকী বিষয় ওইব সাক্ষী পুরুষনি। মহাক্ত মতমদুদ সংবিংকী মতেংদগী ফোংদোরক্লব মতম অদুদ মদুবু পদার্থ কৌনে। অসুম্ন মদুদি ঈশিংবু ঈথক্রুচিংকী মওংদ উরকপগুম্ন, মতৌ অদুগুম্ন পরমাত্মা মহাক্ত সংকল্প-বিকল্পনচিংব মথল মথাগী ভ্রমশিংগী মরম ওইব জগতকী মওংদ ঙাম্বোকপ ওই। সৃষ্টিগী মমাংদ কারণরহিত (মরম লৈতব) ওইরব মহাকমক্ত সৃষ্টিগী অহৌবদ সৃষ্টি লীলাদ তিন্দুন

মশামক্ত মশামক্ত ফোংদোক-অষেরক্তুন প্রত্যক্ষ কারণ ওইরকথি, জীবকী অজ্ঞানদগী পোকপ কারণদি অসং ওই অদুম ওইনমক অচুম্ব সংকুম্ন উব ওই। মদুমক প্রকৃতিদ জগতকী মওং ওইন ফোংদোকপ ওই। বিচারদি মশামক্ত মশাগী কর্মগী মতুংইন্ন ফংজরব মশাগী হকচাংবু মাংহল্লগ থিন্দনমক অথোইব পরম পদবু ফোংদোকপ তৌই। বিচার লৈব মীন পরমাত্মাবু ফংলব মতমদুদ মাগী বিচারসু মদুদ লুপশিনখিব ওই। মতম অদুদ হায়ব ঙমদব বর্ণনাতীত ওইব সুপ্নগী পরমাত্মাথক্ত লেমদুন লৈহৌই।। মতৌ অসুন্ন প্রপঞ্চগী অভাব (লৈতব) ওইশ্রবগী মরম্ন মশাগী বুদ্ধি ইন্দ্রি অমসুং কর্মশিংন মরম ওইদুন পুক্লিংগী ঈচ্ছা লৈতব মরম অদুদগী শান্ত ওইরবদ মাগী কর্ম তৌবগী করিসু কারব (প্রয়োজন) লৈত্রে অমসুং তৌদবগীসু লৈত্রে। অদুদগীদি সংচালক য়াওদন চংপ যন্ত্রন থবক ওইদব, মতৌ অদুগুম্ন ইচ্ছা য়াওদ্রব পুক্লিংন শান্ত ওইরবদ কর্ম ইন্দ্রিশিং কর্মনচিংবদ থৌজংব থক ওইদ্রে। মপানগী ইন্দ্রিশিংন বিষয় লৌব অমদি পুক্লিংন বিষয় তম্ন চংবগী মশক ওইব পোৎশিংন সমাকুল (পুন্দুন ওইশিনব) জগত অসি বিচারগী মনুংমচম্ন লৈ- মদুদি নুংশিংকী মনুংদ (স্পন্দন)শিংপ হুম্বন লৈবগুম। শেংলব সর্বাত্মা বিষয়ক বিচার, মতৌ অদুম্ন কর্মগী মতুংইন্ন ভোগতাগীদমক্ত ফোংদোরকপ মদুমক্কী মওংদ মান মাইকে, মতম অমদি মপাল অমসুং মনুংগী পোৎশিংগী মশক্ত শন্দোকপ মওংদ ফজহল্লম্ব ওই। বিচার অসি হকচাংনচিংবদ দৃশ্যতাভাস দৃশ্য ওইব মমিবু উরগ মসি ঐগী ঈশামক্লি অসুম্ন শুহংপন খুদুম চন্দুন (ব্রাথলসি) পুদুন লৈ। মদুবু মশাগী মশক মদুদ মদুম্ন অমসুং মওং অদুম্ন উব ওইরব মহাক্ত মদুম্নমক ওই। সর্বাত্মা মফমদুদ মতৌ অদুম্ন ফোংদোকপ ওইরব মদুদ মদুম্নমক মতম অদুদ তুংদুন লৈরুই অমসুং মদুবু মশামক্কী স্বরূপনি লৌদুন ফজহনব ওই। সর্বাত্মকতান মরম কারণ ওইদুন দৃশ্য ওইব মতৌগী আরোপ থংজিনব ওই। দৃশ্য ওইব মতৌ অদু দ্রষ্টাগী মফমতন্দ ওইথোকই নত্রবদি দৃশ্যতাসু অশেংব ওইদে। মরম অসিন প্রত্যক্ষমক কারণ লৈতব অদ্বিতীয় ব্রহ্মরূপগী সিদ্ধ ওইন লৈ। মহাকমক্ত প্রমাণ পুম্নমক্কী নির্মাতানি। মরমদি অনুমানচিংব প্রমাণ প্রত্যক্ষ মমাংদ য়াওদুন লৈবগী মরম্ন মদুগী

অংশ শরুকনি। সাধু স্বভাব ওইব রাম! নশাগী কর্মমকখক্তবু দৈব- প্রারব্ধনি লৌদুন মদুবু উপমান তৌরিব ইন্দ্রি জয় তৌরব পুরুষন দৈব-শব্দার্থ হায়বদি প্রারব্ধবু লাপ্ন হন্দোক্লগ মশাগী পুরুষার্থন পরম পদ অদুবু মশাগী মনুংমক্ত ফংই।

রঘুনন্দন! অহান্বদ সন্ত সমাগম ওইব যুক্তিন নমদুন নশাগী বুদ্ধিবু চাওখংহনব মতিকচায়। অদুগী মতুংদ মহাপুরুষশিংগী লক্ষণশিংগী মতৌ তমদুন নশামক্ত মহাপুরুষ ওইব মতৌ পুরক্কদবনি। জগত অসিদ অদু অদুগুম্ব মীন অদু অদুগুম্ব গুন্ন থোইদোকপ ওইন মপুং ফাব মহাক্ল গুন অদুন মরম ওইদুন থোইখিবনি খংনৈ; মরম অদুন থুনমক মী অদুগী গুন অদু ফংলগ মশাগী বুদ্ধিবু চাওখংহনগদবনি। মদুদি থম্বালদগী সরোবর অমসুং সরোবরদগী থম্বাল অমগ অমগ ফজব ফংনৈ, মতৌ অসুন্ন জ্ঞানদগী শমনচিংব গুন অমসুং শমনচিংব গুনশিংদগী জ্ঞান মথোয় অমগ অমগগী চাওখংপ ফংনব ওইনৈ। সৎপুরুষশিংগী আচরণগী চাওখংপ ওই। মতৌ অসুন্ন জ্ঞান অমসুং সৎপুরুষশিংগী আচরণ মথন মথন অমন অমগী মতেংদগী চাওখংপ ওইনৈ। শ্রীরাম! সংসার অসিদ জ্ঞান অমসুং সদাচারগী চপমান্নন অভ্যাস তৌদ্রিব মখে মীওইবন অনি অসিগী মরক্ত অমত্তংবুসু সিদ্ধি ওইব ঙমদে। রঘুনন্দন! মতৌ অদুগুন্ন ঐন সদাচারগী মথং মনাও বর্ণন তৌখ্রিব, মতৌ অদুগুন্ন হৌজিক লাকদৌরিব জ্ঞানক্রমগী য়ান্ন ফজন উপদেশ তৌরগনি। সৎ-শাস্ত্র অসি মিংচৎ পীব, পুন্সি শাংহনব অমসুং পরম পুরুষার্থ ওইব ফল পীনকগী মশক্তি। মরম অসিন লৌশিং তাব বুদ্ধি লৈব মীন শাস্ত্র অসিগী জ্ঞান্দ মপুং ফাব, ফংলব মীদগী মসিবু শ্রবন তৌগদবনি।

(সর্গ - ১৭-২০)

মুমুক্ষু - ব্যবহার সম্পূর্ণ ওইরে।

~o0o~

# উৎপত্তি প্রকরণ

**উরিব জগত মিথ্যা ওইবগী নিরুপণ, দৃশ্যমক্ক ফাজিন-পুনশিনব বন্ধম্নি অমসুং মসি লৌথোক্লবদ মোক্ষ ওই অমসুং উরিব দ্রষ্টাগী থম্মোইদমক দৃশ্যগী লৈবগী ৱাফম হায়ৱব।**

শ্রী মহার্ষি বসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম!মুমুক্ষুশিংগী ব্যবহারশিংগী মক্ক ওইব বর্ণন তৌব অদুগুম্ব মুমুক্ষ ব্যবহার প্রকরণগী মথংদ হৌজিক ঐ উৎপত্তি-প্রকরণগী বর্ণন তৌরক্লগে। উরিব তাইবং দৃশ্য জগতকী সত্তা (অওইব ওইন লৈব) হেক লৈরিব ফাওব পোকপ শিবগী বন্ধন অসি লৈ। উরিব দৃশ্যগী লৈতব অভাব ওইরবদ বন্ধন করিগুম্বদসু কখ লৈব ঙমদে। উব দৃশ্য জগত অসি মতৌ অদুম্ন পোক্লকই মদু হায়গে। নহাক মথং মথং পুক্লিং চংন তারো। সংসারদ করিগুম্ব পোক্লক্লব মহাক অদু চাওখৎপ অমসুং মুংখিব ফংব ওই। মহাকমক ফাজিন পুনশিনব,বন্ধতা অমসুং মোক্ষ নাম্বোকপ ফংব ওই অমদি মহাকমক স্বর্গ নম্রগ নরক তাই। মশাগী স্বরুপ (মশক) পু খংদবদগীমক বন্ধন ওই। মরম অসিন স্বরুপ(মশাগী মশক) খংনবগীদমক্ত ঐন মথাগী ৱা হায়রকই। (মসিদগী নহাক্ত মসি খঙনি মদুদি দৃশ্য জগত (প্রপঞ্চ) অসি করিগুম্বদসু শুক্লে লৈতে। আত্মাদি উরিব জগত অসিগী পোক্লিৗঙগী মমাংদ অদুম্ন লৈরম্ব অদুগুম্নমক মাগী পোক্লবগী মতুংদসু লৈদুন লৈ (মহাক মতম পুম্বদ একরস মওং অমত্তদ লৈব ওইদুন লৈ)মদুদি তুমখুন হুন্ন তুম্ব সুষুপ্তিদ মঙগী সংসার লৈব ওইদে।মতৌ অদুগুম্ন হেক উরিব আচৎচত্ত জগত অপুম্ব অসি কল্পগী অরোইবদ মাঙব(অভাব) ওই। অদুগী মতুংদ নিষ্ক্রয় গম্ভীর শক-মিং লৈতব অমসুং ফোংদোক্তব অনির্বচণীয় (হায়ব ঙমদব) অরৈব সদ বস্তু খক্ত লেমদুন লৈহৌই; মদু মৈগী তত্ত্বসু নত্তে

মরমদি মহাক্কী মশক মওং রূপ লৈব ওইদে। অমদি মহাক তমোময় অমম্বগী মশকসু নত্তে, মরমদি মহাক মশান ভাঙব স্বয়ং প্রকাশকী মশক্তি। বিদ্বানশিংন ব্যবহারদ শিজিন্নব য়ানকগীদমক্ত সৎ-স্বরূপ পরমাত্মা অদুগী খৃত, আত্মা, পরব্রহ্ম অমদি সত্যনচিংব মমিং হাপ্তুন থম্নম্মী।

সনাদগী শাব খুজি সনামক্তি। সনা অদুদগী "লীক্ক" শব্দগী অর্থন তোঙানহনব য়াদে, মতৌ অদুগুম্ন জগত বাহেগী অদুগুম্ব অর্থ ওইব মদু পরব্রহ্মতগ তুংনফম হৌরকফমনি, মরম অদুন মদুদগী তোঙানব নত্তে। মদুদি খুজিগী স্বরূপ সনাগী স্বভাবমক্কী মনুংদ য়াওবনি, খুজিগী স্বভাবকী মনুংচনব নত্তে মতৌ অসুম্ন উরিব জগত অসিসু মাগী পরিচ্ছিন্ন স্বভাবপু থাদোকশ্রবদ ব্রহ্মভাবমক্ত লেপ্তুন লৈ "জগত" শব্দগী অর্থদ লৈতে (হায়বদি অসিনি মদুদি সনামক্ত খুজিগী কল্পনা তৌরুবনি খুজিদ নত্তে। মতৌ অসুম্নমক ব্রহ্মমক্ত জগতকী কল্পনা ওইরুবনি জগত্ত নত্তে, মরম অসিন ব্রহ্মদগী তোঙানব নত্তে। মদুদি (মরুভূমিগী লৈমাইদ ঈশিং উব) মরুমরীচিকাদ উরিব তুরেল অদু মাগী মনুংদ লৈব ওইদ্রগনসু ঈনোং হৌব ঈথকশিং শন্দোকই অমসুং ঈথকশিং অদু অশেংবমকুম্ন থল্লি, মতৌ অদুগুম্ন পুক্লিংখত্তুন জগতকী মশক ওইব ইন্দ্রজাল, মীনম্ব জাদুগী মচাক মরলবু শন্দোকই অমসুং সম্পত্তি অদু অসৎ (লৈতব) ওইরবদসু অচুম্ব অওইবগুম্ন উই। মহাক অদুন মরম ওইরগ লৈতব পোৎপুসু অরৈবগুম্ন উরিব মদু মায়ানি। সর্বজ্ঞ বিদ্বানশিংন মদুগী অবিদ্যা, সংসৃতি, বন্ধ, মায়া, মোহ, মহত অমসুং তমনচিংব মমিং কয়ামরুমগী কল্পনা তৌই। নুংশিরব রাম! দৃশ্য প্রপঞ্চগী লৈব (অস্তিত্ব)তন দ্রষ্টা)উরিব মী)গী বন্ধন কৌখিবনি। দৃশ্যগী পাঙলমত্তুন দ্রষ্টাবু বন্ধন্দ থাদবনি। দৃশ্যবু ভাকথোক লৌথোক্লবদ মহাকবন্ধন অদুদগী নাম্বোকপ মনীংতম্ব ওই। ত্বম্ (নং) অহম্ (ঐ) অমসুং ইদম (মসি) অসিনচিংবগী মওংদ কল্পনান শেমখিব অদুগুম্ব মিথ্যা জগত অদুমকপু দৃশ্য কৌই। দৃশ্য অসিন অসুম ওইদুন লৈরিব মখে অদু ফাওব (অব্রা-অনাদগী কোকপ) মোক্ষ খক ওইদে। করিগুম্ব দৃশ্য জগত অসি অশেংবমক ওইরম্লব অদু ওইরবদি কনা অমত্তগীসু মসিবু ভাকথোক

লৈথোকপ (নিবারণ)থক ঙমলোই; মরমদি অদুগুম্ব লৈতব অসংবস্তু ওইব পোং মাগী লৈব (অস্তিত্ব) লৈতে অমসুং অদুগুম্ব অৱেব সংবস্তু ওইব মদুগী করিগুম্বদসু লৈতব (মাংথিব) লৈতে। চিৎ-স্বরূপ আত্মাবু খঙব ওইদব দ্রষ্টা অদুন করি কদায়দনোসু লৈজসনু মকম অদুদ মাগী মিৎয়েং দৃষ্টিগী মমাংদ দৃশ্য জগত অসিগী বৈভব (মচাক মরল)শিং ফোংদোকই। দৃশ্য প্রপঞ্চ অসি লৈরিঙৈদ নির্বিকল্প সমাধি করম্ন ওইব য়াগনি? নির্বিকল্প সমাধি ওইরবতদ চেতনতা অমসুং তুরীয় পদগী প্রমান তৌরব উপপত্তি ওই। মদুদি সুষুপ্তি(কম্ন তুমথব)গী মতুংদ সংসারগী অৱাব পুম্ব অনুভব লাকপ খঙবে ওইরকই, মতৌ অদুগুম্ন সমাধিদগী হৌগৎলক্লবদ অৱাবগী মশক ওইব জগত পুম্ব অসি অদুগী অদু ওইন অদুম উব হৌরকই। পুক্লিংগী মশক ওইব দৃশ্য অসিন লৈরিঙৈদ কনাগুম্বন সমাধিগীদমক্ত কয়াগী মতিক হোৎনজরম্ব মহাক্ল দৃশ্যবু উদব লৈব্র? (শোইদন লৈ) মরমদি মকম মকমদুন মাগী চিত্ত বৃত্তিন চৎপবু নিবারণ তৌব য়াদে মদুদি থমচেংকী মনুংদ থম্বালগী মরু অদু য়াওরি মদুদ মাগী থম্বৌ ওইবগী মওং লোত্তুন লৈ। মতৌ অসুম্ন অজ্ঞানী দ্রষ্টাদ বুদ্ধি অদু লৈরিব, মদুদ দৃশ্য জগত অসি মনুং চন্দুন য়াওরি। মদুদি পোৎশিংদ রস মহাও, থোইদিংনচিংবদ থাও অমসুং লৈশিংদ মনম য়াওদুন লৈবগুম উপদ্রষ্টা (উরিব মী)দ দৃশ্য বুদ্ধি য়াওদুন লৈবমক্লি। কর্পুর নক্রগ কস্তুরিনচিংব কদায়দবু ওইরবসু লৈব মকম অদুদ মদুগী নুংশিব মনম হেক্ত ফোংদোরকই। অদুগুম্ তৌদুন দ্রষ্টান হেক লৈরুব কদায়দনো মাগী মবুক্ত দৃশ্য জগতকী প্রার্দুভাব ফোংদোরকপ হেক্ত ওই। নহাকী থম্মোইদ লৈব মনোরাজ্য- বুদ্ধি নশাগী অনুভবতন উজব অমসুং থম্মোইদ লৈব মঙ অমসুং সংকল্প নহাক নশাগী অনুভবতদ খঙজব মতৌ অদুগুম্ন অউব জগত অসি নংগী থম্মোইমক্ত লৈবনি অমসুং নশাতগী অনুভবতদ উজবনি।

(সর্গ - ১)

~o0o~

**ব্রহ্মাগী পুক্লিং ওইব মতৌ অমসুং মাগী সংকল্পগী মশক জগতকী সত্তা লৈতব অমদি জ্ঞাতাগী কৈবল্যমক্ত মোক্ষনি তাকপ।**

শ্রীমহর্ষি বসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম! মন্বন্তর হৌরকপদ প্রাণি পুম্নমকপু মাগী চখোম ওইরিব মৃত্যুন প্রজাবু সংহার (মাংহনব) তৌরদুন মপাঙ্গল কনখৎলক্লব মতমদুদ মশামক্ত ব্রহ্মাগী মথক্ত লান্দানবগী থৌরাং তৌরক্লম্মী। মতম অদুদ ধর্মরাজ যন্ন মঙোন্দ খুদক্ত অসুন্ন শিক্ষা পীরম্মী - মৃত্যো- ব্রহ্মাদি পরম (চিন্ময়) ব্যোমস্বরূপ জ্ঞান্তগী (মশক ওইব অহাংব আকাশকী) মশক্নি। মাগী শকওং পৃথ্বীনচিংব ভূত মঙাদগী শেম্ব নত্তে। মহাক মনোময় (পুক্লিংগী মশক)অমসুং সংকল্পগী মশক্নি। অদুন মঙোন্দ কমদৌন লান্দাব য়াগনি? চেতন জ্ঞানগী আকাশক মান্নব অঙকপ ওইব অমসুং চিন্ময় আকাশক মান্নব অনুভবকী মশক ওইব ব্রহ্মা অসি চিন্ময় আকাশমক্নি। মঙোন্দ কার্য-কারণ ভাব লৈতে।আকাশত ইন্দ্রনীলমনিন শাব অমদি উন্ন কুপ্তুন লৈব অচৌব থাংজাও অমগী মওংগুম্ন পৃথ্বনচিংবদগী তোঙান্ন লৈবগুম উরি অমসুং সংকল্পদগী শেম্ব মীসু পৃথ্বীনচিংবদগী তোঙান্ন উবগুম তৌরিব মতৌ অদুগুম্ন স্বয়ম্ভূব ব্রহ্মাসু পৃথ্বী, ঈশিংনচিংব তত্ত্বশিংদগী য়াওদনমক ঙাম্বোক্তুন লৈ। সুপ্নগী (অদ্বিতীয়) পরমাত্মাদ দৃশ্যসু লৈতে অমসুং দ্রষ্টাসু লৈতবমক্নি। মসিদি সুপ্নগী চিন্মাত্রস্বরূপমক্নি অদুম ওইনমক স্বয়মভূ হায়ব মিংন ঙাম্বোকপনি। অহানব, ময়াই অমসুং অরোইব লৈতব চিদাকাশকী মশক ওইব অনিশুদব ব্রহ্মমক্ত মাগী সংকল্পগী মরম্ন স্বয়ম্ভূ কৌদুন পুরুষ নম্রগ হকচাং লৈবগুম্ন ঙাম্বোকপনি। শ্রীরাম! মহাক অদুগী মমাংগী মপোকশিংদ তানশিল্লকথিব কর্মশিংগ লোইনন মমাং মপোক্কী হকচাং ওইরকথি, মদুমক্ত মপোক অসিমক্ত সংসার স্তিতি (তাইবং ফিভম)গী কারণ ভূত (মরম ওইব) নীংশিংব স্মৃতি ওইবনি। অদুগ ব্রহ্মাগীদি করিগুম্ব মমাংগী কর্ম শুক্লে লৈতে অদুন মঙোন্দ পুর্ব জন্মগী স্মৃতিদি কদায়দগী কমদৌন লৈগনি? ব্রহ্মা মাগী কারণ ভূত ওইব পরব্রহ্ম পরমাত্মাদগী খেন্নদব অমদি মশামক আত্মস্বরূপনি। শ্রীরাম! স্বয়ম্ভূ ব্রহ্মাগী হকচাং

অদু আতি বাহিকমক্নি। (অচিনচিংব লম্বীদগী লোকান্তরশিংদ য়ৌববু 'অতিবহন' কৌই। অতিবহনগী থবক্ত হৈশিংব অকুম্প হকচাং সুক্ষ্ম শারীরবু 'আতিবাহিক' কৌই) অদুগুম্ব অজন্মা (পোক্তব) মহাক অদু আধিভৌতিক ওইব হকচাং অসি থক ফংব য়াদে।

শ্রীরামচন্দ্রন হংই- গুরুদেব! প্রাণী পুন্নমক্কীদি আতিবাহিকী হকচাং অম অমসুং অনিশুব আধিভৌতিক হকচাং অমগ লৈনে। তৌইগুম্বসুং ব্রহ্মাগীদি লৃপ্নগী আতিবাহিক শরীর থক্ত করিগী ওইরিবনো? শ্রীবসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম! পুন্নমক্কীদি ভূত কারণাত্মানি- পঞ্চীকৃত (মঙান য়ানশিন্নব) ভূতশিংদগী পোকপ হকচাংনচিংব লৈবনি মরম অসিন মখোয়গী হকচাং অনি অনি লৈবনি। তৌইগুম্বসুং অজন্মা ব্রহ্মাগীদি অদুগুম্ব মরম অমত্ত লৈতে। মরম অসিন মাগীদি আতিবাহিক হকচাং অমথক্ত লৈ। অমত্ত ঙাইরব ব্রহ্মা মথন্তন জাতি পুন্নমক্কী প্রাণীশিংগী পরম কারন্নি। অমসুং অতোপ্প কারণ অমত্ত লৈতে। মরম অসিনসু মাগী হকচাং অমত্ত লৈবনি। সংকল্প রুপমক্ত মাগী হকচাংনি পৃথ্বীনচিংব মথং মনাও ওইন তিনশিন্নদুন মাগী হকচাং শেমখিব নত্তে। চিদাকাশ স্বরুপ আদি প্রজাপতি ব্রহ্মামক্ত মথল মখাগী জীবশিংগী সৃষ্টি তৌরগ মখোয়দু শন্দোকখিবনি। মখোয় জীবশিংদু ব্রহ্মাগী সংকল্প (পুক্নিংদগী ওইখিব) নত্তন অতোপ্প মরম অমদগী পোকখিব নত্তে মরম অদুন মখোয়সু চিদাকাশকী মশকমক্নি। অদুগুম্ব উপাদন অদুদগী পোক্লকপ ওইরব, মদু মদুমক্কী মওং মশক ওই(মদুদি লৈবাক্তগী শারকপ চফু লৈবাকমক্কী মশক্নি। সনাদগী খুজি খুদোপ্পচিংবগী দৃষ্টান্তন মরম ওইদুন ব্রাফমসি পুন্নমক খঙনরিবনি। সংসারদ শিজিন্নরিব প্রাণীশিং পুন্নমক্ত ব্রহ্মামক্তন খ্বাইগী অহানব অরেংব চেতন ভূতনি। অন্তকরণ (পুক্নিং)মক মাগী স্বরুপনি। মদুদগী অহংকার হৌরকখি। মদুদি নুংশিত্ত হাই-হুম্ব চৎপনচিংব চেট্টাশিং থৌজংশিং ফোংদোরকপগুম্ন। মতৌ অদুগুম্ন অহানব প্রতি,স্পদন (অহানব ফোংদোকখিব লেংচৎপ হাই-হুম্ব গুম্ব চেতন ভূত) ব্রহ্মাদগী খেন্নদব ওইন সৃষ্টি অসি ফোংদোরকখি অমসুং শন্দোরকখি। প্রতিভাস (সুপ্নগী উবথক্ত)ন মাগী শকওংনি। ব্রহ্মা অদুদগী পোক্লকপ

ওইবগী মরম্ন উরিব সৃষ্টি অসিসু প্রতিভাস (সুপ্নগী উবখক্ত ওইব মমি) ওইব মওংমক্লি। অদুম ওইদুনসু মীশিংগী মিয়েংদ সত্য অচুম্বমকুম্ন উব ওই। বিষয় অসিদ দৃষ্টান্ত খুদমদি- মঙদ উরিব মীন মঙগী লমদমদ ফংব স্ত্রীগী সমাগম (তিন্নব) মদুদি মঙদ স্ত্রী সমাগমগী মঙ মঙবদ (উবদ)সু বীর্য পাত ওইব মতৌ অদুগুম্ন শিজিন্নব ব্যবহার অমসুং প্রয়োজনগী সিদ্ধি (থবক শিজিন্নব অমসুং অনিংব ওইরিবদু পাংথোক্লব)গীদমক্ত মিৎয়েংদ অসৎ লৈতব পোৎপুসু অরৈব অওইব পোৎমকুম্ন ব্যবহারগী মঙাল পী। হায়বদি মঙদ স্ত্রীগী সমাগম, জাগ্রত কাল (মীকপ থোকপদ) শুকচুম চুমদব অসত্য ওই অদু ওইরবসু মদুবু অচুম্বগ মান্নন থবক ওইব উনরি। মতৌ অসুম্ন সুপ্নগী প্রতিভাস খক্তগী হকচাং ওইব ব্রহ্মাদগী পোক্লকপ সৃষ্টি অসিসু সুপ্নগী প্রতিভাসকী মওং খক্তনি অদুম ওইদুনসু অচুম্ব সত্যগী মতৌগুম্ন প্রয়োজনবু সিদ্ধ তৌই। মাগী হকচাং পৃথীনচিংব তত্ত্বশিংদগী ওইখিব নত্তব চিদাকাশ স্বরূপ অমসুং নিরাকার (শক্লাইদব) মহাক্ল লৈরিব ভূত পুম্বগী মপু অধিপতি ওইব সয়ম্ভূ ব্রহ্মাগী - হকচাং নাইব পুরুষকী মতৌগুম্ন উনৈ। পৃথীনচিংব তত্ত্বশিং য়াওদব শকওং নাইব সংকল্প পুরুষ ব্রহ্মাগী হকচাং চিত্তমাত্র পুক্লিং খক্তনি। মহাকমক্ল মরোল অহুমগী স্থিতি লৈবগী কারণ নি। স্বয়ম্ভূব ব্রহ্মাগী সংকল্প থবাই পানবশিংগী কর্মশিংগী মতুংইন্ন অদু অদুগুম্ব মওংদ চাওখৎপ বিকাসসু ফংব ওইরকখিব, চিদাকাশ স্বরূপ আত্মাসু মওং অদুম্ন উই। ব্রহ্মা মনোময় পুক্লিংগী মশকমক্লি, পৃথীনচিংবন শেম্ব নত্তে। মরম অসিন মঙোন্দগী পোক্লকপ বিশ্ব অসিসু পুক্লিংগী মশক (মনোময়)মক্লি। মরমদি অদুগুম্ব পোৎ অদুন মদুদগী পোক্লকখিব মহাক মদুমকী মশক ওই। মদুদি সনান শাখিব খুজি, নাইম্নছিংব সনাগী মশক মক ওই। অজন্মা ব্রহ্মাগী করিগুম্ব মতেং পাংব সহকারী কারণ অমত্ত লৈতে। মরম অদুন মঙোন্দগী পোক্লকখিব জগৎকীসু করিগুম্ব সহকারী কারণ অমত্ত লৈতে। মরম অসিন মসিদ কারন্দগী কার্যদ করিগুম্ব মখলগী নত্রগ থোইদোকপ অমত্ত লৈতে। মরম অদুন কারন্ন অশেংব শুদ্ধ ওইব অদুগুম্ন কার্যসু শুদ্ধ ব্রহ্মমক্লি সিদ্ধান্ত অসি অরেম্পমক্লি জগত অসিগী বিষয়দ

কার্য-কারণ ভাবকী খজিক ফাওবসু চুশিন্নব (সঙ্গতি) লৈতে। পরব্রহ্মন ওইব অদুমক লোক অহুমমক্‌পু ওই। ঈশিংন মহি ওইব মতৌ (দ্রবত্ব)দগী তোঙান্দে, খেন্নদবমক্তি। অদুগুম্ব খেন্নদব ওইব ঈশিংদগী খেন্নদ্‌ ওইব মহি ওইব মতৌ অদুগুম্ন ব্রহ্মা মাগী শেংলব শুদ্ধ আত্মা(স্বরূপ)তগীমক জগত বিস্তার(শন্দোকপ) তৌরকই। জগত অদু মাগী বিশুদ্ধ আত্মস্বরূপগী খেন্নব ওইদে। মদুদি জ্ঞানীশিংগী দৃষ্টি (মিংয়েং)দ থৌরিদ সর্পভাব (লিল ওইব) লৈতে, মতৌ অদুগুম্ন জগত আধিভৌতিকতা (জড়তা) লৈতে। অদুন প্রবুদ্ধ ব্রহ্মানচিংব আধিভৌতিক ওইব দেহদ কমদৌন লৈব য়াগনি।

পুক্নিংমক ব্রহ্মাগী স্বরূপপু ফংবনি। পুক্নিং অসি সংকল্প স্বরূপ (অসি তৌগে নিংবগী মশক)নি। পুক্নিংন মশাগী মশক স্বরূপমকপু শন্দোক্লন জগত অসিবু শেমগৎখিব অমসুং চাওথোকখিবনি। পুক্নিংগী মওং ব্রহ্মানি অমসুং ব্রহ্মা পুক্নিংগী মওংনি। মসিদ পৃথীনচিংব চংখিদে। পুক্নিংমক্তন পরমাত্মাদ পৃথীনচিংবগী কল্পনা তৌখিবনি। মদুদি থম্বালগী মরু (থমচেৎ মরু)দ (ওইরক্কদব থম্বালগী মচৈ) য়াওরি মতৌ অদুগুম্ন পুক্নিংগী মনুংদ (দৃশ্যবর্গ) উব য়াব জগত পুম্ব য়াওরি। পুক্নিং, উরিব কাংলুপ অমসুং অনি অসিবু উরিব খণ্ডলিব দ্রষ্টা মখোয়সিবু করিগুম্বদসু কনাগুম্বন বিবেক তৌদ্রিব (দ্রষ্টা অমসুং দৃশ্যগী বিবেক তৌদ্রিব মখে অজ্ঞানবু মাংহন্দব মরম্ন পুক্নিংদ দৃশ্যবর্গ শকউৎ উদুন লৈব ওই।) করিগুম্ব দৃশ্যগী মশক অৱাবসি সত্ ওইরম্লবদি মদু করিগুম্বদসু শান্তি ওইব য়াদে অমসুং দৃশ্যগী শান্তি ওইদ্রবদ জ্ঞাতা(খংলিব মী)দ কৈবল্য (মোক্ষ) ফংব থক য়াদে। দৃশ্য লৈতব ওইশ্রবদ জ্ঞাতাদ খণ্ডবগী ভাব (জ্ঞাতভাব) লৈরবসু মদু শান্তি নত্রগ নিবৃত্ত ওই, মদুমক (জ্ঞাতাগী কৈবল্য) মাগী মোক্ষ হায়বনি।

(সর্গ - ২-৩)

~o0o~

**পুক্লিংগী মশক নৈনব, পুক্লিং অমসুং পুক্লিংন শেম্ব জগতকী অসৎ ওইব মতৌ শীংথাব, অমদি মহাপ্রলয় মতমদ জগৎ পুম্ববু মশাদ লুপশিন্দুন অমত্ত ঙাইরব পরমাত্মাখক্ত লেমহৌদুন লৈব অমসুং মহাকমক্তন পুন্নমক্কী মূলনি হায়ব।**

শ্রীরামচন্দ্রন হংখি - ভগবন! পুক্লিংগী স্বরূপ (মশক) করম তৌই মসি ঐপ্রেন্দ শেংন তাকপিয়ু: মরমদি পুক্লিংতন জগতকী মশক পুন্নমক শন্দোকখিবনি।

শ্রীমহর্ষি বসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম! অহাংব শূন্য অমদি জড়গী মওং ওইব আকাশকী মিংখক্ত নত্তন অতোপ্প করিগুম্ব মওং অমত্ত উব ফংদে, মতৌ অদুগুম্ন শূন্য অমসুং জড় রূপ ওইব সংকল্পাত্মক পুক্লিং অসিগী মিং নত্তন করিগুম্ব অশেংব মশক উনব লৈতে। জগত অসি মিকুপ্তংগী ওইব সংকল্পগী মশক ওইব পুক্লিংদগী পোক্লকপনি। মৃগতৃষ্ণাদ উরিব ঈশিং অমদি থাদ ভ্রমদগী উরিব অনিশুব থাগী মতৌগুম্নমক মন কল্পিত পুক্লিংন শেম্ব জগত অসিগী মশক স্বরূপনি। রঘুনন্দন! সংকল্পমকপু পুক্লিংনি খঙউ। মহি ওইব মতৌন ঈশিংদগী খেন্নব নত্তে অমসুং নুংশিৎ স্পন্দন( লেংব অমসুং অয়িনব খোংচৎ)দগী খেন্নদে মতৌ অদুগুম্ব সংকল্পদগী পুক্লিং খেন্নব নত্তে। হে নুংশিথোইব রাম! অদুগুম্ব বিষয় অদুগীদমক্ত সংকল্প তৌই মদুদ পুক্লিংন সংকল্পগী মশক ওইদুন লৈ, হায়বদি অসিনি অদুগুম্ব সংকল্প মদুমক পুক্লিংনি) সংকল্প অমসুং পুক্লিংবু করিগুম্বদসু কনাগুম্বন তোঙান খাইদোকপ য়াদে( অনি অসিগী তোঙান্নবগী অনুভব কনানসু ওইদ্রি) পুক্লিংবু (তৌগে নিংব) সংকল্পখক্তনি খঙউ -

পুক্লিং পুম্বগী অপুনব সমষ্টিগতমন অদুমক পিতামহ ব্রহ্মানি। আতিবাহিক দেহ (সংকল্পময় শরীর)গী মশক ওইব ব্রহ্মাবু লোক্ত সমষ্টিগত মন কৌনবনি। অবিদ্যা, সংসার, চিত্ত, মন, বন্ধন, মল অমসুং তম মথোয়সিবু অথোইব বিদ্বানশিংন উরিব দৃশ্য অসিগী (বাহে খোয়োক তোঙান্নরবসু অর্থ অমত্ত ওইব)(পর্য্যায় বাচী)

মমিংনি লৌনে।সংকল্পগী মশক ওইব দৃশ্যদগী তোঙানব পুক্নিংগী করিগুম্ব স্বরূপ অমত্তসু লৈতে। উরিব জগত অসি অশেংবমক্তি পোকখিদে। ব্রাফম অসি মখা চথরকপদ হায়রক্কনি। মদুদি মণ্ডালগী (অমম্ব কোকহন্দুন পোৎশিংবু মিংন হকথেংনব)আলোক স্বভাবনি, লেং-হুম্ব নুংশিংকী স্বভাবনি অমসুং মহি ওইব মতৌন ঈশিংগী স্বভাব ওইবগুম্ন দ্রষ্টা (অউব মী)দ উব মতৌ দৃশ্যত্ব স্বভাব ওইনমক লৈ (হায়বদি দ্রষ্টাদগী দৃশ্য তোঙানব নত্তে)। সনাদ পাম্বোম ফাবি অমসুং খুজি-নাইম্নচিংবগী ফিভম য়াওরি, মৃগতৃষ্ণাগী তুরেলদ ঈশিংগী ফিভম ওইব অমসুং মণ্ডগী নগরশিংদ খাগৎলিব ফক্লাংগী ফিভম মতৌ অদুগুম্ন দ্রষ্টাদ দৃশ্যগী ফিভমসু য়াওগদবনি। হায়বদি মথক্কী পোৎশিং মশাগী অধিষ্ঠান্দগী খেন্নব ওইদব অমগুম্ন দ্রষ্টাদগী দৃশ্যগী তোঙান্ন সত্তা (অরৈব) লৈতে।

দ্রষ্টাদগী দৃশ্যগী তোঙানব সত্তা লৈতব মরম্ন দৃশ্যগী লৈতব ওইরবদ অদুগুম্ব দ্রষ্টাদ নমদুন দ্রষ্টা ওইব মতৌগীসু লৈতব ওই হায়বসি ফংই। মদুবু নংন অসত (মিথ্যা দৃশ্য)কী ককথৎপ ওইরবদ সন্মাত্র(অরৈবথক্ত) চিন্ময়গী মশক্ত লেমদুন লৈহৌরব আত্মাগী কেবলীভাব (মথন্ত ওইব)নি খঙউ। চিত্তন আত্মাগী কৈবল্য (অদ্বিতীয় চিন্মাত্র স্বরূপ) খংব(বোধ)দগী মদুগী মশক তদাকার (কৈবল্য ভাব ফংব) ওইপ্রব মতম অদুদ মাগী রাগদ্বেষনচিংব বাসনাশিং মতৌ অদুগুম্ন মাংখি, লেপখি মদুদি নুংশিং শিত্রবদি উনান লেংদবগুম, অমসুং ঈশিং তুংব পুখ্রিনচিংবদ ইথক হৌরম্ব লেপখিবগুম, মাইকে, লৈমাই অমসুং আকাশকী মশক ওইব ওয়েক্কদব পদার্থশিং লৈত্রবদ প্রকাশ মণ্ডালগী মশক খক্ত লেমহৌদুন লৈ মতৌ অদুগুম্ন মরোল অহুম নং অমসুং ঐনচিংব উরিব সংসারগী সত্তা লৈত্রবদ অশেংব মওংদ লেমদুন লৈহৌব চিন্ময় দ্রষ্টাগী কেবলী ভাব খক্ত লৈহৌই।

শ্রীরামচন্দ্রন হংই - ব্রহ্মন! দৃশ্য সৎ (অচুম্ব) ওইরবদি মসিবু শান্ত নত্রগ মুথৎপ ওইব য়াদে মরমদি সৎ-অরৈবগী করিগুম্বদসু লৈতব ওইদে অমসুং দোষকী মশক ওইব দৃশ্য অসি অসত লৈতব চুমদবনি, হায়বসিদ ব্রাফম অসি ঐন ভাব

তাব ভমদে। মরম অসিন দৃশ্যগী মশক ওইব পুকচৎপগী লাইনা অদুগুম্ব পুক্লিংদ পোকপনচিংবগী ভ্রমবু পোকহল্লীব অমসুং অল্লাবগী পারী-পুরীবু পীরিব মসিবু করন্ন সান্ত(লেপহনব) ওইগনি।

শ্রীরাম! মহাপ্রলয় ওইরক্লবদ জগত অসি থোইদোক্ল কুপ্প মওংদ লৈবন মরম ওইদুন মাগী থবক্ত অসমর্থ (ভমদব) ওই। মতম অদুদ মহাক ওইরক্লদব দৃশ্যবর্গ পুন্নমক সৃষ্টিগী মমাংদ বিক্ষেপ য়াওদন শান্তবম্ভাদ লৈরম্মী। প্রলয় কাল অদুদ সুপ্নগী করিগুম্ব মতমদসু নুমিৎ তাব লৈত্রব সূর্যদেব স্বয়ং জ্যোতি পোক্লাইদব, অল্লা-অনা য়াওদ্রব মতম পুম্বদ শক্তি পুম্বন তিনব (সর্বশক্তিমান)মশক মওং পুম্ব ওইব সর্বস্বরূপ পরমাত্ম মহেশ্বর মথন থক্ত ভান্দুন লৈ। মফম অদুদগী বাণী ব্বাভাংন মাবু ফংব ভমদদুন ভল্লকপ হায়বদি ব্বাহৈন ফোংদোকপদ য়ৌব থক ভমদব মহাক অদুবু জীবনমুক্ত ওইরব মহাত্মাশিংতন খঙব ভম্ব ওইব- সাংখ্য দর্শনগী তুংইনবশিংন মদুবু 'পুরুষ' কৌনব, বেদান্তবাদীশিংন 'ব্রহ্ম' হায়ন মদুবু চিন্তন তৌরিব বিজ্ঞান খঙবশিংগী মিংয়েংদ অদুগুম্ব মকপ লৈত্রব বিজ্ঞান মাত্র ওইরিব, মদুবু শূন্যবাদীশিংন শূন্য কৌনে। মহাক অদু নুমিৎকী মঙানবুসু ভাম্বোকপীবনি; তুরেল, পুখ্রি, থোংবাম্নচিংকগী ঈশিং অরোইবদ মহাসাগরদ তাদুন তিল্লুই। মতৌ অদুগুম্ন হেক উরিব, তারিব দৃশ্য সমুহ পুন্নমক মহাপ্রলয় কালদ মগ্রেন্দ লুপ্তুন তিনশিল্লুই। মহাক অদু আকাশত তোঞান তোঞানব হকচাংশিংদ, নুংশিংদ, ঈশিংদ, উরিব্বারীশিংদ,উক্ষুল মরিকশিংদ, চীংশিংদ, নুংশিত্ত অমসুং পাতালনচিংব মফম পুন্নমক্ত, মতম পুন্নমক্ত অমদি পোৎ পুন্নমক্ত চপ মান্নব ভাবত লৈ, মহাক অদুন আকাশপু অহাংব, চীংশিংবু অকনব মপংগী মপৈ, ঈশিংবু মহি লাংব ওইন শেম্লম্মী, জগত অসিবু থাওমৈগী মতৌগুম্ন ভালহল্লিব নুমিৎ মাগী মথা পোনবনি। মদুদি মরুভূমিদ নুমিৎকী মৈশান শারব কিরণশিংদগী ঈশিংগী ঈপাক্তগী ঈথক হৌব উহনবগুম, মতৌ অদুগুম্ন মপাল নাইদন পাক্লব পরমাত্মাগী মশক ওইব মহাসাগরদ অবির্ভাব অমসুং তিরোভাব (পোকপ অমসুং প্রলয়) য়াওব(যুক্ত) মরোল অহমগী মশক ওইবী ঈথকশিংসি হৌদুন লৈরিবনি। চৎনরিব

সংসারগী অরৈব অওইবশিং পুন্নমক্তগী পুমলান লানথংলগ- পুংতোপ তোম্প পুন্নমক্তগী তোঙানব পারমার্থিক সত্তান মপুং ফারব ওইদুন লৈ। মঙোক্তদগী নিয়তি (নোংদম্ব) মফম মতম চংপ, লেং-হাইব (চেষ্টা) অমসুং ক্রিয়া (থবক)নচিংব ভাব পুন্নমক থবক ওইন চংনব য়াব কার্য-নিবাহগী মতিক ফংনরিব অদুগুম্ব অমত্ত ঙাইরব পরব্রহ্ম পরমেশ্বর মথন্ত মথক্ত হায়থ্রিব মহাপ্রলয়গী মতমদ লেমদুন লৈহৌই। পরমাত্ম অদু উৎপত্তি স্থিতি পোকপ লৈবনচিংব লৈতব করিগুম্বদসু নুমিৎ তাব লৈতব মতম পুম্বদ ঙান্দুন লৈব জ্ঞান মপুং ফারব অমদি শকওন (বিকার) লৈতব মশাগী স্বরূপ্তদ লেংদন লৈবনি। মহাক অদু অমত্ত ঙাইব অনিশুব লৈতব মথন্তনি। মরম অসিন মহাক্ত মায়ান পাকচাওরব সংসার কয়ামরুম-মশীং থিঙমদ্রব ব্রহ্মাণ্ড কয়ামরুমগী রচনা (শেম্ব) তৌরগনসু অশেংব ওইনমক্তি করিগুম্ব থবক অমত্ত তৌদে অমসুং মান করিগুম্ব চেষ্টাশিং (হোৎনব)সু থক তৌব লৈতে।

(সর্গ - ৪ - ৫)

~o0o~

## জ্ঞান খক্তদগী পরম সিদ্ধি নপ্রগ পরমাত্ম ফংবগী প্রতিপাদন অমদি জ্ঞানগী পাম্বেদ সৎসঙ্গ অমদি অশেংব শাস্ত্রশিংগী স্বাধায়বু থাগৎপ।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - পরব্রহ্ম পরমাত্মা লাইশিংগীসু লাইনি। মাগী জ্ঞানতদগী পরম সিদ্ধি (মোক্ষ)বু ফংব ওই, অরাব য়াওব সকাম কর্মশিংগী অনুষ্ঠান তৌবদগী ওইদে। সংসার বন্ধন্দগী নাম্বোকপ নপ্রগ মোক্ষ ফংনবগীদমক্ত জ্ঞাত্তন পাম্বে সাথন্নি। জ্ঞান নত্তন সকাম কর্মনচিংব মসিদ অমত্তসু শিজিন্নব য়াদে। মরমদি মৃগতৃষ্ণাদ ওইরিব ঈশিংগী ভ্রমবু লৌথোক্তবগীদমক্ত জ্ঞাত্তমক শিজিন্নগদব ওই। জ্ঞান খক্তদগী ভ্রম অদুগী নিবৃত্তি হন্দোকখিব ওইনে, করিগুম্ব কর্ম অমত্তন

ওইদে। সৎসঙ্গ অমদি অশেংব শাস্ত্রশিংগী স্বধ্যায়(চাংনাইন নৈনব)দ লুপশিনবতন ব্রহ্ম জ্ঞানবু ফংনবগী হেতু মরমনি। স্বাভাবিক (মহৌশা ওইব) সাধন অসিমক্ত মোহজাল (শুমহৎপগী লাং) মাংহনবনি। পরমাত্মা অসি সৎস্বরূপমক্তি অসিগুম্ন জ্ঞান খক্তন জীবগী অৱাববু নিবারণ(ঙাকথোকপ) ওই, অমদি মহাক জীবন্মুক্ত অবস্থাবু ফংই।

শ্রীরামচন্দ্রন হংখি - গুরুদেব! পুন্নমক্কী আত্মস্বরূপ ওইব পরমাত্মা অদুগী জ্ঞান খক্তদগী অৱাকগী হৌরকফম ওইব, পোকপ-শিবনচিংবন করিগুম্বদসু অপনব পীব ঙমদে। মরম অদুন তাকপিয়ু, অদুগুম্ব খ্বাইদগী চাওব লাইশিংগী লাই ওইব পরংব্রহ্ম পরমাত্মা অদুবু করি করম্ব পাম্বৈদগী থুন ফংব ঙম্বগে? করম্ব অকনব তপস্যা তৌরগ মন্ত্রগ কয়া য়াম্ন অৱাব খাঙলগ মাগী জ্ঞানবু ফংব ঙমগদগে?

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন খুম্মী - শ্রীরাম! মশাগী নুপা থোকপগ লোইনন হোৎনরবদগী চাওখৎপ ফংলক্লব বিবেক্ত মরম ওইদুন পরমাত্মা দেব অদুগী য়থার্থ জ্ঞান ফংই। মরম অসিন নুপা থোক্ত হোৎনবন মরম ওইরগ ভবরোগ (অৱাবগী লাইনা ওইব সংসার)বু ঙাকথোক্লকগীদমক্ত অথোইব হিদাকশিং থিজিনগদবনি। সত-শাস্ত্রশিংগী অভ্যাস অমসুং সৎপুরুষশিংগ তিন্নব, অথোইব মরুওইব হিদাক অনি সংসারগী মশক ওইব রোগ লাইনাবু মাংহনবনি। সংসার অসিগী অৱাব পুন্নমকপু কোকপ সিদ্ধি অসিগীদমক্তদি অমত্ত ঙাইরব নুপাথোক্ত হোৎনব (পুরুষ প্রয়ত্ন)তন অথোইব সাধন্নি। মদু থাদোক্লগ অনিশুব থবক পাংথোকপ ঙম্ব গতি নত্রগ উপায় অম লৈব ওইথোক্তে। রঘুনন্দন! আত্মজ্ঞানবু ফংননবগীদমক্ত তঙাইফদন চংদব য়াদ্রব পুরুষ প্রয়ত্নগী মশক করম তৌবগে অদুবু মপুং ফান পালন তৌরবদ রাগ দ্বেষগী মশক ওইব মীয়াম হাৎপ লাইচৎ মুৎথিব ওইব: মদু ঐ হায়রক্তে তারো। জ্ঞানবু থিরিব মুমুক্ষুশিংন হেক ঙন্নিব মথে অসিগুম্ব বৃত্তি (পুক্লিংগী লিচৎ)ন মরম ওইদুন অদুগুম্ব লোক অমসুং শাস্ত্রগী বিরুদ্ধ ওইদবদ নিষ্কাম ভাবত পুন্সি লেন্দুন অপেনব পুক্লিং ওইন ভোগ বাসনা থাদোক্তদবনি। মশাগী লাংদ্রব পুক্লিং (অনুদ্বিগ্ন)ন

ওইথোকপ গুম্ব থৌরাং পাইখত্তুন সৎ-সঙ্গ অমসুং সৎ-শাস্ত্রশিংগী অভ্যাস তৌব সাধন অনি অসিবু অহানবদ পাইখংকদব ওই। কনাগুম্ব মীদু প্রারব্ধগী মতুং ইন্না করিগুম্ব খরদং ফংলকপ মদুদ পেল্লিব, সৎপুরুষশিং অমসুং শাস্ত্রশিংন নিন্দা তৌব পোৎশিংগী মাইকৈদ গুক থাজত্তুন য়েংদব অমসুং সৎসঙ্গ অমদি সৎশাস্ত্রগী অভ্যাসত লুপ্তুন লেংদন লৈরব মহাক য়াম্না থুন মুক্তি ওই। দেশত অয়াম্বন সৎজন (শাস্ত্রন তাকপ সদাচারদ খোংকম চেৎপ) পুরুষ মথোয়দুবু মহাত্মা কৌনরিব মহাক অদু করিগুম্ব জ্ঞান-বৈরাগ্যনচিংব অথোইব গুণশিংন তিনব ওইরবদি শোইদনমক অথোইব মহাত্মা ওই। অসিগুম্ব মহাত্মাদ য়াম্না চেকশিন্না হোৎনবগ লোইনন চৎজগদবনি, হেক লৈরিব বিদ্যাশিং পুম্নমক অধ্যাত্ম বিদ্যান মকোক্তি। অদুগুম্ব অধ্যাত্ম তত্বগী চর্চা(নৈনব) ন তিন্নব অদুগুম্ব উপনিষদ, ব্রহ্মসূত্রঅমদি গীতানচিংব সদগ্রন্থশিং লৈরিব মথোয়শিংদুবু সৎ-শাস্ত্র হায়ন কৌই। মদুদ বিবেক লোইনন বিচার তৌবদগী মীওইবন লাম্নোকপ মুক্ত ওই। মদুদি ফিচিগ্রীগ তিন্নবদগী ঈশিংগী অমোংপ শেংদোকই। মতৌ অদুগুম্ন যোগগী অভ্যাস তৌবদগী মীশিংগী বুদ্ধি শুদ্ধ ওইব অদুগুম্ন সৎশাস্ত্র অমসুং সৎসঙ্গদগী ফংলকপ বিবেক্ল মরম ওইদুন অজ্ঞানবু নমদুন তাম্নোকপ গুম্মী। (সর্গ - ৬ )

~o0o~

**পরমাত্মা জ্ঞানগী মহিমা, মাগী স্বরুপ নৈনব, উরিব দৃশ্য জগতকী অত্যন্তাভাব (শুক্লে লৈতব) অমসুং ব্রহ্মগী মশক ওইবগী শীংথাব অমদি আত্মজ্ঞান ফংনবগীদমক্ত যোগবাসিষ্ঠন পুমথোই থোইব শাস্ত্রনি হায়বগী প্রতিপাদন তৌব।**

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - হায়খ্রিব পরমাত্মা অদু করিগুম্ব অরাম্পদ লৈব নত্তেঃ মতম পুম্বদ হকচাংদ য়াওদুন লৈ অমসুং (চিন্ময় চেতন) অখণ্ড শক্তি ওইন

ফাওরিবনি। মহাকমক চিন্ময় চন্দ্রশেখর শিবনি। মহাকমক চিন্ময় গরুড়বাহন বিষ্ণুনি। মহাকমক্ত জ্ঞানগী মশক ওইব চিন্ময় সূর্যদেবনি অমদি মামক্ত চিন্ময় ব্রহ্মানি, কার্য-কারণগী স্বরূপ ওইব পরমব্রহ্ম পরমাত্মা অসিবু সাক্ষাৎকার (শক খঙলব) ওইরবদ সাধন পরায়ন সাধনা তৌরিব মীদুগী থম্মোইদ অপঙবগী কিশি হাংদোকই, লৈরম্ব চিংনব খিবিক চাইথায়দুন মুৎথি অমসুং অফ-ফত্ত (শুভাশুভ) কর্ম পুন্নমক মাংখি।

শ্রীরাম পরমাত্মাগী জ্ঞান হেক ওইরবদ হুগী ময়াই চমগ্রবদ পুকচৎপ কোকখিবগুম্ন অব্রাব পুম্বগী পারি-পুরি পুম্ব মাংখি।

শ্রীরাম্ন হংলম্মী- ব্রহ্মণ! মাগী জ্ঞান নম্রগ সাক্ষাৎকার ওইরবদ পুক্লিংন শুমহৎপ পুম্বন থল্লব মোহ মহাসাগরবু লাম্বোকদব অদুগুম্ব পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী চপ চাব মশক য়থার্থ স্বরূপ করম তৌবগে? মদুতং ঐঙোন্দ বর্ণন তৌবিয়ু।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - রঘুনন্দন! জ্ঞানগী মশক ওইব মহাসাগরদ মাঙবনচিংব বিকার খক লৈতব অদুগী অদু ওইব লেংদন লৈদুন সংসার অসিগী অত্যন্ত অভাব (শুক্লেমক লৈতব) মক পাঙথোকপ মদুমক পরমাত্মা স্বরূপনি। পরম চিন্ময় ওইবগী মরম্ন ওম্বোক্ত কুম্প ওইদুনসু অজ্ঞানী জনশিংগী মিয়েংদ পাকচাওরব নুংজাওগী মতৌগুম্ন অপৌব মওংদ লৈব উরিব অমদি অজড় (জ্ঞান)গী মশক ওইরগনসু অপঙব মীশিংগী অন্তকরন্দ জড় (জ্ঞান য়াওদব পোৎ)গ মাম্নবগুম খল্লিব মদু পরমাত্মাগী স্বরূপপ্নি।

শ্রীরামচন্দ্রন হংখি - হে মুনি! পরমাত্মা সৎ ( অরৈবপোৎ) নি মসি করম্ন খংনবগে? অমদি অসুক্কী মতিক চাওখ্রব জগত্ কৌবা দৃশ্যবুন অসৎ ( লৈতব) লৈতবনি কমদৌন খজনি? নহাক্লা হায়বীরি মসিগী উৎপত্তি (পোকপ) শুকওই ওইখিদে, মসি ওইরকখিব য়াওদনমক উবনি; ব্রাফম অসি কমদৌন খঙব য়াগনি।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় রঘুনন্দন! মশক লৈতব আকাশত ভ্রমন খুদুম চন্দুন অশংব নাপু নচিংব মচুশিংবু ওইবগুম্ন উই, মতৌ অদুগুম্ন সচ্চিদানন্দগী মশক

ওইব ব্রহ্মদ জগত সম্বন্ধি ভ্রম অসি পোক্লকখিবনি। ভ্রম অসিগী শুক্লে লৈতব (অত্যন্তাভাব)গী জ্ঞানদ মপুংফান লেংদন লৈতাব ওইরবদি মতমদুদ ব্রহ্মগী স্বরূপ জ্ঞান ফংই অতোপ্প করিগুম্ব কর্মদগী ওইদে। উরিব দৃশ্যগী অত্যন্তাভাব(শুক্লে লৈতব) নত্তন করিগুম্ব শুভ গতি অমত্ত লৈতে অদুগী অদু ওইন লৈরিব দৃশ্য জগত অসিগী শুক্লেমক লৈতবনি লেপ্পবদ লেমদুন লৈহৌরিবদু পরমার্থ বস্তুগী বোধ খঙব ওই। মদুবু খঙব ওইরব, পরমাত্মা অদু খংলিব মী অদুগী আত্মামক ওই। জগত কৌব দৃশ্যগী মাগী সত্তাবু অত্যন্তাভাব(শুক্লে লৈতব) নত্রগ মিথ্যা ওইববু সিদ্ধ তৌদ্রিব অদুকী মখৈ পরম তত্ত্বরূপ ওইব পরমাত্মাবু করিগুম্বদসু কনাগুম্বন খঙব ঙমদে। অসৎ-পদার্থগী সত্তা লৈতে অমসুং সৎ বস্তুগী করিগুম্বদ অভাব (লৈতব) লৈতে। অদুগুম্ব পোত্তুন স্বভাব ওইনমক লৈতব ওইরব মদুবু নিবারণ লৌথোকপদ মদুবু মিথ্যানি খঙদুন থাদোকখিবদ কয়া লুব পোৎনো। অসিগুম্ব শন্দোক্ল উরিব জগত অসি অহানবদ পোক্লকখিদে। মসি চিন্মাত্র ওইবগী মরম্ন মক্তুব আত্মামক্ত কল্পনা তৌখিবনি। মরম অসিন ব্রহ্ম রূপমক্লি। মদু নত্তন মসিগী করিগুম্ব সত্তা অমত্ত লৈতে। জগত কৌব মিংদ মসি করিগুম্বদসু পোকখিদে, লৈসু লৈতে অমসুং উবসু উদে। মদুদি সনাদ কল্পনা তৌশিল্লিব খুজি নাইম্নচিংববু সনাগী মিংয়েংদ লৈতবমক্লি। মতৌ অসিগুম্ন ব্রহ্মদ কল্পিত জগতকীসু ব্রহ্ম দৃষ্টিদ লৈতব (অভাব)মক ওই। মরম অসিন মসিগী পরিমার্জন্দ- মসিবু অসৎনি খংজিনবদ কয়া ব্রাবনো?

হৌজিক ঐন যুক্তি কয়ামরুম্ন বিষয় অসিবু খর শন্দোক্ল মতৌ অসুম্ন প্রতিপদন তৌগনি মদুদগী অবাধিত (ককথৎতব পরমার্থ) তত্ত্ববু মশামক্ল খঙব অনুভব ওইননব। অদুগুম্ব অহানব(সৃষ্টিগী অহৌবদ)মক্ত পোক্লকপ ওইখিদব মহাক অদু মকম অসিদ হৌজিক অরৈব অস্তিত্ব কমদৌন ওইগনি। মরুভূমিদ ঈশিংন থল্লব তুরেলগী সত্তা করম্ন ওইথোকপ য়াগনি। ভ্রম তৌবদগী উরিব অনিশুব থাদ গ্রহ ভাব (গ্রহ অম ওইন লৌব) করম্ন ওইব য়াগনি। অথুংবীগী মচা লৈতে। মরুভূমিদ ঈশিংগী ঈচেল লৈতে অমসুং আকাশত উপাল হৌদে। মতৌ

অদুগুম্ব জগতকী মশক ওইব ভ্রমগীসু করিগুম্বদসু অরৈব সত্তা লৈতে। শ্রীরাম মসিদ করিগুম্ব খর উহল্লিব অমসুং উরিব পুন্নমক অসি অরা-অনা লৈত্রব ব্রহ্মখক্তনি। বিষয় অসিবু মখা চখররকপদ শুপ্নগী ৱাঙাংতন নত্তন য়ুক্তিশিংবুসু প্রতিপাদন তৌগনি। বুদ্ধি চাওব রঘুনন্দন! তত্ত্ব খঙবশিংন বিষয় অসিবু য়ুক্তিশিংন মরম ওইদুন বর্ণন তৌরকপদ (অবহেলনা) থৌশাদব করিগুম্বদ খক তৌফদে। কনাগুম্ব অপঙব বুদ্ধি ওইব মীন য়ুক্তিয়ুক্ত ওইব পোৎশিংবু থৌওইদন য়ুক্তি শুন্য ওইব (কষ্টসাধ্য) পোত্ত তকশিল্লিব মহাক অদুবু বিদ্বান লোকশিংন অজ্ঞানীমক্কি খংনৈ।

শ্রীরামচন্দ্রন হংখি - ভগবন! মসি করম্ব য়ুক্তিদগী খঙব য়াবগে মদুদি উরিব জগত অসি ব্রহ্মমক্কি হায়বসি? ৱাফম অসি করম্ন সিদ্ধ পাংথোকপ য়াবগে? করিগুম্ব য়ুক্তিশিংন বিষয় অসিবু অনুভব (খঙব)ওইরব অদুদগীদি খঙ্গদব ওইব করিসু লেমহৌব লৈত্রে।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায়খি - -রঘুনন্দন! মিথ্যাজ্ঞানগী মশক ওইবী পুকচৎপ(কোলেরা) অসি মতম য়াম্ন কুইরবদগী মরু চেংন লৈরকপ ওইখ্রে। মসিগী মমিং জগতনি অমসুং মসিবু অবিচার (বিচার য়াওদব) কৌনৈ। মসি জ্ঞান নত্তন নিবৃত (মুথৎপ) ঙমদে। কনাগুম্বন অদুগুম্ব পোৎ অদুবু ফংব পাম্নব অমসুং মদুগীদমক্ত মপুংফান প্রয়ত্ন (হোৎনব)তৌরব মহাক্ন পোৎ অদুবু শোইদন ফংই। তৌইগুম্বসুং ৱাফম অসি মতম অদুতদ ওইথোকই মহাক্ন মরক্ত চোকথদুন নম্রগ শাওরংনদুন প্রয়ত্ন হোৎনরিব অদুদগী মাই লৈথোক্লব।

শ্রীরামচন্দ্রন হংখি - শাস্ত্র খঙবশিংদ অথোইব গুরুদেব! আত্মজ্ঞানবু ফংহন্নবগীদমক্তকরম্ব শাস্ত্রন খ্বাইদগী মকোক ওইবগে, মদুগী জ্ঞান অদু ফংলবদ মীওইবন মতুংদ খক ৱাব লৈত্রব?

শ্রীবসিষ্ঠন মুনিন হায় - হে মহামতে! অদুগুম্ব শাস্ত্রশিংদুদ মরু ওইন আত্মজ্ঞানবু প্রতিপাদন তৌরিব মথোয়দুগী মনুংদ মহারামায়ন কৌব শাস্ত্র অসিমক্ত খ্বাইদগী ফব অমসুং মকোক ওই। উত্তম ইতিহাস অসিবু তাবদগী বোধ (জ্ঞান)

ফংব ওই। মসিবু ইতিহাস পুম্বগী সার (মচি) ওইবনি হায়নৈ। বাঙাংগী মশক ওইব (শাস্ত্র) অসিবু শ্রবন তৌরবদ করিগুম্বদ ময়েং তাব লৈত্রব জীবন মুক্তি মথন্ত ফোংদোকচরকই। মরম অসিন মসিমক্ল পুন্নমক য়েংনবদ থোইদোক হেন্দোক্ল শেংব (অত্যন্ত পাবন) ওই। অসুন্ন মদুদি মঙনচিংবদ লৈরিঙৈমক্তদ মসি মঙনি হায়ব জ্ঞান অসি ফংলবদ মঙ অদু অচুম্বনি হায়বগী ভাবনা মাংখি মতৌ অদুগুম্ন শাস্ত্র অসিবু বিচার তৌবদগী মসি খঙব ঙমলকই মদুদি জগত পুম্ব অসি মঙগী মতৌগুম্ন মিথ্যা ওই। মতমদুদ জগত অসি অদুগী অদু ওইন লৈজরবসু জ্ঞানীগী মিয়েংদ উদব, লোংখিব ওই। আত্মজ্ঞানগী তঙাই ফদব অদু অদুগুম্ব যুক্তিশিং শাস্ত্র অসিদ য়াওরিব মথোয়দুমক অতোপ্প গ্রম্বশিংদসু ফংব ওই। মরম অসিন বিদ্বান পুরুষশিংন মহারামায়ণ অসিবু বিজ্ঞান শাস্ত্রগী মপুং ফারব লনগী পুঁকে লৌনৈ। কনাগুম্ব মহাক অদুন নুমিৎ খুদিংগী মহারামায়ণ অসিবু শ্রবন তৌরিব মঙোন্দ থোইদোক হেন্দোকপ চমৎকার (অঙকপ) লাকই। মাগী বুদ্ধি অতোপ্প গ্রম্বশিং স্বাধ্যায় তৌবদগী পোক্লকপ বোধ(জ্ঞান) দগী হেন্দোকপ অথোইব (উত্তম) বোধ(জ্ঞান)বু ফংহল্লি; মসিদ চিংননিঙাই লৈতে। করিগুম্ব ফত্তব কর্মগী মঁহে কাওগৎলকপন মরম ওইদুন মহাক অদুন লাইরিক অসিগী মফমদ অপাম্ব নম্রগ শ্রদ্ধা পোকত্রব, মঙোন্দ শাস্ত্র অসি অপাম্ব ওইদ্রব মহাক্ল অতোপ্প করিগুম্ব জ্ঞান প্রধান ওইব সৎ-শাস্ত্রবু বিচার তৌবদ ঐথোয়গী করিসু পামদব লৈতে। মদুদি অথোইব য়াম্ন ফব হিদাক চারবদ মশান লাইকোকপ ওইব মতৌ অদুগুম্ন যোগবাসিষ্ঠ মহারামায়ণ অসিবু শ্রবন তৌরবদ জীবন্ মুক্তিবু মশান অনুভব ওইব ফংই।

(সর্গ - ৭- ৮)

~oOo~

**জীবন্মুক্তিগী লক্ষণ জগতকী অসত্তা অমদি ব্রহ্মাদ মসিগী থেম্নদবগী প্রতিপাদন, পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী স্বরূপকী বর্ণন।**

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - রঘুনন্দন! মখোয়দুগী পুক্নিংন পরমাত্ম চিন্তন্দ চংদুন লৈরিব মখোয়দুগী প্রাণ মঙোন্দ নুঙাইদুন লৈরিব মখোয়দুন অমগা অমগা পরমাত্মগী জ্ঞান বোধ তাক্নদুন মতম লৈব খিবিক্ত পরমাত্মাগী চর্চা তৌরিব, মদুতদ পেঙ্গদুন লৈব অমসুং মদুদ মতম পুম্বদ লুপশিন্দুন লৈরিব, সুপ্নগী জ্ঞান্দ মখোয়গী নিষ্ঠা ওইব অমদি মতম পুম্বদ পরমাত্মজ্ঞানতবু বিচার তৌবিব অদুগুম্ব মীশিং অদুতন জীবন মুক্তি অসিবু ফংব ওই, মদুন হকচাং থাদোক্লবগী মতুংদ বিশুদ্ধ মুক্তিমক ওই।

শাস্ত্রগী মতুংইন্ন ব্যবহার তৌরবসু মখোয়দুগী মিৎয়েংদ অদুগী অদুম ওইন লৈরিব জগত অসি বিলীন মুৎখিব ওই অমসুং আকাশক মান্নন শূন্য ওইন উরকই মতমদুদ মহাক জীবন্মুক্ত কৌই। মহাক অদুন ব্যবহাবদ লৈন লৈনমক অমত্ত ওইব বোধ নিষ্ঠাবু ফংলব জাগ্রতকী ফিভমদসু সুষুপ্ত (তুম্লিব) মীগী মতৌগুম্ন রাগ-দ্বেষ অমদি অৱা-অনাদগী কোকপ ওইরব, মাবু জীবন মুক্ত কৌনে। মহাক অদুগী মাইথোংগী মঙালন নুঙাইবদ থোইগৎত্রব অমদি অৱাবদ মকশিন্দ্রব অমসুং প্রারব্ধগী মতুংইন্ন খরদং ফংলকপ মদুদ অপেনবগ লোইনন পুন্সি লেপ্লিব মহাক অদুমক জীবনমুক্ত কৌনে। মহাক অদুন বিকার লৈত্রব আত্মাদ সুষুপ্ত (তুমখুন হুম্ন তুম্ব)গী মতৌগুম্ন লেপ্তুন লৈরগনসু অবিদ্যাগী মশক ওইব নিদ্রাবু নিবারণ (ভাকথোকপ) ওইবদগী মতম পুম্বদ মিকপ থোক্তুন লৈরিব মহাক অদুগী জাগ্রত অবস্থা লৈত্রব (হায়বদি দেহ ইন্দ্রিনচিংবগী বোধ (খঙব) ওইবদগী অদুগুম্ব ইন্দ্রিশিংন পদার্থশিংবু ভোগ তৌদব অমসুং মহাক অদুগী জ্ঞান বাসনা শুক্লে লৈত্রব মহাক অদুমক জীবন মুক্তি হায়ন কৌনে। মঙোন্দ অহংকারগী ভাব লৈত্রব মাগী বুদ্ধি কর্ম তৌব মতমদ কর্তৃত্ব (থৌবুগী) অমসুং তৌদব মতমদসু থৌবু ওইদব (অকর্তৃত্ব)গী অভিমান পকত্রব মহাক অদুবু জীবন্মুক্ত কৌনে। মহাক অদুন জ্ঞান স্বরূপ পরমাত্মাগী মিৎ পাঙব অমসুং খজিক্ত কুপ্পখক্তদ মরোল অহুমগীপ্রলয় অমসুং উৎপত্তিবু উরিব অমদি মহাক অদুন পুন্নমক্কী মফমদ মশামক্ক মান্নন খল্লিব হায়বদি মহাক অদুন পুন্নমক্কী মফমদ আত্মভাব থল্লিব

মহাক অদুবু জীবন্মুক্ত কৌনে। মান মরম ওইদুন মীশিংগী লাংতক্রুব (উদ্বেগ) ওইদব অমসুং মীশিংদগী মান লাংতক্রুবথোয়রাংব ওইদ্রব অমদি কলক য়েংথি অশাওব অমসুং অকিব লৈত্রব মী মহাক অদুবু জীবন্মুক্ত কৌনে। মহাক্কী মফমদ সংসার অসিগী সত্যতা বুদ্ধি মাংখ্রব, মহাক অদু অতোপ্পশিংগী মিৎয়েংদ হকচাং কায়াৎশিংন তিনব ওইজরবসু তশেংবমক্তি কায়াৎশিং লৈত্রব অমদি চিত্ত য়াওব ওইজরবসু তশেংবমক চিত্ত শূন্য ওইরব মহাক অদু জীবন্মুক্ত কৌনে।

শ্রীরাম বিদেহ মুক্তিমক্তুবু মুক্তি কৌনে। মসিবু ব্রহ্ম হায়নে অমসুং মসিবু নির্বান কৌনে। মসিবু কমদৌন ফংব ওই মদু হায়রক্কে; তারো। ঐ, নং, মসি, মহাক অসিনচিংব মওংদ অসুন্ন সংসার দৃশ্য জগত উহল্লিব, মসি অচুম্ব অরৈব (সৎ) ওইন উরি অদুম ওইনমক অথুংবীগী মচাগুম্ন মসিগী পোকখিব করিগুম্বদ লৈখিদে। অসুন্ন পুক্লিংদ লেপ্লবদ মুক্তি অসি ফংব ওই। অদ্বিতীয় শান্ত চিন্ময় ওইব অমসুং আকাশকী মতৌগুম্ন মক্তুব ব্রহ্ম অদুমক জগত পুম্ব অসিনি। মরমদি পুন্নমক্ত সত্তা মাত্র লৈ হায়বসিমতং খঙব (বোধ) ওই। রঘুনন্দন! ঐন সনাগী খুজিদ য়াম্ন বিচার তৌরবদসু শেংলব সনাথক নত্তন খুজিনচিংব পোৎ অমত্ত উব ফংদে। ঈশিংগী ইথকশিংদ ঈশিং নত্তন অতোপ্প পোৎ উব ফংদে; মরমদি মদুদ ঈথক উদ্রব মতমদুদ মফম অদুদ ঈশিং খক্ত লৈ (মরম অসিন ঈথক লৈরিব মদুসু ঈশিং নত্তন করিসু লৈতে) নুংশিৎ নত্তন করিগুম্বদসু স্পন্দন(লেংব হুম্ব) কৌব করিগুম্ব পোৎ অমত্তসু লৈতে। স্পন্দন মতম পুম্বদ নুংশিৎকী মশকমক্নি। মরম অদুন দৃষ্টান্তশিং অসিগী মতুংইন্ন জগত অসিসু ব্রহ্মদগী খেন্নব নত্তে। আকাশত অহাংব শূন্যতা ওইব, মরুভূমিদ তাপ মৈশামক্ত ঈশিং ওইব অমসুং প্রকাশত মতম পুম্বদ তেজ লৈবগুম মতৌ অদুমক্তুম্ন মরোল অহুম্মক পরব্রহ্ম পরমাত্মামক্নি।

শ্রীরামচন্দ্রন হায় - অদুগুম্ব যুক্তি অদুন দৃশ্য জগত অসি শুক্লে লৈতকগী ভাব অদুবু খংলগা মুক্তি ওইব অদুগুম্ব পুমথোই থোইব নাতে যুক্তি অদুবু নহাক্ত ঐঙোন্দ উপদেশ তৌবিয়ু। দ্বৈতগী অভাব (লৈতব) ওইরবতদ নির্বাণ ফংব

ঙম্ব ওই। মরম অসিন অদুম্ন ত়ৌরগ দৃশ্য জগতকী অত্যন্ত অসত্তা (শুক্রে লৈতব)বু সিদ্ধ ওইব অমসুং মসিগী মওংদ মহৌশা স্বভাবনিষ্ঠ ওইন ব্রহ্মখক্ত ঙান্দুন লৈববু খঙব ঙম্ব অদুগুম্ব উপদেশ অদুমক ঐঙোন্দ পিবীয়ু। মহর্ষে! করম্ব যুক্তিদগী ব্রাফম অসিগী জ্ঞান ওইগনি অমসুং কমদৌন ব্রাফম অসি পাংথোকপ সিদ্ধ ওইবনো? জ্ঞান অসিবু সিদ্ধ ওইরব পাংথোক্রব অদু ওইরবদি অমুক তৌগদব থৌ (সাধ্য) করিসু লেমহৌব কৌব লৈররোই।

শ্রীবসিষ্ঠ ঋষিন হায় - রঘুনন্দন! মিথ্যা জ্ঞানগী মশক ওইব বিসুচিকা অসিন মতম কুইনদগী চেৎন মরু মরা তাদুন লৈম্রে। লেপ্নমক বিচারগী মশক ওইব মন্ত্রদগী মসি মরু ফুরু মাংহনব য়াই। মথল পুন্নমকী পোৎশিংন তিল্লব অমদি দেবতা অসুর অমসুং কিন্নরনচিংবগ লোইনন হেক লৈরিব অচৎ-চগুগী মওং ওইন উরিব জগত অপুম্ব অসি প্রলয়গী কালদ অসৎ অমসুং অদৃশ্য ওইদুন কদায়দ চৎখিবনো খঙদন মাংখিব ওই। অদুগী মতুংদ শক অমসুং মিং লৈতব শান্ত গম্ভীর অমদি অনির্বচণীয় (করিনো হায়বসি খঙদব) সত্ (অরৈব) লেমদুন লৈহৌই। মহাক অদু তেজ (মণ্ডাল)সু নত্তে শন্দোক্রব অমম্বসু নত্তে; শূন্য অহাংবসু নত্তে শকাইবসু নত্তে দৃশ্যসু নত্তে, দর্শনসু ওইদে অমসুং ভুৎশিং অমদি ভৌতিক পদার্থশিংগী মপৈসু নত্তে। মহাক পুংতোপ-তোপ্প অরৈব পোৎ, সৎ-বস্তু লোইনাই খমনাইদব মওংদ লৈ। শক মিং (নাম রূপ) লৈতবমক ওইবন্ মাগী স্বরূপপু বিশেষ অকরুব মওংদ বর্ণন তৌব ঙমদে। মহাকী স্বরূপ পূর্ণদগীসু হেন্ন পূর্ণতর মপুং ফাবদগীসু হেন্ন মপুং ফাবনি। মহাক উননব য়াওদব (দৃশ্য শূন্য) চিন্মাত্র অসীম (ঙমথৈ লৈতব) অজর, শিব, হৌব, ময়াই অমসুং অরোইব লৈতব কারণ শূন্য (মরম লৈতব) অমদি অৱা অনানচিংব য়াওদব। মাগী নাকোং পান্দে, লৈয়েং পান্দে, নাতোন লৈতে, উন্সা লৈতে অমসুং মমিৎসু লৈতে: অদুম ওইনমক মহাক মতম পুম্বদ মকম পুম্বদ তাই, মহাও লৌই; মনম্ নম্মী, শোকই অমসুং য়েংই মতৌ অদুগুম্ন মথক্ত স্বয়ম্ভ্রিব সদসত্ স্বরূপ প্রপঞ্চ ওইন উহল্লিব, - মহাক চৈতন্যময় প্রকাশসু মহাকমক্রি মথল মথাগী অঙকপ শক্লোন পুরিবসু মহাক্রমক্রি।

হৌব লোইব লৈতব স্বরূপপু ফংদুন মফম পুম্বদ ঙাম্মোকপ ওইরিব নিত্য চেতন ব্রহ্মসু মহাকমক্রি। সামান্য ওইব মওংদদি মফম পুন্নমক্ত ঙান্দুন লৈ তৌইগুম্বসুং অন্তকরণদ বিশেষ থোইদোকপ মওংদ অরুংপ লৈতন ঙাম্মোক্তুন লৈ, চিন্ময়(অখণ্ড শক্তি মশক ওইব ) মৈঙ্গলনি অমদি মহাক্তগী মঙ্গলদগী মরোল অহম ঙাম্মোকইবনি। মাগী নত্তন নুমিৎনচিংব প্রকাশ পুন্নমক অসি অমম্ব(অন্ধকার)গী মশক্রি। মহাক্ত লৈবতদগী ত্রিভুবনগী মশক ওইব মৃগ তৃষ্ণাগী প্রবৃত্তি ওইবনি। (হায়বদি নুমিৎকী কিরণশিং ঙাম্মোকপ ওইরবতদ মদুদ মৃগ তৃষ্ণাগী ঈশিং ওইন উব) মতৌ অদুগুম্ন চিন্ময় পরমাত্মা মহাকমক্ত মরোল অহমগী মশক ওইব ভ্রমগী উদয় ওইবনি) জগৎকী লৈশেম্ব অমসুং লৈমুৎপ (সৃষ্টি অমসুং সংহার) মহাকী তয়াম ঈপাল লাংবনি। খাইদগী থোইব অমসুং শিঙ্গুংবনি স্পন্দ অমসুং অস্পন্দ (লেংব অমসুং লেংদব) মাগী স্বরূপনি. মাগী স্বভাবতি নির্মল অমসুং অবিনাশীনি নুংশিংক মান্নন মাগী গতিশীল অমসুং গতিহীন সর্বব্যাপিনী সত্তা ব্যবহারগী ওইন সুপ্নগী মমিং খক্ত খেন্নবনি অশেংব মওংদদি খেন্নব নত্তব মহাকপুমক চিন্ময় পরমাত্মামক্রি খণ্ডউ।

মহাক মতম পুম্বদ য়াকাইদুন লৈব, মতম পুম্বদ তুমদুন লৈব অমদি মদুন মফম পুম্বদ অমসুং মতম পুম্বদ তুমসু তুমদব অমসুং য়াকাইরবসু ওইদব মাগী স্পন্দন লৈতব (লেংদব) মওংদ কল্যান স্বরূপ অমসুং শান্ত ওই মাগী স্পন্দনশীল স্বরূপমক মরোল অহমগী লৈবগী ফিভম ওইব, সপন্দ- অমসুং অসপন্দগী বিলাস (ইপাল লাংদুন শান্নব)মক্ত মাগী স্বরূপনি অদুগুম্ব অদ্বিতীয় অমসুং অমদি পরিপূর্ণ স্বরূপ ওইবনি। লৈশিংদ লৈনমগী মতৌগুম্ন পোৎ পুম্বদ মচি (সার) ওইন লৈরিবনি। মাংব নাইব পোৎশিংদসু মাংদব মওংদ লৈরিব পোৎ পুম্বদ প্রত্যক্ষ তৌরিব বৃত্তিশিংদ ঙাম্মোকপগী মওং ওইন লৈরগনসু অঙৌব ফিদ লৈব অঙৌব মতৌগী মতৌগুম্ন অগ্রাহ্য (লৌব ঙমদব) ওইবনি। ব্রাঙাং রাগনচিংব ইন্দ্রিশিং পান্দব মরমদগী লোম্মোক্তবগী মতৌগুম্ন লৈরবসু পুন্নমকী ব্রাঙাংদ চংশিনব (প্রবৃত্তিদ) কারণ ওইবদগী লোম্মোক্তব ওইদব; মহাক মননরূপ বিকার

লৈতব মরম্ন নুংদুমগী মতৌগুম্ব ওইরগনসু (পুক্নিংন নীংব কনব) মননশীল নি। মতম পুম্বদ পেল্লব ওইদুনসু ভোক্তানি অমসুং অকিঞ্চন (ক্রিয়ানচিংব লৈতব) ওইরগনসু কর্তানি; মহাক কায়াৎ লৈতবনি অদুম ওইনমক লোক পুন্নমক্কী অঙ্গ মামক্কী অঙ্গশিংনি; মহাক অদু মপান্থোম লিশীং লিশীং অমসুং মমিৎ লিশীং লিশীং পানবনি, লেং ওত্তব মওংদ লৈরগনসু মহাক্ল জগত ুস্ব শিম্পুংন শন্দোক্লুন লৈব, মদু ইন্দ্রিগী পাঙ্গল য়াওদ্রবসু মদুন ইন্দ্রি পুন্নমকপু চংহল্লিব, মদুন ব্রাখল য়াওদ্রবসু মঙোন্দগী পুক্নিং শেম্বগী নিয়মশিং ফোংদোরকই;মাবু খঙব সাক্ষাৎকার ওইদ্রবদ অরানব ভাবলৌদগী পোকপ(ভ্রান্তিজনিত) সংসারগী মশক ওইব লিলগী অকিব ওইদুন লৈব অমদি মাবু দর্শন খঙলবদ আশা পুন্নমক অমসুং অকিব পুন্নমক মাইকৈ পুম্বদ মফম খঙদন চেন্নখি। সমুদ্রদগী ইথক মচা মচাশিংগী মপৈন তিল্লব অচৌব চরাংনব ইথকশিং ওইরকই। মতৌ অদুগুম্ন চফু ফি (ঘট-পট)নচিংবগী মওংদ মশীং লাকঙমদ্রব পোৎশিংগী কাংলুপশিং পোক্নকই; মদুদি খুজি, পাম্বোম ফাবী, লীক্লু, খোংজিনচিংবগী মওংদ সনাখক্তন অতোম্প ওইন উহনব মতৌ অদুগুম্ন চাম-চাম ওইব চফুনচিংব পোৎশিংবু ভ্রমদগী তোঙান্নব অতোম্প ওইন ঙাম্মোকই: ঈশিংদ মিকুপ খুদিংগী মাংব ওইরিব ইথক্কী পরেংশিং ফোংদোক্লুন লৈবগুম মতৌ অদুগুম্ন মঙোন্দগী অতোম্প ওইন, তোঙান্নব ওইন, হান্নগীগুম্ন অমসুং অনৌব মওং ওইন মিকুপকী হোংব (ক্ষণ ভঙ্গুর) দৃশ্য পরমপরা দৃশ্যগী পারি পুরী ফোংদোরকপ ওইরিব মদুবু চিন্ময় পরমাত্মামক্নি খঙউ।

রঘুনন্দন! নহাক্ল অদুগুম্ব মওংদ লৈরগ থবক তৌরিব, মশক, মওং, মহাও. মনম, শোকপ খঙব, অমসুং জ্ঞানবু খঙলিব, প্রমাতা চেতন অদুমকসু মহাকমক্নি, অমসুং মদুন মরম ওইদুন খংলিব মহাক অদুসু পরমাত্মা দেবমক্নি। হে অফব মী! অউব, উরিব অমসুং দৃশ্যগী মরক্ত সাক্ষীগী মওংদ মাগী দর্শন ওইব মহাকপু নংন পুক্নিং অনি লোংদব ওইন (একাগ্রচিত্ত) নশাগী আত্মামক্নি খঙউ। শ্রীরাম! পরমব্রহ্ম পরমাত্মা, অজন্মা, অজর অনাদি সনাতন নিত্য কল্যানময়,

নির্মল, অমোঘ (পাপ পত্তব) পুন্নমকী পুমথোই থোইব খুরুন্নকম, অনিত্য ওইব ইরাং ইপোম অমত্ত য়াওদব মরম পুম্বগী মরম ওইব অনুভবকী মশক ওইব খজ্ঞমদব, জ্ঞানস্বরূপ, বিশ্বরূপ অমদি অন্তর্য়ামী (মনুং পুন্নমক খঙব)নি।

(সর্গ - ৯)

~o0o~

## জগতকী ব্রহ্মদ খেন্নদব মতৌ। পরমার্থ তত্ত্বগী লক্ষণ মহাপ্রলয় মতমদ জগতকী অধিষ্ঠানগী বিচার অমদি জগতকী ব্রহ্মরূপ ওইবগী প্রতিপাদন।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - রঘুনন্দন! জগত অসি করিগুম্ব ব্রহ্মদগী পোক্লকপসু নত্তে অমসুং মঙোন্দ লুপশিনবসু ওইদে। মতৌ অসুন্ন সুপ্নগী ব্রহ্ম খক্তন মশান মশাদ মতম পুম্বদ লেংদন লেপ্তুন লৈজবনি। ব্রহ্মদ অদুগুম্ব শুন্য শব্দার্থগী কল্পনা তৌরুরিব হায়বদি মাবু অহাঙব শুন্য অসুন্ন হায়রুরিব মদু অসুন্য হাঙদবগী অপেক্ষা (মহুত্ত)দগী হায়বনি। অশেংবদি মহাক শুন্য নত্তবগী মশক (সৎ)নি। মঙোন্দ শুন্য ওইব অমসুং শুন্য ওইদবগী কল্পনা কমদৌন ওইথোকই। জ্ঞানগী আকাশ (চেতন আকাশ)মশক ওইব ব্রহ্ম অসিগী প্রকাশ সুপ্নগী মশাগী অনুভব খক্তগী বিষয়নি। বুদ্ধিনচিংবগী মনুংদ অন্তর্য়ামীগী মওংদ লৈরিব মহাকী অনুভব অদুমক তৌজবনি অতোপ্পন নত্তে। মরমদি ( মহাক স্বানুভবৈকবেদ্যনি) লেং-হাইব য়াওদব নিশ্চল ওইবগী মরম্ন সৌম্য ( শান্ত) মওং ওইব মহাসাগরগী ঈশিংদ অদুগুম্ব মথলগী চাওর চাওরব ইথকশিং হৌই, মতৌ অদুগুম্ন নিরাকার ব্রহ্মদ মদুগ শম্নন বিশ্ব অসি লৈবনি। মপুং ফাবদগী মপুং ফাবতমক শন্দোকই; অদু মপুং ফাবদ য়াওদুন লৈ মদু মপুংফাবমক্তি। মরম অসিন বিশ্ব করিগুম্বদসু পোকখিবমক নত্তে অমসুং অদুগুম্ব পোক্লকপ ওইরব মদু সৎস্বরূপ ( ব্রহ্মরূপ)

মক্লি মহাক পরমানুদগীসু হেন্না কুপ্পী, কুপ্তগীসু হেন্না কুপ অনু, পরম শুদ্ধ, সুক্ষ্ম শান্ত অমসুং আকাশ ময়াইগী শরুক্তগীসু হেন্না নির্মল ( মত্তব)নি। মাইকৈ মতম, অমসুং চাংওন্না মাগী স্বরুপ খাজিনব ঙমথে ওইহনব ঙমদে। মরম অসিন মহাক হেন্দোক্ল শন্দোকপ (সর্ব্ব্যাপক) ওই। মাগী হৌব- লোইব লৈতে। মহাক মশান ঙাঙ্গব (স্বয়ং প্রকাশস্বরুপনি। অতোম্প করিগুম্ব মঙাল অমদগী ঙাম্বোকপগী মতিক লৈতবনি।

শ্রীরামচন্দ্রন হংখি- ভগবন! অনন্ত চেতনস্বরুপ পরমাত্মতত্বগী করম্ব মওংনো বিষয় অসিবু নহাক্ল অমুক ঐঙোন্দ হায়বিয়ু মদুদগী মাবু য়াম্ন ফজন খঙব ঙম্ননব।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় রঘুনন্দন! মহাপ্রলয় ওইরক্লব মতমদ কারণ ( মরম) পুম্বগীসু মরম ওইব পরম্ ব্রহ্ম পরমাত্মা খক্ত লেমদুন হৈহৌই। মদুগী র্বণন তৌরক্লে, তারো। সমাধিদ নিরোধন মরম ওইদুন পুক্লিংগী বৃত্তিশিং মাংপ্লব মতম অদুদ পুক্লিংগী মশাগী স্বরুপ মাংপ্লগ অনির্বচনীয় (ৱাহৈনহায়র য়াদব) মশান ঙাঙ্গব সদরুপ লেমহৌদুন লৈ। মদুমক লোইনাইদ্রব চিন্ময় পরমার্থ-বস্তুগী মশকনি। উরম্লিব দৃশ্য জগত লৈত্রব অমসুং দৃশ্যগী লৈতব ( অভাব)তগী দ্রষ্টা ( উরম্লিব মী) সু লুপশিনখিবগুম তৌই মতম অদুদ দ্রষ্টা দৃশ্য অমসুং দর্শন ( অয়েংব অখঙব, উগদব পোৎ অমসুং উব য়েংবগীথবক) অহুম(ত্রিপুট)অসিগী লুপখিব ( মুৎখিব) ঙাম্বোক্লিব(খঙলিব) সাক্ষী ওইন লেমদুন লৈহৌরিব জ্ঞানগী মশক ওইব ব্রহ্মদুমক পরমার্থ বস্তুগী স্বরুপনি। জীবগী মশক ওইব চিত্ সত্তাগী অদুগুম্ব অচিন্তিনীয় ওইব চিন্ময় অদু মক্তব অমদি শান্ত স্বরুপনি। মদুমক পরমার্থ বস্তু নত্রগ পরমাত্মাগী রুপনি। আকাশকী অদুগুম্ব অথুম্প রহস্যদি শিনব থুংবনি, নুঙগী তত্বগী ওইব মশক মপঙ কুংশিনব ঘনত্বনি অমদি নুংশিৎকী অথুম্পদি নুংপালদ শিন থুংবনি মদু মাগী চেত্য ভিন্ন (মশক উদব) চেতন আকাশ স্বরুপ পরমাত্মাগী স্বরুপনি। খঙব ঙম্ব (বুদ্ধি বৃত্তি)গী, প্রকাশ (পোৎশিং-ফোংদোকপ)কী দৃশ্য (বিষয়)গী অমসুং তম (অজ্ঞান-খঙদব)গী সাক্ষী ওইরিব অদুগুম্ব অনাদি-

অনন্ত (হৌব লোইব লৈতব) বেদন (জ্ঞান) ওইরিব মদু পরমাত্মা অদুগী মশক্রি। খঙদব, খঙব অমসুং খঙলিব মী জ্ঞেয়, জ্ঞান অমসুং জ্ঞাতা মাংদ উব ওইরিব (অহুম লোংব) ত্রিপুটী অসিন মঙোন্দ ফোংদোক্লকফম ওইরিব, মদুদ তুংদুন লৈরিব অমসুং মদুদ লুপশিনখিব ওইব মদুমক পরমাত্মাগী পরম দুর্লভ ওইব রূপ মশক্রি।

শ্রীরামচন্দ্রন হংলম্মী- ব্রাহ্মণ! অদুগুম্ব ইদং(মসি)গী মওংদ প্রত্যক্ষ ওইন উদুন লৈরিব (জগৎ) মসিবু অদোম্ন ব্রহ্মদ (অভাব) লৈতবনি হায়বীরিব দৃশ্য-জগত অসি মহাপ্রলয় ওইব মতমদ কদায়দ তুংদুন লৈব ওই।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - রঘুনন্দন! অখুংবীগী মচা অমসুং আকাশকী বন করিগুম্বদসু লৈব নত্তে, মতৌ অদুগুম্ন হেক উরি-তারিব জগৎ পুন্নমক অসি মতম অহম্মক্ত করিগুম্বদসু লৈব (অস্তিত্ব) ওইরকখিদে। জগত করিগুম্বদসু পোখকিবসু লৈত্রি অমসুং মসিগী মাংখিবসু করিগুম্বদ লৈতে। মদুগী অহানবদ সত্তাসু খক লৈরক্তব মদু কমদৌন পোকপ লৈগনি অমসুংমদুগী মাংখিকগী মরমদ কমদৌন লৈনগনি।

শ্রীরাম্ন হংলম্মী - অখুংবীগী মচা অমসুং আকাশকী বৃক্ষগী (ভাবন শাদুন) কল্পনা অদুদি তৌনরী। কল্পনা অদু অসুন্ন পোক্লকই অমসুং মাংখিব ওইব, মতৌ অদুগুম্ন জগত অসিসু পোক্লকপ অমসুং মাংখিব য়াব করিগী ওইরোইদৌরিবনো?

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - সনাগী (রিং) খুজিদ লয়াশেংন উরিব খুজি ওইব মতৌ অসি তশেংনমক লৈতে, সনাখক্তন মদুগী মওংদ ঙাম্লোকপনি, মতৌ অদুগুম্ন পরব্রহ্ম পরমাত্মাদ জগৎ কৌব করিগুম্ব পোৎ অমত্ত লৈতে (মদুবু ঐখোয়ন জগত হায়রিব অদু ব্রহ্মমক্রি)। আকাশত অদুগুম্ব মতৌ লৈরিব মদু আকাশমক্রি, মহাক আকাশতগী খেন্নব অতোম্প নত্তে। মতৌ অসিগুম্ন ব্রহ্মদ পত্যক্ষ ওইন ফংব ওইরগনসু জগত অসি মঙোন্দগী তোঙানব অতোম্প নত্তে, মদুদি কালিমা কাজলদগী খেন্নব নত্তে অমসুং অগ্নিংব মতৌ উন্দগী খেন্নদে, মতৌ অদুগুম্ন পরমপদ পরমাত্মাদ তোঙান্ন উব ওইরিব জগত লৈতে। অগ্নিংব মতৌন থা অমসুং উন্দগী তোঙানব ওইদব অদুগুম্ন লৈশেম সৃষ্টি অসিসু ব্রহ্মদগী তোঙানব

নত্তে। মরুভূমিদ উন্নিব মৃগতৃষ্ণাগী তুরেলদ ঈশিং লৈতব অমদি মিংকী দোবতগী উন্নিব অনিশুব থাদ থা ওইব মতৌ লৈতব মতৌ অদুগুম্ন মত্তুব পরমাত্মাদ প্রত্যক্ষ ওইন উন্নিব ওইদুনসু জগৎ কৌব করিগুম্ব পোৎ অমত্তসু লৈতে। মগুদ মগুবু উন্নিব মীগী অন্তকরণ (পুক্লিং)দ অদুগুম্ব মগুগী ওইব জগতকী ভ্রান্তি (ভ্রম তৌব) ওইব মদু সুপ্নগী সংবিত (জ্ঞান)গী বিকাশখত্তনি। মতৌ অদুগুম্ন লৈশেমগী অহৌব মতমদ ব্রহ্মমত্তুদ জগত অসিগী বিকাস ওইখিবনি। মরম অসিন মসি মখোন্দগী খেন্নব অতোম্প নত্তে। দ্রবত (মহি ওইব মতৌ) ঈশিংগী মওংমক্লি, স্পন্দন (নীকপ-হাইব) নুংশিৎকী মওংমক্লি অমসুং আভাস (মমি) মঙালগী মশকমক্লি, মতৌ অদুগুম্ন ভূত ভবিষৎ অমসুং বর্তমান মতম অহুম্মক্ত উব ওইরিব জগত ব্রহ্মরূপমক্লি। মগু মগুলিব মীগী মনুংগী চৈতন্য (জ্ঞাতন) মরু গ্রাম-নগরনচিংব উব মতৌ অদুগুম্ন পরমাত্মাদ মশাগী চিন্ময় স্বরূপমরু জগত ওইন গুম্ফোকপনি।

শ্রীরাম হংই - ব্রহ্মণ! দৃশ্যগী মশক ওইব হ অসি পোক্লকপ ওইরবসু মগুদ উব জগৎক মান্নন মিথ্যামক ওইরবদি মসিন অসুকী মতিক কনশিন্ন চেৎন (সুদৃঢ়) উদুন করিগী লৈরিবনো? - মসি তাকপীয়ু।

শ্রীবসিষ্ঠন হায় - শ্রীরাম জগত অসি পুম্নমকী আত্মা ওইব ব্রহ্মগী মশকমক্লি, ব্রহ্মদগী খেন্নব করিগুম্বদ ওইদে। জগতকী মওংদ মসিবু উন্নিব শক্তম, মদু পুমলান লানব অসংনি। রঘুনন্দন! মসি প্রসিদ্ধ পরমাত্মা অমথ্‌কতনি। মাগী বিষয়দ অনিশুব লৈবগী করিগুম্ব কল্পনা অমত্ত লৈতে। অদ্বিতীয় পরমাত্ম মখোন্দ জগত অসি মতৌ অদম্ন পোক্লকখি মদু নঙোন্দ মখা চৎথরকপদ তাক্লকনি। নুংশিরব রাম! মহাক অদুদগী দৃশ্য পদার্থ পুম্নমকশিং শন্দোরকপ ফংখ্রিব পরমাত্মা অদুমক, ব্যষ্টি অমসুং সমষ্টি (অমমমত ওইব অমসুং অপুনব ওইবগী মওং) জগত অসিনি। দৃশ্য বস্তুশিংগী দর্শন(উব) অমসুং মননীয় (পুক্লিংন নিংব উব খনব য়াব) পোৎশিংগী খনবদগী অদু অদুগুম্ব মওংশিং মখোয়দুগী মওংদ মহাক মশামক

উদিত (ফোংদোকপ শুম্থোকপ) অমসুং বিলীন (মুৎথি-মাংথিব লুপশিনথিব) ওইদুন লৈরিব-- মদুগী আবির্ভাব অমসুং তিরোভাব ওইদুন লৈরিবনি।

(সর্গ ১০- ১১)

~o0o~

## ব্রহ্মদ জগতকী অধ্যারোপ জীব অমদি জগতকী মওংদ ব্রহ্মতগী অখণ্ড সত্তাগী বর্ণন।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - রঘুনন্দন! সুষুপ্তি (তুমখুন হুন্দুন তুম্ব)মক স্বপ্নবত মওশুন্ন উব, মতৌ অদুশুন্ন ব্রহ্মমকপু সৃষ্টি অসিগী মওংদ উবগী বিষয় ওইদুন লৈরি। মী অমগী বাসনা খক্তগী থবক ওইবদগী মওগী (ঘনী-সুদৃঢ়) কনশিন চেৎশিন্ন উব ওইদে। তৌইশুম্বসুং প্রপঞ্চ (জগৎ) অসিদি সমষ্টিগী বাসনাগী কার্য ওইবগী মরম্ন মসিগী য়াম্ন চেৎশিন্ন (সুদৃঢ়) অমদি মথং মনাও নাইব ক্রমবদ্ধ ওইন উব ওই। সর্বাত্মক ব্রহ্মতন প্রপঞ্চ অসিগী অধিষ্ঠান (তোংকম শাগৎকম য়ুন্কম)নি। শুমথৌ লৈত্রব মঙালগী মশক ওইব অদুশুম্ব অনন্ত চৈতন্য মণি (ব্রহ্ম) ওইব, মাগী লৈব খক্তগী মওংমক সমপুর্ণ বিশ্ব অসিনি।

পঞ্চ ভূতশিংগী অদুশুম্ব তন্মাত্রাশিং লৈরিব মখোয়দুমক্ত জগতকী বীজ মরুনি। পঞ্চ তন্মাত্রাশিংগী মরু (বীজ)ন আদি মায়া শক্তিনি, মাগী পরমাত্মাদ মরক খন্দব (ব্যবধান বহিত) হকথেংনব সম্বন্ধ ওই অমদি মামক্ত জগত অসিগী কিভম ওইহনবগী মরম হেতুনি। মতৌ অসুম্ন জ্ঞানগী মশক ওইব পোকনাইদব অমদি অহানব লৈরম্ব পরমাত্মামক মায়ান মরম ওইদুন জগতকী বীজ (মরু) ওই। মায়া হন্দোকপ্রবদ মহাকমক মশাগী শেংলব মওংদ মতম পুম্বদ অনুভবত লাকই। মরম অসিন জগত বৈভব (লল) অসি পরমাত্মাগী রুপমক্তি। অদুম্ন মওদ

শেম শারুব তৌদন সহর ওইব মতৌ অদুগুম্ন মহাকাশকী মশক ওইব চাওরব বন্দ জগৎকী মশক ওইব উপালন হন্ন হন্ন পোক্লক্লগ মাংখিব ওই। মগুদ উরিব মীন মাগীদমক্ত সহরগী শেমগৎপগুম্ন তৌব মতৌ অদুগুম্ন চেতন আত্মাসু পৃথীনচিংবগী সৃষ্টি তৌই। অশেংবমক্তি মতম অদুদসু চেতনগী কায়াৎ (শরুক) ওইব আত্মা অদুখক্ত লৈবনি। জগতকী মরূ (বীজ) হৌরকফম পঞ্চতন্মাত্রাশিংনি অমসুং মখোয়গী মরূদি অবিনাশী চেতন আত্মানি। অদুগুম্ব বীজ মরূ অদুবু মহে ফলনি হায়ন খংউ। (মরমদি উপাদন কারণ অমসুং মাগী কার্য (থবক ওইরিব) অদুগ খেন্নব নত্তে)। মরম অসিন জগত পুন্নমক অসি ব্রহ্মগী মশকমক্লি। কল্পনান শেম্ব অদুগুম্ব স্বরূপ মদু কমদৌন সত্য ওইব য়াগনি। করিগুম্ব পঞ্চ ভূতশিংগী তন্মাত্রাশিং ব্রহ্ম স্বরূপ ওইব তারবদি মখোয়দগী ওইরকপ মখোয়গী কার্যগী মওং অপৌব মহাভূত মগুাবুসু ব্রহ্মমক্লি খগুউ। মসিদগী মসি সিদ্ধ ওইরে মদুদি মতম কয়াদগী চেৎশিন কনশিন্ন দৃঢ়মুল ওইন লৈরক্লব মরোল অহুম অসি ব্রহ্মমক্লি।

মতৌ অসুম্ন জগত অসি করিগুম্ব মতমদ পোকপসু ওইদে, পোক্লকখিবসু উদে। মগু অমসুং মনোরথ (ভাবন শাব)ন শেম্ব সহর অসত (চুমদব, লৈতব) ওইরবদসু অচুম্ব অওইবগুম্ন উব মতৌ অদুগুম্ন ব্রহ্ম আকাশকী মশক ওইব খ্বাইদগী পাকচাওব পরম ব্যোমময় চিন্ময় আকাশত জীবগী আকাশ ওইব মতৌ অসত ওইরগনসু সংকুম্ন উই হায়বদি ব্রহ্মগী মশক ওইব মহাকাশ অদুদগী অতোপ্প খাইদোক্তব ওইরবসু খাইদোকপ তোঙানবগুম্ন উই। চিদাত্মা পরমেশ্বরদ কল্পনা তৌশিনব সমষ্টি-জীবাকাশ য়াম্নমক শন্দোক্তুন লৈরগনসু "ঐ মৈরিক্কী মতৌগুম্ন য়াম্ন পিকপ মৈগী মৈরিক্লি" অসুম্ন ভাবনা তৌবদগী মহাক মশাবু অদুম্নমক (অনুগী মওং) অনুভব তৌরকখি। আকাশত আত্মাগী মওংদ অদুগুম্ব অপৌব মওং (স্থূলতা)গী চিন্তন তৌই, ভাবনান মরম ওইদুন মশাবু অদুগুম ওইন অপৌবনি খলকই। সংকল্পদগী শেম্ব কল্পনাগী থা অশেংব সং নত্তে। মতৌ অদুগুম্নমক ভাবনান মরম ওইদুন ভাবিত ভাবন ওইব মওং (রূপ) অদুসু সং

নত্তে, অদুম ওইনমক সং (অচুম্বগুম্ন)কুম উব ওই। মণ্ড মণ্ডলিব মীন মণ্ডদ মশামকপু লঘী চংগ মী অমগী মওংদ উব মতৌ অদুগুম্ন মহাক্ল চিত্তগী কল্পনাদগী মশামক্ত লিঙ্গ দেহ অমসুং ওইরকদব স্থূল শরীরগী শকউংপুসু ধারণ তৌই। মদুদি চীং মপান্দ লৈব ওইদুনসু মিংশেলগী মনুংদ লৈবগুম্ন উব, পুম্ব্রিগী ঈশিংদ মমি তারিব হকচাং মদুমকপু ব্যবহারকর্তাগুম্ন শংবগুম, লাপ্ন শন্দোক্তুন তাখিব য়াব খোঞ্জেলবুসু গুহানচিংব খাজিনর্বন অথিংব ওইদুন মদুগী মনুংতদ লৈব মপালদ শন্দোকপ গুমদব অমদি মণ্ড অমসুং ভাবন শাব বিষয়গী সম্বিত(খণ্ডব) হকচাংগী মনুংতদ মণ্ডনচিংব উরিব বিষয় অদু মপান্দ লৈরব ওইরগনসু মশাগী মপালগী মশক থাদোক্লগ হকচাংগী মনুংদ অন্তকরন্দ ভাম্বোক্লব ওই; মতৌ অদুগুম্ন মৈগী মৈরিক্ক মাম্নন কুম্প (অণু) উপাধিদ মশাগী মশক (স্বরূপতঃ) ওইব কল্পনা তৌশিল্লিব অদুগুম সুক্ষ্ম শরীর ওইব মদুগী মনুংদ লৈরিব জীবাত্মা অসিন বাসনাগী মশক ওইব দেহনচিংব ব্যবহারবু অনুভব তৌই। পুক্লিংগী মশক ওইব হকচাং মনোময় শরীর ওইব জীবন মশাগী মনোময় আকাশতদ অপৌব মওং স্থূলতা ওইবগী ভাবনা তৌদুন অপৌব দেহধারী ওইখি। মহাক্ল মহাক্কী কল্পনাগী নুংতদ লৈদুন ব্রহ্মাণ্ডগী দর্শন তৌই। মনোময় শরীর ধারী জীবন পুক্লিংমকপু আত্মানি খল্লি। অদুগুম্ব আত্মা ওইব চিত্তদগী মাগী সংকল্পগী মতুংইম্ন মশাগীত ওইব গর্ভগী মশক ওইব য়ুম, দেহ, মতম কর্ম অমদি পোংচংনচিংবগী কল্পনাশিংগী ভাবনা তৌরগ মিংনচিংব অশেম্ব মী ওইদুন আতিবাহিক কৌব দেহধারী (হকচাং পুব) জীবন মশাগী কল্পনাদগী শেমজব মখল মখাগী মিংওইব অদু অদুগুম্ব পোংশিংবু অমসুং মশামকপুসু অসত্য(চুমদব) জগীত ওইব ভ্রমদ পুনশিন্দুন লৈ। মদুদি মিথ্যা ওইব মণ্ডদ মীনম্বমক ওইব মশাবু পাইরম্ব উব, মতৌ অদুগুম্ন চুমদব জগংকী মশক ওইব ভ্রমদ জীবাত্মা অসি মিথ্যাবিকাশ মীনম্ব চাওখংপ ফংবগুম্ন খনব ওই। মহাক করিগুম্বদ পোক্লকপ ওইদে ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইব ভ্রম হৌগংলক্লবদসু মসিদ কৈদৌঙেদসু করিগুম্ব পোক্লকখিব লৈত্রি। পোক্লকখিব ওইব করিগুম্ব পোং অমত্তসু উব ফংদ্রি, সুপ্নগী অনন্ত, নির্মল ব্রহ্মাকাশ খক্ত

মকম পুম্বদ লেংদন লৈবনি। সংকল্পন শেম্ব নগরগ মান্নব দৃশ্য প্রপঞ্চ অসি অৱেব অচুম্বগুন্ন উরবদসু সত নত্তে। মসিবু কনাগুম্ব চিত্রকার অমন শেমখি-শাখিব নত্তে অমসুং মসিদ মচু শংখিকসু নত্তে। মসি শারুব শুকতৌমক তৌদব ওইদুন অনুভবতা লাকপনি অমসুং সত্য ওইদ্রবসু সত্য ওইবগুন্ন লৈবনি। মহাকল্পগী অরোইবদ ব্রহ্মানচিংবগী মুক্ত ওইখিবন মরম ওইদুন অশেংবমক ওইন বর্তমান কল্পগী ব্রহ্মান কনাগুম্ব মমাংগী মপোক্কী নিংশিংব ভম্ব ওইদে, মরম অসিন নীংশিংব অদুন জগত অসিগী পোকপদ কারণ (মরম) ওইব য়াদে। মরম অসিন বর্তমান কল্পদ ব্রহ্মা সংকল্পময় ওইব অদুন্নমক মঙোন্দগী পোক্লকপ জগত অসিসু সংকল্পদগী পোকপমক্লি লৌনবনি। পৃথীনচিংব অসিগী লৈশেম সৃষ্টিগী বিবয়দ মতৌ অসুম্ন সাক্ষীগী অনাদি কালগী অনুভব ওইব মদুমকপু আদি কারণ (অহানব মরম)নি হায়ন লৌরবসু সাক্ষিবেদ্য (সাক্ষিন খঙব) মগুদ উব পৃথীনচিংব পদার্থবু মিকপ থোকপ ফিভমদ মিথ্যা ওই খঙব মতৌ অদুগুন্ন অনাদি সাক্ষিগী সংস্কারদগী পোকপ জগৎসু মিথ্যামক্লি সিদ্ধ ওইগনি।

করিগুম্ব মকমদ নক্রগ মতমদসু দ্রবত্ব মহী ওইব মতৌ ঈশিংদগী থেন্নব খক ওইদে। মতৌ অদুগুন্ন করিগুম্ব মকম অমসুং মতমদসু সৃষ্টি অসি পরমাত্মাদগী থেন্নব অতোম্প নত্তে। মতৌ অসুম্ন সৃষ্টি অসি ভ্রমদগী লিশিনখিব(চেৎন কনশিনব, কুংশিনখিব) ওইন উবনি অশেংবমক্তি চাংমান্নদব অকুৎ-অতোং থোইদোক থোইজিন বিবমতা লৈতব পরমাত্মামক্ল মসিগী মওংদ লৈবনি। ব্রহ্মাগুনি হায়দুন উরিব অসি থোইদোক্ল শেংলব চিন্ময় ব্রহ্মদুমক্লি। মঙোন্দগী তোঙানব অতোম্প পোৎ করিসু নত্তে। মতৌ অসুম্ন দৃশ্য জগত অসি আত্মাদ কল্পনা তৌশিনব ভ্রম মক্লি। শান্ত ওইব তুংনকম লৈতব, অদ্বৈত অমদি অমত্ত ওইবনচিংব ব্যবহারদ শিজিন্নরিবশিংসু য়াওদব ব্রহ্মগী মশকমক্লি। জগৎকী মওং ওইব ভ্রম অসি উদুন লৈব ওইরগনসু মসিগী মওংদ করিগুম্ব পোৎ অম পোকখিব ওইদে। মাইকৈ মরিমক্ত শুন্য অহাংবে ওইব অদুগুম্ব নির্মল চেতনাকাশ ব্রহ্ম লেংদন লৈ, মহাকখক্ত মতম পুম্ব মকম পুম্বদ মশাগী শক্তম স্বরূপতদ লৈ। মঙোন্দ সংসারপুম্বসু লৈতে,

মাগী করিগুম্ব আধার ভূংনকম ওইবসু লৈতে: ভূংলগদবসু নত্তে: উননব পোৎ দৃশ্যসু নত্তে, মত্তেন্দ অউব দ্রষ্টাপনসু লৈতে, ব্রহ্মাণ্ডসু লৈতে, ব্রহ্মাসু লৈতে অমসুং করিগুম্বদ মাগ ওম্ন তৈনব য়ানদবসু লৈতে, জগত লৈতে, পৃথ্বী লৈতে। হেক উরি অম্নিব পূর্ণমক শান্তস্বরূপ নির্মল ব্রহ্ম মত্তনি। মতৌ অসুন্ন পরব্রহ্ম পরমাত্মাখক্তন মশাদ মশান বিকাশ ওয়েক চাওথোকপ কংজবনি।

মহি ওইবন মরম ওইদুন ঈশিংতবু ঈথক ঈরে ইপোমগী মওংশিদে উব মতৌ অদুগুম্ন চিত্তগী মশক ওইবগী মরম্ন আত্মামত্তন মশামত্ত জগৎ কূম্ন উবনি। জগৎ মত্তেন্দগী করিগুম্ব অতোপ্প পোৎ অম নত্তে। অসৎ ওইন ওইনমক মসি উবগী বিষয় ওই অমসুং মসিদ অচুম্ব সৎ ওইবগুম্ন অনুভবত লাকই। অরোইবদ (মহাপ্রলয়গী মতমদ) মসি অসৎ ওইনমক মাংখিব ওই। মতদ কনাগুম্বন মশাগী অশিব উরম্মী মদু মিকপ থোরকপদ অসংমক্তি খত্তব ওই। মতৌ অদুগুম্ন অজ্ঞানগী কিত্তমদ উরিব দৃশ্য প্রপঞ্চ অসি জ্ঞান ফংলকপ অসংমক্তি খত্তই। নত্রগ প্রলয় কালদ মসিগী সংহার মাংখিব ওইরবদ মদু মতগী কিত্তমদ উরম্ব মশামকী শিরম্বগী মতৌগ মান্নন মিথ্যানি। নত্রগ ব্রহ্মগী মশামকী মশক স্বরূপ ওইবগী মরম্ন দৃশ্য প্রপঞ্চ অসি সন্মাত্র অনাময় (শিত্র লৈত্রব) অখণ্ডিৎ (মপূং ফাব) অনাদি অনন্ত অমদি চেতন আকাশ ওইব ব্রহ্মখক্তনি (মত্তেন্দগী তোঙানব মশিগী সত্তা খক লৈতে।

(সর্গ - ১২-১৩)

~o0o~

## ভেদবু ককথত্তুন সুপ্নগী ব্রহ্মখক্তগী অখণ্ড সত্তাগী বর্ণন অমদি জগতকী তোত্তাম্ন লৈব সত্তা ককথংপ।

শ্রীবসিষ্ঠ মুনিন হায় - রঘুনন্দন। মতৌ অসুম্ন অহংভানচিংব উরিব কাংলুপকী মপৈ ওইব জগত অসি অশেংবমক ওইনদি করিগুম্ব পোৎ অমত্তসু

নত্তে। করিগুম্বদসু পোকখিব লৈতব ওইবগী মরম্ন মসিগী অস্তিত্ব অরেব গুক্রেমক লৈতে। অমসুং মসিগী অস্তিত্ব লৈরিব মদুমক পরব্রহ্ম পরমাত্মামক্তি। করিগুম্ব মতম উরিব চাংন মাংব নাইদ্রব ওইরব, অদু ওইরবদি জগৎ অসিসু মদুমক মাম্নন মাংদব অবিনাশী ওই। করিগুম্ব মতম উরিব খুদং লেংদনা লৈব ওইরব অদু ওইরবদি অদুগুম্ন জগত অসিসু লেংদব ওইগনি। (হায়বগী অর্থদি মখোয়দু মাংদব অমসুং লেংদন লৈব নত্তে, কিন্তম অদুমক জগতকীসু ওইবনি) করিগুম্ব চিত্রকার অদুগী চিত্ত (পুক্নিং) তপথব ওইরব অমসুং মদুদ বাসনাগী মশক ওইব তপথরব চিত্র য়েকপ নত্রগ শারবদি চিত্র অদুদ কল্পনান মরম ওইদুন য়েকপ লান্নীগ মাম্ননমক জগত অসিগী আকৃতি (মশক মওং)নি। হায়বদি চিত্র অদুদ য়েক্লিব (নমলিব) লান্নী সেনা অদু লেগুব অমসুং অসত্যনি মতৌ অদুগুম্ন জগত অসিসুনি। আদি প্রজাপতিগীসু স্বয়ম্ভু কৌদুন ইহান হায় অকাওব ওইখি, করিগুম্ব কারণ (মরম) অমত্ত লৈতে। মরমদি মাগী পূর্বজন্মগী কর্ম লেমদুন লৈহৌদে। মহাপ্রলয় ওইরক্লবদ পূর্বকালগী প্রজাপত্তি পুম্নমক মুক্ত ওখি, মরম অসিন মখোয়দ পূর্ব জন্মগী কর্ম করম্ন লৈব য়াগনি। ব্রহ্মমক্ত খ্বাইদগী হায় ওইব হিরণ্যগর্ভনি। মহাকমক্ত বিরাটনি অমসুং বিরাটমক সৃষ্টিগী স্বরূপনি, মতৌ অসুম্ন চিন্ময় পরমাত্মামক্ত জীবাকাশকী মওংদ লৈবনি। মদুদগী পৃথীনচিংব সত্ প্রপঞ্চগী পোক্লকপ ওই। (হায়বদি জগত অপুম্ব ব্রহ্মমক্তি ব্রহ্মদগী খেন্নব অত্তোম্প অনিত্তব করিগুম্ব পোং অমত্ত লৈতে।)

সুপ্নগী অমত্ত ওইব শেংলব জানগী মপৈ মত্তম অমদি শিষুনে লৈব ব্রহ্মখক্ত মতম পুম্বন মকম পুম্বন ওন্দুন লৈ। মহাক শক্তি পুম্নমক্ত তিনব ওইবদগী অদু অদুগুম্নব তৌওম্ব হৈশিংবন থম্নব কল্পনাশিংগী ভাবনা তৌরব মদুশিংদু মশামক্ত কংব ওই- মশামক মদুগী মওং তদ্রূপ ওই। খুত্ত থাওমৈ পায়দুন খিরব নত্রগ য়েংলবদি অমম্ব উব ফংদন মাংখি, মাগী লৈকম কদায়দসু ফংদে। মতৌ অদুগুম্ন জানগী মতাংদন শব্দোম্নক্লবদ অজানগী মশক ওইরব অমম্বগী তম্ব মচি ফংব ঙমদে। মাগী লৈকম ফাওব লৈতে। মতৌ অসুম্ন মচেং

লৈতব মন্নক খন্দব হৌব লোইব লৈতব অমদি শক্তি পুম্বন তিন্নব জীবাত্মা অসি অদুগুম্নব করিগুম্বদ ককথংপ লৈত্রব মহা চৈতন্যগী মশক ওইন্নব মচিগী মশক অংশ (শন্নক)গী শক্লাইবগুম্ন উন্নরিব, অসি ব্রহ্মমক্তি মঙোন্দগী অতোপ্প খেন্নব অম নত্তে। ব্রহ্ম অদু মথল মওং পুন্নমক্ত 'মহান' ইথোই থোইবনি। দেশ কাল পরিণাম্ন শুমথৈ ওইদুনা খাজিনব গুম্ব নত্তে। মন্নম অসিন করিগুম্বদসু মসিদ ভেদ খেন্নবগী কল্পনা লৈতে অমসুং করিগুম্ব ভেদগী কল্পনা তৌন্নব মদুসু ব্রহ্মমক্তি; মঙোন্দগী খেন্নব নত্তে; মন্নমদি মফম পুম্বদ অসুন্নমক অনুভব ওই। চেতনগী অদুগুম্ব আকাশ অসিদগীসু হেন্ন কুপ্প (সুক্ষ্ম) শক্তিন মাইকে পুম্বদ শব্দোক্রিব স্বভাব অদুদগী অহানবদ অহংতা (অহংকার)গী দর্শন (অনুসন্ধান) তৌন্নকই। মদুদি ঈশিংন মশা মথন্তদ মশামক্ত কোসোল, ঈথক ইপোম্নচিংকী মওংদ কোংদোম্নকপ মতৌ অদুগুম্ন আত্মান মশান মশাদ মশামক্ত কোংদোকচন্নকপ ওই। মতমদুদ চেতন আত্মা অদুগী চিং শক্তি অসি সুক্ষ্ম অহংতা অদুগী দর্শন (অনুসন্ধান) তৌই; মদু মতুং মতুং মথং মথং চাওখংপ অপৌব মতৌ ফংলক্তুন অন্নোইবদ ব্রহ্মাণ্ডগী মওং আকার পুন্নকই। চেতন জ্ঞানগী অঙকপ তৌঙম্ব মতৌ ওই অদুগুম্ব চিতি শক্তি লৈ মহাক মশামক্ত মশান মশাদ অদুগুম্নব ফজব অঙকপগী সৃষ্টি তৌন্নিব মদুগী মম্নিং জগত হায়ন থমথন্নে। রঘুনন্দন! চেত্য (দৃশ্য) ওইব অদুগুম্ন অহংকার, মসিগী কল্পনা চৈতন্যগী মথাপোনবনি হায়বদি চৈতন্য খক্তগী কল্পনানি। অমদি তন্মাত্রানচিংব লৈন্নিব জগত মাগী কল্পনা অহংকারগী মথা পোনবনি। মতৌ অসুন্ন অহংকার অমসুং জগত চৈতন্য রূপমক্তি। অদুনদি চৈতন্য অদুদ দ্বৈত অমসুং অদ্বৈত্ব কদায়দ লৈগনি। পুক্লিংগী নীংকগী থবক, চেষ্টা (সংকল্প)গী মশক অকুপ্প সুক্ষ্ম জগত ওইরি অপুম্ব মদু শূন্যমক্তি অমদি ইন্দ্রি অমসুং মথোয়গী অধিষ্ঠাতা দেবতাশিংগী লৈনফম ওইন্নিব অদুগুম্ব শক্লাইব অমদি অপৌব বিশ্ব মদুসু শূন্যমক্তি মন্নমদি অনিমক অসি চৈতন্যগী অঙকপগী মশক চৈতন্যমক্তি। মন্নম অসিন চৈতন্য (অখংব জ্ঞান) দগী অতোপ্প নত্তে। অদুগুম্ব পোং অদুন পোং অদুগী বিলাস হন্নাও-তয়াম ওইন্নিব মহাক মদুদগী করিগুম্বদসু খেন্নব ওইদে। কায়াংন

তিনব, ঈশিংনচিংব হয়াও-তয়াঘ ওইব ইথকনচিংবদসু অসুন্ন উব ফংই। অদুনদি অবয়ব মশক লৈতব চেতনগী বিলাসত খেন্নদব (অভিন্নতা) ওইব অসিগীদমক্ত করি অমুক হায়গনি। মতম পুম্বদ অচেত্য (উত্তমদব নত্রগ মশক লৈতব)মিংনাইদব অমসুং পুন্নমক্ত শিম্ফুংন শন্ন লৈব চৈতন্যশক্তিগী অদুগুম্ব মওং, মঙোন্দগী কোংদোরকপ ওইরিব জগৎকীসু মশক অদুমক্রি। চৈতন্য (জ্ঞান)গী খক্তন প্রচেষ্টরকপ তোঙান তোঙানব শকওংশিং ওইরিব মখোয়দুমকপু জগত কৌবনিঃ মরম অসিন জগত অসি চৈতন্য শক্তি অদুদগী নত্রগ চেতন আত্মাদগী খেন্নব নত্তে।)

শ্রীরাম! চেতন আত্মাগী অদুগুম্ব চৈতন্য (চেতনগী ওইব মতৌ) মদুবু জগতনি খঙউ। চৈতন্য অদু জগত্তগী খেন্নব নত্তে। করিগুম্ব চৈতন্যবু জগত ভাব য়াওদন নত্রগ তোঙানব ওইন লৈরবদি, চিং, চিং ওইন লৈররোই- চেতন চেতন কৌব য়াদ্রে। (মরমদি মশাগী ধর্ম নত্রগ স্বরূপ ভূত ওইব জগতপু চেতিত ওঅঘোক্লকপ মরমগীদমক্ত মাবু "চিত নত্রগ চেতন" কৌনবনি।)

চৈতন্যন মপুং ওইব চৈতন্য প্রধান অহংকার কর্তানি অমসুং স্পন্দ প্রধান (লেং-হাইবনচিংব চেষ্টা ওইব) প্রাণ কর্ম (ক্রিয়া) ওই। অনি অসিদ করিসু খেন্নব লৈতে; মরমদি কর্তাগী মাগী ক্রিয়াদগী খেন্নব উদে। চিতকী লেং হাইব স্পন্দন খক্তন ক্রিয়া (প্রাণ)ওইবনি মদুন তিনব নত্রগ য়াওব পুরুষমকপু জীব কৌনবনি। মতৌ অসুন্ন জীব অমসুং জগত্তসু খেন্নব লৈতে।) কার্য কারণনচিংব ভাবরূপ ভাবগী মশক ওইব চেতন-জগত আত্মাদগী খেন্নব লৈতে। মহাক চৈতন্য প্রকাশকী কুপফেং ওনব মণ্ডল অমখক্তনি। মরম অসিন মফম অদুদ ভেদ খেন্নব পুন্নমক লুপশিনম্রব (মাংগ্রব) পরমাত্মা অদুমক জগতনি মসি সিদ্ধ ওইরে। মতৌ অসুম্ন তত্ত্বজ্ঞান ওইরবদ মসি লেপ্পী মদুদি ঐ অচ্ছেদ্যনি (করিগুম্ব খুৎলাই অমত্তন ককথৎপ য়াদব ঐনি) ঐ অদাহ্যনি (মৈন চাকপ ঙমদব ঐনি) ঐ অশোষ্যনি (নুংশিংন কংহনব ঙমদব ঐনি) অমদি ঐ নিত্য ওইব সর্ব্ব্যাপী,- লেংদব অমসুং চত্তবনি।

মশাগী ভ্রম অতোপ্পশিংবু ভ্রমদ তাহল্লদুনা য়েংলগনব মীন মথন মথন য়েংনব মতৌ অদুগুম্ন অজ্ঞানী ওইব মখোয় অদুগুন পরমাত্মা তত্ত্বগী বিষয়দ বাদ -বিবাদ তৌদুনা য়েংনবনি ঐখোয়দি ভ্রম য়াওদব ওইরে; মরম অদুনা ঐখোয়গী মফমদ বিবাদকী মতম লৈতে। জ্ঞান লৈতব মীশিংনা মদুগী অরেব সত্তাবু য়াম্ন চেংশিন্ন য়াব ওইরিব, উরিব জগত অদু মখোয়গী মিংয়েংদ শকনাইব অমসুং সত্য ওই। মরম অদুনা মখোয়গী ভাবনাগী মতুংইন্না মদুদ তোঙানব বিকারনচিংব লৈব ওইখোকই।

অদুম ওইদুনসু আত্মজ্ঞানীগী মিংয়েংদ অদুগুম্ব নিরাকার, অসত্য অমদি চিন্ময় আকাশরূপ ওইব মদুদ আত্মদগী তোঙানব বিকারনচিংবগী উব করম্ন ওইখোকনি।

চেতন আত্মা মশামক্ মশাগী মশক স্বরূপ্ত করিগুম্ব মখল অমগুগী শকগুন বিকার লাকঙ্নদনা অভকপ আকাশকী মওংদ অবির্ভূত কোংদোকই। অদুগী মতুংদ চেতন মশামক অদুনা আকাশতগী পোকপ নুংশিং ওইদুনা থোইদোকপ স্পন্দন(হৈনব-হুম্ব)গ লোইননা কোংদোকই।মসিগী মতুংদ তেজতত্ত্ব (মৈগী তত্ত্ব)গী মওংদ শকলোংদোকচরকই চেতন মশামক্ত জলতত্ত্ব ঈশিংগী তত্ত্ব ওইদুনা অভকপ চাওখৎপ ফংলকই। ঈশিং অদু লৈনুং তৌরগ থোরকইব পৃথ্বি গুহানচিংবগী ঈশিংদগী তোঙানব ওই (মরমদি পৃথ্বগী লৈশেমগী অহানবদ মদুগী গুহানচিংব অদুগ সম্বন্ধ লৈব ওইথোকপ ওইদে) জলতত্ত্ব শেম্নবগী মতুংদ চেতন মশামক অদুনা সনা লুপানচিংব ধাতুশিংনা থল্লব পৃথ্বী তত্ত্ববু - দেবতা অসুর অমদি মনুষ্যনচিংবগী শরীর ভাবপুসু ফংখি(হায়বদি শেমখি)।

মতম পুম্বদ থোক্তুনা লৈরিব চেতনগী মশক ওইব চন্দ্রমা মশামক্ত মশাগী অভকপ রস মহাওগী নুঙাইবনা তিল্লব থাবল অমসুং পুমহেন হেনব চিন্ময় প্রকাশ ওইদুনা কোংদোক্লি। মশাগী চৈতন্য স্বরূপকী জ্ঞানগী মঙালদগী দৃশ্য প্রপঞ্চ ওই অজ্ঞানগী অমম্ববু মাংখিব ওইরবদ চেতন আত্মা ওইব থাজন মশামকপু মপুং ফারব ওইদুনা থোরকপ অমসুং ভাস্বরকপ ওই অমসুং মশামক জড়তান খুমুম চনব ওইদুনা স্থাবরনচিংব পদার্থশিংদ অহংভাব ওইবদগী সুষুপ্তি

ফিভম ফংলব ওই। চিন্ময় মহাকাশ ওইব ব্রহ্ম মশামক অবিচার দশা (ৱাখল খন্দব ফিভম) স্পন্দনশীল (লেংব-হাইব) প্রায়চিংবদ আত্মাভাবকী কল্পনা তৌরবদ স্পন্দী হায়বসি সংসারী ওইরকখি। অদুদগী অমুক ফিচার তৌবদগী 'ঐ চেতনমক্রি' মতৌ অসুম্ন চৈতন্য জ্ঞান থোরক্লব মতমদুদ মহাক হায়গী মতৌগুম্ন মশাগী মশক স্বরূপ ভূত ওইব চৈতন্যমক্ত হঞ্জিন্দুন ফিরেপখিব ওই। জগত অসি চেতনগী মশক ওইব তেজগী প্রকাশকী মঙালনি। মরম অদুন ব্রহ্মগী মিংয়েংদদি মসি ব্রহ্মস্বরূপনি, তৌইগুম্বসুং জগতকী মিংয়েংদ মসি অস্তিত্ব শূন্য গুক্লেমক লৈতবনি। জগত অসি চেতনগী মশক ওইব অমত্ত গুইব আকাশকী শূন্যতানি(অহাংবনি) ব্রহ্মগী মওংদ মসি সংনি অমসুং জগত ওইব মওংদ অসংনি। জগত অসি চেতন ওইব মঙালগী (আলোক) অচৌব মওংনি। ব্রহ্মদৃষ্টিদ মদু সংনি অরৈবনি অমসুং মদুদগী অতোপ্প মওংদ মাগী সত্তা অরৈব ওইব গুক্লে লৈতে। জগত অসি চেতনগী মশক ওইব নুংশিং (বায়ু)গী স্পন্দশক্তনি। জগতকী মশক ওইব লৈয়ি অসি চেতনগী মশক ওইব মৈ অগ্নিগী মৈশা (উষ্ণতা)নি (মৈন মৈশাদগী থেন্নদব অদুগুম্ন চেতনগীসু জগত্তগী থেন্নদে)।জগত অসি চেতন ওইব ঈশিংগী দ্রবত্ব (লাংথোকপ মহী)নি, চিন্ময় চুগী অথুম্বনি, চৈতন্যগী মশক ওইব উনগী অয়িংব শীতলতানিঃ চেতন ওইব মৈরিগী মৈশানি, চৈতন্যগী মশক ওইব ইচেলগী ইথকনি অমসুং চেতন ওইবী সুবর্ণ সনান শাব খুজিনি। চেতনগী অরৈব সত্তামক্ত জগতকী সত্তানি। আকাশত অমকপ লৈতে মহাক পুমশেং শেংবনি মতৌ অদুগুম্ন চেতন পরমাত্মাদ থেন্নব অমসুং অহোংব বিকারনচিংব লৈতে-- মহাক মচেং শুকওই ওইদব অমসুং নির্বিকারনি। মতৌ অসুম্ন সং আত্মাগী মশাগী মশক স্বরূপ ভূত ওইবন সংনি, অতোপ্প মথোয়গী অরৈব করিগুম্ব অস্তিত্ব অমত্ত লৈতে।

চিন্ময় পরমাত্মাদ কায়াৎ অবয়ব অমসুং কায়াৎনাইব মপূর্ম অবয়বী - ৱাহৈ অনি অসিগী অর্থ থেকগী মচীগী মতৌগুম্ন অসত (লৈতবনি)নি। হেক লৈয়িব পদার্থ পুম্নমকী অধিষ্ঠান ওইব চেতন আকাশকী মশক ওইব পরমাত্মাদ

ভূতাকাশ অসিদগী পোকপ নুংশিংনচিংব জগতকী মওং ওইব অমোংপ লৈব উই; তৌইগুম্বসুং অসঙ্গ আকাশতদি মাগী কর্ম ওইব বায়ুনচিংবগ সম্বন্ধ লৈত্রব অদুদদি চেতন মহাকাশ স্বরূপ পরমাত্মাদ প্রপঞ্চ অসিগী সত্তা, অসত্তা অমদি নং, ঐনচিংব ভাবশিংগী সম্বন্ধ কদায়দগী লৈব য়াগদগে? সংসারদ হেক লৈরিব কার্যশিং মখোয় পুম্বগী অপুনব কারণ হায়ব কাংলুপ পুম্বগী অহানব কারণ ব্রহ্মানি। চিত্তদগী পোকপ পুক্লিংগী অপাম্বদগী পোকপ সংকল্প বিকল্প পুম্ব অসং লৈতব ওই। মরম অসিন চিত্তদি স্বভাব ওইন করি কনাগীসু কারণ নত্তে। মহাক অকারণ রূপমক্লি অমসুং মদুমক ব্রহ্মানি। করিগুম্ব ঐখোয়ন হায়রব মদুদি চেত্য জগতকী অসং ওইরবন চেতনসু অসং ওইরগনি; মরমদি মহাক মশাগী স্বরূপ ওইব চেত্যদগী তোঙানব নত্তে; অদুন, বাকম অসি চুমদে। চেতনগী অসতা লৈত্রবদি বাহে খন্ডন কাওব সিদ্ধ তৌব ঙমদে মরমদি চেতন আত্মা অনুভবতগী সিদ্ধ তৌই। করিগুম্ব অরৈব ওইব শোইদন থোরকই উদয় ওইরকই মদুদি মরূদগী ময়োন চোংবগুম্ন। বাকম অসি প্রত্যক্ষ উনরিবনি (মরম অসিন সিদ্ধান্ত অসি লেংদ্রবনি মদুদি পরমাত্মাগী সত্তা অরৈবখন্ডদ জগৎ লৈবনি মনীং তন্ন লৈব নত্তে।

মহর্ষি বসিষ্ঠন বাকম অসুত্তং হায়রবদ নুমিৎ হৌখ্রে। নুমিৎ অস্তাচলদ চংখ্রে মুনিশিংগী সভা অদু য়াচং-কালগী নিত্য কর্ম তৌনব স্নান তৌনবগীদমক্ত মহর্ষিবু খুরুম্নমগ হৌগংনখ্রে। অমুক অহিং হৌখ্রব প্রাতকালগী নুমিংকী মঙালগ লোইন-লোইনন মুনি মণ্ডলী অদু অমুক সভা ভবন্দ লাক্লগ ফম্নররে।

(সর্গ -১৪)

শরুপ যোগ বাসিষ্ঠকী , মৈতৈলোন্দ অহানব শরুক, মতাং অসিদ লোইরে।

~o0o~~o0o~~o0o~



## ফোঙ্খ্রবা লাইরিক খরা

১। জ্ঞান গঙ্গা

২। জ্ঞান পুষ্প

৩। আনন্দ সরোবব

৪। নুংশিব

৫। ঐখোয়গী ধর্ম

৬। গুরুগী শিদয়াই পাওতাক

৭। বিবেক চুড়ামণি

৮। অপরোক্ষানুভুতি

৯। ন্যায়-বৈশেষিক (১বা শরুক)

১০। বিচার সাগর (১বা শরুক)

Printed at Obros Offset Printer, A house of Printing Press,
Palace Gate, New Checkon Road, Near Northern Trafic Island.